SHUMANG LEELA
Vol Two (Four Plays)
By *Thangjam Birchand*

শুমাং লীলা (ভোল্যুম টু)
অইবা ঃ থাংজম বীরচান্দ

অফোঙবা ঃ লময়ানবা পাব্লিসর্স
কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা ঃ আগষ্ট, ২০০৭

কপি মশীং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল ঃ লুপা ৯৮/-



(কনাগুম্বনা লীলাশিং অসি ফিল্ম নত্তগা লীলা ড্রামা
ওইনা শান্নবিনিংবা লৈববদি মাংজৌননা অইবদগী
অযাবা লৌবীগদবনি।)

মখুম ডিজাইন ঃ নেষ্ট এডভর্তাইজিং এজেন্সি
বাবুপাবা, ইম্ফাল।

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# শুমাং লীলাগী মরমদা

ওঝা গুরুশিংনা শুমাংলীলাগী মরমদা পিবা পাউজেল খরা অসি শুমাং লীলাগী শান্নরোইশিংনা থবক ওইনা পাঙথোকপা ভন্নবা হোৎনবিবা ফৈ। ওঝা গুরুশিংগী ৱাখল্লোনগী তায়োন্ননা শেনগীদমক্ লীলা শান্নরবদি লাই ওইখ্রবা শুমাং লীলাগী ওঝা গুরুগী থৱায় মিরেলনা তাইবঙ মপুগী লৈকোলদ ঈঙনা চিক্লা লৈগনি হায়বসি থাজবা ৱাৎলি। লময়ানবীরম্বা শুমাং লীলাগী শান্নরোইশিংগী মফমদা শ্রধাঞ্জলী কৎপা অমদি নিংশিং পালন তৌবগী কান্নবা লৈরোই। শুমাং লীলাবু য়োকখৎপা অমদি মালেমদা মিংচৎ উরোং খিনবগী থৌদাং শুমাং লীলাগী শান্নরোইশিংগী থৌদাংনি।

*... শুমাং লীলা ফোক থিয়েটর মখল অমনি। শুমাং লীলানা য়াম্না মরুওইবা সোসিয়োলোজিকল রোল অমা লৌই। নুংতিগী উৎলিবা প্রদক্সন অমগী শক্তম উৎলিবা খুদিংদা হোংই অমসুং অনৌবা ৱাহঙ্গোক পী। ...শক্তি য়াম্না চেনবা, মশাগী নুংগী পাঙ্গল লৈবা, অহোংবা কয়াগা লৈমিন্নবা ঙম্বা, মীয়ামবু নুংঙাইবা অমসুং ৱাখল খলহনবা ঙম্বা, ...তাঙলবা কালানি...*

*- প্রো: এল. দামোদর।*

*... ২০ শুবা শতাব্দিনা লৈমন চন্না কেল্লমদাইসিদা শুমাং লীলানা চহি ৮০। ৯০ শুরবী হনুবীগুম থাবল চোংবা য়াওনিংদ্রিবা, বারুনী কাকসি য়াদ্রিবা -সুম সুম চাইথরকইবসি কেল্লগে, মাঙখ্রগে, লৈখা তাখ্রগে হায়ব্রা... নহারোলসিংনা চিত্রহারগুম্বা অকামপেৎ হায়নবা মরু-মরাং নম্বা লীলা পাম্লে। অহল লমন্না মিং নাই...। ফিদম্নফম ওইবা অফবা শুমাংদা উৎনবা ইদুকেটিভ ওইবা মখল মতমগী মণিপুরনা পাম্মি। নৎত্রগদি করপসন্না, সন্দ্রেম্বী ইমাদি খৌরি য়ৌরে হায়নরবা মতমসিদা করম্বা খুৎলাইনা কংস-রাবন-জরাসন্ধ ময়ামবু হাৎকদগে... নাপন্দগী লঙ্কা মৈ চাকখি। নাপন্দগী কৌরব কেমখি। ...দ্রোন গুরুদা খুবী কক্কুনা পীরন্নু সার্টিফিকেটকি। বেষ্ট প্লেদি মতমনা লাউথোরক্কনি কোন্না...*

*- ওঝা জি সি তোংব্রা।*

*... হৌজিক্কী মতমদা শান্নরিবা শুমাং লীলা নহারোল নত্তনা অহলশিংনা য়েংনিংদ্দবগুম তৌবসি খন্থনিংঙাইনি।... সতিগী গুণ চেল্লবী নুপিনা মমল য়াল্লবা ফিজেৎনা লৈতেংলগা খোইখা শেৎলগা উৎলিবা লীলা অসুম্না চাওখৎপা খোঙথাংগী য়াওলদা ওল্লকইবা য়াওল খুদিংগী লাক্কদৌরিবা লীলানা লৈবাক্কী য়াইফবা পুরক্কবা অইবশিংগী পুক্নিং চিংশিঞ্জনিংই...।*

*- ওঝা তখেল্লম্বম নবকুমার।*

... শুমাং লীলা অয়াম্বদি সমাজিক লীলানি। অদুনা সমাজ শেমগৎপগী মতেং ওইনবা মীৎয়েংদা লীলা পুথোক্লবদি শুমাং লীলা শিবগী য়াদি থমগ্রদুনা থোইনা হেন্না হিংদুনা লৈগনি। - ওঝা শীতলজিৎ

... হৌজিক্কী মতমদা ঈশৈ য়াউবা শুমাং লীলাবু হেন্না পান্নরক্লি। মসি অমরোমদা অফবা অইবা, শিন লাংবা লুচিংবা অফবা লীলা লাইরিক ফঙদবদগীনি হায়না লৌবা য়াই। অফবা নুংঙাইবা, মীয়ামদা ইথিল পিবা ঙম্বা লীলা পুথোকপদা ভাবোকশিংনা অদুম্মক পান্নগনি।... - অরাম্বম সমরেন্দ্র।

... শুমাং লীলাগী শক্তম ঙাক্লে হায়রবদি ঐখোয়না সিনেমা অমদি দ্রামাগী মতৌ তম্বা তোকপা তাই। শুমাং লীলাতগী ওইবা স্ক্রিপ্ট ইবা হৌদোকপা দরকার ওই। অমসুং দ্রামাদা চুশিল্লবা অইবা, অহৈবা থিয়েটরগী ডিরেক্টর নেক্তুনা লীলা তক্কনবা অসি তোক্তুনা শুমাংলীলাগী মরমচৎ মুন্না খঙবা মীওইগা তান্নদুনা লীলা শাগৎপা দরকার ওই।...হেন্না সোফিসটিকেটেদ ওইরগা হেন্না অকায়বা লাকই। চম্মা, কোম্মা, নীংতম্মা অফা-অপুন য়াউদনা কলাকারশিংগী হৈ-শিংবা নীংতম্মা ফোঙদোকপা য়াবা, চিংথোক চিংশিন য়াবা কলা অমা ওইহল্লবতদা শুমাংলীলাগী অশেংবা মশক ঙাক্তুনা থম্বা ঙমগনি।...
- প্রো: নোংমাইথেম তোম্বী।

... ঐ ইশামক্তি থিয়েটর, দ্রামা তৌবনি অমদি ১৯৪৩-৪৪ দগী মণিপুর মারসিয়েল আর্ট থাং-তা তৌজবনি। শুমাং লীলাদা খোঙদাবা অমদি থিজিঞ্জবা হৌজরকখিবদি ১৯৮২-৮৩ ইংদগী লীলা খম্নু ৮২ দগীনি... ইহান হানবা লীলা খম্নু ৮২ দা ঐগী দিরেক্সনদগী ফি শেৎফমদা মাইক্রোফোন পুসিনবা অমদি স্লো মোসন হাপচিন্দুনা মণিপুরদা ইহান হান্না লীলা পুথোকপা হৌখি... লীলা শান্নগদৌরিবা আর্টিষ্ট কা য়েংলিবা ভাবকশিংগা লৈনগদৌবা কমুনিকেসন অদু করম্না থমগদগে হায়বদু মরু ওই... স্ক্রিপ্ট কী খুৎই স্তাইল অমসুং প্লোৎতা রিয়েলিষ্টিকতগী হেন্দোরক্তুনা নেচরেলিষ্টতিক য়াম্না দরকার ওইরে। ফাগী জুগাইগী মরমদা ওইরবসু হকচাংগী ফিভমগী অশোয় অঙাম, পৈথোক পৈশিন্না কোমেদিয়ানগী রোল ওইনা পুবা য়াদ্রে, দাইলোগ তা মওং তানা, মমাংঙৈগী শুমাং লীলা হৌরকপদা অহন লমন লাইওইরবশিংনা তৌরম্বা ফাগীগী স্তাইল নৎত্রবদি হৌজিক্কী মতমদা চৎনরক্রে...
- গুরু বীরজিৎ ঙাঙোম্বা

... খৃ: ১৯৬০ দগীদি অইবশিংগী শুমাং লীলা কয়া পুথোরক্লে। অথোকপম তোমচৌগী 'প্রমোসন'না সেঞ্জা থুমজানা চাহৎলবা লমদমসিগী ভাবোকশিংদা য়াখল খঙ্হন্নবগী মচাক ওইখি... তোণ্ডা, রামচরন, হাওবম তোম্বা, বোরমনিনচিংবা অইবশিংগী

*লীলা প্রজানা য়েংনখ্রবসু ঙাইরাংবম ইবোহলগী নিংথেম মচা অহুম, খুঙ্গংগী লৈরাং, ইপাগী ইবুংঙো (দাকু জগৎসিং বীনোদ), অবির খান (মৈজ্রাও আজ্ঞা ইবোতোম্বীনা বীরসিং), অজ্ঞা জুগেশ্বর (মৈতৈ) না অবুং অমদি হৈঙাং শামুনা (অবিরখান) লমদমসিগী মীয়াম্না মীৎয়েং তারবগী মতুংদা ঙাইরাংবম ইবোহলবু শুমাং লীলা ইবা ইবোহল হায়না খংনৈ। থংমু নাইমু ওইনা থোক্লককখি। থাংজম বীরচান্দ... ইবোহল অমসুং বীরচান্দগী খুৎইদা খেন্নবা লৈ। ইবোহলনা হান্না লৈরম্বা শুমাং লীলাগী পরিংদা মীৎয়েং থম্লগা খুৎ থাই। বীরচান্দদি অনৌবা টেক্নিক অমগা লোইননা খুৎ থারমই। মসিমক মহাক্কী 'খম্নু ৮২'দা ময়েক লানা উবা ফংখি। ঙসি ফাওবদা অয়েংবশিংগী থম্মোইদা তুংদুনা লৈহৌরিবা মহাক্কী লীলা খরদং পল্লবদা 'ডাক্তর বাবু' 'মণ্ডলানগী মাঞ্জা' 'হাউসফুল' টাউন শাদানবা' অসিনচিংবনি...। শুমাং লীলাগী মরমদা থিজিল্লিবশিং অমদি তুংগী মীরোলগী য়েংদুনা অইবশিংগী স্ক্রপ্ট প্রিন্ট তৌদুনা থম্বিরম্বা ফৈ...। অইবশিংনা ইরকপসু দাইরেক্তরগী অনিংবগী মতুং ইন্না ককথৎপদা অইবনা থাগৎচরিবা মোত অদুগা মমৈ মকোক শম্নদবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। ককপা তারবসু অইবগা তানরগা ককথৎপা অমদি হাপচিনবা ফৈ... শুমাং লীলা অহিংবা মেদিয়া মখল অমনি...।* *- রাইটর চনা লুখোই।*

*...মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমি লিংখৎখিবা মতুংদগী শুমাং লীলাগী লিচৎ হোংলকখি। একাদেমিগী পোলিসিদি শুমাং লীলা য়োকখৎপা, মুৎখিদনবা ঙাক শেনবা, অমদি শন্দোকপনি। শুমাং লীলাসি ফোক থিয়েটর হায়বদা য়ানরি... অদুবু ফোক থিয়েটর অমা ওই হায়বগী চপ চানা খণ্ডনরিবা মচৎশিংদুদি একাদেমি ফাওবনা কনবা ঙমদনা শিখ্রে... নুপী শুমাং লীলা কাংলুপ খরনা শান্নবা নত্তনা উদরে... একাদেমিনা ফেষ্টিবেল তৌদুনা কম্পিতিসন তৌবনা ৱাচৎ ৱানোমগী ৱাথোক চহি খরগী মমাংদা তাখিবা লৈ। জজ খরগী মায়খুবা ৱাথোক খরসু থোকখ্রে... ঙসি উরিবা শুমাং লীলা হান্নগী শুমাং লীলাগী লিচৎতু নৎত্রে...।* *- ডা: ময়েংবম অক্ষয়কুমার।*

*... শুমাং লীলাদা য়েংলিবা ভাবকশিংদি খনগৎলবা লাইরিক লাইশু হৈরবা অফ-ফত্ত খনবা ঙম্নবা ইন্তলেকচুএল পিপল ঙাক্তা ওইদে। মসিগী ভাবোক্তি কম্যুনিতি অদুগী পাঙথোক্লিবা মফম অদুগী, ফোক গ্রুপ অদুগী অপুনবা মীওইশিংনি। চহি খেন্নবা জাৎকী খেন্নবা, মহৈগী থাক খেন্নবা, নুপী নিপাগী খেন্নবা, অঙাংনা য়েংবা য়াদবা অহনশিংগীদমক্তনি হায়না তোঙান্না শেম্বা অমা লৈতে...। মতমগী ফিল্ম প্রদ্যুশরশিংনা বোক্স ওফিস হিত ওইনবগীদমক্তা ইম্মোম্নেল ওইবা থৌদোক খরা পণ্ডশা শাগৎলগা লল্লোনপোৎ ওইনা থাদোকপা ফিল্মশুম ঙসিগী শুমাংলীলানা হিংদুনা লৈবদি চুমদবা অমনি ... প্রোব্লেম লৈতবা ৱাফম অমনা কমরসিএল ফিল্মশিংদগী লৌথোক লৌশিন তৌরগা*

*শেমগৎপা ব্রারীশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা নৎত্রগা পৃথিবীগী থৌদোক ব্রাথোক অমদা হেক্তা তোংসিন্দুনা লীলা কয়াবু শেমগৎলবা মহৌশাগী শুমাং লীলাগী মরমচং অদু পুমথু থুগাইরগা চংশিল্লবদি আর্ট ফোর্ম অসিগী ব্রাংখংলক্রবা লম্বী ওইরকওই ... শুমাং লীলাগী মেদিয়মদি ঐখোয়গী কলচরগী মশক খণ্ডহনবদুনি... ।*

*- ডা: রাজেন তোইজাম্বা ।*

*... মণিপুরগী ষ্টেট কলা একাদেমীনা পাংথোক্লিবা শুমাং লীলাগী ফেষ্টিবেলদা লীলাগী মমল লেপ্পক্লদবা ভাবোক্কী নংত্রগা জজ্জশিংগা খেন্নবা কয়া থোকপা য়াই । থোক্লিবা অসিমক্তি লীলাগী খোংজেলদি লীলানা জজ্জগী মিংয়েংদগী য়াংবা হেল্লে হায়বনি... ।*

*এম সি অরুন ।*

*... শুমাং লীলাগী তোঙানবা অর্থ অমা লৈরি, মদুদি শুমাং শুমাংদা কোইনা চত্তুনা শান্নবা লীলা হায়বনি । অসুম্না শুমাং শুমাংদা চংতুনা শান্নরিবা লীলানা সমাজদা পীরিবা কান্নবদ্রসু থিয়েটরনা ওইদে, সিনেমানা ওইদে - হায়বদি ঙসিগী সমাজগা পুন্সিগা হেন্না নকশিন্নহনবদি শুমাংলীলাগী ফিরেপ শেম্লগা অফবা খুংলাই ওইবা য়াগনি... নেকেদ দ্রামা হায়বদুমক য়াবা শুমাংলীলা ওষ্ট্রোরকপদা চোংথাম ময়ুরধ্বজ (নিংথেমজাও) সিংহ শুমাংলীলাদা খোঙদারকখি । চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তগী দ্রামাগী জগত্তা মশক নাইবনি । মহাক্কী "নুংশি লৈরাং" লীলাদগী নুপী শাবী কলাকারশিংনা ফনেক ফিরোল পুদুনা চংলে । মেকপ শিজিন্নখি !... সাহিত্যদি মীওইবগী পুন্সিদগী শেম্বনি, সমাজদগী পোকপনি, থৌদোক কয়াদগী লাকইবনি... । সাহিত্য হায়বসি লোলগী পাম্বৈনা পুন্সিগী অকুপ অরোন পুম্নমকপু মাইকৈ শুনা নুং-য়ৌনা ফোংদোকপনি... ইতিহাস ভুগোল জ্যোতিষ শাস্ত্র অমদি বিজ্ঞানগী লাইরিক অসি সাহিত্য নত্তে... (মরক থংনা) ইং কুমজা ১৯৬৭ দা বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা থিয়েটর সেন্টরনা পাঙথোক্তুনা শুমাংলীলা (যাত্রা) ফেষ্টিবেল, মথংদা মণিপুর পব্লিসিটি দিপার্টমেন্টনা, ১৯৭৩ দগী মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিনা পাঙথোরক্লি... সাহিত্য পরিষদনসু শুমাং লীলাগী শান্নরোই নোংবান শাবা লোইতাম য়াইমা উপাধি পিবা হৌখি ... শুমাং লীলাগী স্কুপ সাহিত্যনি ...*

*- ওঝা নিঙোম্বম ইবোবী ।*

*... মণিপুরগী শুমাং লীলাবু য়ুরোপকী থিয়েটরগী কাখল মনুংদা থম্লোইদবনি । শুমাং লীলা হায়বা আর্ট ফোর্ম অসিদি খ্বাইদগী পৈশা চঙদবা অমদি মীয়াম্না য়েংননিংবা মতমদা হেক্তা উহনবা ওস্বগী খুদোংচাবা পীবা অমনি । লমদম অসিগী ওইবা ঈশিং নুংশিংকা চুশিন্নবা মওংদা থকশি খাসি চংন লোনচং অদুনা য়োমশিল্লগা প্রেম ভক্তিগী অচুম্বা শক্তম কায়গসু লোয়ননা শেমস্ত্রবা আর্ট ফোর্ম অমনি । ঙসিগী মীরোলনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু*

*অনৌবা অমা শেন্নুদুনসু ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা শক্তম অসিদগী হেন্না ফজবা মহাও অমা পীবা ঙম্বগী মমি তমদ্রি। মণিপুরগী শুমাং লীলাগী অশেংবা মশক অদু কনশি হায়রবদি হৌজিক চখরিবা মওং অসিনদি শুকয়া য়ারোই হায়জনিংই ....*

*- কুল্লচন্দ্র খুন্দ্রাকপম।*

ওঝা গুরু অখণ্ড অহৈশিংনা শুমাং লীলাগী মরমদা তাকপিরম্বা পুক্লিং চংনা পাজবগা লোইননা খঙনবা হোৎনজরে। সঙ্গিত নাটক একাদেমি, নিউ দিল্লিনা ইম্ফাল যাত্রা এসোসিএসনদা থারকপা চিঠি নম্বর ৬-৬/৮২-৮৩/১৪৪১ তাং ১০-৩-৮৪ গী মতুং ইন্না অরিবা পালা অমসুং মণিপুরী যাত্রা রিকোগ্নাইজ তৌই হায়বসি খংই। মসি ফাওবদা শুমাংলীলা কাংবুনা সঙ্গিত নাটক একাদেমিগী মখাদা ৱার্কসোপ অমা ফাওবা পাংথোক্লিবসিসু শুমাংলীলাগীদমক হোৎনগদবা য়াম্না ৱাৎলী হায়বদু ষ্টেট কলা একাদমিনা খঙবা অমদি মদুগীদমক হোৎনবা ৱাৎপগী খুদমনি হায়নিংই। পারফোর্মিং আর্ট অমা ওইনা মণিপুরগী শুমাং লীলা পৃথিবীদা অতাঙবনি। ধুলোক্লা লীলা হৌই, ধুলোক্লা লীলা লোইশিল্লি। শান্নবগী মফম মতম অখন্নবা লৈতে, য়েংগদৌরিবা মীয়ামগী চহি, ক্লাস লৈতে। চহি ৭ ।৮ শুবদগী চহি ৮০ শুবা নিপা নুপীগী লীলানি। ওদিয়েন্সকা শগোন্ননা, খ্বাইদগী নকশিন্নবা লীলানি শুমাং লীলা। ওঝা গুরুশিংগী সজেসন খরসি শুমাং লীলাগী ঙসিগী শান্নরোইশিংনা খন্নরগা থবক ওইনা পাঙথোকপিরবদি মালেমদা শুমাং লীলা হিংবা য়াই। অমসুং পৃথিবীগী লৈবাক অতৈগী কলাকারশিং শুমাং লীলা তম্বা শোয়দনা লাক্কনি।

থাঙজম বীরচান্দ

# ৱামাং য়ানবা

মণিপুরদা শুমাং লীলা হায়বা কুম্মৈ মখল অসি, অসুক্কী মতিক মশক-মমিং নাইরবা কুম্মৈ মখল অমনি। লমদম অসিদা শুমাংলীলাবু পামদবা মী তাংই। মতমগী য়াওল মতুং ইন্না শুমাংলীলাগী আর্টিষ্ট অমদি মসিগীদমক খোংবান চেনবা মীওই কয়া অমসু থোরকপা লেপ্তরি। মণিপুর সরকারনসু কুম্মৈ অসিবু মশক খণ্ডবিদুনা ষ্টেট কালা একাদমিনা শুমাং লীলাগী ফেষ্টিবেলনচিংবা শিনবদা শরুক য়ারক্লি। অদুবু ঙসিগী মীরোল অসিনা শুমাং লীলাগীদমক পাঙথোকফম থোকপা থবক কয়া অমদি খূৎ ফাওবা থাবা হৌদ্রি হায়বা য়ারি। খুদম ওইনা শুমাং লীলাগী মরিক চুম্বা পুৱারী (ইতিহাস) অমা শেমদুনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রি। শুমাংলীলা হায়বদু মসিমখৈ ওইগদবনি হায়বা লীলা খূৎপু খুদিংনা ঙাক্লগদবা কাংলোন অমা শেমদুনা থম্বা ঙমদ্রি। পৃম্নমক অসিগী মথক্তা শুমাং লীলা ওইনা লৈবাক মীয়াম্না ফৈ ফজে হায়নখিবা কয়াগী ময়েক লাইরিক ওইনা ইপু পুথোক্লুদে। অইবশিংগী মাইকৈদগী লীলা ওইনা মীয়ামদা লাপ্লোকখিবদুনা অরোইবা ওইনা লৌনৈ। শম্না হায়রবদা ষ্টেট কলা একাদমি অমদি মণিপুর শুমাং লীলা কাউন্সিলনা শিনখিবা অথোই অহেন তান্নবগী ফেষ্টিবেলদা মকোক মথং তাপ্লবশিং কয়া লৈপ্লে। অদুবু মদুগী ময়েকশিং অদুদি থিবা খণ্ডবা ফাওবা য়াওরবনি।

অসিগুম্বা ফিভম অসিদা মণিপুরী শুমাং লীলাগী তাইবংদা অইবা অমা ওইনা মশক নাইরবা থাংজম বিরচান্দনা মহাক্কী অনৌবা শুমাং লীলাগী ময়েক খর খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোঙননবা খোঙথাং অমা লৌখৎনিংই হায়রকপদা লময়ানবা পাব্লিসর্সনা ঙমজবা খরদং চৈঙাক ওইনা পীজবনি। অইবা অসিগী তোঙন তোঙানবা পাউজেল পুবা শুমাং লীলা মরিগী অপুনবা লাইরিক অমা শুমাং লীলা ভোল্যুম ৱান হায়না মিংথোন্দুনা চহি কুম ২০০৭কী ফেব্রুৱারীদা লময়ানবা পাব্লিসর্সনা মীয়ামদা লাপ্লোকচপ্লে। অইবা অসিগী লেপ্পা লৈতবা কলমগী ঈচেলদগী থোরকপা অনৌবা শুমাং লীলা মরি (১) নচাসু ইচানী, (২) থরো থম্বাল থারিকথা, (৩) মীহাৎপুঙ্গী নিংথৌ অমসুং (৪) ইচা পুখিবা য়ারোই হায়রিবা লীলা মরি অসি পুন্সিন্দুনা শুমাং লীলা ভোল্যুম টু হায়না মিংথোল্লবা লাইরিক অসি অমুক পুথোক্লবা অইবনা থৱায় য়াওনা হোৎনরকপনি। মসিদসু লময়ানবা পাব্লিসর্সনা ফোঙদোক্ল বগী দাইত্ব লৌজবা ফংবসিমক মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা শুমাং লীলাগী লৈচল অমগা অমুক হাপকৎচবনি হায়না খঞ্জে।

থাংজম বিরচান্দ লমদম অসিগী ইহুল খঙনবা হোৎনবা অইবা অমনি। লমদম অসিদা থোক্লিবা অমদি থোক্লবা য়াবা ৱারু-নুংলু কয়াদা পাওতাক পীবা অমদি ৱাহং হংবা মখলগী লীলা খুৎইশিংঙাক্তদা খুৎ থারকপা অইবনি। মহাক্না কুম ২০০৭ সিগী মমাংদা শুমাং লীলা য়াঙ্খেগী মথক্তা ইগ্রে। অদুগা লীলা ১৫ রোমদি কুম ১৯৭১ দগী ২০০৬ ফাওবগী মনুংদা ষ্টেট অসিগী শুমাং লীলা ফেষ্টিবেলশিংদা বেষ্ট অমদি সেকেণ্ড বেষ্ট প্লেগী মনা ফংগ্রে। ২০০৪ দা অইবা অসিগী লীলাগী লমদা তৌখিবা কন্ট্রিব্যুসনশিংবু শকখংবীদুনা মণিপুরী শুমাং লীলা কাউন্সিলনা মণিপুরী শুমাং লীলা এৱার্দ, ২০০৪ পীখ্রবনি। অদুবু মহাক্কী লীলাশিং অসি লাইরিক ওইনা ফোংদোক্লবা খোঙজং অমা মরোমদোম ৱাখলদগী পোক্লকখিবা অমদি থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনরকপসিদি হৌখিবা চহি ২০০৬ তগীনি। হন্দক্কী শুমাং লীলা ভোল্যুম টু অসিগী মতুংদা অথোই অহেনগী মনা ফংখ্রবা মহাক্কী সমাজিক লীলাশিংসু মখা তানা ফোংননবা পান্দম থল্লি। অসুম্না অইবনা মঙজরিবা মঙলান অসি মঙফাওননবগী লম্বীদা লময়ানবা পাব্লিসর্সনা সুপ্পগী থৌদাং মচা অমখক লৌজরম্বনি। লাইরিকশিং অসিগী মতিক মঙন লেপ্পীবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যদা ফিদা অমা পীবিবা হায়বদুদি খ্বাই তরাগী থৌদাংনি। ঐখোয়গীদি অইবশিংবু পূক্লিং থৌগৎচবখক্তনি।

ডা: লাই ইমো

তাং ১৪।৭।২০০৭ লময়ানবা পব্লিসর্স

# মনুংগী লমায়শিংদা

*প্লেগী মমিং / লমায়*

১

# ইবোহলগী য়ুম (অয়ুক)

ইবোহলগী মনাওনিপা ইবোতোন, ইঞ্জিনিয়ারগী নুপী সোবিতা মপামদা চাক চাবা চৎকদবগী মকে শেম্বা লোইরে, থোরকই। টি ভি নৎত্রগা টেপ থাগৎলী, রোক-এন-রোল, মেক-অপ তৌরগা ডান্স। ঘড়ি য়েংই, ইবোতোনবু ঙাইবনী। মপুরোইবা চংলকই।

ইবোতোন ঃ ঐহাক্তি লোইরে। নহাক্ত লোইশিন্নুচো।

সোবিতা ঃ ঐহাকপুদি লোইরে।

ইবোতোন ঃ সোবিতা, ইমুংগী পৈশা শিন্নখ্রেকো, কয়া পিখ্রে?

সোবিতা ঃ কয়া পীখ্রে হায়ববু করিনো? নহান চেং বেগখায় অমা পীখ্রে। ঙরাংদা নত্তরো, ঐখোয়না ঙা কেজি অনী লৈরক্লুনা ইমুং হুপ্না চামিন্নখিবদু কদৌরগে?

ইবোতোন ঃ চেং কিলো ৫০, ঙা কিলো ২/৩ লৈরগা ইমুংগী চাকখুম অমগী য়ারে হায়না খনবরা সোবিতা? নোংমদা মী অমগী চাকলুক অনী থা অমদা ৬০, মদুগী এঙ্গাং, থোংনবা গ্যাস, থুম-মোরোক, ঙারী, থাউ ... চাকশঙগী হিশাব শুবা হৈনবা হোৎনবা ফৈ।

সোবিতা ঃ ঐখোয়না মপুঙ ওইনা পুরগা, মকুপ মতাদুদি মখোয়না পুবা য়াইনা।

ইবোতোন ঃ মখোয় হায়বদি?

সোবিতা ঃ ইচেগা, ইতৈগা।

ইবোতোন ঃ ঙা থোংবদনা এঙ্গাং মপুঙ ফাদবনী। মোরোক মেৎপা অমসু দরকার ওইবগুম বা ঙাংবদা ব্যবহার মচেৎ মচা অমসু হাপ্পা ফৈ।

সোবিতা ঃ মকুপ মতাদুদি লুপা ৪০/৫০ মঙায়দনা চঙলবদা।

ইবোতোন ঃ চেংগা ঙা অতেকপগা তাচৌগা ইতৈমাগী দায় ওইহনখ্রগা, ঙারী ঙাতাই, ধুপ, মরোই-মপাং, থাউ, তিলহৌ-চনম, কোন ফেংনবা ভিম পূন্নমক

অমদি লৈকাইগী শেনখায় বার্ত্তনগী পোয়েং নহাক্কা দায় ওইবা ঙল্লগদরনে সোবিতা ?

সোবিতা ঃ করি ৱাঙাংনো অদুবো ? ঐহাকসি অনা শিকিগী মী ওইনা উবীবদি ঐবু ইকায় পীবনি। ফরবসু ফৎত্রবসু ঐহাক মিনিষ্টরগী নাইতোম পোকপী মচানুপীনিদা। লুহোংবদা গ্যাস, টি ভি, ৱাছিং মেছিন, ফৌ, স্না খাঙেন, অমত্তা ৱাৎতনা উল্লকই। ঙাচেৎ থুমচেৎকী থবকপু ঐঙোন্দা হায়বীবরো ? থবক শূনবা মীনাই নুপী অমা থম্বদি তামোগী তলবনসু হেন্দোক্লা ঙমই নৎত্রনে ?

ইবোতোন ঃ চাক থোংনবা বামোন অমা থম্বসু ঙমইদা। ঐসু খঙই, নহাক ইনাক খুনবী নিঙোলনী। নশকসু ফজে। ঐহাক্লা পাল্লিবদি নহাকসে মৌ অমা ওইবা, য়ুম্বুরেনবী অমা ওইবনী। নুপী অমা ওইনা শিনফম অমা ফাওবা হৈতবী নিঙোলনা য়ুম অমগী মৌ ওইবসি, লৈকাইগী য়ুম পুবী মৌশিংনা নহাকপু করি ওইনা খন্নখিগদগে খল্লিবনী।

সোবিতা ঃ লুপা অমা থোক্তবী মৌনা থবক শূগদবনী, কৈথেলদগী এঙ্খাং লৈনিংঙায় পৈশা পায়দ্রবদি ইংখোল কোইবা মশানা তাবনী। চরা হেন্দনবা অচোপ অরেং থীদনা মীনাই, কুলী ওইগদবনী। ঐহাক্কী লৌ পরি অনী উল্লকই। লৌশালনা ঐখোয় চাবা কোন্নগনী। চাকশঙগী দরকার ওইবা শিকি অনাগীনা ইপুরোইবা তলব চাউনা চারী, ৱাৎলবসু ঐনা ইপামদগী লৌরুনী। ঐহাক্লা ইমুং অসিগী মৌ ওইবদা লৈকাইগী মৌগী মমাংদা করি চোপ্পিংঙাই লৈগে ?

ইবোতোন ঃ ফেসননা অমসুং শকনা, মৌ অমগী ক্বালিফিকেসন নত্তে হায়বসি ঐখোয়না হয়েং তোঙান চারবা মতমদা খঙলক্কনী সোবিতা।

সোবিতা ঃ হোয়নে, ঐখোয় মীগা য়েৎনররোইসি। তোঙান চারসি। ঐখোয়না তোঙান চারবা মতমদা তামো এঙ্খাং কয়াম হাউনা চাবগে, কয়াম নুঙায়না লৈবগে হায়বদু লৈকাই খঙহনসি। সোবিতা ঐহাক্কী মৌ অমা ওইবগী শক্তিদু য়েংউদনা —

ইবোতোন ঃ নহাক তোঙান্না চাবা পাল্লে ?

সোবিতা ঃ পাল্লে।

ইবোতোন ঃ অদুদি চারসিরা — (করেম্নবনি)

সোবিতা ঃ ঙসিদগী চারসি। হোরেন ইপামদগী হল্লকপদা ঐখোয়গী চাকখুমগী পোৎ অমত্তা ৱাৎতনা পুরক্লসি। য়ারেকো? হেরা, মিনিষ্টরগী মচা নিঙোল ঐহাকপু মৌ অমগী ক্বালিফিকেসন য়াউরক্তবী নুপী অমগুম্না খনবদী হে হে ...

ইবোতোন ঃ খন্দে। কনানা খল্লী হায়বগে? ঐহাক্না হায়বদি — অচৌ-অশাংগী মচা-মচন বি এ, এম এ না শেন খরা পায়রগা য়ুমগী মৌ হায়বদি য়ুম্বুরেম্বী অমা হেক্ত ওইবা য়ারবরা হায়বা ৱাহংসি ইশা ইতোমতা হংজবনী। তুরেলগী লৈঙোই শেক্তাদগী য়ুম্বাল্লোন্না হেন্না কুপই হায়রমইবসি অপঙবা মৈতৈ গধা হনুবা কনানা হায়রমইবনো? (খল্লি)

মৈতৈ চনুরা অমবু মৌ ওইহনবগী মতাংদা — ৱারোইপোৎ, হৈজিং-খরাই, লুহোংবা, মঙানী চনবদা মপাম চাক্কৌবা ... মসিদা শাগৈ-নাতৈ, লৈকাইগা মৌ ওইগদৌরিবীদুগা মরী অমত্তা লৈনদবরা? মতৈ মকুদা ফীরুক খুম্বগী অকনবা চৎনবী অমা লৈরম্লিবসিনা করিগীনো? ঐখোয়সি টুয়েনতিফার্ষ্ট সেনচুরিগী মী ওইরবনীনা মৈতৈ ওইদবা তারবরা? মৌ অমগী মথৌ অসিবু মতৈ-মনাওখক্তগী ৱাখল খনবা, নুঙায়নবা হোৎনবা খক্তুরনে? ৱাহং অসি কনাগুম্বনা নঙোন্দা হংলক্লবদি —

সোবিতা ঃ হংলকপা য়াই।

ইবোতোন ঃ হংলক্লবদি নহাক করি পাউখুম পীগনী?

সোবিতা ঃ ঐখোয়গী পুন্সিগা অতোপ্পাগী পুন্সিগা মরী লৈনদে।

ইবোতোন ঃ হায়বদি ক্লাস ৱান ঐখোয়গা সেকেণ্ড ওর থার্দ কী মীগা মরী করিমত্তা লৈনদে? অদুবু সমাজ অসিদা ইনাকখুনবগা লায়রবগা, মপুগা মনাইগদি পুন্না লৈমিন্নরী, হিংমিন্নরী মসিনা কমদৌবা? কৈনা নাপীগা মতেং পাংনদ্রবদি কৈদি নাপী, উ, শা, লৈতবা মরুভুমী নৎত্রগা সমুদ্রদা লৈরুবা তাবরা? করম্বা চহিদগী ইনাকখুনবা শেন পায়বা কাংবুগী ঈরৈবাক, লায়রবশিংগী কংলৈপাক হায়না ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু অনিথোক্লা খায়দোকখ্রবগেনে সোবিতা?

সোবিতা ঃ কুইরেনা মদুদি খাইদোকখিবা। অদুনবু ইনাকখুনবগী মচা-মশূনা আই এ এস, আই পি এস, প্রোফেসার, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার ওইরে। লায়রবগী মচানা হোম গার্দ, রিক্সো ড্রাইভর, কুলী, মীনাই ওইরিসিদি।

ইবোতোন ঃ ও ! চুমইনে, ইকুবোক মিনিষ্টরগী মচানুপীনিনা খুদক্তা পাউখুম হেক্তা পীরিবনীনে। অদুওইরদি রুলিং এম এল এ গা ওপোজিসন এম এল এ গা করি খেন্নে।

সোবিতা ঃ রুলিংগী এম এল এ দি মিনিষ্টর ওইবা য়াই ওপোজিসন গীদি য়াদে।

ইবোতোন ঃ করিগুম্বা রুলিং এম এল এ কাংবুগী মিনিষ্ট্রি অদু কায়দুনা ওপোজিসন গী এম এল এ শিংনা অনৌবা সরকার অমা শেমখ্রবদি রুলিংগী এম এল এ ওইরম্বদু অদুম মিনিষ্টর ওইখিগদরা ?

সোবিতা ঃ অস ! ব্বারেম ঙাংদুনা মতম মাঙহনবা ফত্তে, ইমানা ঙাইরম্লনী। ঙা লৈবা থেঙখ্রনী, চৎলসে —

ইবোতোন ঃ চৎলসি। ব্বারেমসি ঐগী তলব ইমুংগী পীবগী মতাংদগী চখরকখিবনী। তাজৌদা কয়া পীখ্রে ?

সোবিতা ঃ কদৌবগী পীগদৌরীবনো ? তলব অসিদি ঐখোয়গীনি। ঐখোয়না চাবগী চেং পীরগা ঙা লৈরগা লোইরে। চৎলসে থেঙখ্রে।

ইবোতোন ঃ চৎলসি, অর্থ খঙনদবা মী অনী কুইনা ব্বারী শাবা কান্নররোই — (ইমুংদা য়েংলগা) করিনো আ - কাংখদা লৈরিবসে ?

সোবিতা ঃ করিনো ? ইহে, ঙরাং নুমিদাংগী কোন লুখাক অসিদি ঐহাক ফেংবা কাউরম্মেদনা। কমদৌনী ? ঐহাক্তি ঈরুজরে। ইচেনা মরাই লোইশিঞ্জহৌরনী। চৎলসি লাকও, থেঙখ্রে — (চৎখ্রে)

ইবোতোন ঃ ফজে। ফজদবা নত্তে। হেন্না ফজরকখিনী। থবক শূনীংদবী তোনানবী ইনাক খুনবা ইমুংগী খুজিল শংবী নিঙোল লুহোংলুবগী ঐহাক মহে থুনা চাগদৌরী ? লুহোংদ্রিবা নিপা খুদিংমক ! য়ুম নান্না ঈঙনা নুঙায়না পানগে হায়রবদি ইনাকখুনবা ইমুংগী থবক শূনিংদবী নিঙোল লুহোং-ও ! (মতৈমা চান্দনী তাদুনা লৈরমই। চান্দনী, থবক ইনখাং শূরুরগা থোরকপনি। ফনেক, খুদৈ মতেক মঞ্জুনবা, মশম ইফা ফাই, পুন্দি পুল্লী)

চান্দনী ঃ করিগীনো লাউদুনা লৈরিবদি ? চাক্টোরী হায়বদাই, থেঙদ্রিবরা ? চৎলোদনা। সোবিতাদি লোইশিন্দ্রিবরা ?

ইবোতোন ঃ মা থোকখ্রে। চৎলগে ইতৈমা। অদু ঐখোয়গী কা ....

চান্দনী ঃ হোয় হোয়। ঐহাক লোইশিনহৌরগে। চৎকদবা নখোয় চৎখ্রো। ঙাইনরম্মনী।

ইবোতোন ঃ অদুদি ইতৈমা ঐখোয় চৎলুখিগে — (চৎখরে)

চান্দনী ঃ (ইমুংদা য়েংলগা) নুমিদাংগী লুখাক লোইশিল্লমউ। অয়ুক য়াহৌবদা লুখাক মায়োক্লবসি থবক চথোকপদা মঙ্গল ওইদবনী হায়বসি য়াবা কৌবা লৈতে। ঐহাক্কী ইনাওনুপীসি করি থোক্লগবা খঙদ্রেদা।

ইবোহল ঃ (চংলকই) কদৌরে, নহাক্না ঙুরুং ঙুরুং ঙংলিবদুবো?

চান্দনী ঃ নুমিদাংদদি টি ভি, সি ডি য়েংনবগী মতম কাইথোক্তবা য়াদবনীনা, লুখাক চগুম ফেংবা শেংবগী থবক অয়ুক্তা পাঙথোকপা তাবনী, নৎত্রনে, অদুগা মপামদা চৎনবগীদমক নোংঙান্দ্রিঙৈদা ঈরু মাইথজবনিনা লুখাক ফেংবদি হৌনব্রদো। চৎকদবা মখোয় মকে শেম্লগা চৎহনখ্রগা ঐহাক্না লোইশিনহৌবা তারবদো —

ইবোহল ঃ চান্দনী! নহাক্না হায়রিবদু ঐহাকসু উই, খঙই। অদুবু নহাক, ব্বারৌ পুকলৌবগী মওং মাল্লী। নহাক থৌবালদগীনি, ননাওনুপী সোবিতানা নাগামপালদগীনি। অদু কদৌরগে, ইমুং অমগী মৌ ঙাক্তনী। নখোয় অনীগী শকলোন মখল মখল উৎনৌ। নখোয় মৌ অনীগী নপুরোইবা ঐহাক ইবোহল অমদি ঐগী ঈরেমখাক ইবোতোন ইমা ইপা অমত্তগী মচানী। ইচিন ইনাওগী মরক্তা লম্লানবী মৌ নখোয়না শম্বন খাদুনা নুংশিনদনবা, মদুদদি শীনগনু চান্দনী প্লিজ —

চান্দনী ঃ মখোয় তাজৌগা ইনাওনিপা ইবোতোনগা কায়ননবা, খৎননবা ঐনা করিগুম্বা থৌরাংবদি লায়রদানা খনখিবা লৈরবদি ঐ ... ঐ .... ঙসি অহিং অসি মঙলাক্লদুনা শিখ্রগে — (কপই)

ইবোহল ঃ চান্দনী! নুঙায়খিদ্রে। নহাক্না অদুক য়াম্না সেরিয়স ওইরীবা করিগীনো?

চান্দনী ঃ ইনাওনিপা ইবোতোনবু মী অমা ওইনবা ঐনা চাবা থকপা তুংওইনরগা শেম্লকইবনী। ইনাওনুপীসু মহোয় তাজৌনা য়ুমগী অরৈ-লৈতা পূম্নমক মায়োক্লরগা লুহোংবীবনি। ঐহাকপুনা ইবোতোনগী মমা শক্লা মৌগী মনেমবোক ওইনা ইমুংসিদা সোবিতাবু কোল্লগা পুশিনহনবীখিবা নত্তরা? ইচা শক্লবী ইনাওনুপী সোবিতাবু ঐনা মৈতৈগী মৌ অমা ওইনবা শেম্বিফম থোক্তবরনে মহোয় তাজৌ — (পেহৌ পেহৌ)

ইবোহল ঃ নহাক্না তস্বিদনা কনানা তম্বী তাকপিগনী? ফুনিংলসু ফু। ফরে - ঐহাক লোইনমক খঙই। করিগী কপ্লিনো, মায়দু অমুক্তা তৈথোকউ। ব্রা অমা খন্নসি। ঐহাক্কী পেন্সনগী লুপা পুরক্লে। লুপা খরসি করি করিদা, কমদৌসিগে?

চান্দনী ঃ কয়ানো ঐখোয়না ফংলীববো?

ইবোহল ঃ কয়া ওইনী। ৩৫০০/- নহানগী পোয়েংগী পূরুবা লুপা ৩০০ দু পীথোক্লম্মে। দুকানগী বাকিসু শিংলন্নবনী। কয়া লেমইগে য়েংউসে।

চান্দনী ঃ অরেম্বদু শূরম্ননীদা।

ইবোহল ঃ পোৎ বনধোপ থমখিবগী শেন্দোইগা মরূপকী পৈশাগী খাইদোক্লগা কয়া লেমইবগে অমুক্তা য়েংউ। ঐহাক্কী খোংগ্রাউসু শেৎলীসিদা ঙাইরে, মসিসু শেগাইগদৌরে।

চান্দনী ঃ লুহোংবা, ষষ্ঠি, শোরাৎ - পোৎয়েং-চৈয়েংগী লুপা খরা হান্না খাইদোকপিহৌ। খুদক্তা ঐহাক পৈশা পূবা চৎপা ঙন্নরোই। লৈকাইসি মওং অমা তৌরে। মী খুদিংমক পৈশা পায়দ্রে, পৎ তৎলে হায়বা ব্রাহৈসি চিনফা লোইনা ফা-নরে।

ইবোহল ঃ শেন পায়বশিং, চিন্দুং ইন্দুনা চাকখাও তৎতুনা লোইনা শিরবদি ফরগদবনী। খনবদা কোকপু ঙাওরেদা চান্দনী। হৌজিক মতমগী লৈশাবী মচাশিং অসিনা মেদি শালব্রার শেৎলম্বদগী ফনেক হেক শেৎলকপদা চেনখ্রে, অদুদগী লুহোংবগী পোৎয়েং-পোৎপাংগী শেন্দোন শীংবা নংদনা মচা পোক্লে, ষষ্ঠিগী পোৎপাং মতমগী লাইচৎনী কনাদা তায়নরুনী? অহন ওইরক্তুনা শিবা মীগী শোরাৎকী পোৎয়েং, মরূপকী শেনখাই পুবা ফাওবা ব্রারবা অসিদা বি পি না, শিফাইগী মমাংদা জগোয় শারুবা নহারোলবু নোংমৈ গুলীনা হাৎপগী পোৎয়েংনা কুঙশিল্লকইবা। অরাঙফম ফম্বা, পালা কাংবুদি হরাওরম্বা য়াই, ঐদি জ্ঞান মাঙলে। চহি খরগী মমাংদদি পোৎয়েংসু ১০/২০ ওইরমই। হৌজিক্তি লুপা ১০০ না অতোনবা ওইরে। ইনাকখুনবনা ফুরা দলান মথং-মথং শাগৎলক্রি। লায়রবনা ইস্কোল মচেৎ মচেৎ য়োল্লগা হিংলী। খঙদ্রে, লৈবাকসি করি থোক্লগবা? ঈশিং খজিক্তা থকসি —

চান্দনী ঃ ঐ ঈরুজদ্রিয়ে। ফিলটরদগী লৌবীরুরো। লৈবাক্কীনা লৈবাক্কী থোকপা, ওইরক্লিংবদু ওইরসনু। ঐখোয়বু মতমসিগী খুনাইরকসিদা হিংনবা করি থবক পায়খৎপা তাবগে খন্নবা ফরবনীকো।

ইবোহল ঃ করি থবকনোনে ঐহাক্না শূরুদৌরিবসিরো? সরকারগী থবক তৌরম্লগা পেন্সন পীরবা মী হায়বসি লৈরাং ওইরগা লৈমন চল্লগা কেল্লবা, গাড়ি ওইরগনা কনদেম ওইরবনী। পেন্সন খরা হৈক্রু মনাদা য়োম্লগা পিরিবসে — মসিনা হিংনবা চারো হায়রবনী। নেপালি ওইরমদুনা সুবেদার, কেপ্টেইন ওইরম্লবসু চৌকিদার ওইরনী হায়বসু নত্ত, বেঙ্গলী ওইরমদুনা পেন্সন ফংলবা মতমদা দুকানগী কেরানী ওইবসু হৈনদবগুম তৌ। শিদ্রিবা ফাওবদি হিংবা তারেদনা।

চান্দনী ঃ চহি হুরানবা হৈতবনা পেন্সন ঙন্না চৎপনী। করিগীনো মহোয় তাজৌনা অদুক য়াম্না অহন ওইনিংলীবদুবো? শেন পায়দবা মীনা তুফক তুফাই চনবা, পাঙদবা কিগনবা য়াম্না পাঙদবা মীগী ৱাখলদা হকচাং ময়েং তাহনবা ফবরনে? ঐখোয়সু মীনি। অহিংবা মী অমগী কলেজাগা লোয়ননা হিংসিবা কদৌগে —

ইবোহল ঃ ঐবু কনানা হনুবা, পাঙদবা কলেজা লৈতবা নিপানী হায়রীবা? ঐঙোন্দা পাখং অমগী ৱাখল লৈরী, ঐ হিংখিনী, শিখিরোই।

চান্দনী ঃ হো অদুম্না গপ তৌদুনা হিংখিসিকো।

ইবোহল ঃ নহাক নথৱায় নুঙায়রবদি নোকপা ঙমগদ্রা?

চান্দনী ঃ করিগী ঙমদনী হা .... (নোকই)

ইবোহল ঃ করিগী নোকইনো?

চান্দনী ঃ ঐখোয়গী পুন্সিগা আশাগা খেন্নবসিদা নোক্লিংলকপা।

ইবোহল ঃ নোকপা কপ্পা মচিন-মনাওনী। অমুক কপ্লনুকো চান্দনী।

চান্দনী ঃ নুপীবু হরাওহনবা কপহনবা নিপাদা লৈবনী। ঐ চাক থেঙখ্রে। ইনাও নুপীগী লুখাক ফেঙগদবসু ৱাৎলী — (চৎখ্রে)

ইবোহল ঃ হৌজিক চান্দনীনা হায়রম্বদু করি? নুপীবু নোকহনগে কপহনগে নিপাদা লৈরে। অদুনদি ঐ নিপা ওইদবা য়াদে। নিপা ওইবা তাই — (চংখি)

---

# ২

# মিনিষ্টর শেলুংবগী য়ুম (অয়ুক)

(নেতাগী ফিজোল শেৎপা শেলুংবা শাউনা থোরকই)

শেলুংবা ঃ লায়রবা! শেন পায়দবা! নখোয়না ইনাক খুনবা, শেন পায়বা মীবু কল্লকইবা, য়েক্লবা ওইনা খল্লীবা করিগীনো? নখোয়বু কনানা শেন পায়গনু, লায়রবা মী ওইয়ু হায়? লায়রবা নখোয়না ভোৎকী মতমদা কেন্দিদেট তগী লুপা ৫০/১০০ লৌবা নৎত্রা-ও? অদুগা ভোৎ কাখিবা এম এল এ অদুনা নখোয়গী চাউখৎ থৌরাংগী চাকথুংদগী লুপা লাক্ষ ৫০/ক্রোর অমা মরন্নাই ওইখিবদা নখোয়না শাউরীবা করিগীনো? ঐখোয়না নখোয় লায়রবা প্রজাদগী লৌরিবা খুদোংচাবসি কল্লক মীহৌবদগী অর্ম্মি, ওফিসার, আই এ এস, পেন্সনর নেক্লগা ভোৎ লেপখ্রে। কাবদী লায়রদনা ডিপোজিৎ মাঙবা য়াউখ্রবনী। প্রজা নখোয়সি অপঙবা জিবনী। অপঙবগী মরলদি অশিংবনা চাই হায়না শ্রীগোবিন্দজীনা হায়খ্রবনী। (হিজম ইরাবোৎকী লৌমী শীনমীবু হৌদোকপগী ঈশৈ খোঙলকপা তাবা। শেলুংবা মনাকোং মেনবা।)

হায় চাউবা! স্কুলদা খোঙলীবা মাইক অসি অসোমদা ওম্বোকখো হায়রুচো। ঐখোয়গী সরকারনা ইরাবত দে দা সরকারগী ওইনা ছুটি ওইনবা হুকুম থোকখ্রবনী। অদুবু মসিগুম্বা ঈশৈ অসি তানিংদে। অশিংবগা অপঙবগা, লমহুইগা গধাগা কদৌনুংদসু মান্নবা য়ারোই — (বাবা, গুলী অমা চাই)

অশিংবা হায়বদি ঐখোয় রাজনিতীবালা এম এল এ, মিনিষ্টর, ওফিসার অচৌ-অশাং, কারবারবালা মহাজন, ঠিকাদার, ইঞ্জিনিয়ার (ষণ খোংলকই) হৌজিক ফাওবা ষণ ষণগোন্দগী থাদোক্লিব্রা-ও? — লায়রবনা কনা? প্রজা নখোয় লৌমী, শিন্মী, পৈশা তানগেদি খন্দ্রগা ইনাকখুনবা মীগী চনী মেংতনা লৈবা নখোয়গনুম পঙ্গংনবী রাজ লাকনী, লৈবাক্কী শাসন.

শেনগাও - নখোয়দা শিন্নরনী খঞ্জদুনা প্রধানগী ভোৎ লেপচবসু শারী। নবুধি নরৌশিং লৈতবা প্রজা নখোয়দা লৈবাক্কী শাসন শিন্নবা য়াদে। নখোয়দি রাজনিতীৱালা ঐখোয়গী খয়াৎতগী চোথ-পাথরকপা লূখাক চাদুনা নপুন্সি লেনগদবনী। (শগোল খোংলকই) — মীশিং য়াম্বা লায়রবা লৌমী শিনমীশিংনা ঐখোয়গী ইথক্তা লান হৌরক্রবদি —? নো — ওইথোক্তে, ইম্পোসিবল!

(নোংলৈ নুংশিং শিৎলকই। নুংশিৎকা লোয়নরকপা খোঞ্জেল)

ভোইস ঃ ওইথোক্তবা হায়বা লৈতবনী। নেপোলিয়াননা হায়রম্বা নিংশিংউ।

শেলুংবা ঃ করি হায়রম্বা?

ভোইস ঃ ইম্পোসিবল হায়বা ৱাহৈসি ডেক্সনারি ওফ ফুলস দতা য়াওই। ওইথোক্তবা হায়বা ৱাহৈসি অপঙবগী লাইরিক্তদা য়াউবনী।

শেলুংবা ঃ ৱাফমদুগী খুদম পীয়ু?

ভোইস ঃ ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন, রুসিয়াগী বোলসেভিক্স রিভোলুসন। প্রজাগী অন্দলোন্দা ফম্লাইবা অশিংবা ইনাকখুনবশিং মায়থীখিবগুম নহাকসু অপঙবা প্রজাগী ঈহৌদা নথৱায় মাঙনিংব্রা?

শেলুংবা ঃ মদু ফ্রাঞ্চ, রুসিয়াগী প্রজাগী ৱানী। মণিপুরগী প্রজা গধাশিং অসিনা মীরমগী প্রজাগী ৱাখল্লোন খঙগদবা চহি ১০০ হেন্না ৱাৎলী।

ভোইস ঃ সিনেমা, টি ভি, ইলেক্ট্রোনিক্স মপান্দগী লমদমসিগী প্রজা মিকপ থোক্লবনী।

শেলুংবা ঃ হা ... নেভর, আই সে নেভর! লমদম অসিগী প্রজা বুদুশিং অসি মিকপ থোক্লে হায়বা? হা হা... (নোকই)

ভোইস ঃ নোক্কনু। করেম্নগনু। ঙরাংগী ৱারী নিংশিংউ —

শেলুংবা ঃ ঙরাংগী ৱারী হায়বদি?

ভোইস ঃ জুন ১৮ গী থৌদোক! ৱাথোক! শিফাইনা খুরক হাঙদনা লৈরীবা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার্স এক্ট চলাইরীবা ইম্ফাল ময়োন্দা থোকখিবা ঘটনা। ৱারী নত্তে ইতিহাসনী। কেক্রুপাৎতা নখোয়না মী ১৮ পোলোইখি। অপঙবা, গধা, বুদু প্রজানা অশিংবা রাজনিতীৱালা নখোয়গী কাটর, ওফিস, স্পিকরগী বঙ্গলো, চিফ মিনিষ্টরগী কা, এসেম্বলি হাউস মৈ থাখিবদু কাউরব্রা? নখোয়গী মরক্ত মী খরসু মৈনুংদা লৌখিবদাই? নিংশিংউ - প্রজা মীকপ থোক্লবনী।

শেলুংবা ঃ ষ্টোপ! হুইনা খোংবদি মীরান লাক্লে চেকশিল্লু হায়দুনা মপুবু কৌথোকপনী। গধানা খোংবদি পঙই তাকচবনী। হে অপঙবা প্রজা! ঐনা উপ্লিবা তুপীসি য়েংউ, ঐহাকসি কনানো? কংগ্রেসনী (তুপী অঙৌবদু লৌথোক্লগা থম্বালমচুগী তুপী উপই) অমুক য়েংউ, ঐহাকসি কনানো -বি জে পি। ঐহাক্না অমুক সাইকল অতেকপা অমা তোংলগা লাক্লবদি ঐসি এম পি পি ওইনা উরনী। ঐখোয়গী শায়োন্দা অপঙবা প্রজা নখোয়না ঐখোয়দা ভোৎ অদুম থাদরক্কনী, ঐহাক্না মন্ত্রি অদুম ওইনী। লমদম অসিগী প্রজা মিকপ থোক্ত্রি।

(লাউবদা শ্বর তৎকে তৌই, তুথরকই, তেবলদা শৌরগা লেপই)

ঈশিং ঈশিং ... (মমিৎ উইশিল্লগা থিবা, ডাক্তর চংলকই)

ডাক্তর ঃ গুড মোর্নিং মন্ত্রিজী, করিনো মাবীরিবদুবো?

শেলুংবা ঃ গুড মোর্নিং ডাক্তর! নিপাদু কদায়দা চৎখ্রে?

ডাক্তর ঃ নিপা হায়বদি কনা? শ্বাইদদি কনাসু লৈতেনা। ঐনা চংলকপদসু কনাসু ওক্লদে।

শেলুংবা ঃ মঙলনে? তৃমসু তৃমদনা মঙ মঙবরনে। হৌজিক্ত ঐগা মরৈ য়েৎনখিবা নিপাদুবু কনানো? শক য়াম্না তাখৎনা ৱা ঙাংইনে। শেলুং ঐহাকসি করম্বা মীনো হায়বদু খঙহনগে।

ডাক্তর ঃ ইতোমতা ৱা খরা ঙাংবীরুরবরা সার?

শেলুংবা ঃ চুমই, ঐ ঙাহাক শাউরুরে। লৌমী শিন্মী প্রজাশিং অসিবু ঐখোয়না শেন পায়গনু, মখোয়বু লায়রবা মী ওইয়ু হায়বরনে? করিগীনো মখোয়না ইনাকখুনবা মহাজন অমদি মন্ত্রি ঐখোয়দা শাউরিবসিবো? মখোয়না শেন পায়দ্রগা ঐখোয়দা তাইনফম থোকপ্রনে ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ য়াম্না চুমগ্রবা ৱাফমনী। অদুবু শেন পায়বশিংনা প্রজাবু লায়রনবা শীনবগী থবক থৌওং খরা তৌবদি লৈব্রা হায়বদুদি মরী লৈনবা মন্ত্রিনা পাউখুম পীগদবনি। ঐখোয় সারগী দোষ করিসু লৈতে। ঐখোয় সারগী হায়ববু তৃমদনা চোইরোল লোনবগী লায়না অমা লৈরে। ৱা কা হেন্না ঙাংবীরনু। লৌশিনবগী ৱাখলদা খনবীরিবদুগী পোক্লকপা লাইনানী।

শেলুংবা ঃ অদুদি করি হিদাক চারগা ফগনী ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ ঐখোয়না উশোপ অমদি চাক্কৌবদা চাক পুক থন্না চাশিল্লবগী মতুংদা

খোঙ হামদোক্তবদি লায়না মখল মখল পোক্লকই। মদুগুম্বগী লায়নানী মন্ত্রিজীগীসি। লৌশিনবা কনবগুম পীথোকপসু কাউবীনু।

শেলুংবা ঃ করিনোনে ডাক্তরগী চোইরোন্দুবো? পীথোকপা হায়বসিদি ঐখোয়গী অশাওবীনি।

ডাক্তার ঃ প্রজাগী মপী মপা ওইরিবা মিনিষ্টরগী অশাওবী অদুদগী পোক্লক্কদবা লায়নদি খঙবীরব্রা? নহারোলগী ডিমান্দ লেটর, ভিজিলেন্স/সি বি আই গী কেস অরোইবদা চা-নবা লৈতে তখেনথাঙ, হায়বদি লায়রবা প্রজাগী সিভিল ৱার।

শেলুংবা ঃ ঐখোয়না ইলেক্সনদা লুপা লাক্ষ লাক্ষ প্রজাদা খরচ তৌখিবদুনা কোক্লবা য়ারোইদবা?

ডাক্তর ঃ য়ারোয়। ইলেক্সনদা লুপা লাক্ষ লাক্ষ খরচ তৌবগী ইলেক্সন কমিসনগী অনৌবা কেস অমগী লায়না পোক্লক্কনী।

শেলুংবা ঃ ডাক্তরগবু ৱারী শারবদি লায়না অমা নৎত্রসু অমা হায়রক্কদবা লৈরে হায়বসি ঐসু খঙইদা। অদুবু ঐহাক্কী লায়নাসি পুক্সি চুপ্পা চেন্নগদৌরব্রা ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ লায়না খুদিংমক মতম চানা লায়েংহৌরবদি লায়েংবা ঙম্বা ঙাক্তনী। মন্ত্রি সাহেবকী লায়নাশিং অসি হৌজিক নিংথিনা লায়েংহৌবগী মতম চপ চারবনী। চোম্থ্রবদি কেন্সর ওইখ্রগনী।

শেলুংবা ঃ কেন্সর? অদুদি ঐহাক শিবা তারবা?

ডাক্তর ঃ কেন্সর মমিং তাবদা পাখৎপীগনু। হৌজিক কেন্সরনা নারবা মী লায়েংবা ঙমলে?

শেলুংবা ঃ অদু ওইরবসু কেন্সর অমদি ঐইচ আই ভি /এইদস কী ৱারী নখোয়না অচৌ অশাংদা লীরক্কনু। নুপী অঙাংদা, লৱায় থৱাইদা কেমপেইন তৌরু। ঐখোয়দি কেন্সর অমদি এইদসকী মরুপ নত্তে।

ডাক্তর ঃ কেন্সর, ঐইচ আই ভি /এইদস ইনাক কৈরাক খুনবা মিনিষ্টরগী থ্বাইদগী চান্নবা মরূপনী। অহাওবদা চাবা, থবক শূ-নোমদুনা ইশাগী হুমাং মরিক অমত্ত তাহন্দবা অচৌ অশাংগী মরূপনীনে কেন্সর হায়বা লায়নাসে। ঐইচ আই ভি /এইদস হায়বসিনা অচৌ অশাং ইনাকখুনবা মীগী মচা মশুগী থ্বাইদগী নুংশিনবা মরূপ্নীকো মন্ত্রি সাহেপ।

শেলুংবা ঃ নত্তে!

ডাক্তর ঃ মান্নী।

শেলুংবা ঃ নত্তে!! (লোক খুরকই, গুলী চাই) ঐ অনাবনি ডাক্তর।

ডাক্তর ঃ মিনিষ্টরদা নত্তে। ডাক্তর ঐখোয়সু পেসেন্ট অমনী।

শেলুংবা ঃ ডাক্তরশিংগী লায়নানা করি?

ডাক্তর ঃ মিনিষ্টরনা লৈবাক্কী ইরাঙ, ব্বাথোক, অন্দলোন, নেসনেল হাইব্বে বন্দ, ব্লোকেদ, ওভরড্রাফ লায়নানা। ঐখোয় ডাক্তরগীনা কেন্সর, ঐইচ আই ভি /এইদস, ডাইবেটিস জোনদিশ অমদি অনৌবা লায়না কয়া অসি করম্না লায়েংগদগে হায়বগী ব্বাখলগী লায়নানী।

শেলুংবা ঃ অদুনদি ঐখোয় অনিমক লায়না পক্লে। ঐখোয় অনিবু কনানা লায়েংবীগনি?

ডাক্তর ঃ ঐখোয় অনি পুন্না চামিন্নগদবা হিদাক অমা লৈরে। মসিগী হিদাকসি হেক চাবদা ঐখোয়গী লায়না ফগনী। অনৌবা হিদাক্নি, মমলসু য়ামদে।

শেলুংবা ঃ মদুগী হিদাক্তু ঐ হান্না চারগে, মমল লুপা কয়ানো?

ডাক্তর ঃ মসিগী হিদাক অসি চারমদাইদা ইশা ইশানা তৌখিবা অরানবা, লঙজখিবা ইব্বাল, ফত্তবা ব্বাখল ইশানা খঙজরবগী তুংদা ঈশ্বরগী মফমদা ইশাগী ইরালবু ঙাকপিয়ু হায়না খুরুমজগদবনী। অদুগী মতুংদা হিদাকসি চাগদবনী। লায়না খুদিংমক ফহনবা ঙম্লবা হিদাক্নি।

শেলুংবা ঃ ঐ নুমিৎ খুদিংগী লাই খুরুমই। ঙরাংদসু বজারদা ড্যুটি তাবা সিফাইনা পোৎয়োনবীশিংদগী নমদুনা লৌরকপা লফোই, শেম অদুগা রিক্সা ড্রাইবরদগী ফোইদুনা লৌরকপা লুপা ঐঙোন্দা পীরবদু গোবিন্দজীদা কখোকখ্রবনী। ঐ হিদাক চাবা য়ারনী। হিদাক্তুগী মমিং করি কৌই? করম্বা ফারমাসীদা ফংগনী ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ শিদা-নাদা হিদাক অসিগী মমিং খরা শাংই, কাউদনবা চে অমদা ইসিনবীয়ু — হিদাক্কী মমিংনা "পুকচেল শেংনা ইশা ইশাগী ইথৌ পাঙথোকপা" কৌই।

শেলুংবা ঃ পুকচেল শেংনা ইশা ইশাগী ইথৌ পাঙথোকপা!

ডাক্তর ঃ চুম্মে, মদুনা হিদাক্কী মমিংনী। মমলদি শুপ্নতগী "মীওইবগী য়াইফম্নবা চাউখৎনবগীদমক অরৈবা কখোকপা" খক্তনী।

শেলুংবা ঃ মীওইবগী য়াইফনবা চাউখৎনবগীদমক অরৈবা কখোক্পা? মসিনা হিদাক্তুগী মমল?

ডাক্তর ঃ ফংফম্ ফারমাসীনা — চৎলো চৎলো পুক্লিং ব্রজ বৃন্দবোন্দ ফারমাসী।

শেলুংবা ঃ মীওইবগী লায়না লায়থুং পুন্নমক ফহনবা ঙম্বা হিদাক্তুগী মমিংনা — পুকচেল শেংনা ইশাগী ইথৌ পাঙথোকপা? "মমলনা — মীওইবগী য়াইফনবা চাউখৎনবগীদমক অরৈবা কখোকপা?" হিদাক ফংফমনা — চৎলো চৎলো পুক্লিং ব্রজবিন্দাবোন্দ ফারমাসী? হুম, ঐগী অনাবা হৌরক্লে ঐগী গুলী, গুলী — ঈশিং ঈশিং .... (ঋাহুখি)

ডাক্তর ঃ মিনিষ্টরদা এলরজী ওইবা ঋাহৈসি মথৌ পাঙথোকউ, অরৈবা কখোকউ, চৎলো চৎলো পুক্লিং ব্রজব্রিন্দাবোন্দা মোনশিক্ষা অসি ওইরেকো? মিনিষ্টর ঋাহুহনগে হায়রবদি মন্ত্র অহুম অসি শোনবা তারেদনা —

(ইবোতোনগা সোবিতাগা চংলকই)

ইবোতোন/সোবিতা ঃ গুড মোর্নিং ডাক্তর।

ডাক্তর ঃ গুড মোর্নিং। ঐহাকপু ঙসি মন্ত্রিজীনা চাক্কৌরিবসিদি সোবিতাগা ইবোতোন বাবুগা লাক্কদবা অসিননীদনা।

সোবিতা ঃ পাবুং! পাবুং! ঐ লাক্লে। ঙা অতেকপা লৈরক্লে। সবষ্টিট্যুট ওঝা হাপ্পদা পাবুংগী কোটা অমা থুংই হায়বদো অদুগী লুপা লাক্ষ অমা পায়রক্লে। পাবুং! ঙা অতেকপা পুরক্লে, লুপা লাক্ষ অমা পাবুংগী পুরক্লে।

শেলুংবা ঃ হা! (ফুক হৌগৎলকই) ঙা অতেকপা কেজি কয়া? লুপা লাক্ষ অমা! কদায়? (মখুৎ তিংথোরকই) লাকওনে, ইমুংদা চংলকওনে — (মচানুপীবু মখুৎ পায়রগা চংমিন্নখরে)

ডাক্তর ঃ মিনিষ্টরনা পঙথখিবসিদি অথেনপোৎ অমসুং লুপাগী হরিনাম শোল্লবদি খুদক্তা ফবজাৎ ওইরে?

ইবোতোন ঃ কমদৌবা ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ করিসু নত্তে। তাজৌ ইবোহল বাবুদু কমদৌরী? অনা অয়েক লৈতেকো? কুইরেনে উন্নখিদবা। থবক্তু মতম খরা শাংথবসু য়াবনী। পেন্সন লৌথোকখ্রে।

ইবোতোন ঃ তাজৌ অনা অয়েক য়াউদে। পেন্সন ফংবদগী ঙাওচৎনবগী মওংদি উরে। ঐ ভাব তাদ্রে ডাক্তর, ঐহাক্লা তাজৌগী মতেং করি পাংগদবনো?

ডাক্তর ঃ করি হায়বা ইবোতোন বাবু? তুরেনবু হঙ্গৎনা চেনবরনে? মচানা মমা মপাগী মতেং পাংবা, মনাওনিপানা ময়াম্বগী ঝাবিবা! হৌজিকপু চৎনরীব্রনে? নুপী হেক থিবগা তোঙান চাবা, ইচাসু ইনাওনিপা অতোনবসু মখোয়গী নুপীদুগী ওইখ্রবা যুগ অসিদবু ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী ঝাখলদু তায়োন্নদরনে?

ইবোতোন ঃ তায়োন্নদে ডাক্তর। চৎনরক্লিবা শাজৎ মতমগী নোংলৈ নুংশিৎ — ঐ মায়োক্লবদা করিসু কিদে। ঈরৈবাক, পোক্লফম লমদমগীদমক মপুন্সি লোমখ্রবা জাদোনং, হিজম ইরাবোৎ, টিকেন্দ্রজীৎ, থাঙ্গাল, পাউনা, কেক্রুপাৎতা তুমখুল তানখ্রবা থব্রায় ১৮! ঐনা নিংশিংদুনতা লৈবগুম ঐহাকপু মী অমা ওইনবা শেম্বিরক্লবা লায়রবা তাজৌবু কাউবদি ওইথোক্তে। পলেম পম্বৌগী ঈ-না শারকপা ঐহাক অমসুং তাজৌগী মরীবু, খাংঙুথক্তা শকখঙনবী নুপীগী দোরিদগী তৎনবা! নুংশিনদবা! ঐ শুকঙম ঙম্মোয়। নুপীদি ১০০ কায়নখিবা য়াই, পোকমিন্নবা ইচিন ইনাও, ঐগী শাগৈগা মরী তৎনবদি পামদে।

ডাক্তর ঃ ঐগী ঝাহৈদা ঝারৌরমাল্লে। ঐ য়াম্না লানখ্রে। নুংশিবগী লমন শিংবদি কপকদবা নত্তে। শাউগদবসু নত্তে। কখোকপগী পুকচেলনা শিংগদবনী।

ইবোতোন ঃ ঐহাক খরা ইম্মোসনেল ওইখ্রমাল্লে ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ ওইদে। নিপামচাদি হায়দোকখিবা ঝা ঙাক্লা চৎকদবনী। নুপীগী খুদোম্বীদা খুং উংবা নিপাগী মমিং অধামোরা — তঙ্খায় শিরবা মী, কৌনৈ।

ইবোতোন ঃ ঐহাক মদু মীনা হায়নবদগী তাজরে, খঙই, কাউজররোই।

ডাক্তর ঃ নুঙায়বা পাউ অমনা। সোবিতা মমা অমা ওইগদৌরবনী। ইবোতোন বাবু মপা ওইগদবা কুইদ্রে।

ইবোতোন ঃ শোয়দ্রবরা ডাক্তর? থাগৎচরি। সোবিতাগা ঐখোয় অনিগী মঙলান মঙফাওনরগনী। থাগৎচরি ডাক্তর (কোল্লগা থাঙ্গৎলী) সোবিতাদা পাউ তম্লুসি ডাক্তর — (চঙমিন্নখরে)

---

৩

## ইবোহলগী য়ুম (অয়ুক)

(চান্দনী মীরোল্লে। থবক শুবা নোম্বা লেপ্তে। য়োৎপাক পায়রগা চংলকই। কোকশেৎতু লৌথোক্লগা মায় তৈথোকই। থবক শুবগী অৱাবা পোখাবগী মহুৎতা মচা পোক্কদৌরবীনিকো খনবদা হরাউরি। ঈশৈ ঙংই —)

চান্দনী ঃ ইমাগী কাহ্নাই হৌগৎলো থেংলে মতম্ ব্রজবাশীশিংনা নংবু যণশেনবা হৌবা লাক্লনী .... (নোকই)

(ঈশৈ)

লুহোংল মতুং কুমজা কয়া
মিৎতা ইচা উরক্রবদা
তেংথারম্বা ঐগী থৱাইদো
ঙসিদি হরাউ মিনোক নোক্লে।।

ইচাই' মশক উবা ফংলনি
কু - কু মম্-মম্ হৈনা-হৈনা (মপি তারকই)
ঐঙোন্দা ইমা কৌরনি
পুন্সিগী অৱাবা কাউরনি।।

(মবুক্ পায়রগা) অস্ .... মসিগী অঙাংসি নিঙাই চাউগদৌরিদা -

(ফম্নগা পোখাবা। ইবোহল চংলকই)

ইবোহল ঃ (ইঙ্খোলদা লৈবাক তৌরম্বদু উবদা) অসিগী ফৈদোমসি নহাক্না তৌরিরা চান্দনী? নহাক পোখাদুনা লৈয়ু হায়বসি য়াদ্রেনে? নং লম খরদি হেল্লেকো—।

চান্দনী ঃ করিনো, কোলিহৱায় ফৈদোম অমতং থাহৌদ্রবদি ঐখোয় লৈরগা চাসিরো? ইশা ৱাই শংদ্রবনী হায়দুনা নোংঙানবদগী তুমদুনা লৈগদরো?

ঐহাক্তি খুঙ্গং নিঙোলনীনা থবক শুদ্রবদি, ব্বারেম ঙাং'দুনা, টি ভি য়েংদুনা নুমিৎ তাবা ঙাইবা হৈনদেনে ইবুংঙো —।

ইবোহল ঃ বা — ! মমা অমা ওইগদৌরবীনি হায়দুনা পোঙবা হৌরবা? ঐঙোন্দা ইবুংঙো কৌরক্লুবা?

চান্দনী ঃ য়েস সার!

ইবোহল ঃ ইংলিসগসু লোশ্লিল্লক্লেনে। হো শ্নাইবেমা! ইনাওনুপীরা নমৌনুপীরা সোবিতাগী মতৌ খরসু তমজৌ কদৌগে। মমা মপানা মশা লুল্লবদি থবক এনখাং অমত্তা তৌবা য়াদে হায় হায়দুনা চাক থোংবা, কোল্লীক ফেঙবা, ব্বাই তৈবা, ব্বাই শিংপা ফাওবা য়াউদবমখে ফমুংদা হিপ্লগা টি ভি য়েংদুনা লৈরিবসিগী মতৌ খরা তমজৌনে ইবেম্মা —

চান্দনী ঃ ঐদি মিৎ নাখ্রেদা —

ইবোহল ঃ মিৎ নারবদি মিৎকী ডাক্তরদগী হিদাক লৌরুবা য়াদ্রা-ও! লৈবাক তৌরগা মিৎ নাবা ফগদরনে? ডাক্তরদা চৎনিংদ্রগনা মিৎ নাবদু ফনবা শুক্কা শুম্বলগা ব্বাইরুগে ফৌ শুগেরা?

চান্দনী ঃ শুগেনে, ফৌগী কোৎপু কদায়দা লৈগে?

ইবোহল ঃ ইনাকখুনবগী ময়ুমদা। ঐখোয় লায়রবগীদি চেঙ তকথোক্লগা ধর্ম্মশালাগী মরব্বারী দুকান্দা পৈরীবা সুপরফাইন অসিনীনে —

চান্দনী ঃ সুপরফাইন চেংগী ভক্তা ইবুংঙো —! সুপরমেন ওইনবা হোৎনবীরো (নোকই) অস —, ঐগী পুকসি কৈনো অমা তৌরে —

ইবোহল ঃ চান্দনী! কদৌরে, ডাক্তর কৌরুসিরা —?

চান্দনী ঃ কৌরুনু। অস — (মবুক পায়রগা য়াঙ তিংখৎলী) মহোয় তাজৌ! হায়সু হায়বনী। চহি য়াম্লগা অঙাং উন্নবসি, মমা ওইগদৌরিবীদু খুদোংচাদে হায়নৈ। ঐবু ...

ইবোহল ঃ চান্দনী! অদুগুম্বা ব্বাখলদু খনগনু। মদু হৌজিক্কী মতমদা চৎনদ্রবা ব্বাফন্নি। মেডিকেল সাইন্স য়াম্না চাউখৎলবা মতমনী। ঐখোয় অনীগী পুন্সিদা ফংলক্ত্রিবা ইচা হায়বদো — মিৎতা উগদবা হয়েংদা ঙায়রবনী। নুঙায়বা রাগ শাগৎলু। মমা অমনা মথাদা মচা পম্লগা খোম্লাং ইনবদু নিংশিংউ—

(ঈশৈ)
ইচাই মশক উবা ফংলনী
কু কু, মম মম, হৈনা হৈনা
ঐঙোন্দা ইমা কৌরনী
কাউরনী পুঙ্গিগী অৱাবা।। (চান্দনী নোকফেৎ তৌই)

ইবোহল ঃ চাক থোংলব্রা?

চান্দনী ঃ থোংদ্রি, থোংলুরগে —

ইবোহল ঃ লাকও নং পোত্থাও, চাক্তু ঐহাক থোংলগে।

চান্দনী ঃ খিৎ অহৈপা শাবীরনু। ঐনা অদুম ইরন্নাই থোংজনী।

ইবোহল ঃ ঐহাক্না চানিংবা এঙ্খাং নহাক্না থোংবা হৈরোই। মখোয়গী চাক্তি থোংখ্রবরা?

চান্দনী ঃ সোবিতাদি চাক চাবরোই মেগীগা য়েরুমগা ঙৌরগা চারনী, ইবুংঙোগী চাক হাপউ হায়।

ইবোহল ঃ অদুনদি মী অহুমগী চেং ওল্লরো। তোনগা ঐগগী হৱায়, শাক, কংমেৎ — (চংনা চংনা) পুক্কংবীগীনা লফূ — (চংখি)

চান্দনী ঃ ঐ লফূ চানিংদে —
(মখোঙ য়েৎনা লুম্লবী চান্দনী য়োৎপাক পায়রগা চংখি)

ইবোতোন ঃ (হরাউনা চংলকই) সোবিতা, সোবিতা! টি ভিদু খরা লৈথৌ। অমুক্তা থোরকও। ডাক্তরগী রিপোর্ট পুরক্লে।

সোবিতা ঃ (মবুক কংলে, মকোক্তু শংপাইমুক চাউরদুনা শম হুগৎ হুগত্তুনা তপ্প-তপ্পা থোরকই) — নিপা নুপী খঙলব্রা?

ইবোতোন ঃ অলত্রা সাউগু গীদা নত্তে। অতৈ অতৈ রিপোর্তসু পুরক্লে। থাজদ্রগা য়েংউ—

সোবিতা ঃ নিপারা নুপীরা —?

ইবোতোন ঃ নিপা!!

সোবিতা ঃ নিপা! ঐহাক্না নহান্না হায়দ্রা? ইচানিপা পোক্কনী। কমদৌই? মমিংনা মালেমবু শেম্বা লাইবু ঙম্বা "লাইঙম্বা" থোনগদবনী ইচানিপা লাইঙম্বা! (মবুক অকংবদু নাল্লী)

ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী মচানিপা, মিনিষ্টরগী মশু ইবুংঙোনী। অমেরিকাদা ডাক্তর তম্‌হনগদবনী। ইচানা অমেরিকাদা লৈরবা মতমদা, ঐখোয় অনী মপুবোক্ মিনিষ্টরগা ইচানিপাগী গার্জিয়ান ওইনা এরোপ্লেন তোংলগা হুইস — আ ... (হরাওমনবদগী মবুক নারকই) অয়ো ইমা — । ঐ শিরে। ইমা —

ইবোতোনঃ ইতৈমা, ইতৈমা — !! (সোবিতাবু পল্লগা পুশিনখি)

———

## ৪

## হোষ্টপিটাল (নুমিদাং)

(শেলুংবা, ইবোহল চংলকই। হঙ্গৎ হন্দা চৎলী। ঘড়ি য়েংনৈ। সোবিতাবু ওপরেসন ঠিয়েটরদা পুশিনখ্রবগী মতুংদনী))

শেলুংবা ঃ করিনোনে? সোবিতাবু ওপরেসন ঠিয়েটরদা পুশিনখিবসি পুং অমা হেন্দ্রিবরানে? কুইমনখ্রেদা —

ইবোহল ঃ হৌজিক্কালগী মৌনহাশিংসি অহাও অথুম চাবদি কনবা, হুমাং থোক্লবা থবক ইনখাং শুবদদি শোনবগুম তৌই। অদুনা অঙাং উন্নবদা খরা বেরা থাংবা ওইরম্বা য়াই। ঈশ্বর খুরম্বিয়ু। অশোয় অঙাম য়াউদনা মশা ব্রাই সংনবা।

ইবোতোন ঃ (ফিংনা চংলকই) কমদৌরে তাজৌ?

ইবোহল ঃ নংদি চখোকপা য়াদ্রবনী। কদায়দা চৎলুরিবনো?

ইবোতোন ঃ করিগুম্বা ডাক্তরনা ঈ দরকার ওইরে হায়রক্লবদি — মদুগী ব্লড বেঙ্কতা চৎলুরীবনি। সোবিতাগী ঈ গ্রুপ এ ও গী বটল অমদি এরেঞ্জ তৌরম্লে। হৌজিকপু —

ইবোহল ঃ ডাক্তরসু নর্সসু ঠিয়েটরদগী অমত্তা থোরক্ত্রি। করিসু থোইদোকপা তৌরোই। নুংশা থিরুনু। ঙহাক ঙাইখিসি —

শেলুংবা ঃ ঐবু আর এম সি গী প্রিন্সিপাল, মেডিকেল ডাইরেক্টর কৌরুসিরা ইবোতোন?

ইবোতোন ঃ কৌবিরুনু পাবুং! রিজনেল মেডিকেল কলেজগী স্পেসিয়েলিষ্ট ডাক্তর অহুম্না তৌগদবা ওপরেসননী।

ইবোহল ঃ ডাক্তর অমদি থোরক্লনী। পাউ অমত্তং লৌখিসি — (তাঞ্জা অসিগা চান্নবা, মখোয় অহুমনা ঈশ্বরদা থৌনীজবগী ঈশৈ অমা শকই। বেকগ্রাউন্দ। চান্দনী পাখৎনা চংলকই, মচা পোক্লবগী মতুং।)

চান্দনী ঃ মহোয় তাজৌ। সোবিতা কমদৌরে?

ইবোতোন ঃ ইতৈমা, কদৌ লাকইনো? অঙাংদি —?

চান্দনী ঃ ইনে চাউবীদা শিন্নরম্লগা লাকইবনী।

ইবোহল ঃ ওপরেসন চখরী। পাউ ঙাইনরী। করিগীনো নহাক্না লাক্লিববো? নহাক ঈ নৌরিবনী। করিদা লাকই?

চান্দনী ঃ ওটোদা লাকই। নোংঙান্দ্রিঙৈদগী ইমুংগী মী মখে হোষ্টপিটালদা চৎখ্রগা মী অমত্তসু হল্লক্রে, পাউসু ফংদে। ঐহাক য়ুমদা লৈবা ঙমদদুনা লাকইবনী। হৌজিকপু করি পাউ লৈবগে?

ইবোতোন ঃ ইতৈমা, ডাক্তর স্পেসিয়েলিষ্ট শিংনা ওপরেসন তৌরী। করিসু চিংনিংঙাই লৈতে। ওপরেসনগী দরকার ওইবা পোৎলম খুদিংমক এরেঞ্জ তৌরে। ঐখোয় ময়াম লৈরী। ইতৈমা, ঈঙবা ফত্তে। য়ুমদা চৎপীরো। মৈ য়াইরগা পোখাবিরু। বোয়াই!
(দ্রাইভর বোয়াই মনুংদগী খুল্লকই)

বোয়াই ঃ বাবু।

ইবোতোন ঃ ইতৈমাবু য়ুমদা অমুক্তা দ্রোপ তৌরুচো —

বোয়াই ঃ ফনী সার।

চান্দনী ঃ চাকতী কমদৌবা?

ইবোতোন ঃ হোটেলদা ওইনা হোৎনরগে। ওহো! ইতৈমা, ঐখোয়গীদমক্তা ইতৈমানা পাখৎপিরে। ঐনদি ইতৈমাগী নুংশা থীরি। লাকও ইতৈমা, য়ুমদা চৎলরো—

ইবোহল ঃ চান্দনী, নহাক মৈনিং কুম্বা থা ফাদ্রিবনী। য়ুমদা চৎলো। ইনাওনুপীগী ওপরেসন হেক লোইবগা ঐহাক পাউ তল্লগে। নহাক্কী হিদাক্তি লৈহৌরিব্রা?

চান্দনী ঃ লৈহৌরি।

ইবোহল ঃ তোন, নতৈমসি অমুক্তা —

ইবোতোন ঃ ইতৈমা, লাকও —। তাজৌসু ঙহাক য়ৌবিরুরো —

চান্দনী ঃ হে খাংজেং ইমাইবেম্মা! ইনাওনুপী সোবিতাবু অশোয় অঙাম য়াউহনবীগনু। মমা মচাবু ঙাকপী শেনবীয়ুকো — (খুরুম্লগা থোকখরে)

ইবোহল ঃ লাকও, চৎলসি লাকওনে? ঐখোয় ইমুংদা নুপী নখোয় অনিদং লৈবদা নহাক অমুক লাইকন্নরবদি ইচিন ইনাও দষা তারগনীনে।

ইবোতোন ঃ বোয়াই! বাজারদগী ইতৈমানা চানবা ঙমুলৈরৌ কিলো অমা লৈখো। অদুগা লম্বীদগী মৈতাল অপৌবা অফবদো বেক অমগা। ভাব তারব্রা? পৈশা লৌরোলাউ — (পৈশা লৌথোকই)

বোয়াই ঃ (মনুংদগী) পৈসা ঐঙোন্দা য়াউজরী — (গাড়ি থৌখ্রে)

(মথক্ত শকখিবা ঈশৈদু মতেক অমা শকই)

ডাক্তর ঃ (থোরকই) কংগ্রেজুলেসন মন্ত্রিজী! ইশুনিপা অমা ফংলে — (খুৎ শোকনৈ)

ইবোতোন ঃ শোয়দ্রেকো ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ য়েস, ওপরেসন লোইরে। নচানিপা অমা পোকলে।

ইবোতোন ঃ থেঙ্ক য়ু ডাক্তর — (কোল্লগা থাঙ্গৎলী)

শেলুং ঃ অঙাং মমাদি — করিসু থোইদোক্পা তৌদেকো ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ পার্ফেক্লি ওকে। করিসু চিংননিংঙায় ওইদরে। আওট ওফ দেঞ্জর।

ইবোহল ঃ অঙাংদি?

ডাক্তর ঃ ফাইন। হৌজিক ঈরুজবীরমখিগনী। পাউডরগগা থারগা নর্সনা পুথোরক্লনী। অঙাংবু ওম্বোক্লা চাউখ্রেনে। কেজি অহুম লূমই।

শেলুংবা ঃ কেজি অহুম লুম্বা ইশুনিপাদুবু মপা মানবরা, মমা মানবরা ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ মপাসু মমাসু অনিমক মাল্লী (ময়াম নোকই)

নর্স ঃ (মনুংদগী) ডাক্তর, ডাক্তর!! (পাখৎনা)

ডাক্তর ঃ য়েস, কদৌরে? লাকএ লাকএ — (চঙখি)

(ইবোহল, শেলুংবা চিংনবা পোকই, ৱাখলদা উংখি। মরক অসিদা তাইবং মপুগী লীলা অঙকপনি, মীওইবনা খনবনা অমা, ঈশ্বরনা তম্বনা অমা ... ঈশৈ মতেক অমা শকই। ইবোতোন, শেলুংবা — ওপরেসন ঠিয়েটরদা য়েংদুনা লৈ। ডাক্তর শুকথরগা থোরকই)

শেলুং, ইবোতোন ঃ ডাক্তর!

(ডাক্তর তপ্না চৌক্রিদা ফমই। শেলুংবা, ইবোতোন্দা য়েংলগা তুমিন্না

লৈ। ডাক্তরদু ৱাখল খল্লগা থুনা থোকখি। ইবোতোননা চিংনবদগী মতুং ইন্নখি)

সোবিতা ঃ (মনুংদগী) নর্স! ইচা পুবিরকও। ইচাগী মশক অমুক্তা য়েংজগে? (ইবোহল ফিংনা চংলকই)

ইবোহল ঃ তোনদি? ওপরেসন লোইদ্রিবরা?

শেলুংবা ঃ ডাক্তর থোরক্লম্মে। নিপা অমা পোক্লে ...

ইবোহল ঃ ইচিন ইনাও অনিগী ইচানিপা অনি লৈরবা? হন্দক্কী তোনগী ইচানিপাসিগী ষষ্ঠিদা লীলা তৌগনী। হা ... (হৱাউই)

সোবিতা ঃ (মনুংদগী) নর্স! ইচা পুবিরকও। ইচাগী মশক অমুক্ত উহনবীয়ো। করিগীনো হৌজিক ফাওবা ইচা পুবিরক্ত্রিববো?

শেলুংবা ঃ ডাক্তর থোরক্লম্মগা ওপরেসন ঠিয়েটরদা নর্সনা কৌরকপদগী অমুক চংলুরগা থোরকপদদি ৱা অমত্তা হায়রমদনা মপাল্লোমদা অদুম থোকখরে। ইবোতোননা মতুং ইন্নখ্রি।

(ইবোহল মখুৎ অনীনা মমায় খুমজিল্লগা ফমথখ্রে। ডাক্তর চংলকই)

ডাক্তর ঃ ইবোহল বাবু! শোমদা অমুক্তা (ইবোহল চংশিল্লী)

ঐখোয় ডাক্তরশিংনা হোৎনবা য়াবা হোৎনজবনী। অঙাং কনবা ঙমহৌদরে। ঐহাক মেটর্নিটি ৱার্দ থুংনা চৎলুরে। সোবিতাদা উৎননবা অঙাং নিপা অমত্তা ফংদরে।

ইবোহল ঃ সোবিতানা মচানিপা অমা পোক্লে হায়বদি খঙখ্রবরা?

ডাক্তর ঃ খঙখ্রে। হৌজিক্তি ডাক্তর ঐখোয়গী উপাই লোইরে। ইবোহল বাবুনা ময়ামসি লায়েংবদা ইতেং অমুক্তা পাংবীয়ু। সোবিতাসি হিদাক কাপ্লগা তূন্নবা অমুক্তা হোৎনরুগে। ইবোতোন অমসুং মন্ত্রিজীবু বাবুনা মপান্দা পুথোক্লগা অমুক্তা থেমজিনবীয়ু প্লিজ। অদুগা ঐখোয় কোক চিকপা ফনবা, মচাদু শিরে হায়না শেংনা হেক্ত খঙহল্লসিরা?

ইবোহল ঃ নো! ডাক্তর, নো! খুদক অসিদা অদুগুম্বা পাউ ইনাওনুপীদা তাহনবীনু ডাক্তর। মমা মচাগী মনুংদা অমদি কনসি।

ডাক্তর ঃ চুমই খুদক অসিদা মচা শিরে হায়রুবদা শোক তৌদুনা, থোপ্তা ঈ হায়গৎখিবদগী সোবিতা খুদোং থীবা য়াই। অদুদি ঐহাক মাবু তূন্নবা

থৌরাং তৌরুবগে। মখাদা করি চখসিগে হায়বদু অমুক্তা তান্নবীরমউ (চংখরে)

শেলুংবা ঃ মতাং অসি য়ৌরক্লবদি ইবোহল! ঐহাক ভাব তাদরে। ঐ কোক ঙাওরে।

ইবোতোন ঃ (চংলকই, কপঙাংদা) তাজৌ —

ইবোহল ঃ তোন! ডোন্ট বি এক্সাইটেত ঐখোয় নিপানী। ব্বি আর টু ফেটচ দি প্রোব্লেম। নিপাদি নিপাগী থবক পাঙথোক্কদবনী।

সোবিতা ঃ (মনুংদগী) নর্স! অসুক কুইরীবা করিগীনো? ঐগী ইচা পুরকও। ইচাগী মশক য়েংগে?

ইবোহল ঃ তোন, পাবুং! ঐখোয় অহুম মপান্দা ব্বারী শারুসি মখা করি চখসিগে খন্নরুসি — (থোকমিন্নখরে)

—

৫

## ইবোহলগী য়ুম

(চান্দনী মচা পল্লগা থোরকই। নাউশুম ঈশৈ শকই। ফি হাইদোক্লগা মচাগী মশক য়েংই। ফি অমুক খুমজিনবী)

চান্দনী ঃ তুমখরমাল্লে। শুম্বিরোরা? মোম্পাক্তা হেক থাদবগা মে লাউনা কপ্লক্কদবগী শরুক ঙহাক পম্বিখিগেকো। নপা ইবুংঙোনা নমিং চাউম্বা নুমিৎতা থোনগদবনী, হায়দুনা য়াদবদগী নমিং থোন্দ্রিবনীনা কৌফমসু খঙদে। ইমাগী ইবুংঙো! ঙহাক্তং নুঙায়না তুমথোকউ। নংগী কাকাগী মচানিপা, ননাওনিপা অমসু নহাক্কা শান্নমিন্নবা লাক্লনী। নচিন ননাও নুংশিনগদবনীকো। মীনা উশিৎলক্তবদা নচিন ননাও মীচং ওইরগা লম্বা তৌগদবনী। (নোকচৈ) হুম হুম হুম ....

ইবোতোন ঃ (শকফম কায়রে, চংলকই) ইতৈমা, ইতৈমা —

চন্দনী ঃ ইবুংঙো ওপরেসন লোয়রবরা?

ইবোতোন ঃ লোয়রে।

চান্দনী ঃ অঙাংদি নিপারা নুপীরা?

ইবোতোন ঃ নিপানী ইতৈমা।

চান্দনী ঃ সোবিতাদি করিসু থোইদোকপা তৌদেদনা?

ইবোতোন ঃ তৌদে। ইতৈমা — অঙাংদো ... (কপই)

চান্দনী ঃ অঙাং কদৌরবা? অঙাং কদৌরে হায়বনো? তম্মো। ঐহাকপু পাখৎহনগনু। করি তৌরে হায়বনো? শোয়নাইনা পোক্লব্রা-ও? তোন! শেংনা পাউ তমউ কদৌরগে?
(ইবোহল চংলকই)

ইবোহল ঃ চান্দনী! ঈশিং হান্না খজিক্তা থককে। খনাওসি খ্রক খ্রক কংখ্রে। কোকসে মৈ হৌনা শারে। কদায় অঙাংদু ঐঙোন্দা পীরমউ।

চান্দনী ঃ হোষ্টপিটালদা নুমিৎ চুপ্পা অমা লৈরুবদা মহিক পক্লকই হায়বসু খঙদা, লম্বিদা অপূম্বী শোইরেন নেৎলকই হায়বসু খঙদা চখোকউরগা খুৎ-শা হামদোক্তনা অঙাং পায়বা য়াপোৎ নত্তে।

ইবোহল ঃ ঐহাকনা তাঙনা ইচা অমতং পোকচবসিদি মমা চান্দনীনা শচিরানী ওনখ্রবা! মমিং ফাওবা থোন্দ্রিবা ইচানিপানা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ওইখ্রবা, ঐনা শোকপা ফংদ্রবা! ফজে, হে মমা ওইবী! নখোয়না নচাগীদমক হাকন্ন চংবসি চঙইদকো! জঙ্গলদা ষণবীনা লোৎতুনা থনম্বা মচা ষন্নাওদু কৈনা ফাওবা চাবা ঙমদে (চান্দনী চংখি) য়েনবীনা শেন্নবা য়েন্নাও উমাইবীনা লাকপা ঙমদে। মৈতে নুপী মমা কয়াগী হাকনদা মচানিপা কয়া মাঙবসু য়াউদবা নত্তে। (ইবোতোন উরকপদা মুদ চেঞ্জ তৌখি) কমদৌরে তোন?

ইবোতোন ঃ খুদকসিদা অঙাং থিফম খঙদ্রে। খনফম খঙদবদগী ইতৈমাগী নাক্ত লাক্লমইবনি। তাজৌগী উপাই ...

ইবোহল ঃ (মঙক হাইরগা) উপাই লৈতে। অদুবু নিংবা কায়খিনু। মিনিষ্টর সাহেপ অঙাং লৌবা চৎখ্রে। মদুগী পাউ ঙাইখিসি —
(চান্দনীনা ইষ্টিল গলাস অমদা ঈশিং পুথোরকই)
মমাগী হাকনদগী মপা অমনা, মচানিপাবু পম্বা হেক ফংহন্দেদা

চান্দনী ঃ ফংহন্দে। অদুবু মমাদুনা মপাদুদা থক্লবা ঈশিং গ্লাস অমদি ফংহল্লী।

ইবোহল ঃ মপাদু ঈশিংদু লৌরগা (থাংগৎলগা হৈথরগা থকই) থকপদা পেল্লী (ইবোতোন উরকপদা) তোন! সে — ঈশিংসি থকচিল্লু। মতম লৈশিল্লক্রবা, ৱাফম লুশিল্লক্রবা — ৱাখল চুমনা খন্নবা হোৎনরগা থবক তৌগদবনী। ঈশিংদু থকচিল্লু। ঈশিংদু থক্লগা চৌক্রিদা ঙহাক্তং পোখাউ। ঐখোয় হোষ্টপিটালদা সোবিতাগী মনাক্তা চৎলগদবনী। নং ঙহাক্তং রেস তৌ - (রুমালনা মমায় তৈথোক্লগা ফমই)

চান্দনী ঃ মহোয় তাজৌ! সোবিতাগী অঙাং কদৌরবা?

ইবোহল ঃ নিপানী। কিলো অহুম লুমই।

চান্দনী ঃ ওহ্তোক্লসু চাউবা অঙাং পোক্লেদা। হোয় অদুবুদি চাখ্রিবা থকখ্রিবা অহাও অথুমদুগী হায়রুরবদি অঙাংদু নোয়-পেনফম থোকই। সোবিতাগী কন্দিসনদি।

ইবোহল ঃ করিসু চিংননিংঙাই লৈত্রে। হৌজিকমক্কী ওইনা ডাক্তরনা হিদাক কাপ্লগা তূমহৌরী।

চান্দনী ঃ করিগী তূমহল্লীবা। ওপরেসনগী অনাবা মৈচাক কোকহন্নবরা?

ইবোহল ঃ নত্তে। কায়না মৈচাক কাউনবা।

চান্দনী ঃ কায়না মৈচাক কাউনবা হায়বদি?

ইবোহল ঃ ঐগী মরূপ শ্যামদু খঙইদনা, মহাকসু গাইনীগী হায়বদি অঙাং পোকপগী স্পেসিয়েলিষ্টনীদনা। হেরা, ঐখোয়গী অঙাং পোকপগী ডাক্তরদো?

চান্দনী ঃ হোয়নে, অদু কদৌরবা?

ইবোহল ঃ ডাক্তর শ্যামদা নত্তনা, অতোপ্পা স্পেসিয়েলিষ্ট ডাক্তর অহুমসু সোবিতাগী ওপরেসন্দা মতেং পাঙবনী।

চান্দনী ঃ অদুগা কদৌরবা? (ইবোহলনা ৱাখল খল্লীঙৈদা ইবোতোন্না খুম্লকই।)

ইবোতোন ঃ ইচাদু কনবা ঙমহৌদ্রেনে ইতৈমা।

ইবোহল ঃ অঙাংদু পুক্নুংদা শিরম্লে। অদুনবু ওপরেসন্দা অদুক কুইনা চংবনী। সোবিতানা মচাগী মশক য়েংনিংবদগী নর্সতা অঙাং পুরকও হায়রক্লে। লাউরক্লে। ডাক্তরনা মেটর্নিটি ৱার্দ চাবোকশঙদা অঙাং মহুৎ থিবা কোইচেল চেল্লে। ফংদরে। ঐহাকসু লুপা লাক্ষ অমা ওাইরবসু পীরগে অঙাং নিপা অমতং পীয়ু হায়নরুরে। ঐগী উপাই লৈতরে।

ইবোতোন ঃ ঐহাকসু হোৎনবা য়াবা হোৎনজরবনী। থিবা য়াবা থিরুরে। ইতৈমা! ঐগী উপাই লৈতরে (কপই)

ইবোহল ঃ সোবিতানা ঙহাক কাংদনা মচা পীয়ু, মচা পুরক্লো হায়দুনা লাউরক্লবদা ঐখোয়গী ৱাখল চুঙশিন্নবগীদমক ডাক্তরনা হিদাক কাপ্লগা সোবিতাবু তুমহন্দুনা থম্বনী। ঙহাক লৈরবদি সোবিতা জ্ঞান তারক্লনী।

চান্দনী ঃ অঙাং পুক্লুংদা শিরম্লে হায়বা? (শেলুংবা চংলকই। চংশিনবা ঙমদবদগী লেপই) অঙাংবু পোকপদা শিরিবা করিগীনো?

ইবোতোন ঃ ইরাইবক্কীনি কমদৌনী ইতৈমা।

চান্দনী ঃ পুম্নমক ঈশ্বরদা, লাইবক্তা তাইনবা য়ারোই। ঐ ঐনা তৌজবগী মহে ঐ ঐনা ফংগদবনী। পোকপদা অঙাং শিবা হায়বসি মরম অমা লৈফম থোকই। অহন লমননা হায়রমই — মীরোল্লবদি ফৌ শুহল্লু।

মশাদা নুংশিৎ নোংহুম চেন্দনবা থবক শুহল্লু, হকচাং শাজেল তৌহল্লু। সোবিতাগী মমানা মশা খাই শংদ্রবনিনা খাই ফাওবা তৈরব্নু থবক অমত্তা শুরব্নু হায় হায়দুনা ফমুংদা থা ৭/৮ তুমদুনা লৈরে। হকচাংদগী হুমাং মরিক অমা ফাওবা থোকহন্দনা অচাপোৎতী কিলো কিলো চাবা লেপ্তে। মমানা তনবদগী অঙাং শিবরা? ডাক্তরগী অশোয়বরা? খাহং অসিবু হংফম থোক্তবরা?

ইবোহল ঃ ডাক্তরগী অশোয়বদি ওইরোয়। করিগীনো চান্দনী নহাক্না ননাওনুপীদা শাউরীববো?

চান্দনী ঃ সোবিতাদা শাউবগী খাফম নত্তে। মীরোনবী নুপী অমগী লমচৎ শাজৎ, চাকচা ইথক চেকশিন্দবদা খারৌবনী। থা ১০ নাওপুরক্লবা ইচাদুবু হিংহনবা ঙমদবদু ঐদি শাউনিংই। মহাকপু মমা অমরা?

শেলুংবা ঃ ইবেম্মনা হায়বা অচুম্বনী। মীওইবা ঐখোয়গী চেকশিন্দবা, অশোয়ববু লাইবক্তা অমদি ঈশ্বরদা তাইনফম থোক্কে। অঙাংগী মমা ওইগদৌরিবীদুনা অশিবা মীগুম হকচাং লেঙবা খোৎপা তৌদনা লৈরবদি অঙাংদা অশোয়বা লাকপা য়াই। ইচানুপী তোনানবীগীদমক ঐহাক ইকায়বা পোকচরী। অদুবু হৌখ্রবগীদমক নিংদোন পোম্নররোইসি। ইবোহল, ইবোতোন! নচিন ননাও চেল্লুবদু কমদৌরে?

ইবোতোন ঃ পাবুংনা কনাগী মচানো লৌরব্নী হায়বদুবু কমদৌবিরে?

শেলুংবা ঃ ঐগী খার্কর অমগী মচানী। য়াম্না লায়রবা উপাই লৈত্রবা মীনি। অঙাং অদুগী মমাদুনা শিরগেমখৈ য়াদবদগী পুরকপা য়াদ্রে। নখোয়দি কমদৌরে?

চান্দনী ঃ মীরমগীদি খঙদে। মচা য়োনগদবা মমাদি ঐখোয় লৈবাকসিদা থিবা খাগনী পাবুং। সোবিতাদি মিকপ থোক্রক্লনী, হৌজিক কমদৌবা তারবগে?

ইবোতোন ঃ হৌজিকমক্কীদি ঐখোয়গী উপাই লৈত্রবনিনা, সোবিতাদা শেংনা হায়দোকপা ফরনিদা পাবুং।

শেলুংবা ঃ মদুদা তারেদনা।

ইবোহল ঃ চান্দনী নহাক্কী মোৎ করি লৈ?

চান্দনী ঃ নিপাশিং খা খন্নরীঙৈদা নুপী ঐনা ফৌমান য়ানবা হৌনদেদা।
(টেলিফোন লাকই)

শেলুংবা ঃ (ফুরিৎখাউদগী টেলিফোন লৌথোক্লগা) হল্লো! ও ডাক্তর বাবু, ও ... ও ... সোবিতা জ্ঞান লাক্লে .... আ লাক্লে, মিনিট ১০ গী মনুংদা ঐখোয় য়ৌরক্লনী। ডাক্তরনা ফনবা ... ফনী, থেঙ্ক য়ু (ফোন হাপচিনখি) এম এল এ চোংথোকখিবা, সরকার কায়বগী মতাং ওইরবদি - মন্ত্রি শেলুংবা ঐগী বুধি লৈ। মসিগী মতাং অসিদদি ঐ উদগী তাবমুক পঙলে। ইবোহল নহাক্লা ডাক্তরগা তান্নরগা ইতেং অমুক্তদি পাংউ। ঐগী পুন্সিদা নংগী লমন তোল্লগদবনী। (ইবোহলদা মখুৎ লোন্নবা)

ইবোহল ঃ করিনো তৌহেদে ঐগী ইনাওনিপা ইনাওনুপীগী কেসনী। ঐহাক্কী ইথৌনী, লেঙঙসি (থোকখ্রে)

(শেলুংবনা থোকখিবদা "তোন, লাকওদনা"। ইবোতোন খরা চৎলুরে। চান্দনীনা অতোপ্পা মাইকৈদা ওঙ্খোক্লগা রাখল খন্দুনা লৈবদু য়েংলগা চংশিল্লকই, অমুক থোকখি, মতৈমদা হন্না অমুক য়েংই, খল্লি)

ইবোতোন ঃ পাবুং! হানবীরম্মো, ঐহাক লাকচরগে — (গাড়ি থৌখ্রে)

(ইবোতোননা হায়নিংইবদু মতৈমদা হায়বা ঙমদরে; অমুক হায়গে তৌই, অমুক হন্দোকই। চান্দনীসু খনবমখৈ খল্লগা জ্ঞান তারক্লদুনা হনগৎ হন্দা চৎলি)

ইবোতোন ঃ ইতৈমা!

চান্দনী ঃ হুম (রাখল মাঙখি) হৈমা তোন! নহাক চৎত্রিব্রাও, সোবিতা জ্ঞান তারে হায়রক্লবনী। নংবু ঙাইনরম্মনী, চৎলো। প্রপ প্রপ চৎলো —

ইবোতোন ঃ চৎলগে ইতৈমা। ইতৈমানা ঐগীদি ইমানী। মতম চুপ্পদা ঐগী ইতেং পাংবীরক্লি। হন্দক্কী খোংফমসিদা ইতৈমনা ঐবু নুংশিবিদ্রবদি —

চান্দনী ঃ করিনো অঙাওবা নংনা লোল্লিবদুবো। ঐ লৈরীসিদি, ঐনা পুন্নমক ফনবা শীনগনী। চৎলো —

ইবোতোন ঃ ইতৈমা। ঐ ঙাওরে। ইতৈমা —

চান্দনী ঃ করিনো নংনা হায়নিংবদো হায়রো, অদুগা চৎখ্রো —

ইবোতোন ঃ ইতৈমা, ইবুংঙোসি হোষ্টপিটালদা অমুক্তা পুজরুগে —

চান্দনী ঃ করি? ইচাসি নচানী হায়না উৎলুনবা রায়রুগে অসিরা তোন?

ইবোতোন ঃ ইতৈমা, ঐ ইবুংঙোসি অমুক তন্না পুজরক্কে ইতৈমা (খুরুম্বা)

চান্দনী ঃ (ও খোংনা কপ্পীবা তোনদা য়েংই। ঈশৈ... তপ্না চংখ্রগা মচা পুথোরকই। ইবোতোন্দা মচা শিন্নবা। তোন না "ঐ য়াম্না থুনা পুজরক্কে" চৎখি। ঈশৈ মখা চথবা। মপি ঈরা চেল্লবা চান্দনী গাড়িগী মখোল লোমদা য়েংদুনা লৈহৌই।)

---

৬

## শেলুংবাগী য়ুম (অয়ুক)

চহি ২০ গী মতুংনী।

(মনুংদগী ঃ ঈশিং চাউবগী মখোল। নোংসু চুই।)

মনুংদগী ঃ হো লৈকাই লৈকাই। কৈশামগী মপাদা তোর্ব্বান কায়রে। ঈশিং থিংনবা মী থোরক্লো। হো চাউবা! তোম্বা! তুরেলগী ঈশিংসি হেনগৎলক্লি। ইশা ইশাগী মপাদা ঈশিং পাথরীবদু ইমুংগী মীশিংনা থিংনরসে। সিমেন্ট বোরা অহাঙবা এম এল এদগী দরকার ওইবা লৌররো। ঈশিং চাউরে, শা-যণ পুন্নমক অতোঙবদা পুখৎলো। ইমুংগী পোৎচৈ লোইশিল্লো! নিপা মখৈ থোরক্লো —
(এরোপ্লেন পাইবগী মখোল —)

খোঞ্জেল ঃ করিগীনো চিফ মিনিষ্টর নহাক্লা ঙহাক কাংদনা দিল্লিদা লাক্লিবসে? তলব, পেন্সন ফাওবা পীবা ঙমদ্রবা নহাক্লা এরোপ্লেন তোংলগা, মদুসু নতোমতা নত্তনা খোঙলোয় ময়াম অমা পুরগা, লাক্লিবসিগী পৈশা, খরচ - কনানা পুথোকদৌরী?

সি এমগী খোঞ্জেল ঃ ঈশিং চাউরে। লৌ পাক্তক্লা থুমলে, শিরে। ? য়ুম তেক্লে। প্রজা য়ারে। ফ্লদ কী তেংবাং ওইনা লুপা ক্রোর ৩০০ পীবিয়ু —
(অৱাবগী ম্যুজিক —)

নুপীমচাগী খোঞ্জেল ঃ ইমা ঐহাক চাক লাম্বনা শিগদৌরে। খনাউসি খ্রক খ্রক কংলে। ঈশিং খজিক্ত থক্লে —

মমাগী খোঞ্জেল ঃ ইবেম্মা, ইমা ঈশিং থিরুগে। নহাক ঙহাক্তং খাঙলমউ। ইমা, ইচাগী ঈশিং থিরুগে - (যণ খোংই)

নিপাগী খোঞ্জলঃ মমা, লৌসু শিরে, যণসু শিরে। চেংসু কিলোদা লুপা ১৫ য়ৌখ্রে। করমদি তৌনী, ঐখোয় অহনদি চরা হেল্লবসু য়াই। পিক্লিবা অঙাংশিংদি

পিজদবা য়াদে। দুকান্দগী, খুরমদে হায়বদং খাক্লগা হায়জরগা চেং কিলো অমা শোৎলক্লবনী। মসিনা ইচাশিং চরা নোংখন্ননবা থোংউরো —

নুপীগী খোঞ্জেল ঃ চাক থোংনবা ঈশিং লৈতরি। ইচানা ঈশিং থক্কে হায়দুনা ঙসাইদগী কপ্পি।

নিপাগী খোঞ্জোল ঃ কুবের শাহেপহোয়গী শিনটেক্সতদি ঈশিং পিক থন্না য়াউহৌবা উরমইদা—

নুপীগী খোঞ্জেল ঃ হো চৎলুরে। ঈশিং বালতিন অমতং পিয়ু হায়রুরবনে। মখোয়গী ঈশিংদু অকাশতগী লেমনা তারকপা নত্তে, তোতী পাইপতগী তুলুনা চিংবনি। সরকারগী ঈশিংগী কাংবুদগী পৈসানা লৈবা টেঙ্করগী ঈশিংনী হায়দুনা পীরক্তে। পুখ্রি অচৌবসিংসু লৈকাই লৈকাইনা অতোপ্পা লৈকাইগী মীনা ঈশিং শোকপা য়াদে হায়দুনা থিংখরে। তুরেলদগী ঈশিং খরা কল্লুখিগে—(এরোপ্লেন পাইবগী মখোল —)

খোঞ্জেল ঃ করি অমুক তৌরে চিফ মিনিষ্টর? ভিক্ষারী নহাক্লা ঙহাক কাংদনা দিল্লিদা লাকইবসি করিগীনো? নং নিপা নৎত্র-ও, ইকায়বা খরা খঙউনে সি এম!

সি এমগী খোঞ্জেল ঃ নমস্তে সার। খুৎ জুর তৌজরী। নখোঙ থম্বালদা খুরুমজরী। ঐগী লৈবাক ঈকঙ থোক্লে। লৈবাক হা হা কার লাউরে। ড্রাউট রিলিফ ফন্দগী লুপা ক্রোর ২০০ দং তেংবাংবীয়ু। প্রজা পুম্বা শিবা তারে।

খোঞ্জেল ঃ ঙহাক লৈরে, ঈশিং চাউরে। ঙহাক লৈরে ইকঙ থোক্লে। ঙহাক লৈরে, হাও ঙাওরে, ঙহাক লৈরে এইদস না লান্দারক্লে —। নখোয়গী অব্বাৎ-অপা, অব্বা অনা হংবা মিনিষ্টর, প্রাসিডেন্ট থাখিবদদি নংগী প্রজানা বোইকোট পব্লিক করফিয়ু তৌবদাই? নংগী প্রজা লাইরিক হৈবশিং অদুদগী রিলিফ ফন্দগী পৈসা লৌরুচো। ঐনা পিবা তারবসু খন্নরগা হৈক্রুমনাদা য়োম্লগা পীরক্কে।

(মথক্কী কোমেন্টরি অসিগী মনুংদ শেলুংবা, নেতাগী ফিজোল কংগ্রেস তুপী, মখুৎ য়েৎনা অঙ্গুর অমুনবা চরোং, ওইনা মিনারেল ৱাটর পায়রগা থোরকই। কোমেন্টরিগী চাক তাংবগী মতাংদা অঙ্গুর চাই, ঈশিং ফংদবগী মতাংদা মিনারেল ৱাটর খয়াৎতগী পাথবা মখৈ থকই। অরোইবদা মবুক থল্লবা শেলুংবা থগোকই, হাকম চল্লী। চৌক্রিদা ফম্লগা উইবা। উইরিঙৈদা

ফিমু শেৎপা, মায়খুমসু অমুবা, মমায়গী শরক্ত পাখণ্ডবগী পাফল য়েকপা নিপা অমা থোরকই — লাইরোল পেনাগা লোয়ননা)

মাক্সমেন ঃ পাবুং করি লাই নিংবিরী?

শেলুংবা ঃ (খংই, মী য়েংই মখুৎ জুর তৌরগা) — লুপা লাক্ষ কয়া ...

মাক্সমেন ঃ লুপাগী লাকপা নৎচদে। ঙসিগী খবর পাবিরব্রা? (খবর পিবা)

শেলুংবা ঃ (কিনা পাবগী মওং)

মনুংদগী ঃ নুপীশিংগী সংস্থান ময়াম্না, মাইকৈ খুদিংদগী খোল্লাও পীরকপদগী, চীঙ অমসুং তমগী লালহৌবা কাংবু পুন্নমক অমত্ত ওইনা পূনশীনখ্রে। লিডর ওইবা পাম্বা মীওয় ৫/১০ গী লালহৌবা কাংবু, মমিং তোঙান তোঙান থোন্দুনা গাড়ি লাকপা, শেন খায়বা, মী হাৎপা কাংলুপ ময়াম অমা লৈরম্বদু, মেরা হৌ চোংবা নুমিৎ অসিদগী মুখৎখরে। শুপ্নতগী কংলৈপাক দ্রেগোন কৌবা কুকি, পাইতে, মুসলিম, মৈতৈ, নাগাগী নহারোল লালহৌবা কাংলুপ অমখক্তমক লৈরে। কংলৈপাক দ্রেগোনগী চিয়ারমেন চীংলেনস্নাবু খনলে। জেনেরেল সেক্রেটরিনা নাগাগী পুন্সিবনা ওইরে। গাড়ি লাকপা মীয়ামদগী পৈশা খায়বা, লৈকায়দা লৈফম চাফম থিরিবা পুন্নমক চীংলেনস্নানা খুদক্তগী থিংলে। কনাগুম্বা মীওইনা হায়রিবা থবকশিং অসি চখরক্লবদি প্রজানা ফারগা ব্বারকপীয়ু হায়রী। ফারগা দ্রেগোনদা শিন্নরক্লবসু শিবগী দন্দি পীরগনি ...

শেলুংবা ঃ দ্রেগোন? চীংলেনস্না?

মাক্সমেন ঃ ঐহাক দ্রেগোন চীংলেনগী মীনি। অতৈ পাউসু পাথবিয়ু ...

শেলুংবা ঃ মণিপুরদা নাগাগী ফিরেপ লাউথোকখরে
(মনুংদগী নুপীগী খোঞ্জেল) —
নাগাগী মীহুৎ ১০০০ হেনবনা মাওদা নুমিৎ ৫নি মিটিং চখখ্রবগী মতুংদা মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক খরা খাইদোক্লগা অনৌবা নাগালেন্দ অমা শেম্বগী ব্বাফমদা ভোৎ লৌনবদা মণিপুরগী ইন্টিগ্রীটি কায়বা য়ারোই হায়না ব্বারেপ লৌখ্রে।

মাক্সমেন ঃ লৈবাক অসিদগী ডিষ্ট্রিক খরা শেৎতৎলগা মীরমদা তিল্লুবদা ডিষ্ট্রিক ১/২ দুগী লিডর শাবদুনা মীরমদা চিফ মিনিষ্টর ওইবা শোয়দনা ফংলগদ্রা?

শেলুংবা ঃ ফংলোই।

মাক্সমেন ঃ মরোল ঈরোলদি তিন্নবরা?

শেলুংবা ঃ মান্নদে

মাক্সমেন ঃ মসি এম এল এশিং খঙদবরা?

শেলুংবা ঃ খঙলমদ্রবদি, খঙ্গরুদবা ওইরমগনী।

মাক্সমেন ঃ লৈবাক অসিদগী ডিষ্ট্রিক খরা মীরমদা চৎনবা হোৎনরীবা প্রজা খরদুগী এম এল এশিং নখোয়গী সরকার অসিদা য়াউদবরা?

শেলুংবা ঃ য়াউই।

মাক্সমেন ঃ মখোয়দু ৱাখল খন্থনবা হায়য়ু —

শেলুংবা ঃ হায়জগে —

মাক্সমেন ঃ হন্না হন্না হায়রবসু খঙলোয়। হঙোই এম এল এ নবু ইকাইবা খঙব্রা? ওঝানা তাক্ল-তাক্লা পাড়া ঔরাইনিংদবা, পাড়া ফাদবা ছাত্রদুদা ওঝানা করি পী?

শেলুংবা ঃ ৱাশা শাজৈ।

মাক্সমেন ঃ থাইনগী এল পি স্কুলগী পাড়া ফাদবা ছাত্র, ওঝাগী চৈ চায়। হৌজিক মতমগী মশাগী মথৌগী পাড়া ঔরাইদবা, পড়া ফাদবা এম এল এগীদি—

শেলুংবা ঃ নোংমৈ গুলী।

মাক্সমেন ঃ মদুদি খঙব্রা?

শেলুংবা ঃ শিনিংদবা মীদি নোংমৈ গুলী কী!

মাক্সমেন ঃ খঙজিল্লু। নখোয় এম এল এ দগী মন্ত্রিগী প্রামোসন লৈরীবা (পর্চেজ) নখোয়না নোংমৈ গুলী বার্ত্তন তৌরকইবসি কুইরবনী। নখোয়না সরকার পায়বদগী তলব অমদি পেন্সন থা খুদিংগী মতমচানা পীবা ঙমদ্রিবা করিগীনো?

শেলুংবা ঃ ওভরদ্রাফ! সরকারগী পৈশা লৈতবননী।

মাক্সমেন ঃ সরকারগী থবক তৌবা মী চাম্ম চাম্মনা খুজিং ওইরগা লৌথোকপগী হুকুম থোকলিবসিনা করিগীনো?

শেলুংবা ঃ ওভরদ্রাফ! সরকারগী পৈশা সেফ তৌনবনি।

মাক্সমেন ঃ *মিনিষ্টর মশীঙ হন্থদবা, মন্ত্রিনা ঙহাক কাংদনা দেল্লীদা চৎলিবা, ইষ্টকোর্ট* অমদি ইমুং মনুংনা গাড়ি, মী অসুক য়াম্না শিজিন্নরীবনা করিগী?

শেলুংবা ঃ ওভরড্রাফ ....

মাক্সমেন ঃ ওভরড্রাফ হেন্না তানবা। নৎত্রা? পুলিশনা অশিবা হকচাং লবুক লমহাংদগী খুল্লীবসিগী মরক্তা এম এল এ, মিনিষ্টরগী হকচাং য়াউরক্লনী। ঙসিগীদি চুম্না শক খঙহন্নবগী লাকপনী। মথং লাকপদদি - ব্বাহং অমা পাউখুম অমা, নত্তে। ব্বাহং অমা থবক অমা। অর্থ খঙলেকো? লৈবাক অসিগী ব্বায়েল শাসন পায়রীবা নখোয় মিনিষ্টরশিংনা নখোয়গী থবক পাঙথোকপা হৈতবা, অশোয়বা শাসন, ওভর ড্রাফট কী মরম - নহারোল লালহৌবদা তাইশীন্নবা হোৎনরিবসি তোক্লবা বিধান সভাগী প্রজাগী মীহুৎ নখোয় ৬০! ব্বা তান্নরমউ। ঙসিগীদি বাই — (মাঙখ্রে)

শেলুংবা ঃ (য়েংথোকউবদা লৈরমদরে) কদায়দা মাঙখ্রে। মীনা চৈবা, খোন কন্ন কন্না ঙাংবসি তাবা নুঙায়ব্রা? (ভাবোক্ত হংই)
(মনুংদগী মীয়াম্না)
নুঙায়তে! তাবদা খোইদৌ শাউগৎলী!!

ঐহাকসু নুঙায়তে, শাউনিংই। অদুবু করি উপাই লৈ? ঐনা শক তাখৎলুরবদি নোংমৈনা কোক্ত কাপশিল্লমগনী। নখোয়না ঐগী মহুৎ শিন্দুনা শিবিগদবসু নত্তে। ঐ শিরবদি (কপই) ঐদনী মাঙজগদবা — আ .... আ ....

(সোবিতা কেবদি হন্দরী, ইবোতোনদি হন্থরক্নে। সোবিতাগা ইবোতোনগা চংলকই।)

সোবিতা ঃ পাবুং! মন্ত্রি কনা শিবা য়াউরবগে?

শেলুংবা ঃ হৌজিকমক্তি মন্ত্রি কনাসু হাৎতরী। শিগদৌরে। ঐখোয় খরা শিগদবগী বার্ত্তনদি থুংলরে। (খবর অমদি মাক্সমেননা পিরম্বা চে পমক্লেৎ খরদু পিবা) ইবুংঙোগী করি পাউ লৈ?

ইবোতোন ঃ মহাক্কী এম এ সিগী পরিক্ষা লোইরে। ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, আই এ এস ময়াম্না ব্বাই চাইরবনিনা মখোয়গী ময়ুম ফুরা দলান শা-নবা আরকিতেক ওইননবা থৌরাংজরে। পাবুংগী ...

শেলুংবা ঃ নখোয়গী অপাম্বদু ঐহাক্কী অপাম্বনী। ঐখোয়গী ষ্টেট অসিদা এম এল এ ৬০ লৈ। এম এল এ অমমম্গী প্রজা লাক্ষ অনী লৈরবদি পুন্না ষ্টেট অসিগী মীশিং ক্রোর অমা হেল্লনী। মী লাক্ষ কয়া কয়াসি ওঝা ঙাক্ত, ওফিসার ঙাক্ত ওইবা য়ারোই। য়ুম শাবা, লৌ উবা, ঙা য়োকপা, হৱাগাড়িগী মী খরা অমসু লৈতবা য়াদে।

সোবিতা ঃ মপা ইঞ্জিনিয়ারগী মচানিপা, মিনিষ্টরগী মশুনিপা অমনা ক্লাস ৱান গেজেটেৎ ওফিসার ওইহন্দনা, য়ুম শাবগী মেপ য়েকপা অর্কিটেক ওইহনবা য়ারোই। ঐ পামদে হায়রিবসিনী। অদুগীনি ঐখোয়না লাকইবসি। পাবুং, দেল্লীদা চৎলো — ইচানিপা কুমার আই এ এস ওফিসার ওইহন্দবা য়াদে। ৱানোম্বা চৎলো। শোয়হনবা য়াদে।

শেলুংবা ঃ নপা ঐহাকসি মিনিষ্টর অমনী অদুনা দেল্লীদা চৎলগা ৱানোল্লগা পৈসা পীরুরগা ইশুনিপাবু আই এ এস ওফিসার ওইহল্লু অসিনীনে। খন্নসি, চে শিংদু হান্না পারমউ, — (চংখি)

ইবোতোন ঃ ক্রোরপতী মরবারীগী মচানিপা, এম কোম লোইরগা চার্টর একাউন্টে তমনরী। ঐখোয়গী ইচানা অর্কিটেক ওইহনবদা ...

সোবিতা ঃ ঐহাক অদু অদা খঙদে। ঐহাক ডি সি সেক্রেটরি অমগী মমা ওইদবা য়াদে হায়রিবসিনী। ইচাবু মতিক চাদবা মীরো, মশক মতৌ ৱাৎপসু নত্তে —

ইবোতোন ঃ মখোঙ মখুৎ শোয়নাইদবা, শবান মূর্ত্তি চুং-ফিরাল চাবা, লাইরিক ফবা ছাত্রগী মপা মমাশিংনা মচাদুবু এয়ার ফোর্স, অর্ম্মি ওফিসার ওইহন্নরী। পণ্ডিত নেহরুগী মশুনিপা ইন্দিরা গান্ধিগী মচানিপা রাজিব গান্ধিবু এয়ার ফোর্সতা থাজিল্লী। সোবিতা! নহাক্কী ৱাখলসিবু অমুক্তদি খন্নবগী ....

সোবিতা ঃ চাম্মরক্ খল্লবনী। মিনিষ্টরদি চহি মঙা খক্তগীনি। মতুংদা ভোৎ কাদবসু য়াই। অমুক্তং চাউখিবদা পিকথররোইদবা আই এ এস ওফিসার ওইহন্দবা য়াদবনী। ঐহাক চিফ সেক্রেটরিগী মমা ইবেম্মা ওইবা পামই।

ইবোতোন ঃ ওলদ রাইট, ওলদ রাইট! চিফ সেক্রেটরি মমা ইবেম্মগী নিংজবদু থুংলসনু। নচানিপা আই এ এস ওইগদবদু থোরক্লগা খন্নরসি। পাবুংনা কপ্পম্বা, চে-দু কনাগী করিগী বার্ত্তননো অমুক্তা পারকউ —

সোবিতা ঃ কনাগী বার্ত্তননোনে (পাবা) কংলৈপাক দ্রেগোননা নিপাশিংদা পীবা পাউজেল। নিপাগী বার্ত্তননী, সে (পীবা)। নুপীশিংদা পীজবা আপিল — (মনুংদগী পারকপা)

নপীগী খোঞ্জেল ঃ মনাৎকী ফিজেৎ হুন্দোক্লগা অতোপ্পা জাতিগী ফিজোল শেৎলিবী ময়াঙনিপাদা ময়ুম পান্নিংবী নুপীশিং! জরদা চাবী চিনবান্দা কোদাং মচুগী লিফসতিক তৈবী কানি চাবী মানবী লৈশাবীশিং! হোটেল কেবিন গী অমম্বা কাদা ওক্তবা নিপামচাশিংগা পার্টি পাম্বী নেসা চাবী ছাত্রী শাবীশিং! পুং ১১ নুমিৎয়ুংবদা ওফিস কাবী পুং ২ দা বাজারদা মার্কেটিং চৎপদা ওফিসকী তলব লেমনা চাবী লৌদ্রাওবী মানবী মৌনহাশিং! নুপী অমা ওইবীগী শিনফম অমফাওবা হৈতবী, ময়ুম পাল্লগা মপুরোইবগী মমা মপাবু থাকহনগনী খনবী বীঘিনী লৈসাবীশিং! দ্রেগোনগী লান্মীশিংনা মমিং ইখৎপা হৌরে। অথুবা মতমদা ফারগা মরূ কোকথোক্লনী!

সোবিতা ঃ লুকোকপী নুপী খরদি শোয়দনা উবা ফংলনী। লৈশাবীনা লু কোক্লবদি ফজরনী।

ইবোতোন ঃ মী লক্লবদা নুঙায়বসু লৈবনী। মথং চত্থরকপদা ঐখোয়গী শরূক য়াউরকপসু য়ারি। আ ... অরাপ্পদা লাউরিবসি তাব্রা?

সোবিতা ঃ কদায়দা করি হায়না লাউরীবা?

ইবোতোন ঃ আদা লাউরিবসি নহাকপু তাবা ফংদব্রা-ও?

নুপীগী খোঞ্জেল ঃ মপুরোইবনা ওফিসার ওইরগা ভি আই পিনী খঞ্জবী, ওফিসারগী গাড়ি মরন্নাই শিজিন্নবী, মপুরোইবগী ডিপার্টমেন্টকী মীবু মিনাইগুম মখা থাবা মী ওইনা খনবী, মপুরোইবগী মিংদা করপসন তৌবী, শেন চাবী, মপুরোইবা ওফিসারবু খুদোম্বীদা খুং উংহনবী নুপী খরা লৈরে। অদুগুম্বা ওফিসারগী নুপী অচাউরম কাজনিংবী নুপীশিংবু থাগৎপা ওইনা দ্রেগোনগী ফিমু শেৎপা লান্মীনা মপুরোইবা ওফিসারশিংসি নোংমৈ গুলীগী মতোন্দা তোংহল্লগা স্বর্গদা থারগনী। মপুরোইবনা ওফিসার ওইরগা অচাউরম কানিংবী মারুটি কার এদিক ওইবী লুখ্রাবী মৌনহা খরা মীয়ান্না পেন্না য়েংবীয়ু —।

ইবোতোন ঃ তারবরা? লাউরীবা অসে — নঙোন্দা নৎত্রবসু নুপী খরদদি বাহৈ খরসিনা নাকোংদা শিংজা য়ৈরমগনী। মথম্মোয়দা শ্বাই শ্বাই লাউরম্লনী।

সোবিতা ঃ অদু হায়রবদি লালহৌবা কাংবুসু অন্মানী।

ইবোতোন ঃ করন্না?

সোবিতা ঃ লালহৌবগী মিংদা শেন পায়বা মীদগী নোংমৈ উৎলগা পৈসা নমদুনা লৌরগা খোংউপ মমল য়াম্বা, য়ম্মাহা, হেরো হোন্দা, মারুটি ভান লৈবা, ময়ুম শাৎ হৈরগা শাবা মীদি লৈত্রবরনে? মমিং মথা, মথং মথং ঐহাক হায়থরকউরা? ভোৎ লেপ্লগা এম এল এ ওইখিবসু য়াউরী।

ইবোতোন ঃ অদু কদৌরগে?

সোবিতা ঃ মপুরোইবগী মপান্দগী নুপী ওইবীশিংনা হরাউ মথোই কাজবা, অচাউরম খরা পামজববু মখোয়না কল্লকইবা করিগীনো? লুপা ক্রোর ক্রোর তাল্লীবা ব্লেকমার্কেটব, ঙহাক কাংদনা পৈশা চাবগী মিনিষ্টর ওইনবা হঙোই এম এল এ, করপসনগী মপী ওফিসার কনা মখোয়না ৱারকপ্ত্রবগে। ইমালৈবাক্কীদমক মথৱায কখোক্লবা রিভোলুসনগী লিডরনা গঞ্জা কারবার তৌরম্বা, হিরোইন নম্বর ফোর ললোনবা, মীয়ামদগী খোমগৎপা পৈশা মরন্নাই ওইনা শিজিন্নরম্বগী খবরদা ফোংখিবা (ইবোতোননা মচিন মেনবা)

শেলুংবা ঃ (মনুংদগী) হাই সোবিতা, ইবোতোন! নচানিপাগী ত্রঙ্ক কোল লাকই। তারব্রা? ৱারী শাহৌররো —

সোবিতা ঃ করি হায়বা পাবুং? ইবুংঙোগী টেলিফোন লাকই হায়বা? — (চেনশিনখি)

ইবোতোন ঃ পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্ত, কমপ্লেন অফটর কমপ্লেন, অরানবা চৎলীবনা কনানো, অচুম্বা তৌরিবনা কনানো? মসিগী পাউখুম অসি পীবা ঙমদবদগীনি ঐখোয়না ঙসি পাৎতা, তুরেন্দা, চীংদা, লবুক্তা, নোংমা কাংদনা অশিবা হকচাং পুলিসনা খুল্লীবসে। অসিদসু নত্তে, মোরে, চুড়াচান্দপুর লোমদগী কারবারগী মিংদা পুশিল্লকপা হিরোইন নম্বর ফোর হায়বা দ্রক অসিনা ঐখোয়গী তুংগী য়ুম্বুরেল ওইহৌগদবা নহারোল কয়া হাৎখরে। অমসুং হাৎখিগদৌরী? মসিগী ৱাখল অসিবু মীয়ামসিনা খম্থুরম্মোইদরনে?

সোবিতা ঃ (মনুংদগী) মহোয় বাবা! ইচানিপানা তামোবু হংলিয়ে। ইচানিপানা ৱাবী শাগদবগী ঙাইরে —

ইবোতোন : লাকএ লাকএ! নহাকপু নচানিপাগা খজিক্তং শাংনা ৱারী শানিংঙাই লৈজদ্রবরা-ও ? নুপী নখোয়না হৈবসি নিপা ঐখোয়দা পৈশা পিয়ু হায়বা, সনা ফি লৈবা, ঙারৌ চাবা, মরূপ য়াউবগী পৈশা নিপা ঐখোয়দগী থৌবা অসিদা ওইরেকো। হে নুপী! নখোয়গীদমক নিপা ঐখোয় শিবা ঙাইদুনা হিংজরিয়ে — (চংখি) লাকচরে লাকচরে — হাই টেলিফোনদু থাদোকখিনুকো —

---

৭

# ইবোহলগী য়ুম (অয়ুক পুং ১১)

কার থৌজিল্লকই, খামখি। অলট্রা মোদর্ন ম্যুজিক্কা ঈরোইননা ইবোতোনগী মচানিপা রাবিকুমারগা মহাক্কী গার্লফ্রেণ্ড ডিমাপুরগী রোঙমৈ নিঙোল রোমীগা বেগ অমমম য়াল্লগা চংলকই। মখোয় অনি কোলকতাদগী প্লেনদা পাইরকপনী রোমী, কুমারগী য়ুম খঙবা লাকপনী, মোরে য়েংবা লাকইবনী। হোটেলদা লৈবগী মহুৎতা ময়ুমদা লৈরুরসি অদুগা নোংঙানবদা মোরেদা চৎসি হায়দুনা পুরকইবনি। কুমারনা ময়ুমদা চৎত্রিঙৈদা মাগী পাজিহন ইবোহল অমদি মমাচৌবী চান্দনীগী য়ুমদা হান্না চংলক্লে।

রোমী ঃ তা কুমার! মসিবু নখোয়গী য়ুমলা?

কুমার ঃ নো! ঐখোয়গী য়ুমদি শাবা লোইবদা ঙায়রী। তূ আদা উরিবা বিলদিং অসে ঐখোয়গী য়ুমনী।

রোমী ঃ মসিনা কনাগী? মীগী য়ুমদা ঐখোয়না লাকপনা করিগী ওইবরা?

কুমার ঃ রোমী, মসি মীগী য়ুম নত্তে। ঐখোয়গী য়ুম অনৌবা অসি শাদ্রিঙৈদা ঐহাক য়ুম অসিদা পোকপনী অমসুং চাউরকপনী। য়ুম অসি ঐগী দেদগী ময়াম্বা ঐগীনা পাজিহন অমদি ইমাচৌবীগী য়ুমনি। পাজিহন অমদি ইমাচৌবীগীদমক ঐনা ফিরোল লৈরকই। মদু পিরম্নবা মফম অসিদা লাকপনী।

রোমী ঃ ও ... ও ...

কুমার ঃ ইমাচৌবী! ইমাচৌবী! পাজিহন পাজিহন —!

ইবোহল ঃ কনা ওইরবনো — (থোরকই) ইচা থুংলরেদনা, নশা নায়েক্তেকো?

কুমার ঃ অনা অয়েক য়াউদে পাজিহন (খুরুমই) ইমাচৌবিদি?

ইবোহল ঃ (রোমী উরকপদা) কনানো শকখঙদবী শকহেনবী অসিনা? (রোমীনা মরম খঙদনা খুরুমই)

কুমার ঃ মুম্বাইদা লাইরিক তম্বিনী। ইম্ফাল অমসুং মোরে য়েংনিংই হায়দুনা ঐগা লাকমিন্নবনী।

ইবোহল : অদুনদি, নহাক্কী গার্লফ্রেণ্ড নীদনা। চান্দনী! চান্দনী! ইবুংঙো থুংলরে। থোরক্লব্রা? তপ্পা য়াবা নত্তে। চান্দনী!

চান্দনী : কদৌরগে শা লান লাকপদৌনা উরাউ থরাউরিবদুবো? ইবুংঙো থুংলবগী হরাউ তয়ামগেদি হায়দ্রদনা পাখৎলীবদুবু করিগীনো?

ইবোহল : মতোমতা লাক্লবদি নুঙায়গদবা, অনী শুরকপসিদা মিহুল চেনখৎখ্রিবনীনে?

চান্দনী : কনানোনে অমবো?

(মখোয় অনীনা য়েংবদা রোমী লেপফম খঙদে। ইবোহলনা মখোংদগী মমায় ফাওবা অদুদগী তুংয়ান য়েংলকপদা রোমীদু কুমারগী মরুমদা লোৎলী।

ইবোহল : (রোমীদা য়েংলগা) উম ... য়াই, য়াই .. য়াই ... (থোকখি)

চান্দনী : ইচা লাক্লগা কদায়দনো চৎলিববো?

ইবোহল : মীনৌ থুংলরবদি চানা থক্লবা থৌরাং লাঙওইদ্রা-ও? অতিথীগী ফিজোল শকফম ষ্টেন্দরগী মতুংইন্না শঙ্গোম কোফী দুকান্দগী লৌদবা য়ারিব্রাও? মমাচৌবী নহাকপো উম .. য়াই। য়াই ... য়াই ... (চৎখরে)

চান্দনী : (মৈখেৎ খেৎলগা কুমারগী অমদি রোমীগী মমায় মপাদা মৈ ওকই) করিগীনো লেপ্তুনা লৈরীববো? লাউনে, চংলকউ, ফম্লুরাউনে — (চৌক্রি তৈথোকই)

রোমী : করিগীনো নুংথিলদবু মৈখেৎ খেৎলগা ঐখোয়গী মায় য়েংলীবসে? মা কনানো? মমিৎ উদবরা?

কুমার : মৈখেৎকী মরম লৈ; কোন্না হায়গে। লাউ ফমমো ঐগী ইমাচৌবীনি, নহাক্লসু ইমাচৌবী কৌগদবনী।

রোমী : অসিবু তামোগী ইমাচৌবীরো? ইমা মচাদি কদায়দা লৈবা?

কুমার : ইমাদগী হনবা মীবু ইমাচৌবী। ঐখোয় লৈবাকসিদদি চহি হনবা মীনা চাউই। হায়বদি রেসপেক্টনী।

চান্দনী : ইচানুপীসিনা কনা ...

কুমার : ডিমাপুরগী রোঙমৈ নিঙোলনী। ডিমাপুরগী খ্বাইদগী চাউবা হোটেলগী মপুগী মচানুপীনি। ইম্ফাল অমসুং মোরে য়েংবা লাকপনী।

চন্দনী ঃ য়ুমদা চংলুরগা ঐখোয়দা লাকইবা নত্তরা?

কুমার ঃ য়ুম য়ৌরুদ্রি। মুম্বাই অমসুং কোলকতাদগী ইমাচৌবিগা বাজিহনগগী লৈরকপা ফিরোল হান্না পীনিংবদগী সিদা হান্না লাকইবনী। রোমী! ইমাহনগা পাজিহনগগী ফীরোলদু পুথোরকওদনা —

চান্দনী ঃ (ফীরোলবু য়েংলগা) করিগী মমল য়াম্বা ফীরোল লৈরকইবনোনে? নমাগীদি করি লৈবীরকই?

কুমার ঃ মামিগা দেদকদি কদৌবগী লৈরক্কদৌরিবা, মুম্বাইদা ইনাক্তা লাকপদা লুপা লিশিং তরা, কোলকতাদগীসু ধমাধম লৈখ্রবনী। শেৎনা ইন্নদবা ফী কয়া আলমারিদা তাদুনা লৈরী। অদুনা ইমাচৌবীগা পাজিহনগীদমক লৈরকপনী।

চান্দনী ঃ ইবেম্মা নহাক্কী মিং রোমী হায়বনীকো? নহাক করি জাতিগী নিঙোলনো?

কুমার ঃ (রোমী দা) কমদৌই? নহাক কনানো ইমাচৌবীনা খঙবা পামই।

রোমী ঃ ইমাচৌবী ঐহাক রোঙমৈ শাগৈনী। কবুই নিঙোলনী।

চান্দনী ঃ জেমৈ, লিয়াংমৈ, রোঙমৈ কবুইগী কাংবুনা জেলিয়াংরোং শেম্বনী। নখোয়গী শাগৈসিবু নাগা নত্তরনে?

রোমী ঃ নাগালেন্দগী প্রজানা নাগা হায়বসি য়াম্না পামই। ঐখোয়গী লৈফম ডিমাপুর অসি নাগালেন্দনী। নাগালেন্দগী প্রজাগী অপাম্বগী মতুংইন্না ঐখোয় রোংমৈসু নাগা নী হায়বনী। অদুবু ইমাচৌবী, ঐদি কবুইনী।

চান্দনী ঃ রোমী! নহাক কবুই নাগা নী। মৈতৈগা নাগা গা য়েক্লবা ওইরে। নাগা কাংবু মণিপুরগী ৱাংমদা চৎনবা থৌরাং লোইরে। মসিগী পাউ নহাক তাদবরা? তারগনা মৈতৈমচা কুমারগা নহাক্কা মরুপ ওইবগী মরম করিগীনো?

রোমী ঃ ইমাচৌবী, ঐ করি হায়না খুমসিরা? ইমানসু দেদ নসু, মরুপ মপাংনসু হংই। চুমই, তামো কুমার মৈতৈনী, ঐহাক্না কবুই নী। ঐখোয় অনী নুংশিনরবনী। নুংশিনবা থম্মোয় অনিগী মরক্তা জাতি তোঙানবগী ৱাফমবু ... ইমাচৌবী —

চান্দনী ঃ খেন্নবা লৈতে, অসি নত্তরা? গার্ল ফ্রেণ্ড, বোই ফ্রণ্ড ওইবগী ৱাফমখক্তরা?

রোমী ঃ ঐখোয় অনী মেরিএজগী প্রোমিজ তৌখরে।

চান্দনী ঃ লুহোংবগী ৱাশক্করবা নত্তরা? নখোয় অনীগী ৱাশক্কা লুহোংবা য়ারোই। লুহোংবা হায়বসি গার্জিয়ানগী অয়াবা দরকার ওই। কুমারগী ফাদর লৈরী। রোমী! নংগীসু গার্জিয়ান লৈরমগনী। গার্জিয়ান অনীনা য়ানরবগী মতুংদা নখোয় অনীগী লুহোংবা পাঙথোক্কদবনী। কুমার!

কুমার ঃ ইমাচৌবী—

চান্দনী ঃ রোমী গা নখোয় অনী নয়ুমদা চৎলো। মখা ৱারী কোন্না শারসি। চৎলো। নয়ুমদা চৎলো। ঙাইখো! রোমী! নংগী মোর্দনগী ফিজেৎতু হোংদোকখো। লাকও, ফনেক শেৎখো।

কুমার ঃ ইমাচৌবী! রোমীগী ফনেক ফীরোল য়াউরকই — (চংমিন্নখি)

---

## ৮

# শেলুংবাগী য়ুম (অয়ুক)

শেলুংবা ঃ (শাউনা থোরকই) ঐহাক মিনিষ্টর ওইবসি তল্লে! ঐহাক মন্ত্রি ওইনিংদরে। মন্ত্রিগী নুপী নখোয়না চাউনিংবসি তোক্লবা হোৎনরো। নহনফমদা হল্লো, নতেফমদা তেরো কদৌগে। মিনিষ্টরসি ঐহাক্না ওইরীবনি। সরকার অহুম শুরে। ছাত্রগী সরকার, নহারোলগী সরকার, চিফ মিনিষ্টর পার্টিগী সরকার। মিনিষ্টরগী বঙ্গলো, হৱাগাড়ী, এস্কোর্ট পার্টি মণিপুর রাইফল, রাজভুক অসি থাদোক্লিংদবগী খাঙলবনী। ঐহাক মন্ত্রি ওইনিংদ্রে (ডাক্তর চংলকই) এ ঃ ডাক্তর লাকপা ফরে। ঐনা চা-নবা ত্রাঙ্কুলাইজর গুলী অমত্তা ইবিরমউ।

ডাক্তর ঃ মন্ত্রিজীগী ব্রেন য়াম্না শারব্রা?

শেলুংবা ঃ শাবা নত্তে। কোকসি চেখায়গদৌরে। ওঝাগী ষ্ট্রাইক, ছাত্রগী ডিমান্দ নহারোলগী থ্রিটন লেটর, চিফ মিনিষ্টর পার্টিগী মনিংথুংনবা হোৎনদবসু য়াদবা - এম সু, এম এস এফ ছাত্রশিংনা সরকারসি চলাইরিব্রা, নহারোলগী সরকার অমসু লৈরে। মরকসিদ্না নতৈমনা মরোল অমা মন্ত্রিগী নুপীনি হায়দুনা করপসন থিংনবা ৱাশকখ্রবা ঐখোয়গী মিংদা পৈসা তখৎতুনা চারক্লে। ডাক্তর! ঐগী মথাসি ইঙনবা গুলী, ঐগী গুলী —

ডাক্তর ঃ গুলীগী মহুৎতা মোরফিন ওইনা কাপ্পনা ফরনী। অশেংমক্তি ঐহাক মন্ত্রিজীগী অশিবা হংবা লাকচবনী। য়াম্না নুঙাইজরে। মন্ত্রিজীনা ঙসি ফাওবা হিংবীরম্বসি ডাক্তর ঐহাক্কী মায় পাকপনী। ঐহাক অফাওবা ডাক্তর ওইবা তারেদো —

শেলুংবা ঃ করিনো ডাক্তর চোইরোল লোল্লিবদুবো —

ডাক্তর ঃ চোইরোল নত্তে, মহামন্ত্রনী সার। অনাবা কুইনা লায়েংবীদ্রবদি কেন্সর ওল্লী। মন্ত্রি ওইবা হায়বসি মশাগী ওইজবা থীবগী লাইনা লৈরবা মীনি।

চহি ২০ মন্ত্রি ওইবা হায়বসি মশাগী ওইজবা তানবগী কেম্সরনা নারবনী। হৌজিক ফাওবা মন্ত্রিজীনা হিংলিবসি ঐহাক্না লায়েংবননী। অদুনা ঐহাকসি অফাওবা ডাক্তর অমা ওইরে হায়জবনী।

শেলুংবা ঃ ঐহাক্না হিংলীবসি ডাক্তরনা লায়েংবদগী শিহন্দবা ওইরেকো, অদুবু — ডাক্তর লাক্ষনা লায়েংলবসু ঐহাক নোংমদি শোয়দনা শিরগদবনী। হায়রিঙৈদা মৃতু অমা চংলকলে। ডাক্তর! নোংমৈ পায়বরা য়েংউ —

(ছুট-তাই, গোগলস, তুপী অফন্নবা উপ্পা দ্রেগোন খাউ অমা য়াল্লী, চংলকই)

শেলুংবা ঃ শন্ত্রী! শকখংদবা মী থাজিল্লকইবা করিগীনো?

দ্রেগোন ঃ মন্ত্রিজীগী শকখঙদবা ঐহাকসি শন্ত্রীশিংনদি মুন্না খঙলবা মীনি। ঐসি দ্রেগোন টি ভি গী মীনি। মিনিষ্টর সাহেবকী ইন্টভিয়ু লৌবা লাকচবনী মসিনা টেপরেকোদর, মসিনা মাইক্রোফোন, মসিনা ঐগী আই-কার্দ —

শেলুংবা ঃ ষ্টেনো! ঐবু ইন্টভিয়ু তৌবগী এপোইন্টমেন্ট লৈবরনে?

দ্রেগোন ঃ দ্রেগোননা মী উন্নবদা এপোন্টমেন্ত লৌবগী মথৌ তাদে।

শেলুংবা ঃ লিংখ্রেদা। মিনিষ্টর অমগী মফমদা অদুক চাউথোকপা ৱাহৈ খোনফম?

ডাক্তর ঃ খোঞ্জেল অসি নোংমা ঐঙোন্দা টেলিফোনদা ডাক্তর অমা ওইনা মীওয়বগী সেবাদা পুন্সি কত্থোকউ, অনাবদগী পৈশা লৌবা, য়ুম পাকা শাবা, মরুতী কারগী ৱাখল থাদোকউ নৎত্রবদি পাম্মুরবা পুন্সিদু অফাওবা ডাক্তর স্পেসিয়েলিষ্ট শিংনা কনবা ঙম্লোয়। শিবা পান্নবরা, ডাক্তর অমগী মথৌ ফজনা তৌরগেরা হায়রকখিবদুগা মান্নখ্রেদা —

দ্রেগোন ঃ ৱাহৈশিং অদু ঐহাক্কী খোঞ্জেল ওইরম্বা য়াই।

শেলুংবা ঃ ডাক্তর! নোংমা অয়ুক অমদা ঐহাক্না প্রজাসি গধানী, মন্ত্রি ঐখোয়সি অশীংবনী হায়বদা মরৈ য়েৎখিবা, ইম্পোজিবল/ওইথোক্তবা হায়বা ৱাহৈ অসি অপঙবগী ডেক্সনারিদদা য়াউবনী হায়বা মীদুগী খোঞ্জেলগা মান্নখ্রেদা।

ডাক্তর ঃ ওইরম্বা য়াই।

দ্রেগোন ঃ লোন্না নপু ননাই খন্নরীবদু ঐহাক্কী হায়না খল্লবসু করিসু কায়দে।

শেলুংবা ঃ অদুদি নহাক কনা?

দ্রেগোন ঃ কংলৈপাক দ্রেগোনগী দুৎ অমা —

শেলুংবা ঃ মী হাৎপদা হালেংদবা কংলৈপাক দ্রেগোন? ডাক্তর! ঐগী বি পি হাইগৎলক্লে, ইশাসি করিনো অমা তৌরে —

ডাক্তর ঃ লায়েংনবা ডাক্তর ঐহাক লৈজরী। চিংনবীগনু। নিপানবু শিবা কিবা হৌনদে। কুইথরবদি মিনিষ্টর সি লেকথরকপা য়াই। ইন্টভিয়ু হৌবিরো।

দ্রেগোন ঃ (মাইক্রোফোন, টেপ রেকোদর তৌরগা) মেত্রিক পরিক্ষা হায়দোকখ্রে। ফার্ষ্ট টু টেন্টি ফাওবদা সরকারগী স্কুলগী ছাত্র ছাত্রী অমত্তা য়াওদে। ইডুকেসনগী মিনিষ্টর ওইনা করি হায়বীনিংই?

শেলুংবা ঃ এদধোকতা হুরান লান্নদা ওঝা ওইরকপা ময়াম রেগুলরাইজ তৌ, হায়রি। পে কমিসনগী সেন্ট্রেল পে গী তলব ফংবগী হরাওরিঙৈদা, সরকারগী ওঝাশিংনা ছাত্র লাইরিক তম্বিবা কাউরে। ছাত্র ছাত্রীনা লাইরিক তম্নিংদবদগী শোরোক্তা চৎলিঙৈদা ছাত্র অমা ফাওবা পাস তৌবা য়াউদে।

দ্রেগোন ঃ প্রাইভেৎকী স্কুল, নির্মালাবাস, ডোন বোস্কো, লিটল ফ্লম্বারনচিংবনা অফবা ছাত্র ছাত্রী পুথোক্লগা সরকারগী স্কুলনা ঙমদবসি হরাওবীব্রা?

শেলুংবা ঃ ইকাইরিবনীনে।

দ্রেগোন ঃ ইকাইবদু ফন্নবা করি থবক পায়খৎপিগে খনবীরি?

শেলুংবা ঃ ওভরদ্রাফ কোক্লবা ডাউন সাইজিং। ফত্তবা স্কুল মুখৎপা, মদুগী ওঝাশিং থবক থদৎপা। তলব পিনিংঙাই পৈশা লৈত্রে। ছাত্রবু লাইরিক হৈনবা তম্বিবা ঙমদবা ওজা লিশিং অমা লৌথোক্লগনী।

দ্রেগোন ঃ থাগৎচরি। মেডিকেলগী মন্ত্রিসু ওইবীরিকো?

শেলুংবা ঃ ওইজরী।

দ্রেগোন ঃ ইন্দিয়াগী মনুংদা এইদসনা নাবা মীগী মশীঙসি মুম্বাই মণিপুর দিল্লিনা ফাষ্ট, সেকেন্দ, থার্দ ওই হায়বা পাউসি তাবদা মেডিকেল মিনিষ্টর অমা ওইনা হরাউবিদবরা?

শেলুংবা ঃ হ্বাই নোট? চাউখ্রবা ইন্দিয়াসিদা পিকখ্রবা মীশিংসু য়ামদবা মণিপুরনা পোজিসন লেপই হায়বসি ঐগীদি চাউথোকচনিংঙাইনী। ঐদি য়াম্না হরাউই।

ডাক্তর ঃ ওন্ন তৈনরেনে সার।

শেলুংবা ঃ হা?

ডাক্তর ঃ এইদস কী লায়না লাইথুং পকপদা মণিপুরসি ইন্দিয়াদা মমিং লৈরে হায়বনীনে।

শেলুংবা ঃ সোরি সোরি ঐহাক্তি ফার্ষ্ট, সেকেণ্ড, থার্দ, গোল্ড মেদল, সিলভর, ব্রোঞ্জগী ৱাখল খল্লুরেদনা। এইদস থিংনবা কন্না হোৎনরী। থাজদ্রগা এইদস কন্ট্রোল বোর্ডতা হংউ।
(দ্রেগোনগী পোকেটতা য়াউবা টেলিফোনদু খিংলকই। লৌথোক্লগা ৱা ঙাংনৈ।)

দ্রেগোন ঃ য়েস (খল্লগা) লাক্লগে। মীদু লোইশিল্লমখিনু, ৱা খরা হংগদবা লৈরী। (টেলিফোন হাপচিনখি) থেঙ্ক য়ু মন্ত্রিজী! মতুংদ অমুক উন্নরসি। (খরা চৎলগা) অদুগা ডাক্তর! লনাই ক্লিনিক হিংনবগীদমক সরকারগী হোষ্টপিটাল শিনবা হোৎনগনু। লনাই ক্লিনিক তা নৎত্রগা নয়ুমদা অনাবা লায়েংবদা শেন তানবা পাল্লবদি হান্না সরকারগী থবক্তগী রিজাইন তৌ। নৎত্রবদি কন্দক্ট রুলস দগী হিংলবসু দ্রেগোননদি শোয়দনা হাৎকনী। মিনিষ্টরসু ডাক্তরসু হিংবগা শিবগা অনিসিগী মরক্তা করম্বনা পামই? বাই — (দ্রেগোন চৎখরে)

শেলুংবা ঃ হৌজিক্কী নিপাদু নোংমসু ইমাংদা ভুটকুম লেপ্লমই। ডাক্তর মশক খঙব্রা?

ডাক্তর ঃ মশক্তি খঙদে! মহাক্কী খোঞ্জেল অসিমকনি। নোংমা ঐঙোন্দা ডাক্তর অমা ওইরগা পৈশাদবু লাইনিং ওইগনু মীওইবগী সেবা তৌবা তমউ হায়না টেলিফোন তৌরকখি।
(মখোয় অনি য়াম্না কিনা য়েংনরীঙৈদা, কুমারগা রোমিগা হরাউনা চংলকই। কুমারনা শেলুংবদা খুরমই, রোমীসু খুরুমই।)

কুমার ঃ পুপু

শেলুংবা ঃ কনানো? এ ঃ ইশু কুমারনিনা। নহাক্তি কদৌঙৈ লাকই?

কুমার ঃ ঐখোয় অনি হৌজিক্কী ফ্লাইট অদুদা কোলকতাদগী থুংলবনী।

শেলুংবা ঃ কনানো মহাক্না?

রোমী ঃ ঐহাকনে পুপু —

শেলুংবা ঃ ও .... ডিমাপুরগী ইশু রোমী? নহাক্কী ফিজেৎ লৈতেংদুদা ইপুদি খঙলুদ্রেদনা। স্নালৈবাক মণিপুরগী লমদমসি য়েংলিবমখৈ পেন্দবনী,

ময়াং কয়া মরৈবাক মরমদমদা হন্নিংদবদগী মফমসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরিবসিনী। নয়ুম ডিমাপুর দদি হয়েং চৎকদরা?

রোমী ঃ ঐহাক পুপুগী চৈরাউবগী ফি থিনবা লাকপনে। তামো! পুপুগী ফি — (কুমারনা পীরকপদু লৌরগা মপুদা পীরগা খুরুমই)

শেলুংবা ঃ কুমশি চৈরাউবগী ঐহাক্কী ফি কৎপা লাকলিবা? হাই - কুমারগী মবোক! তারিব্রা? ইশু রোমীনা ঐগী চৈরাউবগী ফিজোল থিল্লকলে। লৌশিল্লুরাউ। ইশুশিংগী চা শেমউ -

রোমী ঃ অদুগা পুপু। ঐদি ডিমাপুরদা কবুইনুবী রোমী ওইনা অমুকহন্না চৎলরোই। তামো! বোবোক্কা ৱারী শারুসে —
(কুমারবু মখুৎ চিংলগা ইমুংদা চংমিন্নখরে —)

ডাক্তর ঃ চৈরাউবগী ফি থিল্লকপা হায়বসি নিঙোল চাক্কৌবদা বার্ত্তন তৌদবা য়াররোই। রোমীগী নিঙোল চাক্কৌবদা করি পোৎনা দক্ষিনা তৌবা তারে সার?

শেলুংবা ঃ ঐহাক মিনিষ্টরনীনে ডাক্তর। ইশু রোমীনা পাম্বা টি ভি, রেফ্রিজিরেটর, স্নাগী লীকপরেং-পীবা তারেদনা। সেক্রেটরী, ওফিসারশিংদা হায়খ্রনী।

ডাক্তর ঃ রোমীগী অপাম্বসি স্না লুপা নত্তমাল্লে সার।

শেলুংবা ঃ অদুদি করি?

ডাক্তর ঃ মাগী চাক্কৌবগী দক্ষিনাসি ঐখোয়গী চৎনবী মতুংইন্না লুহোংলগা মৈতৈগী মৌ অমা ওইবদু ওইরমাল্লেদা —

শেলুংবা ঃ এ ঃ অদুদি দুকান্দগী শোৎপা ফংবা পোৎশু নত্তনা। অদুদি ঐদি কদায়দগী লৌরুগদৌরিবা?

ডাক্তর ঃ হৌজিক রোমীনা মহাক্তি ডিমাপুরদা কবুইনুবী রোমী ওইনা অমুক হন্না চৎলরোই হায়বদু অনাবা হেঞ্জিল্লবনী, অফবা হোস্পিতালদা লায়েংবীয়ু। ঐহাক য়ৌজরে সার — চৎখরে।

শেলুংবা ঃ করি? ইশু রোমীনা মহাক ডিমাপুরদা কবুইনুবী রোমী ওইনা অমুক চৎলরোই হায়বা? অশাইগী নিপাদুনা নিদুনা হিংবগা শিবগা করম্বনা হেন্না পাম্বগে হায়বা? হুম ঐগী কোকসি করিনো অমা তৌরক্লে। বিপি হায়গৎলকলে। ডাক্তর, ডাক্তর! ঐগী গুলী, ঐগী গুলী — (থোকখি।)

---

## ৯

## ইবোহলগী য়ুম (অথেঙবা অহিং)

অরাপ্পদগী নুপী অমনা মপুক্সিং নুংশিনা ঈশৈ শক্লি। চান্দনীনা ঈশৈদু তারগা থোরকই, অতিয়াদা থোক্লিবা থাজবু য়েংই। কপই —

(ঈশৈ)
খৌরাংবনা কংলে চরমসে
লোককী ঈশিংদি চেম্বুরী
ঐনা থকপদি ফংদরে।।

চাক্তি লাম্বনা শ্বর তৎকদৌরে
অহাওবা এঞ্জাংগী মনমদি নম্লরে
ঐনা চাবদি ফংদরে।।

নক্ল লৈরসু উঙমদরে
মিৎনা উরিসে শোকঙমদরে
হে ব্রাখল নহাক্লা
ঐগী থম্মোয়বু থেমজিনবীয়ু
তাইবঙ মপুগী লীলা
তেংথারুবনা কদৌরুনী
কপ্পা লেনবা তারে পুন্সিসে —।।

চান্দনী ঃ (কপই) থেঙলবা অহিং অসিদা ঈঙলবা নুংশিৎকী ঈপোমদা শান্নরিবী থাজ নহাক্লা নোক্লিবদো, কনাদনো? ঐহাকপু লঙনরীবা নত্তরা? নোক্লজৌ — ঐহাক করিসু ইকায়বীদে। থাজ! নহাক্লা মীচিক মীরাউখোল তাদ্রবা অহিংদা নোংদোল লিক্লাগী পিরাং শিম্বুদুনা ইনুং ঙানবা ঙাইবগুম ঐহাকসু মিৎকী পি কংবা মতমদুদবু ঙাইদুনা হিংলিবীনি। কয়াম কুইনা অসুন্না হিংখিগদগে পুন্সিসে — (কপই)
(চান্দনীগী ডাইলোগ অদু তারগা ইবোহল তপ্না তপ্না থোরকই)

ইবোহল : মমা! অহিং মমৈ ওইরক্নে। ইমুংদা চংলসি লাকও —(চংমিন্নখি)

চান্দনী : হে নিংশিংবা। ঐহাকসু নোক্না পুন্সি লেনবা পামই। হৌখ্রবা ৱারী কয়া অকাউবগী লৈরোল চনখরো। হে নিংশিংবা! নহাক্না ঐগী ৱাহল্লিবসি হেনমল্লে। ঐ খাঙবদা ৱারে।

ইবোহল : চান্দনী! নহাক্কী নুঙায়বদি কখোকপনী। লৈত-লাইরবগী মতেং পাঙবা ঙম্লিবী নহাকসিমুক পোকপগী মহৈ য়ানবী নুপী লমদম কৈদা লৈরমখিগদগে? নংদি থৌনা ফবীনে, কপকদবা নত্তে। নোক্কদবনে। কপঙাং ৱাঙাংগী মহুৎতা থৌনা ফবী মৈতৈ নুপী অমা ওইনা অনিংবদু ফোংদোকউ চান্দনী। নহাক মমা অমনিনে। কপচেৎপী মমাগী মচানিপানা করম্না মীথোই মীহেনগনী?

চান্দনী : ঐগী মিৎকী পিরাং কংগদবা মতমদু কয়াম ৱাৎলিবগে?

ইবোহল : করম্বা মতম?

চান্দনী : ঐহাকপু মখোয়না শকখঙবীগদবা মতমদো —

ইবোহল : মখোয় হায়বদি কনা কনা?
(থোঙদা কোক কোক থীল্লকই। মখোয় অনি য়েংনৈ। অমুক থীল্লকই।)

ইবোহল : নোংঙাল্লমদাইসিদা কনা ওইরমগদবা?
(থোঙ হাংদোক্লগা য়েংবদা কনাসু উদে। কুমার চংলকই। নিপা অমা চংলকই হায়বদি উরগা মশক লাকশিনবদি ঙমদে। ইবোহল মতুং হঞ্জিল্লকই।)

ইবোহল : কনানো?

কুমার : ঐনী পাজিহন —

ইবোহল : কুমার-রা, নহাকপু ডিমাপুরদা রোমী থিনবা চৎখিবদাই? নোংঙাল্লমদাইসিদা কদোমদগীনো? করি খুদোংথিবা লৈরে?

চান্দনী : কুমার! কনা কদৌবা য়াউরগে?

কুমার : ইমাচৌবী, ঐ ভাব তাদরে?

চান্দনী : কদৌরগে?

কুমার : ময়ুমদা চৎসি হায়বদা রোমীনা য়াদরে। থেম্লগা পাঙকপ্ত কপই, হু চারগা শিগনী হায়রে। উপায় লৈতবদগী কোহিমাদগী হল্লক্রবনী। হৌজিক কমদৌনী?

ইবোহল ঃ কমদৌবা হায়ববু চেল্লেদনা। মখা তাবদি মমা মপাগী থৌদাং তারেদনা।

চান্দনী ঃ রোমীবু কদায়দা থনম্বগে?

কুমার ঃ পুরকলে।

চান্দনী ঃ চৎলো কৌশিনবীরকউ। ইমুংদা পুশিল্লকউ।

কুমার ঃ পাজিহনগা ইমাচৌবীগনা ৱা থোক্তনবা ...

চান্দনী ঃ ইমা লৈরী, করিমত্ত চিংনরুনু। চৎলুনে রোমীবু লৌশিনবীরুচোনে — (ইনথোকখিবা)

কুমার ঃ রোমী! করিগীনো অদুদা লেপ্লিবদুবো চংলকও —

ইবোহল ঃ চান্দনী, ঐ ইবোতোনগা সোবিতাগদা পাউ পিরুবনা ফবরা?

চান্দনী ঃ থেঙলবনীনে। ফিজোলদু অমদি হোংখিবনা ফৎত্রা?

ইবোহল ঃ হোংদ্রবসু ... য়ারেদা। চৎলে — (চৎখ্রে)

চান্দনী ঃ অঙাং অনিসি ফাদোক্লবা য়াররোই। হে নুংশিবা! নহাক্কী লিপুলসি কনখ্রেদকো — কুমার! নখোয় ইমুংদা চংখ্রো।
(চান্দনিগী ৱাখলদা)

(ম্যুউজিক—কবুইগী ফিজোলনা লৈতেংবী রোমী, জগোয় শারগা থোরকই ঈশৈ শকই—)

ঐনা লৈশা — নৌরিবী লৈরাংনী
নংনা পাখঙ — মহু চাউবা খোইমু
পোমশাৎনরিবী চীংগী থম্বালনী
তমগী নুংশি ৱাহৈনা থেম্বিরনু —
কম ওন, জোইন মি —
ম্যুউজিক কা ঈরোইননা কুমার থোরকই। চান্দনী নোকই।

কুমার ঃ ঐদি জগোয় শাবা হৈতে।

রোমী ঃ ইতোমতা জগোয় শারগা ঈশৈ শকপসি বীট লৈতে। জগোয় শাবা হৈত্রবসু ঈশৈদি পাংবা য়াইদনা — ঈশৈ শকই ঐনা লৈশা ... (কুমারনা ঈশৈ খুমই)

ঐনা মৈতৈ — পুকচেল চাউবা অপঙ
ও লম্লানবী — নরোল ঈরোল তিন্নদে
খঙই থুংদে পুকফবগী শরূক
কেনখিনু চিন্নদনা ইঙাক্লে — (জগোই শাবা)

(কোরস) ঃ শকখঙনদবা থম্মোয় অনিগী
পুন্সি লৈপুন শেম্বা নুংশিনবা
লৈতে খেন্নবা জাতিগী লোনগী
লৈরোই শক্তি কনাগী থিংনবা।।

রোমী ঃ ঐনা লৈশা — নৌরিবী লৈরাংগীতমগী
নুংশি শৈশক্লা থেল্লনু —

কুমার ঃ ও লম্লানবী — নরোল ঈরোল খৈন্নে
কেনখিনু চিন্নদনা ইঙাক্লে—
(ঈশৈ লোইরকপদা রোমী কপ্লগা চংখি। কুমারনা তান্নখি গেটতা গাড়ি ৩/৪ খামখিবগী মখোল তারকপদা চান্দনীগী ব্রাখল মাঙখি। হৌগৎলগা লাঙতক্লনা য়েংই)

করাইলুং ঃ (মনুংদগী) ময়াম গেট অসিদা লৈবীরমউ। হোরেল ঐনা কৌরকপদা চংবীরকউ। ইচা রোমীগা নিপাগা চেম্থোকখিবা য়েংউ। ফাদবা য়াদবনীকো—
(রোমীগী মপা তুপী উপই, স্পেক্ট সুট টাই মকোই খাকই, ইবোহল, ইবোতোনগা লোয়ননা চংলকই)

ইবোহল ঃ ডিমাপুরদগী রোমীগী মপানী —। করাইলুং রোংমৈ!

চান্দনী ঃ লেঙশিনবীরকউ সাহেব —

করাইলুং ঃ য়ুম অসিদা ইচা রোমী ফারগা থম্বরা? পুথোরকউ। হৌজিক্তি লোৎপা য়াররোই। চেলহন্নবা হোৎনবদি ফরোয় —

ইবোহল ঃ রোমী! নহাক্কী দেদ লাকই।

ইবোতোন ঃ মাঙদা লেপ্লীবসিনা ঐগী পোকমিন্নবা ইয়াম্বনী। ঐহাক্লা পি দব্লিউ দি গী এক্সুকিটিব ইঞ্জিনিয়ারনী। ইচা ইবেম্মা রোমীগী বোই ফ্রেণ্ড অসিনা বঙ্গলোরগী ফাষ্ট ক্লাস আর্কিটেকনী।

করাইলুং ঃ মদুগী ৱাদি ঐ নোর্থ ইষ্টর্নদা অমখক্ত ঙায়রিবা ডিমাপুরগী নোর্থ-ইষ্ট ষ্টার হোটেলগী প্রোপাইটরনি। ইচানুপী রোমী দিল্লিগী এম এস সি ফার্ষ্ট ক্লাস, মুম্বাইগী হোটেল মেনেজমেন্টগী ...

ইবোহল ঃ তাজে। পুন্নমক খঙজে। নুপী চেল্লক্লবদি নিপা ময়ুমগী মীনা নুপী ময়ুমদা হায়দোকফম থোকই। মদুগীদমক ইচিন ইনাও শাহেবতা খুরুম্বা লাক্লবা থৌরাং তৌজরল্লিবনী। ইচাগী খোঙ্গুল লীবিরকপনা হাল্লে। থোক্লিবা থৌদোক অসি পাখঙ লৈশাগী মতমগী চৎনবীনি। শাউফম্বুদি থোকই। অদুবু ইবোতোন ভক্তি অমত্তং হান্না কৎসিদনা — (খুরুম্বা)

করাইলুং ঃ মরাল লৈবা মীবু খুরুম্নগা দন্দি কোকপা য়াব্রনে? অদু য়ারবদি ঐসু নুংশিদবা মী হাত্তোক্লগা চর্চদা ১০০ রক খুরমগে।

চান্দনী ঃ সাহেপ! মসিদি মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবীনি।

করাইলুং ঃ ঐসু মৈতৈগী চৎনবী খঙইনে। ঐহাক কৈশামথোং কবুই খুলদা পোকপা, চাউবনীনে। ফুটবোল শান্নবদগী নাগালেন্দা থবক তৌবনি। পেন্সন ফংলবা মতুংদা ডিমাপুরদা লম লৈরগা কারবার তৌবনি।

চান্দনী ঃ অদুগা মীনা খুরুম্নগা ওকপিদ্রিবনা করিগী?

করাইলুং ঃ খুরুম্নরবদি কম্প্রমাইজ তৌরেদনা — মীগী মচানুপীবু হুরাল্লগা ফাদুনা থম্বদি কদাইদগী য়াগনী? রোমী! থোরকউ, ইপা লাকলে। পুলিস ফোর্স পুরগা লাকইবনী (ফনেক শেৎলগা ফিরুক খুম্লগা রোমী থোরকই, চান্দনীগী মরুমদা লেপই। শাউরিবা মপা থোরকইবী রোমী উদে। ইমুংদা শাউনা য়েংই)

— রোমী! থোরকউ। নহাকপু ফাবা মীশিং কনা কনানো হায়রো, ফারগা ফাদোক পীগে। থোরক্লবরা? রোমীবু ফারগা থমগনু। পুলিসপু ইমুংসি থিহল্লোরা?

রোমী ঃ দেদ! ঐহাক সিদা লৈরে।

করাইলুং ঃ এঃ রোমী! নংদি থুনা মৈতৈনুপী ওইরমইদা! কনানা ফিদু শেৎচিনবী? নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎকনী হায়রো?

রোমী ঃ ঐহাক্কীদি টেলিফোন্দা হায়খ্রবদুদি —

করাইলুং ঃ নহাক ইম্ফালদা কুমারগী য়ুমদা লৈরে হায়বদুদগী নাগালেন্দ পুলিস ফোর্স পুরগা লাকইবনী। নহাকপু ফাবা কুমার, নহাকপু লোৎতুনা থম্লম্বা মমা মপা ফারগা জেলদা থমগে। য়ুমদা চৎসি - মাঙ থারো —।

রোমী ঃ ঐ চেল্লবনে।

করাইলুং ঃ কদায়দা চেনগদৌরীবা? পুলিসনা য়ুম অসি কোইশিল্লবনী, চেনফম লৈতে।

চান্দনী ঃ রোমীগী পাবুং! ইচানুপীগী মায়থোং, শেৎলীবা ফিজোল, ঙাংথোরকইবা ৱাহৈ খোনফম — উবদা তাবদা করি ৱাখল খনবীবগে? অঙাং মশেনসি নুংশিনদুনা ...

করাইলুং ঃ নুংশিনবা? রোমী! নহাক কুমারবু নুংশিবরা?

রোমী ঃ নুংশিবদুনবু কায়নবা কিবদগী চেল্লীবনি।

করাইলুং ঃ কুমারনা নংবু ফাদুনা পুবা নত্তে? মমা মপানা নংবু বাই ফোর্সতা লোৎতুনা থুম্বা নত্তে?

রোমী ঃ ঐ ইশানা য়ানা লৈবনী।

করাইলুং ঃ অদুদি ইপানা নহাকপু নাগালেন্দগী এম এল এ, মিনিষ্টর নৎত্রগসু ক্লাস ৱান ওফিসার অমদা লুহোংবীরগা ডিমাপুরদা ঐহাকসি নিংথৌগুম লৈগে খনবা ৱাখলসি ফেল ওইবা তারবরা?

রোমী ঃ নচানুপীবু য়োল্লগা নুঙায় য়াইফগে খনবা ৱাখলদু থাপ্না থমখ্রসি। দেদিগী ইশাগী শক্তিনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনবীয়ু। নচানসু মণিপুর স্নালৈবাক অসিদগী অঙম্বা তেংবাং পাংজরক্কে।

করাইলুং ঃ নংগী তেংবাং লৌদ্রবসু ঐগী পৈশা লেম-পানা লৈজে। কবুই নুপী নহাক্সু ফনেক শেৎচিল্লগা মৈতৈ নুপীগুম থৌনা লৈনা ৱা ঙাংবা শায়। নশক নপুকচেল খঙলে। ঐ চৎলে —

রোমী ঃ দেদি! শাউখিনো। ঐগী লুহোংবদি?

করাইলুং ঃ নংগী লুহোংবদি মৈতৈ নপাদা হায়য়ু — (চৎখ্রে। ইবোহলদা লোন্না ইচা রোমীসি মতোমতা পোকপীনি। মপি তাহনগনু, মবুক থন্না পিজবিয়ু।

(কপই) ডিমাপুর হেক য়ৌবগা ইচাগী লুহোংনবগী পৈসা পুরগা লাক্কে। রোমী! দেদি চৎলগেকো — (চৎখ্রে।) ইবোহলগা ইবোতোনগনা তান্নখি। চান্দনীনা রোমীগী খজাইদা চুপই—)

চান্দনী ঃ নুপীমচা হায়বদুদি অদুনি। ইচং থৌগদবনী। চংঙো চৎলো ইমুংদা। করিমত্তা নুংশা থীগনু। ইমাচৌবীনা পুন্নমক ফনবা শিনবীনি —

(রোমী চংখি। মপানগী গাড়িশিং থৌখ্রে। গাড়ি অমা থৌরগা কোন্থোংদা খামখি। সোবিতা পায়শিল্লকই —)

চান্দনী ঃ ইনাউবেম্মা, নহাক য়ৌরক্লেদনা। সোবিতা, ঐহাক্তি লানজাও অমা থোক্লগদ্রা পাখৎলুরবনী। লান ঐখোয়না ঙমলে। হৌজিক্তি ইচিল ইনাও — করি খন্নসিগে? চংলকও, ফম্মুরাউ — ঈঙনা চিক্লা খন্নসি।

সোবিতা ঃ মপা লাক্লিঙৈদা হাওনুবীদু পীথোকখিগেদি হায়দ্রদনা ইচেনা চখবিরমইবা প্লান অসি করিনো? নিপামচা কুমার! থোরকউ লাউ — হাওনুবীদু হৌজিকমক ভারা পিরগা চৎহনখো। থোরক্ত্রিবরা? ইমানা ইচাগীদমক মিনিষ্টরগী মচানুপী অমা হায়না শীংনবা লোইরবনী। ঐহাক হাওনুবীবু ইমৌ ওইবা পামদে। থোরক্ত্রিব্রা-ও? সে — পৈশা! ভারা পীরগা হৌজিকমক চৎহনখ্রো। থোরক্ত্রিব্রা-ও?

চান্দনী ঃ সোবিতা! ইনাউইবেম্মা! নহাক্কী অশাউবদু থুমল্লী, ৱাহৈ খোনফমদু খরা খিৎ ঙনমন্দরা?

সোবিতা ঃ করিনো ৱাহৈ খোনফম ঙনবা হায়বদি? ইচেগী থৌরাং, থৌশিল — ঐ খঙলোইদবোই খনবরা? ইচেনা খুঙ্গংগী নিঙোলনী। ঐহাক্লা লৈবাক অসিগী মিনিষ্টরগী মচানুপীনি। ইচেগী নিপানা এল পিগী ওঝা পেন্সন্নর। ঐহাক্কী ইপুরোইবনা পি দব্লিউ দিগী তলব লিশিং ২০ হেন্না চারীবা এক্সিক্যুটিব ইঞ্জিনিয়ার। ফিরোল অহনবা শেৎনবা, ঙা থোংবা চারা অমগীদমক ইচানিপাবু মোইথেম তৌরিবদু ঐহাক খঙলমলোই খনবরা? ইতৈগী পেন্সননা চাবা কোন্নদরে হায়না শেংনা হায়য়ু। ইপুরোইবগী ময়াম্বগী ইমুংদা চারা হেন্দনবা ঐনা থা অমগী লুপা লিশিং অমদি পিবীগনি। নত্তে, ইচেনা ইচানিপাবু হাওনুবী অমা লুহোংবীরিবসি করিগীনো? ইচেবু ইচানিপাগী কনানোনে?

চান্দনী ঃ সোবিতা! ৱা য়াম্না ঙাঙবসি থৌগংনবনী। ঙহাক্তংসু শ্বর হোদোকউ। শেন খরা পায়বা মীনা লায়রবা মীবু হন্থনা খনবা, উশিংতবা ৱাঙাং শিজিন্নবা, ইচে শাউদে, মতমগী লমদমসিগী চৎনবীনি। ঐহাকপু নপুক্লিংদু পেন্ননবা চৈয়ু, ঙাংঙু ঐহাক্না ইনাওবুদি ঙাকপিবা ঙমগনী। নহাক লাইরিক হৈবীনি, ইনাক-কৈরাক খুনবী চাউখৎপী নুপীনি। মৈরাপাইবী, ছাত্র ছাত্রী য়ু সি এম না মণিপুরগী ঙমখৈ কায়বা য়ারোই, হাও ময়াং পাঙল পঞ্জাবী মরৱারী — চীংমী তম্বী অমত্তনী। নুংশি চান্ননা লৈমিন্নগদবনী হায়না পৃথিবী তা-নবা লাউরী। নহাক্না হাওনুবী হায়বা ৱাহৈ তত্তনা শিজিন্নরীবদু ইমালৈবাক মণিপুরগী ঙমখৈ কায়ননবা মচাক অমা ওইরকপা য়াই হায়বসিদি খন্থবা ঙম্বরা?

সোবিতা ঃ বা! মেত্রিক ফাওবা পাস তৌদবী নুপীনা বি এ ঐঙোন্দা ভাষন পীথরকপসিদি — হা ... নোক্তুম নোকনিংই কুমার! হাওনুবীদু হৌজিকমক চৎহনখো —

কুমার ঃ (শাউনা থোরকই) করিনো ইমানা উরাউ থৌরাউরীবসিবো? ঙাওরব্রা-ও? লৈকাইগী মীনা তারগা করি হায়নখিনী?

সোবিতা ঃ করিনো উরাউ থরাউবা হায়বদি? ইমানা হায়রিবসে নহাক্কীদমক্নি। হৌজিকমক হাওনুবীদু ময়ুমদা চৎহনখো —

(ইবোতোনগা ডাক্তরগা চংলকই। ডাক্তরনা ইবোতোনবু ফারগা ঙাংনরীবদু তাদুনা লৈ)

কুমার ঃ ওর্ডর তৌবা হায়বসি মফম মতম লৈবনী ইমা। কবুই নুপী ওইসনু, হাও, ময়াং, লোই নুপী ওইসনু ঐগী নুপী লৌগদৌরিবসি ইমা নত্তে, ঐহাকনি। ঐনা রোমীবু পামই, নুংশি অদুগা রোমী, ঐগী নুপী ওইরবনী। ইমাবু নুংশিবা মশক খঙলব্রনে? ইমানা পাবুংগী নুপী ওইনা ঐহাক্কী ইমা ওইজরিবসি — হায়বিয়ু ইমা! পাবুংবু লায়রবা পাজিহন্না শেম্লকপদা তেংবাংলকপী ইমাচৌবীগা, পাজিহনগী শাগৈগী মৌ ইঞ্জিন্নিয়ারগী নুপীনি হায়না চাওথোকচরিবী ইমাগা অনি অসি করম্বনা হেন্না নুংশিফম থোকই। ডাক্তর কমলগী স্বার্থত্যািগক্কী আর্থ খঙদবী ইমানা করন্না বি এ ওইবীরমই। মী অমগা মী অমগা করিদা খৈন্নৈ? ইমা হায়বা ঙম্বিরগদরা? অসাই মখৈ নচা তাগে হায়দুনা তারম্বনী। ইদুকেসনগী

মঙাল ফংবা হায়বসি সার্টিফিকেট পায়বা বি এ ইমা নত্তেনে, ইমাদগীদি ইমাচৌবীনা লাইশু খঙবা হেল্লী। ইমাদি শেন-থুম অচাউরমদা তাউবী মীওইবগী থম্মোয় পান্দবী গন্নাগী চেনা শাবা লৈরাংনী —

চান্দনী ঃ (কুমারগী মখজাইদা খুপাক্লা থাবা) করি? মচানা মমাদা অদুগুম্বা ৱা ঙাংবা হৌনব্রা? মচোংপাক নাইদবা, ব্যবহার থৌগল্লোন খঙদবা! নং করম্বা শাগেগী মচানো? নহাকপু চাউনবা য়োকপদা নত্তনা এম এ সি দগী বি ই অদুদগী আর্কিটেক ওইহল্লীবা ইমাদা অদুগুম্বা ৱা ঙাংবা হৌনব্রা, অদুগুম্বা শাজৎ চৎপা হৌনব্রা?

(চান্দনীনা কুমারবু ফুবদুদা সোবিতা হেন্না শাউরে।)

সোবিতা ঃ ইচে! নোংমতসু খুবাক্লা খুনম্না থারক্লিবা ইচানিপাবু ইচেনা ফুবগী করি নতিক লৈ? মমা ঐগী ইমাংদা ইচাবু ফুবা নুপীদি ঐগী য়েরুবনী। নতিক নরিনজেল কয়াম লৈদনা হে হে ইচাদা খুৎ থারিবা নহাকপু কনানোনে? নমায়দুদা খুপাক অসিনা —

(সোবিতানা চান্দনীগী মমায়দা খুপাক্লা থাবদুদা ইবোতোননা চেন্সিল্লগা সোবিতাগী মমায়দা খুপাক্লা থাবা, ডাক্তরনা ইবোতোনবু ফাবা নংহৌদে)

ইবোতোন ঃ সোবিতা! নুপী অসি কনানো খঙব্রা? নপুরোইবা ঐহাক্কী ইমাশকপী ইতৈমানী। ঐগী ইমাদা নহাক্লা খুৎ থাবগী করি নতিক লৈ? নুপী অসি কনানো?? নহাক মশক খঙব্রা?

ডাক্তর ঃ তোন! প্লিজ কাম দাউন! তোন বাবু! নহাক মীওয়বগী পনখৈ ৱাংমা লানগদৌরে।

ইবোতোন ঃ ডাক্তর! ঐঙোন্দা মীওইবগী খাঙবা ঙম্বগী শক্তি লৈতরে। ঐগী ৱাশক ঙাকপা ঙম্লরোই। ৱাশক কায়বগীদমক পাপ পুরসু, নেরোক্তা তারবসু তারসনু। ঐ ঙসিদগী লোৎতুনা থম্বা ঙম্লরোই। সোবিতা! নমাংদা লেপ্লিবী নুপী অসি কনানো? মুন্না য়েংউ। নহাক্লা হম্থনা উরিবী লায়রবী! নহাক্লা য়েরুবীনি খল্লিবী নুপী অসিগীদমক নহাক নপিদি শিঙ্থরক্কনু। খুমউ — নুপী অসি কনানো?

চান্দনী ঃ ইবোতোন! করিনো নহাক্লা ঙাংলীবদুবো। ঐহাক্কী ইনাওনুপী, কুমারগী মমা সোবিতাগী ৱাঙাং শাঙাংদা নুঙাইতবা করিসু লৈতে। ইমুং মনুংগী

ৱাথোক্তি চফু-উয়ান কে-নবনী। ঐখোয় হৌজিক মীগী মচানুপী অসিগী ৱা খন্নগদবা য়াম্না লৈরী। চা থকসি, ইতৈমা চা লোল্লুগে, ডাক্তর! লেঙশিনবীরকউ —

কুমার ঃ ডাক্তর! ইমাচৌবীসি কনানো?

ডাক্তর ঃ নংগী পাজিহনগী নুপী, নপাবুংগী মতৈমা নমাচৌবীনী কদৌরগে কুমার—

কুমার ঃ নত্তে। পুন্নমক মিনম্বনী!! পাবুং! ইমাচৌবীসি কনানো? ঙসিগী নুমিৎতা নচাদা অশেংবা তাকপিদ্রবদি ঐহাক য়ুম অসি থাদোক্তুনা, পোক্লফম লমদম থাদোক্তুনা পুন্সিচুপ্পগী মীরালাম্বা ওইনা মীরমদা লৈরুরগদবনী।

ইবোতোন ঃ ইচাগী ফিরেপতুসু কনমল্লী। মমালৈবাক, পোক্লফম লমদমবু থাদোক্তুনা মীরমদা মপুন্সি লেল্লুবদা নুঙাইথোকপা কনা ঙমখিবগে? আদা — মাইক্তা খোংলীবা ঈশৈ অসি তাউ —

(ঈশৈ - সনা লৈবাক মণিপুর ... )

কুমার, নমাংদা লেপ্লিবী লাইরবী ইতৈমাসে —

চান্দনী ঃ ইবোতোন!

সোবিতা ঃ ঐহাক্না খঙলিবসি নত্তবা ইচেসি কনানো মহোয় পাবা?

ডাক্তর ঃ মীওয় মঙা ৱাশক্লখি। মীওয় মঙা অদুদি নতৈহন, নপুরোইবা তোন বাবু, ডাক্তর ঐহাক ইশামক অমদি নচে ইবেম্মা চান্দনী। কনাগীদমক ৱাশক্লখি? সোবিতা নহাক্কীদমক।

ইবোতোন ঃ ইতৈমা! ঐগা সোবিতাগদি মচানা মপুং মরেপ ফারকপগা লোইননা মহৈ মশিং তম্বা লোইশিল্লকপদা মিকুপ অমত্তা ওইরবসু হরাও মিনোক তল্লমগনী। ইতৈমাগা তাচৌগগী মায়থোংদগী নুঙায়বা উৎলগা থম্মোয়না তেংথাবীরিবদু ননাওগী থম্মোয়দা ফাওরল্লোই খনবীব্রা? তামোগা ইতৈমগগী ফোংদোক্তবগী অৱাবদু ঙসিদগী থাদোকপিরোকো।

ডাক্তর ঃ সোবিতা ঐহাক ডাক্তর অমনী। পুন্সি অমবু কন্নবগীদমক ওইদবসু ঙাংদবা য়ারক্তে।

কুমার ঃ ডাক্তর! ৱারী মখাদি —?

ডাক্তর ঃ ৱারী? কুমার! নহাক্না তানিংইবসি থৌদোক অমা নত্রগা ইতিহাস — করম্বা তানিংই?

কুমার ঃ ঐহাক করিমত্তা পামজদে। ইমাচৌবী কনানো খঙবা পামজে।

ডাক্তর ঃ সোবিতা নহাক্তি?

সোবিতা ঃ ঐহাকতি লোইনমক তাবা পামই।

ইবোতোন ঃ নহাক্কীদমক্তদি ঐহাক লীগে তাউ — সোবিতা!

সোবিতা ঃ করি হায়গে?

ইবোতোন ঃ ঐখোয় অনিগী ইচানিপাদি পোকপদা লৈখিদ্রে। নহাক্কী ৱোম অঙাং নাওয়ুমসু নচা পোকপগী ওপরেসন! নহাকপু কন্নবগী অমত্তা ঙায়রবা উপায় ওইনা লৌথোকখ্রে। নহাক অমুক হন্না মমা অমা ওইবগী আশা লৈত্রবনী। নহাক্না ওপরেসনগী মতুংদা জ্ঞান তারক্লবা মতমদা নচাগী মশক য়েংগে হায়দুনা কপ লাউখী। তাজৌ, ডাক্তর, ইকুবোকনা অঙাং অমা থিবা ফংলক্ত্রবদা নহাকপু কন্নবগীদমক ঐহাক্না অঙাং নিখি। ঐহাক, তাজৌ, ডাক্তর, নপাবুং মন্ত্রি অমদি ইতৈমা, ঐখোয় মঙানা হায়দোক্লরোইসি হায়দুনা ৱাশক্লরবগী মতুংদা নহাক্কী নচানিপা ফংজবনি। ইতৈমাগী মচা নিপা পোকপদা ঙায়রীবদো — শিখ্রে হায়খিবদু ঐহাক্কী মীনম্বা ৱাঙাংনি। নচা কুমারসি তাজৌ অমদি ইতৈমাগী মচানিপাদুনি।

সোবিতা ঃ ডাক্তর ?

ডাক্তর ঃ তল্লিবা পাউ অসিদা অরানবা অমত্তা য়াউদে।

কুমার ঃ (মমা সোবিতাদা কোল্লগা) ইমা! ঐহাক্না চহি কয়াগী মমাংদগী ইমাচৌবিবু ঐহাক্না অসুক য়াম্না নুংশিরিবসি করিগীনো হায়না ইতোমতা হংদুনা লাকপা ৱাংহংগী পাউখুম ঙসিদি ফংলে। ইমা! ঐ ঙসিদি নুঙাইরে।

সোবিতা ঃ মতম অসুক কুইবা ঐঙোন্দা অচুম্বসি খঙহনবীরমদ্রিবা করিনো? ঐ লোইরে, ইমাগী ইবুংঙো — ঐ লোইরে। ইমাদি মাঙজরে —

ইবোতোন ঃ সোবিতা! নমাঙদা লেপলীবী কপ্পা হৈতেবী নুপী অসে ঐখোয়গী ইচানিপা কুমারবু পোকপী মমানী। হৌজিক্তি ইতৈমাবু মশক খঙলব্রা?

সোবিতা ঃ ইমাগী ইবুংঙো ! নমা ঐহাকপু থাদোক্তুনা চৎখিনুকো — ইমাগী ইবুংঙো (কোল্লগা কপই। ডাক্তরসু কপ্পিংলকই। ইবোতোনবু মখুৎ পায়রগা থোকমিন্নখি। থোকখিবদা মখোয়গী মিসন শকসেস ওইরে হায়বগী হেন্দ সেক তৌনে। নোকমিন্নে। মৈতৈ মৌগী ফিজোল শেৎপী রোমী থোরকই।) ইমানা ইচাবু নমাহলগী মনাক্তা তোয়না চৎপদা শাউখিবদু শেন অমদি অচাউরমদা ঙাওরবী অপঙবী নমাবু ঝারৌনুকো। নহারোলগী অপাম্বা, মমা মপা ওইবনা থুংহনফম থোকই। রোমী ! ইমৌ ইবেম্মা ! ঐনা নহাকপু হাওনুবী হায়খ্রিবদু ইনেম লাক্লে।

রোমী ঃ ইমা, ঐদি হাওনুবীনে — হৌজিকপুদি মৈতৈ নুপী ওইরবদো —

সোবিতা ঃ ইচে ! মবুকথোক্কী মচাবু মীঙোন্দা পীথোক্লগা হিংবা ঙম্বী মৈতৈনুপী লৈরমগনী হায়বসি ননাওনুপীগী মঙদা ফাওবা মঙলুদ্রে। ইচে — ননাওনুপীনা লঙজখিবা পুন্নমক — ঙাকপিয়ু। ইমা ইচাবু কায়নহনবীগনু ইচে — (কপ্লগা খুরুমই)

কুমার ঃ ইমা ! করিগী থম্মোয় অদুক শোম্বুবীরিবনো ? নচা ঐহাক্ত নত্তনা নমৌনুপী রোমীসু ননাক্তা লেপইবসিদি —

চান্দনী ঃ নচানিপা লাইরিক লাইশু হৈরবী নমৌ নুপী ইনাকখুনবী শকহেনবী ফংলবী নহাক্না কপ্লিবা করিগীনো ? নপিদু তৈথোকউ — নোকও — কদৌরগে সোবিতা ? নচাসু ইচানী —।

---

(১)

## থম্বালজাওগী য়ুম (নুমিদাং পুং ৮)

মৈতৈগী অহল থম্বালজাওগী য়ুমদা মহাক্কী নুপী থরোগা চিক্না নান্না লৈ। মচা পোক্তে। চাবা থকপদি ঝাৎতে। ঝাবা হৈতবা, নুঙাইথোকপা অহলনী।

থম্বালজাও ঃ ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈগী মতমদু কল্লকইদা। অমুক হল্লক্করোইদো। শঙ্গোম লফোই য়োন্নরমদে। শঙ্গোম অফম্বা, শঙ্গোম মপাল কয়াদা মরাং কায়রম্বা। হৌজিক্কী মীরোলনা ঙানপ, ঙারোই, হুরুলাউবী, ঙাহৌ, পেংবা চাবা ফংবদি লাইরদনা মশক ফাওবা উবা ফংদরেদো। লফু থরো, কোবি লেম্না পিনরমই। হঙ্গাম্না পোপতেক য়ৈরে, হঙ্গাম হেক্করোলাউ হায়না কোইলাউ লাউনরম্বনি। য়ুমদা গেট শো লোনবদি থমখো, য়ুম ফাওবা উগী থোঙ পান্নরমদে। পোৎ হুরান্নরম্মদে। উম ঃ ষণ হুরানবদি লৈরমই। মদুসু ষন্নিংহনবা কাংবু লৈরম্মী, ষণবুনা চেকশিঞ্জদবগী মপোৎ মাঙবনি হায়বগী মওংদা ষন্নিংহনবগা ঙাংনরবা হুরানমন পিরগা ষণ ফংই। হৌজিক্তি কদাই? হুই, হৌদোং, শন, য়েন, ঙানু-ষন্নিং হনবগী চান্স পিদ্রে। হুরানবনা শেম্লগা চাবনা হাল্লে। কোল, খুদেং, বালতিন, সাইকল-মপান্দা থম্বা য়াদ্রে। হৌজিক কালগী নম্বর ফোর, এস পি গুলি চাবা নহারোলশিংনা মখুৎ অশুক শাংলিবসিগী ওঝা কনা ওইরমগবা? নোংমৈ মচা পায়রগা হুরানবা চৎলে। অপাম্বা নুপী ফারগা লৌবদি ময়াউই হায়ববু ওফিসারনী মচা হুরাল্লগা পৈশা তানবসিদি থেংনজরক্তে, পাউসু তাজরক্তে। চিঙ্গাক, লমচৎ-শাজৎ কাম্বসিননিনে হৌজিক্কী নহারোলনা শিফম নাফম খংনদ্রিবা! চংলৈ অনৌবগী চাক্তুগা ঙাতোন অতেকপা থোংবদুগা চাবদু হাওখ্রবনিদা! কুম্বি ফৌ মচংগা খাবক থোংবগা চাবদো। ত্রোংলাউবীগী ঙাকিজৌ, চিরাংগী আলু, পোৎশংফম হঙ্গাম য়েল্লা, ইরিলগী ঙাতোন, ঝাইথৌগী খাবক, ককঝাগী থাংজিং, কোংবা তুরেলগী শরেং মাঙখ্রেদো। মতম অসিদা ঐখোয় হিংবা তারবদি পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাবা তাবনি। অদুনা ঐহাক্না লুহোংবা চৎলুবগী ফংলকপা

দক্ষিনানা তু-হন্দ্রেৎকী এলেকত্রিক বলব অসি লৈরকইবসে। মসি হাপচিল্লবদি (বলব হাপচিনবা) ঙাল্লেদনা, অমম্বদা হুরানবা নহাক চংলকখোদনা, নশক খংলোইদ্রদো। হে মতমগী তম্নরাই হুরানবা! ঐহাক্কা লৈরকইবা ষ্টিলগী গ্রাস অসিদা য়াওরিবসি করিনো খঙব্রা? অশিনবা মঙ্গে মহীনি। য়ুম্বু ঐহাক্কী মিৎ শিংনবগীদমক, তুন্নিংদনবা মঙ্গে মহীসি থক্কদৌরিবনি (থকপা)। হুরানবা! নতিক লৈরবদি হুরানবা চংলকখোদনা (মহাক্কী শাল অহনবদু চৌক্রিদা য়াল্লগা)

থরো! থরো! নুমিদাংগী পুং নিপালদমক তারি। তুমথ্রবা জাৎলনে? থরো! ঐখোয়গী ঙসি নুমিদাংগী করি এঙ্গাং থোংলবগে?

(হুরানবা অমা পাকথরগা চংলকই। শালদু লাল্লগা লৌখি। থম্বালজাওনা শাল য়েংবদা লৈরমদবদুদা। হুরানবা উই। শুপকোন কোল্লগা ফারুবদা, থম্বালবু লংথরল্লগা চেনখরে)

থম্বালজাও : হো লৈকায়, লৈকায়! হুরানবা চংলে -

(কোইরাউ লাউই। পুলিস কন্সতেবল থগোই লিচৈ অমা পায়রগা চেনশিল্লকই। থম্বালজাওবু লুশমদা নমদুনা ফারগা ময়াংলেনদা লিচৈনা ফুবা)।

থাগোই : নহাক্লা শ্বাইদা শনধ্যা পোৎলাক তত্তনা তৌরিবসে? কদাই? হুরানপোৎ পুথোরকউ? খুমউনে নচিন্দো, নহারোলনা হুবদি হুবনি, হনুবনবু হুরানব্রাও? (অমুক্কসু ফুবা)

থম্বালজাও : অয়ো ইমা ঐহাক শিরে। হুরানবনা পোৎ হুবিখ্রগা য়ুম্বুদা লিচৈনা শান্থবসিবু করম্বা দেসকী করম্বা পুলিসনো?

থাগোই : য়ুম্বুনি হায়বা? অচুম্বরনে?

থম্বালজাও : থম্বালজাও মহাজন ঐহাকসিবু কনানি হায়জৌগে থানা বাবু?

থাগোই : হৌজিক্কালগী পুলিসতী খুৎ তপ্পা য়াদে। প্রোমট এক্সন। অসাইনা পুলিসকী এক্সন চথদ্রিঙৈদা য়ুম্বুনি হায়বা য়াদ্রা?

থম্বালজাও : মদুগী চান্সতুবু পিবিখিব্রনে?

থাগোই : মহাজন ওইবা কয়াম কুইরে, হা-? হৌজিক্কী মতম অসিদবু করম্বা মপানা মচাদা, করম্বা ওফিসারনা মখা থাবদা, করম্বা এম এল এ-মন্ত্রিনা প্রজাদা, করম্বা ইনাকখুনবনা লায়রবদা চান্স পিরি? মীনা চান্স পিগদবা

নত্তে। ইশা ইশানা চান্স থিরগা লৌজগদবনি। ঐহাক্না হায়রিবসি মতমসিগী আইন্নি। ভাব তাবা ঙস্রা?

থম্বালজাও ঃ ভাব তাহৌদবদুনবু লীচৈ চারিবনিদনা -

থাগোই ঃ ঙসিদগীদি চৈরমদা থোংখোং শারনুকো-

থম্বালজাও ঃ হুরানবনা ইপোৎ হুরানখ্রিবসিদি কমদৌবা -

থাগোই ঃ হুরানবা! কদাই হুরানবদে - (টেবল চৌক্রি মখা, কোইয়েং য়েংই। টেবলদা ষ্টিলগী গ্লাশ ময়ামদু য়েংই। ষ্টিল গ্লাশ দজন অমা লৈরকপনি। অতৈনা টেবলদা থম্লগা অমদা মঙ্গে থকপনি)

থম্বালজাও ঃ খংহৌদ্রবনিনে বাবু -

থাগোই ঃ মমিং করি কৌই? করি লম মচানো? (কাগী পোৎচৈ য়েংবদি তোক্তে)

থম্বালজাও ঃ হুরানবগী মমিং মথাবু খংলবদি করি ৱানিংঙাই লৈবগে? খংহৌদ্রবদুনবু পুলিসতা রিপোর্ট তৌজবনি।

থাগোই ঃ য়ুম্বুনা খংদববু ঐখোয়না করম্না খংগদৌরিবা? পুলিস ঐখোয়সিবু অন্তরজামিরো? মাইবীরো? করি পোৎনো হুখ্রিবদে -

থম্বালজাও ঃ শাল অঙৌবা অহনবা -

থাগোই ঃ করি করি দাগ লৈ? শাল অদু নহাক্কীনি হায়বা খংনবা করি মারকা থমখি?

থম্বালজাও ঃ ইপোৎনি খংনবা দাকতি থমখিদে -

থাগোই ঃ অদুদি শালদু ফারবসু নহাক্নদি ফংলরোই -

থম্বালজাও ঃ অদুদি কনানা লৌখিগদৌবা?

থাগোই ঃ হুরানবদুনা -

থম্বালজাও ঃ করিগী করম্না?

থাগোই ঃ শালগী শাল ঙাক্তনি। নপোৎ মশক খংদ্রবদি ফ্রোম হুম সিজদ, হায়বদি হুরানবদুনা লৌখ্রগদবা। ফরে,অমবু ওইরসু, অমবু ওইরসু - হুরানবদুবু কদাইনো?

থম্বালজাও ঃ চেনখ্রে বাবু -

থাগোই ঃ কদোমদা চেনখি?

থম্বালজাও ঃ অৱাংগী কোম্ভোংলোমদা চেনখ্রে বাবু -

থাগোই : উম, অৱাংলোমদা চেনখিবা! কয়া কুইরে চেনখিবা?

থম্বালজাও : ঙহাক্তমক ঙাইখ্রি।

থাগোই : ও... ঙহাক ওইখ্রবা! অদুনদি হুরানবদু অৱাংলোমদা চেনখিবনিকো? অদু ওইরবদি ঐহাক্না মখারোমদা তান্নবা তাবা!

থম্বালজাও : করিনোনে হায়বিরিবসিবো? হুরানবনা অৱাংলোমদা চেনখ্রগা পুলিসনা মখারোমদা তান্নবা!

থাগোই : নখোয় মীচম প্রজাগী ৱাখলগা ত্রেনিং তৌরবা পুলিসকী ৱাখলগা মান্নফম থোকপ্রাও? অৱাংলোমদা চেনখিবা হুরানবদু মখারোমদা লৈরমগনি। হুরানবনা চেনখিবা মায়কৈদু খুদোম্বী থিল্লগা তাকউ। প্র-প্রব তাকউনে, ঐহাক্না তান্নরগা ফাহৌনবা

থম্বালজাও : হো অসোমদা চেনখিয়ে, অশোমদা -
(খুদোম্বী থিন্দুনা মায়কৈ তাক্লিঙৈদা থাগোইনা গ্লাশ পুন্নমক হাপচিনখ্রে)

থাগোই : হো অৱাংলোমদা চেনখিবা হুরানবা! পুলিস ঐহাক্না মখারোমদা নহাকপু তান্নবা লাক্লে। খা-গা ৱাংগা চেন্নরবনিনা হুরানবা নহাক্না লীৎকদবা কৈদনো? লৈরমউ খঙগনি -
(চেনখ্রে। থম্বাল ঙক্না য়েংহৌই। ইমুংদা য়েংশিল্লকপদা গ্লাশ লৈরমদরে; থম্ফম ওন্নবরা হায়বগী ৱাখলদা থিবা)

থম্বালজাও : হাই নুপী! নহাকপু তারিব্রাও? চাক বোরা অমা চাশিল্লগা নাখোক্লব্রাও? হো থবক শুবদদি হকচাং ঙমদবা, প্রসাদি কৎপদদি থৌনা ফবী। খোমলেন মিকপ থোক্লো - থোরকউ লাউনে, ৱা খন্নসিনে -
(মখাং, য়াংলেন্দু নাল্লগা চৌক্রিলোমদা চৎলিঙৈদা মাইখুম উপ্পা দাকু অনি মখুৎতা রিবোলবর পায়রগা খুনিং কাংদুনা চংলক্লে)

লুহোংবদনা হা ৱাগোক হানবা, থাংজ ফীয়েং! শেন চিল্লক্লবা মতমদা কায়দুনা অৱাৎ-অপা মেন্নবসু য়াদবী, হো থম্বালজাও ঐহাক্কী থরোসনা! নহাকপু তারিব্রাও? হৌজিক ঐখোয় করি তৌবা তাই? নহাক্কী অপাম্বা হায়য়ু?

থম্বৌ : ঐখোয় করিমতা পামদে। লুপা - লুপী লিশিং ৫০!
(থম্বাল মমিৎ খংশিং শিংই, য়েংথোকউবদা নহারোল অনিদু উবদা চৌক্রিদা চোংখৎলগা লাউগে তৌই)

থম্বালজাও ঃ হো . . .

থম্বৌ ঃ (নোংমৈ উৎপদা, থম্বালজাও তুমিন লৈখি) ঐখোয়গী শক খঙব্রা? উম- ঐখোয়নি। খঙলেদনা? থবায়গা লুপাগা করম্বনা হেন্না নুংশি? নথবায় পাম্মুরবদি লুপা লিশিং ৫০ পুথোরকউ।

থংগোং ঃ চেনগে খনগনু। চেল্লগা হিংলোই। লুপা খরগীদমক নথবায় মাঙবা পাম্মুদরা। লাউগে খনগনু। খোঞ্জেল অমদা গুলী অমা পানবা পাম্বরা? কদায় লুপা -!

থম্বালজাও ঃ ঐহাক খঙই, মতমগী নহারোলগী নোংমৈ মচাগী গুলিগী মমাংদা ঐহাক্না চেল্লগা হিংগদবা নত্তে। ঐহাক্না লাউরবসু থৌনা ফবা কনানা ঐহাকপু কনবা চংলক্কনি? ঐহাক শেনফমদু পিজগে। ঐঙোন্দা মতম খরদি পিবিয়ু।

থম্বৌ ঃ ঐখোয়দা ঙাইবা হায়বসি শীঙনবা বাহৈনি। কদায়, আইরন চেষ্টকী শো -

(থম্বালজাওগী বোদি সার্চ তৌরগা শো চবুন লৌরগা ইমুংদা চংখি।)

থংগোং ঃ শেল পায়বা, অচৌ অশাংগা সঙ্গ তৌবা ইনাকখুনবা নখোয়গী উপু পাকসিদি কুবেরগী লনগৈনি। পিথোকখ্রগা হেন্না শেলেপকী মথক্তা শেন্দোই ফংবা, রাবোনগী মকোক্কুম কক্ল-কক্লগা চোংখৎলকপা শেনগী পেরে পায়বনি। লৌমী শিন্মীনা হুমাং তাবা মখৈ থবক শুবদা মবুক থন্না চাবা ফংদ্রগা নোংমগী মনুংদা পুংখায় অমা ফাওবা থবক শুদবা ইনাকখুনবা নখোয়সু হুরানবা মখল অমনি। হুরানবা নঙোন্দগী হুরানবা ঐখোয়না হুবনি। কেস তৌগে খল্লবদি ঐখোয় পুন্না ফাদোক তামিন্নগদবনি। অহল! হুরানবা ঐখোয় মশেল নুংশিনগদবনি, কো-ওপরেসন পিনগদবনি। লমদমসিগী এম এল এ, মন্ত্রি, ওফিসার খুদিংমক হুরানবা ঙাক্তনি। অদুনা ঐখোয় প্রজাসু হুরানগদবনি। ভাব তারেকো -

থম্বৌ ঃ (নোট চবুন খরা পায়রগা থোরকই, শো চবুন্দু থম্বালজাওদা পি) য়াওরম্বা খরসিদমক পুরবনি। ঐখোয় অমুকসু লাকখিনি। পুলিসতা রিপোর্ট তৌরবদি ঐখোয়না হল্লকপদা নহাক্কী অরোইবা নুমিৎনি। হুরানবা ঐখোয় মশেন তেংবাংনরগা লৈবাক অসি মাংনবা শিনগদবনি। ইনাকখুনবগা হুরানবগা নুঙায়রগা লোইরে। মসি হরিনামনি কাওরনু। ঙসিগীদি ঐখোয় চৎলে। গুদ নাইট -

(হুরানবা অনিদু চৎখ্রে। থম্বালজাও জ্ঞান মাংদুনা ঙহাক চৌক্রিদা ফম্নবগী মতুংদা খঙলাউ লাউরকই)

থম্বালজাও ঃ থরোসনা! চাকয়ামচাবী কুম্ভকর্ণনা দেবী।

থরো ঃ (হাকাম চল্লদুনা মকোক খোৎলগা থোরকই) থবক শু-নোম্নবা অয়ুক অমগা নুংথিল অমগা লৈরি। নুমিদাং হায়বসি তুম্নবগী মতম্নি। তুমশিং ফাদনা তুম্লিবা মীবু লাউখোংদুনা হৌদোক্লবদি তান চাদ্রবদি মী ঙাওবনি। ঐহাক্না অঙাওবী ওইরবদি ঐখোয় মহাজনবু মীনা অঙাওবীগী নিপা হায়নরোইদ্রা-ও? হৌজিক ঐহাক মঙ অমা মঙগে তৌরমই। মদুগী মঙদো - নুঙায়গদবা মাল্লি। ঐ মঙ মখা য়েংলুখিগে -

থম্বালজাও ঃ ঙাইখোনে, চংখিনুনে। নহাক্কী তুম্বদু ঙহাক্তা পোষ্টপোন্দ তৌখো। য়ারবদি ইমরজেন্সি কেসকী ওইনা নহাক্কী তুম্বগী প্রোগ্রামদু কেন্সেল তৌখ্রো-

থরো ঃ করিনোনে তাকপিরিবসিবো? হান্না নোটিস থোকপসু নত্তনা তুম্বা হৌরুরববু কেনসেল তৌবগী হুকুম থোকপা য়াব্রনে? হৌজিক্কী সরকারগী খুদক খুদক্তা হুকুম থোকপা। পৈশা খরা হেক ফংবদা অমুক হেক ককপদু ঐঙোন্দদি নুঙাইরোই। ঐহাক মঙ অমা মঙগদবা লৈরি। নুঙায়বা মঙ হায়বসি পাক পাক মঙবা য়াপোৎ নত্তে। ঐ ঙহাক্তং তুমউখিগে -

থম্বালজাও ঃ য়াম্না তুমনিংবরা হায়ববু ঙসাই পুলিসনা ঐহাক্কী নময়াংদা লৌখিবা এক্সনদু ননঙ্গল অপাকপদুদা চাং য়েংলবদি তুমনিংগনিদো। নহাক্না তুম্লিঙৈদা মফম অসিদা করি লীলা শাম্নখ্রে খঙব্রা?

থরো ঃ লীলাদি কনানা কৌরুরিবা? করি লীলা শাম্নরিবা?

থম্বালজাও ঃ নপোৎ ইপোৎ লৌখিবগী লীলা। নহাক্না বন্ধোপ লৌহৌবা শাল অঙৌবদু পুখ্রে।

থরো ঃ শাল অঙৌবদুবো। হয়েং অয়ুক হন্দোকপা লাক্লগদবা শালদো। অসাইদা ইলহৌবদাইনে? নঙ্গন্দগী কনানা লৌখ্রিবা?

থম্বালজাও ঃ হুরানবনা -

থরো ঃ মহাজন্না করি তৌদুনা লৈহৌরিবা?

থম্বালজাও ঃ অদুদসু নত্তে, টেবলগী ঘরিগা ষ্টিলগী গ্লাশ কাদুসু পুখ্রে -

থরো ঃ কনানা পুখ্রিবা?

থম্বালজাও ঃ ইনক্কারি লাকপা থানাদুনা -। উপুদগী লুপাসু পুখ্রে।

থরো ঃ মহাজন্না করিমতা হায়হৌদবা! লুপানা কনানা করম্না লৌখ্রিবা?

থম্বালজাও ঃ নহারোল নোংমৈ পায়বা কাংবুনা লুপা মখৈশু পুখ্রে -

থরো ঃ করিনোনে হায়রিসিবো? হায়রিবশিংদু লোয়না চুম্লব্রা?

থম্বালজাও ঃ মসি ফাওবা খরা চিংখরিবনি। পুলিসনা প্রোমট এক্সন লৌবদা নঙ্গন্দা চৈফম লৈরিবনি, হুরানবদুগা পাঙ্গল চাংয়েংনবদা খ্বাংসি তেক্লবনি অয়ো অয়ো -

থরো ঃ নত্তে, মহাজন্না কদৌহৌরিবা, চিন অমা পাল্লিবদু লাওননবা নত্তব্রাও?

থম্বালজাও ঃ লাওরিবনিনে নংদি নাখোক্নুনা লৈরগা!

থরো ঃ নত্তে মহাজন! নিপামচা নৎত্রাও? করিগীনো অদুক পাংদ্রিবদুবো। হুরানবনা পোৎ হুখ্রগা য়েংদুনা লৈহৌরিসিবু করিগীনো অদুক পাঙদ্রিববো?

থম্বালজাও ঃ থৌনা ফরুবা য়াপোৎ নত্তেদা, নহাক লুখ্রা ওইহৌবা পাল্লবরনে? ঐহাক শিরগা নহাক পেল্লগেরা?

থরো ঃ পাঙ্গলনদি হুইরিদগী হেন্না কল্লবনিনা শামান ইমান্নবগা থেঙনবদা নুঙাইররিনে? আম্মাদু ঙৌদুনা থমখোদনা! ইনাক খুনবা অরিকপা চানিংবা চাদবা, শুন্নবু মীগা লাম্বা পাবা ঙমগদরাও? ইশ লাকচখ্রেদা হুরানবশিংদু ঐহাক থেঙনরম্লবদি ইতিক খঙগদবনি।

থম্বালজাও ঃ মদু খঙদনা ঐহাক্না লুক পুখম পুখম কৎপী নহাকপু কৌথোকচবনি। নহাক্নদি তাবিদে।

থরো ঃ অদু হৌজিক্তি ঐহাক লাক্লেদনা। হুরানবশিংদু কদোমদা চৎখি। শাল হুরানবদুনা কমদোমদা চৎখি? গ্লাস লোন্না লৌখিবা পুলিসতুনা করম্বা মায়কৈদা নাথৈখি? অদুগা নহারোল নোংমৈ পায়বা কাংবুদুনা করি করি তোংলগা মাঙখি, লম্বী চিংউ, মখোয়গী লৈফম তাকউ।

থম্বালজাও ঃ কদায়দনোনে ঐহাক্না তাকদৌরিবো? থোকপদি সোমদা লোইনমক থোকখি।

থরো ঃ হোয়নে, সোম হায়বদু তাকউনে, হুরাবনশিংদু মশক তাকউরাওনে (খুদাং পাইদুনা চিংই)

থম্বালজাও ঃ কদায়দনো? কিরিঙৈদা মশকসু অমত্তা খঙহৌদে, মখোয়গী লৈফমসু খঙদে, কদায়দনো ঐনা তাক্কদৌরিবসিবো?

থরো ঃ অদু অদা খঙদে তাকউরাও হায়রিসিনি হৌগৎলকও, লাকও - (শ্রো শ্রো লাক্কুনা চিংখি)।

---

## (২)

## কখুলোং (অয়ুক)

কবুই লৈশাবী থম্বাল য়ু লিক্লি অমা গ্লাশ অমা পুরগা থোরকই। টেবল চৌক্রি নাম্থোকই। য়ুনা টেবল মখাদা গ্লাশনা ফি অমনা তৈথোক্লগা টেবলদা থমই। কবুই জগোয়গী পুঙ থিনবা মখোল তাবদা কবুই জগোই শাবা। ঈশৈদি কবুই জগোইগী শৈশক্কুদা মৈতৈলোন্দা শকই। থম্বালগী নুংশিনবা নিপা মৈতৈ পাখং থানীল চংলকই।

থম্বাল ঃ তা থানীল ফম্মো। হিদাক টেবল মখাদা লৈবনি। হৈরগা থকও। আ-দা পুঙ য়েরিবসি তাবরা? ঐখোয় খুলগী লৈশাশিং জগোই তমইবনি। ঐখোয়গী গাংঙাই কুইদ্রবনি । ঐহাকসু জগোই শাগদবনি। অদুগী ঔরাইরিবনি। তা থানিল, নহাক জগোই শাবা হৈতবরা?

থানীল ঃ থম্বাল! নহাক্তি মৈতৈ জগোইদি হৈতবরা?

থম্বাল ঃ করিগী হৈতগনি। মনিপুরদা পোকপা, মনিপুরদা চাওবা ঐনবু মৈতৈগী জগোই করিগী হৈতগনি। ঐদিকো মোইরাং লাই হরাউবদা জগোই শারুরবনিনে। থাজদ্রা (থোইবী জগোই) নহাকপু জগোই শাবা হৈতবরনে?

থানীল ঃ মৈতৈমচাদি পোকপদগী জগোই, ঈশৈ, মুক্না কাংজে, থাং-তা হায়বসি লোয়নরক্লবনি। মৈতৈমচানবু জগোই শাবা হৈতবা হৌনব্রা?

থম্বাল ঃ অদুদি শাশিনে। ঐখোয়গী জগোইদি অসুন্না শাগদবনি . . . হৈগদ্রা. . .

থানীল ঃ নখোয়গী কবুই দান্সসি অসুন্না শাগদবা . . .

থম্বাল ঃ অলাই ! তা থানীল নংদি ঐখোয়গী জগোই হৈবোইরে
(কবুই দান্স) (জগোই শারবগী মতুংদা ) সে - হিদাক থকউসে -

থানীল ঃ ঐহাক হিদাক থকপা লাকপা নত্তে।

থম্বাল ঃ অদুদি কদৌবা লাকপা?

থানীল ঃ নহাক কোইবা। নহাক্কা ৱারী শাবা -

থম্বাল ঃ ঐহাক্কী হকচাংগী অকোয়বদা কোইনা চৎকে হায়রবসু চৎলু। ৱারীসু শাগনি। ঐনা য়ু য়োল্লমদ্রবদি নহাক ঐখোয়দা নুতিগী লাকপা য়াগদ্রনে? সে - য়ু . . .

থানীল ঃ (য়ুদু লৌরগা) থম্বাল, ঐ পৈশা য়াওদেকো -

থম্বাল ঃ পৈশাগী নত্তে। ওফরনি।

থানীল ঃ থম্বাল! নং ঐহাকপু নুংশিবরা?

থম্বালজাও ঃ নুংশি

থানীল ঃ মরমদি -

থম্বাল ঃ নুংশিবগী মরমদি নংগী থম্মোয়দা হংউ। ঐনা মৈতৈ পাখঙ নংবু নুংশিবগী মরম অমদি ঐহাক হাইগেকো। ঐহাক কবুইনি। অদুবু তাংখুল লীদরনা কবুইসি নাগানি অদুনা নাগালেন্দদা চৎকদবনি হায়রিকো। ঐদি নাগালেন্দদা চৎনিংদে। নাগালেন্দদা ঐখোয়না লৈরুবদা আও, সেমা, লোথা কাংলুপকী মরক্তা ঐখোয় কুবইসি সেদ্যুল কাষ্ট ওইনা লৈরুগনি। মখোয়গা ঐখোয়গা লোনসু মান্নদে। ঐখোয়দি য়ুমদা স্নামহি লাৎলী। এ: নাগাগী পুন্সিগা ঐখোয়গীগা য়াম্না খৈন্নেদা। কবুইনা নাগা ওনখ্রবসু ঐদি মৈতৈ ওল্লগা মনিপুরদা লৈহৌগনি। অদুনা ঐনা মৈতৈ পাখং নহাকপু নুংশিরিবনি। ভাব তারবা - ? য়ু থকলোনে
(য়ুদু থক্কে তৌবদা পুলিস থাগোই চংলকই। য়ুগী গ্লাশতু মুনখি। মনম নমই, খরা থক্লগা মহাও তংই)

থাগোই ঃ মসিদি য়ু অশেংবনিনে (থকচিনখি অদুগা গ্লাশতু ফুরিৎখাওদা হাপচিনখি) - হাই চৎলো থানাদা -

থানীল ঃ করিগী ওইরবনো বাবু?

থাগোই ঃ য়ু থকপগী। য়ু থকপা মী থানানা ফায় হায়বসি নহাক খঙদব্রা? চৎলো থানাদা -

থানীল ঃ ঐহাক্লা থক্কে তৌরম্বা হিদাক্তু বাবুনা থকখ্রিবদুনি। ঐহাক লৈজহৌরগেদা।

থাগোই ঃ লৈহৌবা য়ারোইনে। য়ু য়োনফমদগী নহাক য়ু গ্লাশ অসিগা কোন্ননা ঐহাক্লা ফারবনিনে। লৈথহৌরগে হায়রগনা পুথোরকওদনা পৈশা -

থানীল ঃ ঐহাক পৈশা অমত্তা য়াওজদ্রে।

থাগোই ঃ পৈশা পায়দ্রগবু ইম্ফালগী বজার ময়োন্দা লৈবা কখুলোংসিদা য়ু থকপা লাকপা হৌনদে। ঐগী মতম মাংহনগনু। কদাই পৈশা -?

থম্বাল ঃ অশেংবনি মহাক্না হায়জরিবসি। মহাক্কী পৈশা ঐঙোন্দা পিরক্রে। অচোইবা লৈতদুনা হন্দরি।

থাগোই ঃ কয়া চৎপীনো? চাম্ম চৎপী নৎত্রা-ও। কদাই চাম্মদুনা মাগী ইজ্জৎ য়েংবিরবা হায়বদুনিদনা -

থম্বাল ঃ চাম্মা নত্তে।

থাগোই ঃ য়াংখৈরা? অদু ওইরসু য়ারেনে -

থম্বাল ঃ য়াংখৈ নত্তে। কুননি।

থাগোই ঃ হোয়নে, ঙসিগী খুলাংখান কুন্দুনা কৌবা তারেদনা

থম্বাল ঃ মহাক্কী লুপা কুনদুদি নহানগী বাকি লুপা ১৫ সিংলগা হৌজিক লেমহৌবা লুপা মঙা অদুগী হৈখ্রবনি।

থানীল ঃ হৌজিক বাবুনা ফানবীখিবদু মঙাদুগী দাগনি। মদুনা খুলাংখাং কৌবিরো। মখাদি (ফুরিৎখাও মথং মথং উৎলি) উপাই লৈজদ্রে।

থাগোই ঃ বাকিনা খুলাংখাং কৌবা হৌনদেদা - (কোইয়েং য়েংই)

থম্বাল ঃ হৌজিক্কীদুসু মীঙোন্দগী লৌরুবনি। ঐদি হিদাক য়োঞ্জদে।

থাগোই ঃ (তেবল মখাদগী বোটলদু লৌরগা মনম নমই) মসিসু মীগী ওইরিনিনে? মীগী পোৎ নংগীদা কৈদৌবগী থমইবনো? বদনাম চারোইদ্রা-ও? মসি নঙোন্দগী ফারবদি নহাক ফাগনিদো, অরেম্বদা লুপা ৫০০ ফাইন চারোইদ্রা-ও? ঙসিগীদি ঙসি ওইরে। মতুং মনাওদি তৌরনুকো (লিক্রিদু পুরগা চৎখরে)

থম্বাল ঃ হৌজিক মতমগী পুলিসসিদিকো - অনা শিকিগী মী হুরানবা ঙাক্তা, হুম - তুক্কচৈদা -

থানীল ঃ পৈশা পিজরগা থবক চংলকপনিনা শেল চাবা তাবনি। হৌজিক্কী মতমদদি হুরান্দ্রবদি ইনাক খুনবা য়াদেনে থম্বাল। ঐহাকসু হুরানগদৌরিবনি।

থম্বাল ঃ তাথানিলসু হুরানবা চৎলগে হায়বা?

থানীল ঃ হুরানবা চৎকে হায়বা নত্তে হুরাল্লগে হায়বনিদা-

থম্বাল ঃ করি হুরানগদৌবা ?

থানীল ঃ ঐহাক্তি হুদুনা হুরবদি লৈমা হুগদবনি -

থম্বাল ঃ লৈমা হায়বদি করি ?

থানীল ঃ লৈমা হায়বদি নহাক্কুম্বী লৈশা -

থম্বাল ঃ ঐদিকো, শেল থোক্তবা নিপাদা লৈগদবগী শরুক, গেরুব্বা মচুগী ফি শেৎলগা হরে কৃষ্ণ হরে রামা হায়না লাউদুনা শোরোক্তা কোইচৎ চৎতুনা লৈজগে।

থানীল ঃ হরে কৃষ্ণ হরে রামগী নিঙোলসু লুহোংবা য়াবনি।

থম্বাল ঃ ঙাইখোনে, ঐহাকপু হুরানগদবা ওইরবদি ওক হান্না লোইয়ু। ঐখোয়গী খুলগী অহলশিংনা নহাক্লা ঐবু লৌবগী ব্রাঈ মঙা কোনবা ওকপী অমা ফাইন তৌবা শোয়দবনি।

থানীল ঃ সরকারনা তলব ফাওবা বাকি তৌনরবা মতম্নি। নখোয়গী চৎনবী ওকপী ব্রাই মঙাদুগী মমলদু বাকি তৌরগা য়াই। ঐহাক বি এ নি। দলিন অমা ইরগা শোই তৌগনি। হুম - ঐ থবক লৈ, চৎলগে -

থম্বাল ঃ ঙাইখো। ঐ হিদাক লৌথোকপিরুখিগে। থব্রাইসি কয়াদা নুঙাইত্রবনো ? নখুৎতগী হিদাক্তু পুলিসনা মুল্লগা থক্তোকপিখ্রবনি। পুলিস নঙ য়ুদুনা দাইরিয়া তৌরোকো।

থানীল ঃ ঐ ঙসি দাও য়াররোই। ঐ য়ৌখ্রগে থম্বাল (চৎখ্রে)
(তাই পুনবা, স্মার্ট ড্রেস শেৎপা, গোগল্‌স ফজবা উপ্পা থোইথোই চংলকই)

থোইথোই ঃ থম্বাল!

থম্বাল ঃ য়াম্বুং -

থোইথোই ঃ লুপা চম্মা চৎপীবু চেজেৎকুম শিজিন্নবা নহারোলশিংদু লাকখিদ্রবরা ? মখোয়গী মমিং, লৈফম খঙবা ঙম্লব্রা ?

থম্বাল ঃ হন্দক মরক্তি লাকখিদরে। মমিংদি থম্মৌ, থংগোং হায়না কৌনবগুম তৌই।

থোইথোই ঃ ঐহাক্কী ইনাওনিপাশিংগী মরক্তা ওক্তবা য়াওরে। মখোয়গী মরমদা থিগৎপনি। ইচলনা ঐগী মতেং খরদং পাংবিয়ু। সে - (লুপা পিবা) ইচলনা চানিংবা চাউ, শেৎনিংবা ফি লৈয়ু।

থম্বাল ঃ পৈশা পিদ্রবসু মতেং অদুম পাংজগে য়াম্বুং। পৈশাদি পিবিগনুদা। নহানসু য়াম্বুংনা পিরম্বা লুপা ৫০০ দু লৈরি।

থোইথোই ঃ ঐগী ইনাওশিংনা মাঙহল্লিবা পৈশাদি লুপা লাক্ষকী মথক্তনি। মখোয়গী লমচৎ শাজৎ খঙনবা ঐহাক্না থিবদা লুপা লিশিং অমা অনি খরচ তৌবদা করিসু কায়দে। সে লৌশিল্লু (পিবা) অদুগা মসিগী মৈখেৎ অসে খেৎপা খুদিংদা মমাংদা লৈবা মীদুগী ফোটো নমগদবনি। শেল পায়বা নহারোল লাকপদা মখোয়গী ফোটো নমহৌ। অদুগা করিগুম্বা নহাক্না ঐঙোন্দা পাউ পিনিংবা লৈরবদি মসিগী এরিয়েল অসি অসুম্না চিংখৎলগা নাকন্দা লৈরিবসিদা নম্লগা ঐহাকপু কৌরকউ। মসি লাইটর কেমেরাদা নত্তুনা টেলিফোনসু তৌবা য়াবা হন্দক জপান্না পুথোকপা ওতো মেছিন্নী। মসি চেকশিন্না থমউকো - (পিবা) ঐহাক মরক মরক্তা লাক্কনি। ঐহাক চৎলগে ইচল। থম্বাল! ঐগী মতেং পাংবীয়ুকো, ঐহাক্সু নহাক্কীসু অঙম্বা মতেং পাংগনি। (চৎখরে)

থম্বাল ঃ মসিবু করম্বা পোৎনোনে? মৈখেৎ খেৎপ দা ফোটো নম্বা য়াবা, এরিয়েল অসি চিংখৎলগনা টেলিফোন ওইনা শিজিন্নবা য়াবা। জপানসিদি অঙকপা পোৎ শাবা হৈবজাৎনিকো। মসিসু কম্পুটর মখল অমা ওইবা তায় - (জেকেৎ লিৎপা জিন খোংগ্রাও শেৎপা থংগোং ফিংনা চংলকই)

থংগোং ঃ থম্বাল, হিদাক সের অমা পিরকউ - (শেল চবুন অমা পুথোক্লগা চাম্মা চৎপী অমা পিবা)

থম্বাল ঃ ফম্মো । চানবদি লৈতে। ইনেখোয়দগী লৌবিরুগে।

থংগোং ঃ চানবা লৌরুরনু। ঐ থবক চৎকদবনি। গাড়ী মপান্দা ঙাইদুনা লৈরবনি। পোৎতি খরা ফবা পিরকউকো - প্লাষ্টিক্তু অনি লোল্লকউ -

থম্বাল ঃ হোয় হোয় । পৈশা অচোইবদি শুরম্মোই। কায়বিরুগেরা?

থংগোং ঃ অরেম্বদু অদুম লৈহৌরসনু,

থম্বাল ঃ হোয় হোয় । অদুদি পোৎ হানবিরুখিগে (চংখি)
(হুরানবগী হৌনবী মমিৎ মনা কিরুপ কিরুপ য়েংলগা ফুরিৎখাওদা য়াওবা লুপা মখৈ পুথোক্লগা খরা অমনা ফুরিৎ অমদা, খরা অমনা অতোপ্পা ফুরিৎখাওদা হাপচিনখি। রুমালনা মমায় তৈথোকই। থম্বালনা য়ু পাষ্টিক খাউ অমা পায়রগা থোরকই)

থম্বাল ঃ খাউ অনি লোম্লবনি। য়ুদ্রবনি। য়াম্না ফবনি, মসিগী শেম্পলনি (গ্লাশতা য়াওবা য়ুদু পিরগা) থাজদ্রগা য়েংউনে - খুদোম্বীনা লুপ্লগা থংগোংগী ফোটো লৌনবা মৈখেৎ খেৎলি, খুদোম্বীদুদা মৈ চাকই)

থংগোং ঃ নহাক্লা ফৈ হায়রগা লোইরে। ঐ খরা থুরে। ঐ চৎলে থম্বাল - বাই (চৎখরে)

থম্বাল ঃ খরা তোইনা লাকউকো তামো (মখুৎ হাইরগা চংখি)।

---

## (৩)

## পাউনা বজার সিনেমা হোল মমাং

(ফিল্ম মিউজিক্কা লোয়ননা থম্বালজাও থোরকই। শোরাৎ অমগী পোৎ তিকপা বজার কারকপনি)

থম্বালজাও ঃ হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ! অসি ওইরে সিনেমা হোলগী ইরাং। নহারোল মখৈদি মসিদা পৈরেদনা। হাই - সাইকলদু মী চিনবদদি খরা তপ্না থৌনে। মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নরে। দুকানশিংনা ফংই পিকখ্রবা শোরোক অসি ফাওবা শাজিল্লে। ইংখোলদা, লবুক্তদদি নহারোল অমত্তা থবক শুবা উদে। হে সিনেমা! সিনেমা শাবা লাই! নহাক্কী শুম্মাৎয়াইসি অঙকপনি। হাই, করি নুপীনো হৈ- করি ফিজেৎনো, শাবান্না ফংই মচা অহুম শুবী মাল্লে, ফুরিৎ মকক অমগা, ফিসু ইনদে, অসুক ইকায়বা খঙদবী নুপীসিবু করম্বা লৈশাবীনো?

হাইমা! বিষ্ণু বিষ্ণু। অসিদা থেৎলিবা লাই অসিদি করিনো? উম - নহারোল পাখঙ মখৈ সিনেমা হোল মমাংদা কৈথেল কারিবসিদি। মশক্লা ফজরিবা, ফনেকসু শেৎতে, ফুরিৎসু লিৎতে (মুন্না য়েংলগা মমিৎতু মখুৎনা খুমজিল্লি) হং হং য়েংহৈদবা মুর্ত্তিনি। হরে হরে লৈবাকসি মাঙবা তারে। অসিগুম্বা ফিল্মস্টার ঙাক্তা ঙাইরবদি ফি য়োনফম দুকান্দার মুৎলনি। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ! জমুনা তুরেলদা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনগী নিঙোল মখৈগী ঈরুজরিঙৈদা মফি মখৈ লোৎশিনবদা ওইবা ফিভমদুদি সিদা লৈরেদনা। ময়ামগী কুম্মৌসি ঙহাক্তবু য়েংখিগেদা -

ইবুংঙো! আ মনুংদা মীয়াম ফুরিৎগকা লৌথোক্লরগা হুমাং তাবা মখৈ ইন্নরিবসি করিগীনো? য়ুবী লাকপী শান্নরিব্রা? করি হায়বা? সিনেমাগী তিকেৎ ইন্নরিবনি হায়বা! অস পৈশা পিথোকপদা তারিবা হুমাং অসি ইংখোল কোইবদা, লৌরাং শুবদা থোকপা হুমাং ওইরবদি লৈবাক্কী ওইনা কয়াম কান্নগবা। লৈবাকসি চাকহোং ঙাহোংগদবনিদো।

(ফনেক্তি শেৎলগা জেকেৎ লিৎপী থারিকথা ফেসন শোগী কেৎরাক্কী ম্যুজিক্তা থোরকই)

ইন্নরিবশিং অসিগী মরক্তা মরুকোকপা অঙাং অমসু য়াওরিনে (নোকই) লিৎশিল্লু, লিৎশিল্লু - হো হো . . .ইসে অচৌবশিং অসিনা ইহোকপিরক্লেনে। অমুক চংখ্রে, ইনশিল্লু -হো য়ৌদৌরে ( থারিকথানা থম্বালজাওদগী পোকেৎমার তৌরগা চৎখরে) মীগী মথক্তসু মী কারেনে। ইসে মরুকোকপা অঙাং অসিগী মকোক্তা নেৎপিরেনে। ওহ. . .চ: চ: চ: তিকেৎ ফংহৌদ্রমাল্লে, অঙাং অসি পেহৌ পেহৌ থোরক্লে, কয়াদা নুঙাইত্রবনো - (ফুরিৎখাও মাদুনা য়েংবদা শেল য়াওরমদরে। হঞ্জিন হঞ্জিন য়েংই। অদুব্রাইদা তাবরা কোইয়েং য়েংই)

চাউবীপাগী শোরাৎকী পোৎ তিক্লবা পিরকপা লুপা লিশিং কুন - অস করম্বা তালক্তা শৎখ্রিনো? অস লুপা লিশিং কুন (মকোক পাইরগা ফমথখি) লাকচখ্রেদা। ঐহাক মীনা লাকচবা য়াবা থম্বালজাও নত্তে। পোকেৎমারনা ঐগী ফুরিৎখাওদগী লুপা হুরানখ্রগা ঐহাক্তা ঐগী পাকসিদগী নুপী খংহন্দনা লুপা লৌথোক্লুবা। ইকায়নিংঙাইনি। ইশাগী ইরল ইশানা হুরানবা হৌনদে। হে হে থম্বালজাও ঐহাক্কী ইতিক খঙলোইদ্রদো -

(থানীল, হেরো সাইকল অহনবা অমা পায়রগা চংলকই। সিনেমা য়েংবা লাকপনি)

থানীল : ওহোক্লা ঙন্না হাউসফুল ওইরমইদা। কালাবাজার কাংবুদুনা কদায়দা লৈবজাৎনো? ইবুংঙো! নখোয় তিকেৎ পায়ব্রাও? রিয়ারগী ওইরসু য়াই। নখোয়সু কালাবাজারগী মী থিরিবনি হায়বা? ও . . .

(থম্বালজাওনা থানীলদা অমুক সাইকলদুদা অমুক য়েংই। সাইকলদু খরা থাপ্লপ্পা ষ্টেন তৌদুনা থম্লগা থানীলনা কলাবাজার কাংবু য়েংলি। থারিকথা থোরকই)

থারিকথা : বেলকোনি, বেলকোনি . . .(থম্বালজাও অমদি থানিলগী মনাক্তা হঙ্গৎ হন্দা চৎলগা হায়বা) বেলকোনী, বেলকোনী. . .

থানীল : মমল কয়ানো?

থারিকথা : টুয়েন্তিফাইফ। লুপা কুনমঙা ফাওবা য়ানী (চৎনা চৎনা)

থানীল : করিগীনো মমল কনখ্রেদা।

থারিকথা : নুঙায়বা ফিল্মনিদনা। মীয়ামসি উরেদনা। টিকেৎ কয়ানো?

থানিল : অমখক্তনি (মখোয় অনিনা নাকল অমদা বারী শারিঙেদা থম্বালজাওনা সাইকল মনাক্তা চংশিল্লগা সাইকলদা তান থাবা, মমিৎতি থানীলদা য়েংই, মী অতৈদসু য়েংই। শো লোনবরা য়েংই, লোনদে) ফিবটিন য়ারোইদ্রাও? তরামঙা -?

থারিকথা : তুয়েনতি। লুপা কুনদি য়াইদনা। ইন্নবা য়াওদ্রবনি। তিকেৎসু অসিমখক্ত ঙাইরবনি। (অতোপ্পদা) তিকেৎ পায়বীরব্রাও? বেলকোনি অমদি লৈ -

থানীল : তিকেৎতু পিবিরকও (পৈশা থিনরিঙেদা থম্বালজাওনা মীরক নারক য়েংলগা সাইকলদু থাংলগা খোঙথাং অমা অনি তপ্না চৎলম্লগা সাইকলদু ইল্লগা প্রপ-প্রপ চৎখরে)

থারিকথা : পুলিস লাক্লে - (চৎখ্রে। থাগোই মী কোইয়েং য়েংলগা থোরকই। থানীলনা মহাক্কী সাইকল মনাক্তা লাকপদদি লৈরমদরে। কোইয়েং য়েংই)

থানীল : (থাগোইদা) বাবু।

থাগোই : করিনো?

থানীল : মসিদা হৌজিক্তা থমজরম্বা ঐগী সাইকল লৈরমদরে -

থাগোই : ফংনবা থিয়ুদনা।

থানীল : লাকখ্রমাল্লে -

থাগোই : হুরানখ্রবদি মপুনা পুখ্রেদনা। নপোৎ চেকশিজদ্রবদি মাঙবা মশানা তাবনি।

থানীল : মতম অসি ইকান কান্নদ্রি। ফংনবা অমুক্ত থিবিয়ু -

থাগোই : হাইৎ! ঐহাকসিবু নহাক্কী সাইকলগী চৌকিদাররো? নপোৎ মাঙখ্রবদি থানাদা রিপোর্ট তৌরুচো -

থানীল : বাবুদি থানা নত্তবা?

থাগোই : ঐহাক্লা পুলিস, পুলিস কন্সটেবল! ঐহাক ঙসিগী খুলাংখাং কৌদরি। ঐঙোন্দা দিসতর্ব তৌরক্কনু। আদা গলীদা মী য়োমশিল্লীবসি কলাবজার কাংবুরা? মান্নী (চেনখি)

থানীল ঃ অস ওন্থোকপনীদা, মীঙোন্দগী বাইরকপা গাড়ীনি। ইশাগী সাইকল অমা ফাওবা লৈবা ঙমদ্রিঙেদা মীগী সাইকল অমা শিংবা তারবা! হুরানবনা খুলিংবা লৈবাক অসিদা সাধু ঐখোয় হিংবা ঙম্লরোই। (থারিকথা থোরকই) ঐহাক সিনেমা য়েংবা য়াদ্রে। তিকেৎ অসি হঞ্জরগে -

থারিকথা ঃ লৌখ্রবদি হনবা য়াররোই -

(মখোয়দৌ শাওগৎলবা থানীলনা তিকেৎতু শেগাইরগা মথৱায় নুঙাইতনা চৎখরে। হৱাগাড়ী অমা থৌরক্লগা খামখিবগী মখোল। থোইথোই চংলকই)

থোইথোই ঃ চাউবা! গারীদু মফম চানা পারকিং তৌ। ডি জি পি গী ফেমেলি ঙসিগী লাষ্ট শোদা সিনেমা য়েংগনি হায়। হোলগী মেনেজরদা দ্রেস সারকলগী সিট ১০ খক্তং রিজার্ব তৌরমগে। কুইরক্লোই -

(হোবে হোবে চংলকইবা থোইথোইদা থারিকথানা থেঙ্গাইরগা থোইথোইগী ফুরিৎখাউদগী মনিবেগ শৎলী)

থারিকথা ঃ সোরি -

(থোইথোই থারিকথাগী মখুৎতু ফারগা মতুংদা লেপ্লবী থারিকথাদা খুনম্না থাজিনগে তৌবদা নুপী ওইরম্বদুদা তোকখি। থারিকথাদগী বেগতু লৌরগা)

থোইথোই ঃ মোল্লবা নহাক্কী হকচাং কয়াৎতু শকখঙদবা মীদা, মীয়াম মাঙদা ঙাথু থেংথুগদবা নত্তে। চেকশিন্না ফজবা ফিজোলনা য়োমশিল্লগা থমউ। নহাক খুদক অসিদা পুলিসতা শিন্নরগা ফাহনবা য়াই। মদুমক্তি ঐহাক তৌররোই। নমিং করি কৌই?

থারিকথা ঃ থারিকথা।

থোইথোই ঃ লাইরিক্তি কদায় ফাওবা তমহৌই?

থারিকথা ঃ বি এ পাস তৌজরে।

থোইথোই ঃ গ্রেজুয়েৎ? বি এ পাস তৌরবী লৈশাবী নহাক্না ফুরিৎখাউ চপ্লগী শিনফম তম্লিবসি শেনগীদমক নত্তরা? সে (লুপা পিবা) মৈতৈ নুপীগী ইজ্জৎ মাঙনবা থবক ঙসিদগী তোক্লোকো। হুরানবা হায়বসি মৈতৈ নুপীগী শিনফম নত্তে। মৈতৈ নুপীগী শিনফমদি ফি শাবা, ইংখোল কোইবা, লৌরাং শুবা, ঙা ফাবা, জগোই অমসুং ঈশৈ। মীগী ফুরিৎখাউ চপ্লগা

ফংবা পৈশাদুনা নহাক্কী নবুক থন্নবা চাক্কীদমক্তরা? নহাক শেন খরগীদমক, চরা হেন্দনবগীদমক, রিক্সা ফাওবা থৌগদৌরিনে?

থারিকথা : রিক্সা থৌবদা নত্তে। য়ু য়োনবী ফাওবা ওইরকপা য়াই। হুরানবা য়োকপা লৈবাকসিগী প্রজা অমা ওইনা ঐহাক হুরানবী অমা ওইগনি। অদুগা ওক্তবীদি ওইজরোই। ঐহাক মনিপুর য়ুনিবর্সিটিদা পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ তমজরি। সরকারগী তলব চাবা থবক ফংদবদগী এম এ থানবা হোৎনবদা ইমা ইপানা লায়রবদগী মতেং ফংবা ঙমদবদগী শেন্দাল লম্বী থিজবনি।

থোইথোই : এম এ দি পাস তৌনিংই। ইমা ইপাদগী মতেং ফংদবদগী কলাবজার, পোকেৎমার ওইবনি, ওক্তবী নুপীগী শাজৎ চৎলগা পৈশা তানবদি পামদে। অসিরা?

থারিকথা : অচুম্বমক্কি তাকপিরিবদু -

থোইথোই : (থারিকথাদা মুন্না য়েংলগা বাখল খল্লী, ফুরিৎখাউদগী কার্দ পুথোরক্লগা) সে- মসি ঐহাক্কী কার্দনি। নহাক হয়েং অয়ুক পুং ১০ দা ঐহাক্কী ওফিসতা লাক্লগা ঐহাক্কা উন্নরগদবনি। (চৎখরে)

থারিকথা : (পারগা) লুপা অসি পিরমইবনা মরম করিগী? হয়েং শুকশোই শোয়দনা মানা পিরম্বা কার্দ অসিদা ইরিবা ওফিস অসিদা চৎকনি (চংখি)

---

# (৪)

## কখুলোং (অহিং)

(রোমান্তিক ম্যুজিক। থানীল থোরকই। থম্বাল থোরকপরা য়েংই। মাগী ঘড়ীদা পুং কয়া তারে য়েংই। জি এম হোলগী ঘরিনা পুংজা য়ৈরকই)

থানীল ঃ নুমিদাংগী পুং ৯ দি তারে। থম্বালদি থোরক্তরে। থোরক্লোইদরনে। থম্বালমক্না ঐঙোন্দা ওইদবদি ঙাংলোই। ঙসিগী নুমিদাংগী পুং ৯ তাবদা ঐহাক্না মহাকপু গভর্নর লম্বীদা ঙাইরমউ। মখোয়গী খুল কখুলোংদসু চংলক্কনু - শোয়দনমক্কী থম্বালগী খুদোংচাদবা অরুবা মরম অমদি লৈরম্বা তারে। করম্বা ব্রাফম ওইরমগবা? ঙাইবগী ঙাইবা ঐহাক ঙহাক্তি ঙাইখিগে।

(পুলিস থাগোই লাকপা উবদা থানীল মরুম অমদা লৈশিল্লগা লোৎলি। থাগোই থোরকই। ঘড়ী য়েংই)

থাগোই ঃ নুমিৎ তাখিবদি ফনা কুইরে। ঐহাক্কী দ্যুতিগী পুঙসি তাখিদ্রেদা। এ পুং ৯ তাখ্রেনা। অস ঘড়িসি শিরমদ্রবদি ঐহাক পুংশিং হেন্না সরকারগী থবক তৌরমগনিদা। ঐগী দ্যুতিগী মতম লোইখ্রবনিনা অলু থম্বালগী মশক য়েংবা ওইনা য়াউম অমতং চিংলুবা তারেদনা। পুংদাসিদা থোঙ হাংদোকউ হায়বা য়াখিগদ্রনে? লাইবক য়েংলুবা হায়দুনি -

কনানো আদা ফিরুক খুম্বা মী অমা খুল্লোমদগী থোরকইবসে? য়ু ঙাওবা মীদি মানদে। ব্রিফ কেস অমসু পায়, তুং মাং কিরুপ কিরুপ য়েংলগা য়ান্না থুনা থোরকই। মসিগী মী অসি শোয়দনা হ্বানবা ওইগনি। ঙসিদি হ্বানবা ফাগে খংগনিদো -

(পাকথরগা চংখি। তুং হন্না হন্না মী য়েংলগা থম্বাল থোরকই। থানীলবু কোইয়েং য়েংই)

থম্বাল ঃ তামো থানীল, তামো - তা থানীল (লোন্না কৌই)

থানীল : ঐহাক সিদা লৈরে

থম্বাল : সে বেগসি পায়য়ু (পিবা) চৎসি -

থানীল : কদাইদা ?

থম্বাল : নমান্নবশিংদি ?

থানীল : কন্নাসু লোয়নরক্তে, ইতোমতা লাকই।

থম্বাল : হৱাগাড়ীদি কদাই ?

থানীল : ঐ সাইকলদা লাকই। আদগী মরুমদা লৈরিবা সাইকল অসি ঐহাক্কী গাড়ীনি।

থম্বাল : অস। নঙসিদিকো! তোকথোক্লসিরা ?

থানীল : করিনো থম্বাল নহাক্না হায়রিবসিবো ? ঐহাকপু ভাব অমুক্তা তাহল্লু। অথেঙবা অহিংদা ঐহাকপু নখোয়গী খুলগী ৱাংমদা উন্নদবা য়াদে হায়দুনা কৌরিবা করিগীনো ? নহাক্কী খুদোংথিবা করি লৈরবগে ?

থম্বাল : পঙশিন্নরনু তা থানীল। ঐহাক্কী মীহুনসি কদাইদনো অমদা হুনখ্রবনি। ঐহাক হুরাল্লগা থোরকইবনি। খরা থুনা চৎসিনে। ঐখোয়গী খুলগী মীনা থিরক্লবদি ঐখোয় অনি শিদুনা তোক্লরনি।

থানীল : নহাকপু করি পোৎ হুরাল্লুরবগে ?

থম্বাল : ৱা য়াম্না ঙাংগনু। অহিংদা নুংশিনবা নুপীনা মাগী লবরবু কৌরবদি ইন্টরভিউ। নুপী অদুনা মপোৎ মচৈ পুরগা থোরক্লবদি করি ওইগনি ? ঐহাক্কী পুবা য়াবা ফিরোল পুরক্লে। ঐখোয়গী ইমুংদা লৈবা লুপা মখৈ হুরাল্লগা পুরক্লবনি। শ্বাইদা কুইনা লৈবা ফত্তে, চৎলসে -

থানীল : থম্বাল! করিনো নহাক্না হায়রিবসিবো ? নহাক চেনবগী থৌরাংদি ঐহাক্তি করিসু লাংলক্তনা। ঙসিগীদি চংখ্রো, ঐহাক ইমান্নবশিং তান্নরগা নুমিৎ অমা হায়রক্লগে, সে বেগ -

থম্বাল : চেল্লগদবনি হায়দুনা থোরক্লগা য়ুমদা অমুক হঞ্জিনবা ? ঐহাক ঙম্নরোইদা। ঐঙোন্দা পৈশা য়াওরি। অশ্বাইদগী গাড়ী অমা ৱায়রসি। ঐখোয়গী খুলগী মীনা ঐহাকপু থিরক্লবদি ঐখোয় অনি ফররোই। চৎলসে -

থাগোই : ঙাইখো। পুলিস ঐহাক্কী ইমাংদা হুরানবা চেনবা য়ারোই। নখোয় অনি ফারবনি। হাই হুরানবা। উপুদু হাংদোকউ, হুরানপোৎতু য়েংগে (থানীলনা

হাংদোকই) এ! কবুইগী ফিরোল, লুপা -? নহাক্কু ম্বনসু কখুলোং খুন্দা হুরানবা (বেগতু পায়রগা) চৎলু থানাদা -

থম্বাল ঃ তাথাগোই! ঐহাক্কে। নহাক্না য়ু লেম্না থকপা ইমুংগী থম্বালদুনি। নহানসু খুলাংখাং কৌদ্রে হায়দুনা ঐঙোন্দগী লুপা তরা লৌখিবদু কাউরব্রা? ফিরোল, পৈশাদু ঐহাক্কীনি। ঐখোয় হুরানবা নত্তে। ঐখোয় অনি নুংশিনবনে। ঐখোয় চেল্লবনে, ঐখোয় চৎখ্রগে -

থাগোই ঃ য়ারোই।

থম্বাল ঃ য়াদবা য়ারোই।

থাগোই ঃ মরমদি?

থম্বাল ঃ লুপা -

থাগোই ঃ লুপাদি ঐহাক্কীসু লৈনে। (বেগতগী লুপাদু লৌথোক্লগা থম্বালদা উৎলগা মাগী ফুরিৎখাউদা হাপচিনখি) - নখোয় অনি জমিন থাদোকপগী লুপা কয়া পিগদৌরিবা? কদাই লুপা?

থম্বাল ঃ হৌজিক ফুরিৎখাউদা হাপচিনখিবা লুপাদু ঐহাক্কীনি। মদুদগী লুপা চাম্মা লৌরো। অতৈদু পিরকও। বেগতু কদায়? ঐখোয় থেঙখ্রে -

থাগোই ঃ থাইনগী থানাদি খঙদে। হৌজিক্কী পুলিসনা লৌখ্রবা পোৎ মপুনা অমুক ফংলরোই। মন্ত্রি মন্দোলগী অনৌবা হুকুমনি। পুলিস ঐখোয়না হব্বাগাড়ী ফাখ্রবদি ইঞ্জিন, টয়ার লৌথোকহৌরগা মকুদমক ফংগদবনি। মসি মতমসিগী চৎনবীনি। অদুনা নখোয় থানা য়ৌরগা নপোৎ ফংবা তারবসু মনুংদগী পোৎ মখে লৌথোকহৌরগা উপু অসিদি ফংজবসু য়াই। চৎলো থানাদা -

থম্বাল ঃ তা থাগোই। উপুদুদা য়াওরিবা ফিরোলদু অয়াম্বনা ঐহাক্কী ফনেক্না অয়াম্বনি। ঐহাক্না শেৎনরবা ঙাক্তনি। নুপীগী ফনেক নিপানা পুবা ইকাইদ্রনে?

থগোই ঃ করিসু কায়দে। ঈশৈ শকপীগী ফনেক মাগী নিপানা সাইকলদা য়াল্লগা পুবা ঙাক্তনি। করিসু ইকায়দে। মনিপুরদদি সেকেন্দ হেন্দ মারকেৎ চাওখৎলবনি। নহাক্কী সেকেন্দ হেন্দ ফনেকসি সনদে মারকেৎতা থাদোকখ্রগা লোইরে। চৎলো থানাদা। নেসা বন্দি কাংবুদা ঐহাক্না নখোয়

*অনিসি অহিংসিদা অমম্বা কাখুদা লৈরমই হায়দুনা শিন্নরবদি নখোয়* অনি নরু কোক্কনিদো, চৎলো থানাদা -

থানীল ঃ থম্বাল! নহাক্কী পোৎশিংসি লোজহৌরসনু। ঐখোয় চৎলসি -

থাগোই ঃ য়ারোই! বেগ অসিনা নুপীগী জমিনগী ওইরবসু নিপা নংগী পৈশা বাৎলি। থানাদা চৎলো -

থোইথোই ঃ (তুপী অফনবা, সুট, অচোনবা কোট) - থাগোই !

থাগোই ঃ সার - (অতোপ্পা মাইকৈদা, উপুদু থাদরগা শলাম তৌই)

থোইথোই ঃ ঐহাক সোমদা লৈরে -

থাগোই ঃ সার (ওনশিল্লক্রগা শলাম তৌই)

থোইথোই ঃ অহানবা শলামদুনা কনাদনো?

থাগোই ঃ সারগী খোঞ্জেলদা।

থোইথোই ঃ অকোনবগী শলামনা কনাদা ?

থাগোই ঃ সারদা।

থোইথোই ঃ পুলিস ডিপার্টমেন্টতা? নহাকুম্বা পুলিসসি কয়াম লৈরমগনি?

থাগোই ঃ সার, মতমগী পুলিস খুদিংমক ঐহাকুম্বা ঙাক্তনি।

থোইথোই ঃ মনিপুরদা লো এন্দ ওর্দর লৈত্রিবসি নখোয়গুম্বা ময়াম অমা লৈবসিনা ওইরেকো?

থাগোই ঃ চহি মঙা তরাসিদা থবক চংলকইবা মী খুদিংমক মথৌ পাংথোক্লবা চংলকপা নত্তে সার। লৌ ইংখোল বনধোপ থম্লগা সরকারদগী তলব লেম্না চারগা ইনাকখুনবা ওইনবা কারবার তৌবা চাংনরকপা ঙাক্তনি। এম এল এশিংসু লুপা লাক্ষ লাক্ষকী মপু ওইনবা ভোট লেপ্লকইবনি। চুমইকো সার?

থোইথোই ঃ তুমিন লৈয়ু। নহাক্কী ফুরিৎখাউদগী লুপাদু পুথোরকউ -

থাগোই ঃ মসিদি ঐহাক্কী পৈশানি (পুথোরকই)

থোইথোই ঃ (লৌশিল্লগা) ঐহাক ঙসাইদগী লুম্লগা য়েংইবনি। (থাগোইদু তুমিন্না চৎখিগদবগী হোৎনৈ) ঙাইখো। নহাক চৎপা য়াখিরোই। (থানিল থোইথোইদা) নখোয় অনি কনা কনানো?

*থানীল ঃ ঐখোয় অনি মহাক্না কবুইনি, ঐহাক্না মৈতে। ঐখোয় অনি নুংশিনবা কুইরে।*

থম্বাল ঃ ঐহাক্না চেল্লসি হায়দুনা মহাকপু কৌরগা চেল্লবনি। তাথাগোই থেংনবদগী সিদা লৈরম্বনি। ঐহাকপু থিনরক্লনি। ঐখোয় চৎখ্রগে য়াম্বুং!

থোইথোই ঃ সে পৈশাসি পাইশিল্লু (পিবা) কখুলোংদগী নত্তরা? কনাগী মচানো নহাক?

থম্বাল ঃ কখুলোং সিদগীনি। ঐহাক অন্দর সেক্রেটরি লঙাইরুংগী মচানুপী থম্বালনি।

থোইথোই ঃ নহাক্কী পাবুংদু ঐহাক্কী মরুপ্নি। কলেজদা তমিন্নরকই, নাকো ফুটবোল তিমদসু শান্নমীন্নরকই। নহাক্তি ?

থানীল ঃ ঐহাক ৱাংখৈদগীনি। য়ুনিভর্সিটিগী ছাত্র ওইজরি। থবক তৌজদ্রি।

থোইথোই ঃ নমিং করি কৌই?

থানীল ঃ থানীল -

থোইথোই ঃ থম্বালগী থানীল! নুমিদাংদা থম্বাল শাৎপা তারেদনা। করিসু কাইদে। লো এন্দ ওর্দরগী মপি মপা ওইরিবা পুলিস ।। আইনগী ৱাংমদা থবক তৌবা, করপসন থিংগদবা এম এল এ মন্ত্রিনা শেঞ্জা থুমজাগী গুরু ওইরবা মতম অসিদা নুমিদাংদা থম্বাল শাৎপা অঙকপা নত্তে। সে-মসি ঐহাক্কী কার্দনি। হয়েং ঐহাক্কী ওফিসতা লাকউ (থানীলদা কার্দ পিবা) ঙসিদি নখোয় চেল্লনু। ঐহাক্না নখোয় অনিগী পুন্সিগী লৈপুন শোয়দনা শেম্বীগনি। থম্বাল! বেগতু পায়য়ু। ঐহাক্না লোয়ননা নয়ুমদা চৎলসি। থাগোই! নহাক থানাদা ঐহাক লাক্লিবা ফাওবা লৈরম্মু। থানাদা চৎসি হায়বসি নহাক্কী চিনফা ৱাহৈ নৎত্রনে? চৎলো থানাদা -

থাগোই ঃ ঐহাক সস্পেন্দ তৌগদবা ওইরবদি য়ুমদা লৈজরম্লগে সার (সলাম তৌরম্লগা চৎখি)।

থোইথোই ঃ করিমত্ত চিংনগনু থম্বাল। মাঙ থাউ। থানীল। নং নয়ুমদা চৎলো। হয়েং ঐগী ওফিসতা শোয়দনা লাক্কদবনি। (চৎনখরে)

—

## (৫)

## খ্বাইরম্বন বজার (নুমিদাংবাইরম)

থম্বালজাওগা থরোগা কৈথেল কারকপনি। থরোগী বাসকেৎতা হঙ্গাম্নচিংবা য়াওই।

থম্বালজাও ঃ লুপা চাম্মা চৎপী অমা কাঙ হেক ওল্লিদা। ঙা অয়াইবা মথাদা লুপা ২০, খুদাপ ফাদবা হঙ্গাম মপুন অমদা লুপা ৫, কোবী খুংমুক চাউবা অমদা লুপা ১০। অদুবু পংলৈদা লৈনৈনে, প্রজাসি শেন য়াম্না পায়নরিকো। শেন পায়বসি ঐহাক্তরা হায়ববু অতৈসু য়াম্না লৈবা জাৎ ওইরে।

থরো ঃ শেন পায়বগী ৱা নত্তে। চানিংঙাই লৈত্রবদি লৈদবা য়াব্রাও ?

থম্বালজাও ঃ অরৈবগীনা লৈরে, লাইরবনা ইনাকখুনবদগী পূবা তারেদনা। পূবদা পিরক্কগনা পোৎ বক্লোপ থম্নরিবসিদি (নোংমৈ কাপ্লগী মখোল)

নোংমৈগী মখোল নত্তরা? নোংমৈ কাপ্নরে। চৎসি - নখোঙদু প্র-প্রব থাংলকউনে -

(ম্যুজিক - হৱাগাড়ী ময়াম থৌনখি। কৈথেল কায়রে। মাইখুম উপ্পা মী অনি চেম্ফোরকই। মখোয়গী জাকেৎ অমদি নোংমৈদু থরোগী বাসকেৎ মনুংদা হাপচিল্লগা হঙ্গাম্না মথক্তা কুপশিল্লী। মখোয় অনিমক টি সার্ট অমমম লিৎলি। থম্বালজাওনা পায়রকপা খবর অদু লৌরগা মখোয় অনি পাবগী মওংদা লেপই। থাগোই চেম্ফোরকই।

থাগোই ঃ অৱাং দুকান্দা মহাজন অগর ৱাল কাপ্লগা লুপা লাক্ষ অমা হেন্না লাকখরে। হে অহল - খ্বাইরম্বন কৈথেলসি কোম্বিং ওপরেসন তৌগদৌরিবনি। শ্বাইদা লৈবা য়াররোই। চৎলো চৎলো -

থম্বালজাওঃ থরো! নহাকপু মোল্লগনু কদৌগে? প্র-প্রব লাকওনে

থরো ঃ মসিদা য়াওরিবসিদি -?

থম্বালজাও ঃ সি আর পি লাক্লনি। মথোং মরম খংদনা নোংমৈ কাপ্লনি। ময়াং মচা কাপ্পনিনা সি আর পি না মৈতে কাংবু ফুররনি, নোংমৈ কাপ্লরনি। লাকও হায়মী (চৎখি)

থাগোই ঃ (নহারোল অনিদুদা) নখোয় অনি অদুদা কৈদৌরি? মরৱারী মহাজন অমা হাৎলগা নহারোলনা পৈশা লৌখরে। সি আর পি, আর্মি লাক্লনি।

থম্বৌ ঃ ঐখোয় ছাত্র ঙাক্তনি। পরিক্ষাগী রিজল্ট য়েংজরম্বনি।

থাগোই ঃ নয়ুমদা য়েংলুরো। ঙাইখো - (মখোয় অনিগী বোদি সার্চ তোই) প্র-প্রব চৎখ্রো। খ্বাইরম্বন্দ বজারদা নোংমৈ মচা পায়রগা দুকান্দারদগী লুপা লৌবা নহারোল ফনা য়াম্লে হাৎখ্রিবসে। চেংগুম শৌবগুম হুরানবা নহারোল চোংথোরক্লে। এইদসনা খরা হাৎ, নহারোলনা খরা হাৎ, সিফাইনা খরা হাৎ, নহারোলবু অমত্তা লৈহৌররোই। লৈশাবীদি চুক শাহৌ রনিনে।

(খ্বাইরম্বন বজারদা নোংমৈ কাপ্পা, মীহাৎপদা ওইবা মওংদু মীয়াম্না খঙনরবনি। হৱাগাড়ী মথৈ খা-গা ৱাংগা থৌনৈ, রিক্সা কাংবুসু পোৎ-পোৎ হোরোন খোংলগা চেন্নখি, কৈথেল কারকপীশিংনা মাগী মাগী কাংবু কৌনৈ. . .)। (মসিগী সিন অসি ভাবক খুদিংমক্লা ভাব তারবনি। ম্যুজিক দাইরেক্তরনা সিন অসিগী পিকচরাইজেসন তৌবিন বা প্রড্যুসরনা দাইত্ব লৌবিগনি।)

থাগোই ঃ শোরোক ময়াইদা হৱাগাড়ী ফৈজিল্লিবদু করিগীনো? ষ্টার্ত হৌদবা গাড়ীবু করিগী মী চিনবা বজারদা কৈদৌবগী পুরকইনো? মতাইদা ইম্লোকউনে। ভাব তাদবা মী য়াম্মনবদগী পুলিস ঐখোয় খোন ৱাওদবা য়াদবনিনে। গাড়ীদো গাড়ীদো - (শাউনা থোকখি)

থংগোং ঃ থম্বৌ ! পৈশাদি ?

থম্বৌ ঃ জেকেৎতা য়াওখ্রে

থংগোং ঃ খরদা ফাওবা খায়দোকহৌদ্রবরা?

থম্বৌ ঃ খাইদোকহৌদ্রে। হৌজিক্কী অহল মতৈ মনাওদু কদোমদা চৎখ্রে। মাঙখ্রবদি ঐখোয় থিফম খংলোইকো। থংগোং। নংনা অসোমদা থিয়ু। ঐহাক্লা শোমদা য়েংগে। মাঙখিনিকো (থোকখরে)

থংগোং ঃ ওক্তো রিক্সা তোংলগা চৎখিনিকো থম্বৌ (চৎখরে)

—

(৬)

## থম্বালজাওগী য়ুম (নুমিৎ অদুগী নুংথিল)

থরো, নিসাবন্দিগী লিদর অমনি। বজারদগী ময়ুমদা হল্লকপদা মহাক্কী বাসকেটতু থম্বালজাওদা পায়হল্লম্মগা থরো থানাদা ঙহাক চংলুই। মতৈ মনাও ময়ুমদা চংলকপনি।

থম্বালজাও ঃ মখোয়গী পোৎসি ইমুংদা পুশিনবা ফত্তে। তুরেলদা থাদরুরগে?

থরো ঃ মখোয়গী পোৎতু মাঙহনবা য়াদে। মদুগী থবক লৈ। ঐহাক মী চংলকপরা য়েংগে। মখোয়গী জেকেৎ অদুদা করি করি য়াওবগে য়েংবীয়ু। (থম্বালজাওনা জাকেৎ অনিদু লৌথোক্লগা চ্যেক তৌবদা, অমদা লুপা চবুন অমা অমদনা রিবোলবর অমা য়াওরম্মী)

থম্বালজাও ঃ থরো, নোট চবুন অমা নোংমৈসু -

(পাখৎপোই, কিবোই থম্বালজাওনা জেকেৎ, লুপা, নোংমৈ হন্তোরকই। থরোনা জেকেৎনা লুপা অমদি রিবোলবরদু য়োমশিল্লগা ইমুংদা পুশিনখি।)

মীগী পোৎতু ইমুংদা পুশিনখিনু। হায়না হায়না পুশিনখ্রেনে।

মীগী মপোৎ পাম্মুনু। পুশিনখ্রিবা পোৎতু ইজার মালনি। পুলিস লাক্লগা থিরবদা ফংখ্রবদি ঐখোয় অনি ফাদোক তানিকো। থরো! মখোয়গী পোৎতু ঐখোয়গী ইমুংদা থম্মোইসি। অঙাং অনিদু থিরগা পিথোকখিসি-

থরো ঃ (থোরকই) পিখিনবা মাঙদনবা ইমুংদা লোৎশিল্লুরিবনি।

থম্বালজাও ঃ কম্মান্দো কাংবু লাক্লগা থিররবদি কমদৌবা?

থরো ঃ থানা লাক্কনি, করিমত্তা নুংশা থিরুরনু। নিপানবু করিগী পঙথরকইবনো? অদুক কিগনবা হৌনদে। নিপানা লিংজেল পান্দবদগী হ্বানবা মীহাৎপা নহারোলনা লৈবাক অসিদা মনিং মখা তমইবনি। লমদম অসিদা আইন লৈত্রিবসে নিপাশিংনা মথৌ পাংথোক্তবননি।

থম্বালজাও ঃ নহাক্নদি নিপা ঐখোয় থৌনা লৈতে হায়রিবা। হৌজিক কালগী নহারোলসি অয়াম্বনা শাবুক ঙাবুকনি। মচানা মপা হাৎলে হায়বগী পাউ খবরদা হাপ্লকইবদু পারবা নৎত্রাও ? মতম অসিদদি অশিবদনা মাংজবনি। ভাব তাওনে থরো -।

থরো ঃ শাবুক ঙাবুক হুরানবা মীহাৎপা নহারোলশিং অসিগী মমা-মপা লৈরিবনি। মপা-মমাদুনা নিংথিজনা ব্লারক ব্লাতেম্বিদবদগী নহারোল ওক্লিবনি। মচা মশুবু ব্লারক ব্লাতেম্বা ঙমদবা অহন লমনদু পারা তম্বীবগী মতম ওইরে।

থম্বালজাও ঃ ঙাইখো, ব্লা ঙাংবা অমুক্তা লেপখো

থরো ঃ কদৌরগে ?

থম্বালজাও ঃ ঐখোয়গী কোম্লোং মপাদা লেপইবা নহা অসি - ঙসাই কৈথেলদা থেংনবা অনিদুগী মনুংদা অমা মানখ্রেদা ! নৎত্রনে - থরো ?

থরো ঃ কদাই - ? ও মান্নি মান্নি। ফরেদা ওম্লোক্লা তান চানা লাকএদা। কৌশিল্লগা জ্ঞান তানা ইংনা ব্লারী শারমউ। মখোয়গী পোৎতু ঐহাক্লা উপুদা চেকশিন্না থমই। ঐহাক দুকান্দা চৎখ্রি, লাক্লনি হায়দুনা ঐহাকপু ঙাইহল্লমউকো-

থম্বালজাও ঃ মনিংলোমদা চৎলিদুবু কদায়দনোনে থরো ?

থরো ঃ ঐহাক তেলিফোন অমুক্তা তৌরুগে (থরো চৎখরে)

থম্বালজাও ঃ কনাদা করিগী টেলিফোননোনে? ওম্লোক্লা খোঙ্গুল তাখিদ্রবী নুপীনিদকো। থরোনা নহারোল অসি উরগা মনিংলোমদা প্র-প্রব চৎখ্রিবসিগী মরম করি ওইবা য়াই? থেল্লগা মহাকপু ঙাইহল্লমউ হায়রমইকো -

(শোরোক্তা লেপইবা ইবুংঙোদু চংলকই)

থম্বৌ ঃ খুরাবু ঙসি বজার কাবিরুবরা ?

থম্বালজাও ঃ মান্নি মান্নি, ইবুংঙোনা থিরকইবদু ঐহাক্লি। নন্দোনগা কৈথেল কারুই। নোংমৈ কাপ্পরকপদগী কৈথেল কায়বদা পাখৎতুনা চেল্লকই। নপাং অদুদি ?

থম্বৌ ঃ মহাক বজারদা ঐহাকপু ঙাইদুনা লৈরমগনি। ইন্দোনগী বাসকেৎতা হাপচিনখিবা পোৎতু পুজখ্রগে -

থম্বালজাও ঃ লৈ লৈ। জেকেৎতুদা নত্তনা জেকেৎতা য়াওবা পোৎশিংদুসু মাঙবা য়াবা পোৎ নত্তে হায়দুনা নন্দোন্না চেকশিন্না উপুদা শো লোনশিল্লগা

থল্লি। নন্দোন দুকান্দা পোৎ লৈবা চৎখ্রি, লাক্লনি। ঙহাক ঙাইরো, ফম্মুরাউনে-

থম্বৌ ঃ ঐহাক ইন্দোন ঙাইজরোই, পুথোকপিরকও খুরা -

থম্বালজাও ঃ উপুগী শোদু ঐঙোন্দা শিন্নরমদ্রবনিনে। লৈ লৈ - নখোয়গী পোৎ অমত্তা বাৎতনা শিন্নফম থোকপা মীদা শিন্নগনি হায়দুনা চেকশিন্না থমই। নন্দোন য়ৌরক্লনি। ইবুংঙোগী মিং করি কৌবা, করি লৈকায়দগীনো?

থম্বৌ ঃ ইন্দোন্না চৎখিবা দুকান্দুবু কয়াম থাপ্লগে?

থম্বালজাও ঃ থাপ্তে। মনিং অসিদনি, য়ৌরক্লনি

থম্বৌ ঃ খুরাগীসি ঐহাক্কী মতম মাংহনগদবা মাল্লি। অদু ফাওবদি তৌবীনু। ঐখোয়দা থোক তৌবা মীদি থোপ্তা গুলি হানবনি।

থম্বালজাও ঃ শাউগনু শাউগনু ইবুংঙো। শাউরগা পোৎ মাঙববুদি ঈংথরগা ওইজবা ফংবনা ফত্তরনে? নন্দোনদু হল্লক্তবা য়ারোই। নখোয়গী পোৎ শোয়দনা ফংগনি। ইবুংঙোগী মিংগা লৈফমগা হংবগী ৱারৌবরনে? হংলরোই, হংলরোই। নন্দোনসু লাক্লে। ঐখোয় অনিগী ৱারী শ্বাইদা অসুম তেনশিল্লসিনকো -

থরো ঃ ইবুংঙো লাক্লেদনা। নখোয়গী পোৎসি শিন্নগে হায়দুনা নখোয়বু ঙাইরমইবনি। নপাংদুদি?

থম্বৌ ঃ ঐহাক লাকইবসিনি ইন্দোন। ঐখোয়গী পোৎতু পুথোকপিরকও ঐহাক থেংখ্রে।

থরো ঃ লৈ লৈ । ঐহাক্না চেকসিন্না থমই। লৌথোকউরগে। অদুবু নখোয়গী পোৎ অসিদি ইচম চম্বা পোৎ নত্তবনিনা নখোয় অনিদা শিন্নবা পামই। নপাংদু কৌরুগেরা?

থম্বালজাও ঃ মখোয় মশা অমত্তনি। অদুম শিন্নখ্রসিদা থরো -

থরো ঃ অদুদা, মখোয় লালহৌবা কাংবুসি অমনা অমবু থাজ-নদে, নুংশিনদে, হাৎতোক্লবসিদা খল্লিবনিনে? হোয়দা, মখোয়না মখোয়গী থোকপা পিথোকখ্রসি। ইবুংঙো - নখোয়গী লুপাদু কয়ানো?

থম্বৌ ঃ (শাউরক্লে) ইন্দোন!
(গাড়ী মখোল তারকপদা থম্বৌনা য়েংথোকউবদা পুলিসকী গাড়ী ওইরম্বদুদা চেনবা)

থম্বালজাও ঃ চেনগনু, চেনগনু। পুলিসনি। করিসু তৌরোই। চেনগনু! চেম্লবদি নরাল লৈবা মীচেন মানগনি -

থরো ঃ (থম্বৌগী মখুৎ য়াল্লগা) হৌজিক্কালগী থানাদি অচেনবা মী উরবদি নোংমৈনা হেক্তা কাপ্লগা হাৎপনি। ঐহাক মৈরা পাইবীগী সেক্রেটরিনি। করিসু তৌরোই -

থানীল ঃ চেনগনু -

থাগোই ঃ পুলিস উরগা চেনগে হোৎনরিবদি নহাক নহারোললা?

থরো ঃ নত্তে নত্তে। মহাক নহারোল নত্তে, ছাত্র পাখঙনি। হৌজিক্কী পুলিসতী প্রজাগী য়েক্লবা ওইরবনিনা, পুলিসকা মায়োক্লগদবগী শরুক চেনহৌবনা ফরে।

থোইথোই ঃ মহাক অসি কনানো? ইন্দোলগা করি মরি থোক্লে?

থরো ঃ ইনাওনুপীগী মচানি। মরম ওকখ্রবা ইচানি। য়ুম্মাং পাউ চেনবা লাকপনি।

থোইথোই ঃ ইন্দোনগা খুরাগা মহাক্কা করি মরি থোক্লবগে হায়বদু ঐদি খংই। নহাক্কী মরুপতু ফারে। মঙোন্দগী লোয়না খংলবনি। ইন্দোন! মখোয়গী জেকেৎ, লুপা অমদি নোংমৈদু পুথোকপিরকউ

থম্বালজাও ঃ থরো, অখঙবা মীদা উৎ-পাৎ ঙাংবা কান্নররোই। লৌথোকউরো

থোইথোই ঃ থাগোই! নিপা অসি বোদি সার্চ তৌ। মখূৎ পুনশিল্লু
(থরো ইমুংদা চংলুরগা জেকেৎ, লুপা, রিবোলবর পুথোরকই। থানীলদা পিবা) থাগোই! নিপাদু গাড়ীদা হাপচিল্লুচো -

থরো ঃ মী ফারগা পুগদবা ওইরবদি এরেষ্ট মেমো পিরমদ্রবদি অঙাং পুখিবা য়ারোই।

থোইথোই ঃ মরমদি ?

থরো ঃ সিফাইনা ফারগা পুখিবা মীসি অচিকপা মফমদা পুরগা হাত্তোক্লগা চেনবদা কাপ্পনি, মশাদগী খুৎলাই ফংই হায়বগী পাউ খবরদা তত্তনা য়াওই।

থোই থোই ঃ ও মদু চিংনবগীরা? পিগনি। থাগোই কদৌরি?

থাগোই ঃ অহন! কদৌরি? নহাকসু থানাদা চৎসি -
(থাগোইনা থম্বৌবু পুথোকখি। থম্বালজাওনা তান্নরগা থাগোইগী খুদাং

পায়দুনা খাল্লগা লুপা ১০০ চৎপী উৎলগা থাগোইগী ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লি)

থম্বালজাও ঃ ঐহাক থানাদা লাকচরগে। চেন্নহনবীরনুকো -

থাগোই ঃ থানাদা প্র-প্রব লাক্কদবনি। (চৎখরে)

থম্বালজাও ঃ (৫০ চৎপী অমা পায়রগা) থানা বাবু! খরগা হাপখিগে (চৎখি, থরোনা পৈশাদু লৌবা)

থরো ঃ ঙহাক পোত্থারগা লেংঙো। চা গ্লাশ অমত্তং থকখিসি

থানীল ঃ য়ারে। মতুংদা নোংমা থকচরগে। ইন্দোনগী লমনগীদমক ঐগী অঙম্বা তেংবাং পাংজরক্কে। চৎচরগে -

থরো ঃ অদো, মাগী মপাংদুবু ফারব্রনে শাহেব?

থানীল ঃ কদাইদগী ফাগদগে? মাগী মরুপ্তু ফারে, মহাক্না হায়দোরকপদগী খঙবনি হায়দ্রবদি ইন্দোনবু মহাক্না চিংনখিরোইদ্রনে ইন্দোন? হৌজিক্তি মহাক ফারবনিনা, মপাংদুসু ফারনিদা। য়ৌজরে - নমস্তে (শলাম)

থরো ঃ ফনি। নমস্তে। সুম লৌজহৌরে। থানাগী অচৌবা ওফিসার ওইবসি পঙলবদি মী শীন-নী। দষা হেক কোকইদা। সরকারদা প্রজা অমা ওইনা ঐহাক্না ঙমজবা থৌদাং মচা অমদি পাঙথোক্লেদনা। (থম্বালজাও উদবদা) হাইমা, কদাইদা চৎখ্রে, মা য়াওনা থানাদা চৎখ্রবজাৎলা? হো তাবিরিব্রাও (থোকখি)।

---

## (৭)

## থম্বালগী য়ুম (নুংথিল)

থংগোং ঃ থম্বাল! থম্বাল !

(মনুংদগী থম্বালনা খুল্লকই।) - লাক্লনি ফম্মো -

(থম্বাল লৈত্রিঙৈ তাল্লক্তুদা চিঠি অমা পুথোক্লগা পাবা)

চিঠি - জি এ দিগী মন্ত্রি ফ্রান্সিস ঙাজোকপাগী মচানুপী লিটল ফ্লব্বারগী ছাত্রি লুংনিলা ইলিজাবেঠ ফাখিবা মীশক খংদ্রি। নুমিৎ মরিনি শুখ্রে। ইলিজাবেঠপু হিংনা থাদোরক্লবগীদমক পুলিসকী কোম্বীং ওপরেসন লেপখ্রে। তাঞ্জা অসিদা ঐখোয়সু চান্স অমা লৌরগা লুপা লাক্ষ মঙাদি তালহৌবা য়াই। ইলিজাবেঠকী ময়ুমগী তেলিফোন মখাদা ইরিবনি। ঐখোয়না লৌবদা খুদোংচাগদবা মফম অমদা ঙসি অহিং লুপা লাক্ষ ৫ পুরকউ হায়না তেলিফোন অমা তৌখো। লাইবক য়েংহৌসি, পিরদ্রবসু করিসু কায়দে। ঐহাক অহন মতে মনাওগী বাসকেৎতা হাপচিনখিবা পোৎ লৌবা চৎলে। কখুলোংগী থম্বালগী য়ুমদা ঐহাকপু ঙাইরমউ। -

থম্বৌ।

থম্বাল ঃ তামো! কয়াম কুইরে লাকপা?

থংগোং ঃ ঙহাক ওইরে। নহাকপু কদায়দা চৎলুবনো?

থম্বাল ঃ লিটর ফ্লব্বার স্কুলগী ছাত্রি নুপীমচা অমা ফাখিবদু মীনুংশি য়েংদুনা থাদোরকউ হায়বগী ঐখোয় খুলগী নুপীশিংনা সিট-ইন-প্রোটেষ্টকী ধরনা য়াওরুবনি। তামো অমদি?

থংগোং ঃ মরুপ থম্বৌ লাকনি। থবক অমা চৎখি। হিদাক পিরকউ -

থম্বাল ঃ চা-নবদি?

থংগোং ঃ য়েরুম ওইনা পিরকউ।

(মনুংদগী) - থম্বাল! নহাক্কী তেলিফোন লাকই

থম্বাল ঃ তারে। লাকএ (চংখি)

থংগোং ঃ থম্বালসি মখোয়দা লৈতবা কোল ড্রিঙ্ক লৈরুচো হায়দুনা থাদোকখ্রিঙেদা, মখোয়গী তেলিফোন অসিদগী মন্ত্রিগী ময়ুমদা তেলিফোন তৌবগী খুদোংচাবা লৌহৌদবা য়াদে -
(চিঠিদগী তেলিফোন নম্বরদু শেগায়রগা পায়হৌরে। চিঠিদুনা ময়াদা হুকচিনখি। থম্বালনা য়ুগী বোটল, য়েরুম, গ্লাশ পায়রগা মোবাইল ফোন্দা বা ঙাংনদুনা থোরকই)

থম্বাল ঃ হোয় হোয়! ঐ ভাব তাইয়ে। লৈরমগনি, কৌবিরুগে (তেবলদা য়ু গ্লাশ থমই, ফোনগী মাউট খুৎনা খুন্নগা) তামো! লৌবিরো। হৌবিরো - (থংগোং লৌরগা হৈরগা থকপা চাবা) চান্দনি! নহাক তেলিফোন মনাক্তা অদুম লৈয়ুকো, ঐহাক থাদোই কৌরুখিগে -
(ফোনদু তে বলদা থনম্নগা থম্বাল প্র-প্রব চৎখি। থংগোংনা থম্বাল চৎখিবদু য়েংলবগী মতুংদা টেলিফোন তৌই)

থংগোং ঃ মসি মন্ত্রিগী, ক্বাটররা? মন্ত্রিগী মচানুপী ইলিজাবেঠ করিসু তৌদে। নুঙায়না লৈরি। ঙসি নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ডি এম কলেজগী মমাংদা লৈবা সিমিত্রিগী গেটতা লুপা লাক্ষ ৫ খাউ অমুবা অমদা হাপ্লগা থনমউ। লুপাদু ঐখোয়না হেক ফংবগা ইলিজাবেথপু ডি এম কলেজগী কম্পাউন্দা থাদোকপিরক্কনি। লুপা লাক্ষ ৫। শোয়রবদি ইলিজাবেঠকী অফবা ওইরোই।
(তেলিফোন টেবলদা থনম্নগা, থংগোং চাবা থকপা হৌই। থম্বাল চংলকই। ফোন লৌখৎলি)

থম্বাল ঃ ফোন ককখ্রমাম্লেনে। (নম্বর লৌরগা চান্দনিবু কৌ কৌদুনা চংখি)

থংগোং ঃ করিগীনো থম্বৌসি তপইদা। অহলশিংদু ময়ুমদা লৈরমদ্রবজাৎলা? শোয়দনা পুরক্কনিদা। ঙহাক ঙাইবা তারেদনা -

থম্বাল ঃ তামো করি করি অবাৎ অপা?

থংগোং ঃ নংগী ঙসিগী হিদাকসি ফবা খরা ৱাৎলি।

থম্বাল ঃ নোংমা-নোংমগী লকনি। অতৈদগী লৌবিরুচোরা?

থংগোং ঃ মসিনা য়ারনি। লৌরুরনু। নখোয় নুপী ময়াম ধরনা ফম্লুবদুদা করি করি ৱারী শানরকই। অঙাং ফাবা কাংবুদু মশক খঙলে হায়নবরা?

থম্বাল ঃ অঙাং হুরানবশিংদু মশক খঙলবদি মীয়াম্না হাৎলনিনা। নুপীশিংগী ব্বারীদি কৈথেলগী পাউনিদা।

থংগোং ঃ ময়াম্না শান্নখিবা ব্বারীদু লিয়ু তাসিনে -

থম্বাল ঃ তানিংব্রা? অঙাং ফাখিবদু মন্ত্রিগী বোদি গার্ড অমা, শঙাইপরৌ এরিয়াদগী মী অমা, মুসলিম অমা, নহারোল শাবা কাংবুগী খুৎলাই পায়বা নহারোল খরা মারুতি ভানদি লৈরগা পৈশা তানফম খঙদবা ভান ড্রাইভর অমা শোয়দনা য়াওরমগনি হায়নৈ। পংঙাং ঙাংনবনিদা।

থংগোং ঃ ফাখিবা ইলিজাবেঠতু থাদোরকপগী মতাংদা করি করি হায়নৈ?

থম্বাল ঃ থাদোরকউ হায়দুনা ঐখোয়না ধরনা ফম্নুরিবসিদি -

থংগোং ঃ ঙসি মরিনি চনখ্রবা ফাওবা স্কুলগী ছাত্রি অঙাং ফাখিবা কাংবু খংনবা, পুলিস অমদি মীয়াম প্রজানা খঙবা ঙমদ্রবা? অদুনদি থম্বাল! লৈবাক অসিদা লো এন্দ ওর্দর লৈতরে হায়বসিদি নহাক য়ানিংলম্মনি। অঙাং ফাবা কাংবুদুগী অপাম্বদু করিগী ওইরমগনি খল্লি?

থম্বাল ঃ মনিপুরগী চীংগী এম এল এ মন্ত্রি পুন্নমক নাগানি, চীংমীশিংগী অনৌবা নাগালেন্দ অমা শেম্বা পামই হায়দুনা মনিপুরদগী তোখায়রগা নাগালেন্দ অমা শেম্নগে হায়দুনা মুইভাগী কাংবু এন এস সি এননা হায়বদা ইলিজাবেঠকী মপানা য়ানিংদবদগী মচানুপীবু নাগানা ফাবনিসু হায়নৈ। অদুবু ঐদিকো পৈশাগীদমক মন্ত্রিগী মচা ফাবা ওইরমগদবা মাল্লিদা -

থংগোং ঃ মন্ত্রি কাংবুদি ভোট লেপ্পা মতমদা মীয়াম প্রজানা য়া-নবা খরচ য়াম্না তৌই। অদুনা শেল পায়রম্নরোইদবোই খল্লি। মন্ত্রিদি শেল পায়বোইরে।

থম্বাল ঃ করিগী পায়দগনি? থবক হাপ্পগী নৎত্রবসু ওফিসারশিং ট্রান্সফার তৌবা, প্রমোসনগী ওফিসারশিংনা লুপা লাক্ষ লাক্ষ পিবনিনে।

থংগোং ঃ অদুনদি শেন চাবা মন্ত্রিদগী পৈশা লৌবসি করিসু কায়দেদনা ।
(য়ু থকই)

থম্বাল ঃ অদুবুদি, পাখঙনা লৈশাদা লব লেটর থাবগুম নহারোলনা ওফিসার অমদি শেঞ্জাও পায়বা মীদা দেমান্দ লেটর থারিদনা -
(মখোয় অনি নোকমিন্নে। থোইথোই চংলকই)

থোইথোই ঃ ইবেম্মা আলু! নখোয়গী হিদাক লৈবরা?

থম্বাল ঃ লৈ।

থোইথোই ঃ চানবদি করি লৈ?

থম্বাল ঃ য়েনশাদি লোইখরে। ওকশাদি লৈ -

থোইথোই ঃ হিদাক লিক্লি অমগা চানবা প্লেট অনিগা পিয়ু -

থম্বাল ঃ চানবা অমদি কনাগী?

থোইথোই ঃ মী অমা ফমইবসিদি। ইতোমতা চাবা ফজগদ্রা-ও? নখোয়গী হিদাক্তি সিদা পিরিবসিরা?

থম্বাল ঃ ঔ!

থোইথোই ঃ মহাও হান্না খজিক্তুং তংগে। ঐহাক খজিক্তা টেষ্ট তৌজগকো। (থংগোংগী মনাক্তগী গ্লাশ, বোটল লৌরগা - গ্লাশতা খরা হৈরগা তেংথোক্লগা খরা হৈরগা থমই)

থংগোং ঃ মীগী পোৎ তাপ পায়রগা হেক্তা থকপসি - মী উশিত্তবা মাল্লি।

থোইথোই ঃ ব্রারৌবিনু। য়ু থকফম ভেন্দরদা থেংনবা ঐখোয় মশেনদি মরুপ মপাংনি খঞ্জরুরে। চানবা থক্লবগা ঐহাক্লা লৈরনি, করি কায়?

থংগোং ঃ শেল য়াম্না পায়বা জাৎলা?

থোইথোই ঃ চাম্মা চৎপীবু হাজমগী পৈশা ওইনা শিজিন্নবা মীদি নত্তে। মী ১/২ গী পার্টি তৌনবগী পৈশাদি য়াওরি। (অচোইবা খরা উৎলি)

থংগোং ঃ য়াম্না ফাওবা মী মাল্লিদা -

থোইথোই ঃ ফাওবদি ফাওদে, অঙম্বা মীনি।

থংগোং ঃ ঐগী বোটলগা গ্লাশকদু পিরকউ -

থোইথোই ঃ মসিদি ঐহাক্লা পায়রুরে। আলু - অনৌবা বেটৈলগা চানবগা ঐখোয়গী মরুপ ইবুংঙোগী লৌথোকউরোদনা -

থংগোং ঃ থম্বাল! মীশক খঙদবা মীগা ঐহাক ফমিন-চামীন্নবা পামদে। থম্বৌ লাক্লগা মঙোন্দগী পৈশা লৌহৌ অদুগা ঐহাকপু ইম্ফাল টকিজতা থিরকউ হায়য়ু। ঐ খোইদৌ শাওগৎলক্লে। ঐ চৎলে -

থোইথোই ঃ রাউন্দ অমত্তা ওইরবসু থকমিন্নখিসি। চেন্নরোইসিদা -

থংগোং ঃ চেনবা হায়বদি -?

থোইথোই ঃ চেনবা হায়বদি লৈরম্বা মফমদু থাদোক্লম্লগা থুনা চৎখিবা। ইংলিশকী অশম্বা বাহৈদা ইসকেপ!

থংগোং ঃ নখোয়গুম্বা মীবু কিবিদ্রবা ঐহাক্না, নহাক্কা মায়োক্নবদা কৈদৌবগী চেনগদৌরিবা? হা - নোক্তুম নোকনিংই।

থোইথোই ঃ নহাকপু কনানোনে?

থংগোং ঃ নহাক্না কনা ওইদনা ঐগী আইদেটিটি হংলিবা?

থোইথোই ঃ ঐহাক্তি তেপ রেকোর্দর পায়বা মীনি।
(তেপ মচাদু থাগৎলি। ঙসাই থংগোংনা তেলিফোন্দা হায়বদু খোঙলকই লোইফাত্তনা মুখৎগা ) - ইসে, বিভিদ ভারতকী ঈশৈ খোঙলগা কদোমদগী খোঞ্জেলনোনে -?

থংগোং ঃ থম্বাল ! নহাক্না ঙসাই টেবলদা ফোন থনম্বদুদি থওইনা থনম্বা ওইরেকো?

থম্বাল ঃ হৌজিক মতমগী নহারোলনা মশাগী শিনফম অমা ফাওবা হৈতনকো - তামো। মমল য়াম্বা ফি শেৎলগা গাড়ী মচা থৌরগা লম্বী সোড়ক্তা মতম লেপ্লেকো । ইরৈবাকসিগী প্রজানি, তুংগী য়ুম্বীরেলনি হায়বগী ৱাখল কাউখরে -।

থোইথোই ঃ থংগোং। নহাক্কী নমিং থংগোং কৌই হায়বা খঙবদা নত্তনা, নহাক্কী মরমদা কুপ্না খঙলবা ঐহাক্নি। ৱারী শাগদবা ৱাৎলি। থম্বালগী ৱা লোইবা ফাওবা তাখো অদুগা পাউখুম পিয়ু চেনগে খনগনু। থম্বাল! থোঙদু লোনশিল্লু-

থম্বাল ঃ ঙসিগী নহারোলনা -

থোইথোই ঃ নহারোল খুদিংমকপুরা?

থম্বাল ঃ নত্তে। শান্নরোই, শিন্মী, এদুকেসনদা থৱায় লুপ্না ছাত্র-ছাত্রি, আর্ট এন্দ কলচরগী কলাকারশিংবুদি নত্তে। তোনানবা নহারোলশিংনা লুপা, নিষা, নুপীদা ঙাওরে। ইরৈবাকসিদা লো এন্দ ওর্দর লৈহন্দরে, চাওখৎ খোঙথাং পুম্বা মাঙহল্লে। অদুননে তামো - ঐখোয় মচালৈমা তুমিন্না লৈথোকপগী মতম নৎত্রে। নুপী ঐখোয়গী থৌদাং পাঙথোকপা মতম ওইরে।

থোইথোই ঃ হৌজিক্কী তেলিফোন অদুগীদমক্তসু নহাকপু ফাবা য়ারবনি থংগোং। ঐহাক্না মফম অসিদা লাকপদি অতোপ্পা মরম অমগীনি। কেসেট অসিদি

বেবি ইলিজাবেঠপু ফারগা হাৎখিবদুগী কেস পায়রিবা স্পেসিয়েল ইনভেসতিগেসন টিমদা মখোয়গী মতেং ওইনবা পিথ্রগনি। ঐহাক্লা নংবু থিরকপদি নহাক শাশিন্নবা সেলপ ষ্টাইল নোংমৈ পায়বা নহারোলনি।

থংগোং ঃ অদোমবু কনানো, পুলিসরো?

থোইথোই ঃ অদোম হায়গনু। তাদা মাম্মা খুরা কৌ। নখোয়না খঙবদি, কিবদি কম্মান্দোবু ওইরমগনি। নখোয়গুম্বা হুরানববু ফাবা ঙম্বা ফিজম শেৎপা সি বি আই লৈ। অতোপ্পা অমনা সি আই দি ক্রাইম ব্রাঞ্চ। ঐহাক সি আই দি ক্রাইম ব্রাঞ্চকী এস পি নি।আই কার্ড (উৎপা) থম্বাল! থোকখ্রো। থোঙদু মপান্দগী লোন্সিল্লমউ (থম্বাল চৎখরে)

থংগোং ঃ পুলিসনা পঙহায় হায়জিল্লগা মরাল লৈতবা মীবু পঙফা ফাবসি ফত্তে। মদুনা লৈবাকসিদা ৱাথোক ওইরিবনি। কনানা ঐহাক্কী ইথক্তা কেস তৌরকই? কেস রেজিষ্টার তৌদ্রিঙৈদা মী ফাবসি অফবা ওইরোইদা। চোপকনিকো -

থোইথোই ঃ ঙাংগদবা লোইরব্রা? নাম্থোকপদি নুঙাইররোই। নহাক ফারবনি। নাউ ইয়ু আর অন্দর এরেষ্ট।

থংগোং ঃ ঐহাকপু ফাগদবগী মরম -

থোইথোই ঃ মরম? থাগোই। (হৌনা কৌই। থাগোইনা থম্বৌবু ফিমু অমনা কুপশিল্লগা পুশিল্লকই। থাগোইগী মখুৎতগী জেকেৎতু লৌরগা থংগোংদা উৎলি) মরম? জেকেৎ অসি নহাক্কীনি। ফিমু কুপশিল্লিবা নিপা অসিনা নহাক ফাবগী মরমনি। মশক খঙবরা য়েংউ -

থংগোং ঃ (ফি হাইদোক্লগা য়েংই ) থম্বৌ।

থম্বৌ ঃ নহাক হান্না পুলিসনা ফাদ্রিব্রা থংগোং?

থংগোং ঃ কদায়দগী ফাগদগে?

থম্বৌ ঃ ঐহাক্তি নহাক্লা শিৎ-শিৎনা পুলিসকী ইন্তরোগেসন্দা হায়দোক্লে হায়বদগী অশেংবা লোইনা হায়দোকখ্রে। অদুদি কমদৌনি?

থংগোং ঃ কমদৌবা হায়ববু নখোয় অনি ফাদোক তারেদনা ।

থম্বৌ ঃ ঐখোয়না থুরিবসি কনাগী লাংদনো?

থংগোং ঃ পুলিসনা থাকপা নুপীগী লাং -

থম্বৌ ঃ পুলিসনা নোংমৈগী মহুত্তা নুপী খুন্নাইবু খুৎলাই ওইখ্রবদি নহারোল অমত্তসু নাম্থোকপা ঙম্লরোই।

থোইথোই ঃ হৌজিক্তি নহাক ঐগা থানাদা চৎপা য়ারবা নত্তরা থংগোং? থাগোই অনিসি গাড়ীদা হাপচিল্লুরো -

থাগোই ঃ লিকলিদু খরা য়াওরিমাম্লে, গ্লাশতুগসু পুজখ্রগে সার।

থোইথোই ঃ নহাক্কীনা মী অনিসি লৌজরো। বোটলগা গ্লাশসিগনা মপু থম্বালদা পিরম্লগে (থাগোই অমদি ২ চৎখরে)

থাগোই ঃ লুহোং খোঙথাংদা চৎকদবা নত্তে। ইখুৎ চল্লবা মীদদি ঐহাকশু থৌনা ফবা সিফাইনি (লিচৈনা মখোয় অনিগী মখোঙদা ফুরগা পুথোকখি)

থোইথোইঃ থম্বাল! (থোরকই) সে থমজিল্লো (বোটল গ্লাশনচিংবা পিবা) থারিকথা লাক্লম্বরা?

থম্বালজাও ঃ ইচে থারিকথারো য়াম্নুং? লাক্লমই।

থোইথোই ঃ মৈরা পায়বীগী সেক্রেটরি ইন্দোন থরোগা উন্নরুচো। ঐহাক্কা কোন্না উন্নসি (চৎখরে)

থম্বালজাও ঃ লৈবাকসিগী মরাই চায়থরবা লো এন্দ ওর্দরগীদমক্তা ঙমজবা ইতেং মচা অমদি পাংথোক্লেদনা। ইচে থারিকথানসু থৌদাং মচা অমত্তং পাংথোকপা ঙম্লবদি নুঙাইখ্রনিদা (চংখি)

---

## (৮)

# খুইরম্বন্দ বজার (নুমিদাংবাইরম)

থারিকথা টাউন পুলিসকী স্পেসিয়েল ব্রাঞ্চকী মী ওইরে। মহাক্কী থবক্তি বজার মনুংদা ড্রগ য়োনবা অমসুং শিজিন্নবা মীশক খংনবা হোৎনবা, ওক্তবী নুপীশিংগী মশক মমিং পুনফম, হুরানবা পোকেট মার, নহারোলগী মিংদা দুকান্দগী পৈশা খায়বা নহারোলগী পাউ সিটি পুলিসতা পিবনি। শন্না হায়রবদা এন্টি সোসিয়েল ওইবা থবক থিংবদা পুলিসকী মতেং পাংবনি। মীনা উবদদি য়াম্না চম্বী নুপী মাল্লি। মহাক্কী মীৎয়েংদু মীনা উদনবগীদমক গোগলস অরংবা অমা উপই। থারিকথা থোরকই, মায়কৈ খুদিংদা চিংনবা মী য়েংই।

থানিল ঃ থারিকথা! (থোরকই)

থারিকথা ঃ তা থানিল! কদোমদগীনো?

থানিল ঃ নুংতিগী বজার কাহৌদবদা হৈনদ্রে। বজারগী মীয়াম ইরাং উরগা হকচাংসি নুংঙাই, চাবা থকপা মহাও খঙই।

থারিকথা ঃ অদুবুদি চুম্লমগনি। অদুবু ঐহাক্তি কখুলোংগী ইনাওনুপী থম্বালবু নোংমতং উহৌদবদা চাক চংলমগদবা মানখিদ্রেদা -

থানিল ঃ মদুসু ওইবা য়াই -

থারিকথা ঃ মানবদো -

থানিল ঃ অদুবু অমানবা খুদিংমক অচুম্বদি ওইদবনি।

থারিকথা ঃ ঐহাক্না বজারদা তোয়না উন্নবসিদা ঐহাক্কী মরমদদি করি খল্লি?

থানিল ঃ নহাক হান্না কালাবজার শান্নবদা নত্তনা পোকেট মার অমসু ওইরমই। হৌজিক্তি ওইদ্রে। নহাক কনানো, বজারদা করি থৌদাং পাংথোক্লিবগে হায়বদু ঐদি মুন্না খঙই। অদুনা নহাক্কী মরমদা করিসু খনদে। অদুগা হন্দক মরক ঐখোয় অনি বজারদা তোয়না উন্নরিবসিগী মরমদি খঙব্রা?

থারিকথা : ঐখোয় অনি তোয়না উন্নবসিগী মরম তোঙানবা অমা লৈবরা? করি মরম?

থানিল : ঐহাকসি বজারদা নহাক্কী বোদি গার্দনি হায়না খল্লবসু য়াই।

থারিকথা : অদুদি তা থানিল। নহাক কনানো?

থানিল : কোন্না খঙলক্কনি।

থারিকথা : কোন্না খঙলক্লবা মতমদা খঙলগে। অদুগা তাদা থানিল। ৱা অমা হংগে। সহরদা হুরান চিম্ফি, মীহাৎ মীপুন তোয়রক্লিবসি করিগীনো।

থানিল : ৱাফমদু ঙসি মীপুম খুদিংনা হংলিবনি অমদি খঙনরবনি। লৈকায় লৈকায়গী মৈরাপাইবী, ক্লবকী নহারোলশিং য়াম্না মিৎ-না শিংনখ্রে হায়বদি এলার্ট ওইরে। অদুনা ফত্তবা মী মখৈ বজারদা হায়গৎলকপননি। অদুগীসু মথক্তা খুঙ্গংদগী শেন মরাঙ কায়না লৈবসি বজারদনা হেল্লি। লৈকায়দা হুরানবা অমা ফাবদি লায়। বজারগী মীয়াম মরকসিদগী হুরানবা অমা ফাবদি লূইদনা। খুঙ্গংদগী সহরনা মীশিং অসুক য়াম্না হেল্লিবসিগী অচৌবা মরমদি সহরদা লৈবা ফংদবা লৈতে।

থারিকথা : সহরদদি অপাম্বা পোৎ খুদিংমক ফংই?

থানিল : শেনবু পায়রবদি -

থারিকথা : অদুবু য়োন্দবা পোৎতি ফংদে?

থানিল : য়োল্লোইদবা পোৎতি বজারদা হারদে -

(নোকমিন্নে। মীয়াম্না মনুংদগী লাউনরকই। মখোয় অনি মমিৎ শিংই)

মীয়াম : হুরানবা থৎলো. . .ফাও ফাও. . ফূ ফূ. . . হুরানবা থৎলো. . .

থারিকথা অনোক লৌথোকখি, মশম পুক্সিল্লি, ফিজেৎ শেমজিল্লি। থানিল ফুরিৎ খুদাং তাখৎলি। মীয়ামগী খোল্লাও মরক্তুদা জিন খোংগ্রাউ শেৎপা, জেকেৎ লিৎপা, মমায় খুম্বা (জোরো) নিপা অমা চেম্থোরকই। মায়কৈ অনিদা থানিল অমসুং থারিকথানা থৎলি। নিপাদু চেনফম খঙদে। মীয়াম্না "হুরানবা তান্নৌ, থৎলো, ফাও ফাও, নুঙনা থাজিল্লু, হাৎলো হাৎলো. .." লাউ লাউদুনা তান্নরকই। নিপাদুনা থানিলগী মায়কৈদা চেনগে তৌশিন্নরগা থারিকথালোমদা চেল্লি। থারিকনা নিপাদু ঙকথি চপই, নিপাদুনা থারিকপু চেন্দুনা পুই। থানীলনা হোৎচিল্লগা নিপাদুগী মখুৎ লৈথৎলগা ফারে। মীয়াম লাউরি, তান্নরকই। ফারবা নিপাদু মরুম অমদা চিংশিল্লগা নমশিন্দুনা থমই।

থানীল : থারিক ! মীয়ামসি থৈদোকখো। নৎত্রবদি হুরানবসি হাৎখিবা তারে।

থারিকথা : (মীয়ামদু থৎলগা) হুরানবদু - অদুগী গলীদুদা চেনশিনখ্রে। তুরেল লান্দুনা চেনখ্রগনি। মীয়াম্না ফাংনবা তান্নরো - হো হো অদুগী গলিদুদা চেনশিনখ্রবনি। (মীয়াম্না লাউ-লাউদুনা তান্নখি) হুরানবদুনা করি পোৎ হুরানখ্রবগে?

(মনুংদগী নিপা অমগী খোঞ্জেল) - ময়াং দুকান্দগী পি এল এ শারগা লুপা লিশিং ৫০ লাকখ্রে।

(মীয়ামদু অতোপ্পা মায়কৈদা তান্নখরে। খোল্লাউ নেমথখ্রে)

হায় হুরানবা। হৌগৎলু নশক য়েংগে (চিংখৎলগা মাইখুম লৌথোকই, থানীলনা মখুৎতু তুংবুন্নরগা পায়শিল্লি) নহাক পি এল এ রা?

থাগোই : নত্তে।

থারিকথা : মসিদি বজার ঙাকপা থানাদুনি -

থানীল : তাথাগোই বাবু, নহাক ওইরে?

থারিকথা : লৈবাকসিদা লো এন্দ ওর্দর লৈত্রে। হুরান চিন্থি হেঙ্গৎলিবসি নখোয় পুলিসনা হুরানবশিননিদনা। হুরানবা ফানবা থাগী তলব পিরগা থম্বা পুলিস নহাক্না হুরাল্লিবা করিগীনো? (মমায়দা খুপাক্তা থাজিল্লি) লো এন্দ ওর্দরগী মপি-মপা নখোয়না আইনগী ৱাংমদা থবক তৌরিবা করিগীনো? (খুনম্না থাজিল্লি)

থানীল : নহাক্না লাকখিবা লুপাদুদি?

থাগোই : ফুরিৎখাউদা য়াওরি।

থানীল : হান্না পুলিসনা হুরানবনি হায়বা খঙলম্লবদি মীয়াম্না নেৎখায়দুনা হাত্তোকহল্লমগদবনি।

থারিকথা : পুলিস হুরানবা নহাক থানা য়ৌরগা খঙগনিদনা। চৎলু থানাদা। চৎলো থানাদা। নখোঙদু প্র-প্রব থাংউনে (কাউশিল্লি) চৎলু থানাদা।

থাগোই : অয়ো! নহান মখৈ ঐহাক্না হায়রম্বা ৱাহৈদু নখোয়না ঐঙোন্দা অমুক হায়রবা? (পুথোকখ্রে অবেরখানগী ৱাঙাংদা লাউবনি)

---

## (৯)

## পুলিস হেদ ক্বার্টর (অয়ুক)

এস পি, সি আই দি (ক্রাইম ব্রাঞ্চ), থোইথোইগী ওফিসতা খাংজেং ইমাগী পুজা তৌরি। দুর্গা, কালিমায়, নোংপোক পাঙ্থোইবী, পুজাগী ম্যুজিক। থোইথোই-ফৈজোম, মোজাফুরিৎ, ঙকশমদা খুদৈ অমা য়াম্লগা থোরকই।

থোইথোই ঃ চাউবা! ঙসিদি খাংজেং ইমাগী পুজা নুমিৎনি। লোকঅবতা লৈরিবা অফাবা মী মখৈ কোর্টতা পুথোকখিনবা ও সি দা হায়য়ু। তাররা?

মনুংদগী ঃ তাজরে। ও সি সাহেপনা থৌরাং লোইরে সার -

থোইথোই ঃ অদুগা চাউবা! অফাবা মীশিংদু কোর্টতা পুথোক্লমদাইদা ঐহাক্কা অমুক্তং উন্নহল্লমউ হায়য়ু। কাউনিকো -

মনুংদগী ঃ বোনদিশিংদি কোর্টতা পুথোক্কদবগী হোয়দোরক্লে সার। অমমম ওইনা থাজিঞ্জরক্লগে সার -

থোইথোইঃ থাজিল্লকউ (থানীলনা থম্বৌবু পুশিল্লকই) থানীল! নহাক্কা পুশিল্লকইবরা? করিসুবুদি কায়দে। নহাক্তি শকক্তাক্তবা থানা, ইস্পিসিয়েল পুলিসনি। মীচম ওইনা লৈবনা ফবনি। অদুবু করিসু কায়দে। থম্বৌ !

থম্বৌ ঃ সার।

থোইথোই ঃ থম্বৌ! নহাক নখুৎ হৈবা মোতোর মেকানিকনি। নহাক্কা কারখানা তুংওইনরগা মোটোর সাইকল মারুতি কার হুরানবগী থবক্তা চথরক্লগা নোংমৈ পায়বা নহারোলগা শন্নরক্লিবসি করিগীনো?

থম্বৌ ঃ কারখানাদা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা চরা হেনবমখৈ থাউথী তৈদুনা থবক শুবদা নোংমদা লুপা ১০০ ফংবা ৱাই সার। স্কুটর অমা হুরানবদদি লুপা লিশিং ৫, মারুটি অমা হুরাল্লগা য়োঙ্থোকপদা লুপা লিশিং ১০ নৎত্রগা ২০ দি ফংই। মতম অসিদদি শেনগী দরকার য়াম্না

লৈরক্লবনিনা শেল তাঞ্জবনি সার। কারখানাগী শিন্মী ঐখোয়বুদি নোংমৈ পায়বা পুলিসনা গুাকপী শেনবিদে। তেঙবাংবিবদি লায়রদনা মখোয়গী গাড়ী শেম্বদা পৈশা পিবিদে। নহারোল নোংমৈ পায়বনদি ঐখোয়গী চাকথুং পিবিরকই। অদুনা নহারোল নোংমৈ পায়বশিংগা তিন্নজবনি সার-

থোইথোই ঃ হৌজিক্কী মতমসি শেলগী যুগনি। পৈশা পায়দবা য়াদে। লুপাগীদমক অফবা ফত্তবা, লৈবাক্কী অমাঙবা, ইশাগী ইজ্জৎতগী পৈশানা হেন্না মরু ওই অসিনিনে?

থম্বৌ ঃ ওফিস খুদিংদা খরচ তৌদ্রবদি করিগুম্বা অমা হংজরুবদা পাউখুম পিবিরক্তে। পৈশা পিরুদনা ওফিসার কনানা, মন্ত্রি করম্বনা থবক হাপ্পিরিবগেনে সার?

থোইথোই ঃ ঙসিগী খুন্নাই অসিগী মীপুম খুদিংমক পৈশাগী মিনাই ওইখ্রবা! মসিগী ইহৌ অসি কনানা শাগৎলকপনো? লৈবাক্কী ৱায়েল পথাপকী চুপ্লি পায়রিবা মন্ত্রিনা? থম্বৌ! নহাক শেন পায়নবগীদমক খেমা দোয়া য়েংদনা হুরানবা মী অমা ওইরে হায়বসি নশানদি য়ানিংলেকো?

থম্বৌ ঃ য়ারে সার।

থোইথোই ঃ নেক্স! (থংগোং পুশিল্লকই) থংগোং!

থংগোং ঃ সার।

থোইথোই ঃ নহাক্না নোংমৈ মচা অমা পায়রগা পি এল এ নহারোল শারগা মীঙোন্দগী পৈশা নমদুনা লৌবগী মরম করিগীনো?

থংগোং ঃ ঐহাক্তি অশেংবদু শেংনা খুমজখ্রবনি। ঐহাক্কী ইমান্নবশিংদি হেরো হোন্দা, হেরো খোংউপ, ফোরেনগী জেকেৎ লিৎলি, মমা-মপানা মোটোর সাইকল অহনবা লৈবী। হোটেলদা অহাওবা চাবদসু ইমান্নবশিংনা পৈশা পুথোকই। ঐহাক্কী ইমা পাবুংনদি ঐগীদমক্তা করিসু লৈবীদে, পৈশা পিয়ু হায়বদসু লৈতে হায়দুনা পীদে। ইমান্নবশিংগী মমাংদা ইকায়বদগী ঐহাক্কী খোংউপ জেকেৎ লুপা লিশিং পিবা, য়ামা - হেরো হোন্দা অহনবগী মপু ওইগে খনবদগী পি এল এ শাবনি সার -

থোইথোই ঃ হৌজিক্তি নহাক্কী নিংবা থুংলবরা?

থংগোং ঃ থুংফাৎত্রি। মারুতি জিপসি নৎত্রগা ভান অমদি লৈগদবা ৱাৎলি।

য়ুমসু পাকা বিল্ডিং ওইনা শানিংই। অদু ওইরদি ইমাগা পাবগদি মথৱায় হরাওজগনি, এঙ্গাং অহাওবা চাজরনী।

থোইথোই ঃ ইনাকখুনবা, শেন পায়বশিংনা মচা মগুবু লায়রবা তম্বীবগী মহুত্তা, লায়রবশিংবু ইনাকখুনবা মী ওইহন্নবা অরানবা লম্বীদা লমজিংলক্লবা! মসি কনাগী মরালনো? মতমগী য়াওলনি। নত্তে! মীওইবগী শক্তিদগী পৈশাগী মগুন্না হেনহনখিবসি কনাননো? ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাশাগর, মহাত্মা গান্ধী, হিজম ইরাবোৎ ফম অমদি শেনদা ঙাওখিবরা? হৌজিক্কালগী মীরোলনা পৈশাদা ঙাওরিবসি করিগীনো থংগোং? মন্ত্রি, ওফিসার, কেরানী মচা ফাওবা মহৈরোয়গী গুরু ওঝা, ডাক্তর ফাওবা পৈশাদা লাইচুরে। থংগোং! ঐখোয়সু পৈশাগী মনাই ওইবা তারবনি, নৎত্রগা? ৱাফম অসি প্রজা মীয়াম্না খন্নরসনু। থংগোং! নহাক অমসুং নখোয়গী ইমা পাবুংনা নুঙাইনা তাল্লিবা শেন খুতানদু আইন্না য়াদে, লৈবাক্কী লো এন্দ ওর্দর অমদি লৈবাক্কী মাঙনা তারুবগী মশক্লি হায়বসি নহাক - য়ানিংদবরা?

থংগোং ঃ সার! শেন পায়বা মীদি মীনা ব্যবহার তৌই। শেন পায়দবা মীদি ওঝা গুরুসু ওইসনু, পণ্ডিটসু অদু মঙাই লৈকায়না মৱা লৌদে। সারসু - পেন্সন চৎত্রিঙৈদা শম্পতি, য়ুম কৈ, লৌ-ইশ্বোল লেপসিনবীহৌবনা ফরোইদরা?

থোইথোই ঃ শিফম নাফম খঙদনা শিবা তারবদি ?

থংগোং ঃ শিবা হায়বসিদি মী খুদিংমক নোংমদি শিগদবা লৈরবনি সার -

থোইথোই ঃ ও. . . পুন্সি অমগা, শেনগা, ওন্নহৌবনা ফৈ অসিনে? নেক্স
(থাগোই পুশিল্লকই)

থাগোই ঃ গুদ মোরনিং সার - (শলাম তৌবা)

থোইথোই ঃ হল্লো থাগোই বাবু। নহাক পুলিস ওইদ্রবনি। ঐহাকসু য়ুনিফোম শেৎতে। ইমা খাংজেং পুজাগী মনাই অমনি। ঐঙোন্দা শলাম তৌগনু। নহাক্কী পোখ্রাফম থানা অমদি নয়ুম নরানয়াইদা ওইরমই। ঙসিদগীদি মীহাৎপা, ডাকু দকাতীগী শঙলেন্দা চাকলেম চাদুনা লৈবিরুবা তারে। থাগোই! নহাক পুলিস ওইরমই, তলব চারমই। মীনা নহাকপু থানা বাবু কৌরগা ব্যবহার তৌরম্মী। চুমইকো -?

থাগোই ঃ অচুম্বীনিনা লান্দে সার।

থোইথোই ঃ সরকারগী তলব চাবা অদুগীসু মথক্তা আইনগী মপী-মপা পুলিস নহাক্না হুরানবা ওইরিবা করিগীনো?

থাগোই ঃ বাহং অদুগী পাউখুমদি ঐহাক্কী অঙাং মমাদগী ফংবিগনি।

থোইথোই ঃ মরমদি?

থাগোই ঃ মরম? ঐহাক্কী থা অমগী তলব, য়ুমদা পুশিনবদা শিকি বাৎপদা থিগথলি। নুতিগী পৈশা, পোৎ য়ুমদা পুশিন্নগা ঐহাক্কী নুপীনা হরাওই। পুশিন্নরুগনা শৌ শৌ লাউই, ঐঙোন্দা ব্যবহার বাৎলি। মাগী নুপীবু নুঙায়হন্নিংদবা নিপা মালেমসিদা লৈরমগদরনে সার? অদুনা ঐহাক নুপীনা হরাওনবগীদমক ইঙ্গাং য়োনবী, ঙায়োনবীদগী ইঙ্গাং, ঙা লাক্লগা য়ুমদা পুশিন্নবা হোৎনৈ। য়ু য়োনফম, য়ু ঙাওবা মী ফারগা পৈশা লৌরগা থাদোকপদা নত্তনা মখোয়দা শলাম তৌরগা খুৎলাংখাং কৌনবা পৈশা লৌবা ফাওবা চত্থরক্লে -

থোইথোই ঃ ভেরি ইন্টরেষ্টিং ! মখাদি -

থাগোই ঃ মদুনা নুপী পেন্দে। সনা দিমান্দ তৌরকই। ঐহাক ঙম্নবা হোৎনৈ। য়ুম বিল্ডিং শাদবা য়ারক্তে। শোরাৎকী পোৎয়েং পিবা চৎপদা মারুতী তোংদ্রবদি ইকায়রে হায়রক্লে। ঐহাক নিপানি, মীনদি ঙম্লগা ঐনদি করিগী ঙম্লোয়?

থোইথোই ঃ অদুদগী নহারোল শারগা লুপা লাক্ষ তান্নবা হোৎনরক্লে। লাইবক থিবদগী হুরানবগী ১০ নি মপুগী নোংমা হায়দু নঙোন্দদি থোকখরে। অসিরা?

থাগোই ঃ আ . . . অশেংবদি ঐহাক্কীসি দথানি। এক্সিদেন্টনি। মোরে ডিমাপুর লম্বীদা গাড়ী লোকখাদা ওন্থবদা, লাইন বসনা নাল্লাদা লোংবদগী মী শিরিবা অসিগী দ্রাইভরশিংসি লাইসেন্স হোল্ডর ঙাক্তনি।

থোইথোই ঃ অদুনা এক্সিদেন্টনি! নহাকসু নহারোলগী মমিংদা মহাজন দুকান্দারশিংদগী লুপা কয়ারক লৌখ্রে। কনানসু ফাবা ঙম্লক্তি। অদুনা নহাক এক্সপার্ট অমনি। হন্দক থারিকথানা ফাবসি এক্সিদেন্টনি। অসি নত্তরো?

থাগোই ঃ শোয়খিবা, এক্সিদেন্টল, হায়বসি আইনদসু মরাল কোকপিবদাইনে সার?

থোইথোই ঃ চুমই চুমই। এক্সিদেন্টকী প্রমান পিরবদি মরাল লৈবা মী, এক্যুজ, অদুগী

চান্স ফংই। অদুদা নত্তুনা, অহানবা মরাল লংজবা মীদুসু ফার্ষ্ট ওফেন্দর ওইনা ফাদোক তাদবসু য়াই।

ফরে। ঐহাক লাই খুরুম্বগী মতম ওইরক্রে। অরোইবা ৱাহং। হৌজিক্কী মতমদা মরাল লৈবা মীগী ৱারকফম অনি লৈরে। অমনা নহারোলদা শিন্নবা। অতোপ্পা অমনা জেলদা লৈবা। অনিসিগী মনুংদা নখোয় অহুমগী অপাম্বা অমা খল্লু। নখোয়সি নহারোলদা শিন্নবা নৎত্রগা জেলদা থাজিনবা। অপাম্বা অমা খল্লু, থংগোং!

থংগোং ঃ জেলদা থাজিনবীরো সার।

থোইথোই ঃ মরম পিয়ু -

থংগোং ঃ জেলদা চংবদি শিররোই। জমিন্দা থোরকপা অরুবা নত্তে। জমিন্দ থোরক্লবা মতুংদা খুৎলাই পায়বা নহারোলনি হায়দুনা মীনা ব্যবহার তৌবিরনি। পি দব্লিউ ডি দগী ঠিকা লৌরনি। এক্সিক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ারদা নমদুনা বিল ইহল্লগনি। ঐহাক শেন পায়রনি সার -

থোইথোই ঃ ফজে! থংগোং নহাক ঈ-পাউ লৌবা হৈবা মীনি। খবরগী রিপোর্টর ওইবা য়ারনি। মীওইবা খুদিংমক আশা অমমমগী মঙলান্দা হিংনরিবা ঙাক্তনি। থম্বৌ! নহাক্কী অপাম্বদি করি?

থম্বৌ ঃ ঐহাকসু জেলদা চংজখ্রগে সার -

থোইথোই ঃ মরমদি ?

থম্বৌ ঃ ঐহাকপু নহারোলদা শিন্নরবদি ঐহাক হিংদবসু য়াই। জেলদা চংবদি হয়েং জমিন্দা থোরক্কনি, কেসকীসু ঐহাক্না শাক্ষি ফারগা, বিচারবতি জজ্জদা ৱাচৎ ৱানোমজরগা ফাদোক তাদবা য়াই। অদু ওইরবদি মন্ত্রি অমা তান্নরগা ৱানোম্বদা থবসু হঞ্জিনগনি, প্রমোসনসু ফংগনি, এরিয়ার লুপা লাক্ষ ফংবদুনা য়ুম দলান শাগৎপা য়াই।

থোইথোই ঃ মদুবু ওইথোকপা য়াগদরনে থম্বৌ?

থম্বৌ ঃ মনিপুর সরকারনা ওফিসার সস্পেন্দ তৌবদি মন্ত্রিগী শেন্দান লম্বীগী খোই থাকপনি। নুমিৎ মঙানি, মমিংদা ওইনা সস্পেন্দদা লৈরম্লগা ফমথোল কাখিবা, য়ুম শাৎ হৈরগা শাগৎখিবা মী য়াম্না লৈকো সার -

থোইথোই ঃ চুপ! নরৈদু খৎলনু থম্বৌ! নিংথৌগী নাকোং ফক্লাংদা থেৎপনি। নহাক্কী য়াইফন্নবগীদমক জেলদা লৈরুরো। ও সি! মখোয় অহুমসি কোর্টতা

পুথোকউরো অদুগা জেলদা থাজিনখরো। থানীল ! অহুমসি পুথোকখরো- (পুথোকখরে - । থরো, ময়েক নাইবা বাংখৈ ফি, থম্বাল, কবুই ড্রেস থারিকথা, মোদেল ছাত্রি ফনেকতি শেৎহন্নিংই, থোরকই)

থোইথোই ঃ মনিপুর ইমাগী মমোমলোইশিং লেঙশিনবীরকসি। লৈবাক অসিদা লো এন্দ ওর্দর লৈতরে। মীশি মীনা তোয়শিল্লক্লে। পুলিসকা প্রজাগা নুংশিনদ্রে, য়েক্নবা ওইরে। লৈবাক অসিদা শান্তি লৈনবগীদমক ইমা খাংজেংদা থৌনিবগী থৌরম পাংথোকচরি। ঐখোয়পুম্বনা পুক্লিং খোয়জংনা কংলৈবাক্কী য়াইফনবা, ঈংনা তপ্না পুন্সি লেন্নবগীদমক হৈজবা জগোয় খুথেক অমত্তং ইমাদা কৎপিয়ু।

(খাংজেং ইমাগী হৈথা-পোত্থা থৌনিগী থৌরম পাংথোকপা লোইরে। থৌবুরেল ইবুংঙো থোইথোই বাবু। খাংজেং ইমা খুরুম্বিরবা য়ারে। লাই পুজারিনা পাউ পিরকপা। )

থোইথোই ঃ ফনি, লাকচরে (চংখি)

(থরো- থোইবী দান্স), থম্বাল - কবুই দান্স - থারিকথা - মোদেল ফিল্মগী জগোয় (বাই) - তান অমত্তদা জগোই শাই। ঈশৈসু মখল অহুমসিগা লোয়ননা শকই - মসিনা শুমাংলীলাগীদা নত্তনা আর্ট এন্দ কলচরগী খুদোল অমা ওইবা য়াই)

থোইথোই ঃ (জগোই লোইবদা থোরকই, দক্ষিনা তৌই, খুরুমনৈ) - লৈশেমঙৈদগী ইবুধৌ ইবেনধৌ, ইপা ইমা পা-পী- তাইবং শেম্বা মপুগী খুশেমনি। ইমাগী মমোমলোইশিংনা লৈবাক্কী ইরাং নেমহনবীয়ু -

মখোয় অহুমঃ থরো থম্বাল থারিকথা শাৎলিবা লৈবাক্তা শান্তি লৈতবা হৌনদে। থরো, থম্বাল, থারিকথানা মথৌদাং পাংথোক্তবননি। ঙসিদগী ঐখোয়গী থৌদাং পাংথোকচরগে। ঈধৌনা থৌজানবীবা ওইরসনু।

থোইথোই ঃ থরো থম্বাল থারিকথা চংসি, লেংশিল্লসি (চৎখি)।

---

## জেল মনুং (নুংথিল)

(থাগোই, থম্বৌ, থংগোং, অমোৎপা ফিজোল (ঙম্লবদি ফাদোক্কী ড্রেস) মকোই ককত্রে, মকোক মরু ইফা ফারে। মথৱায় য়াম্না নুঙাইতনা থোরকই।

ঈশৈ -

মখোয়গী লৈখা তারবা পুন্সিগী তেংথাবা,
খুদুম শিংদুনা লাক্লবা খুবাং তিংনা হনবা তারে,
তাইবঙ শেম্বা মপুদা মখোয় লানখ্রে,
অপঙবগী খনবীদুনা মখোয়গী মরাল ঙাকপিয়ু।
অরানবা ফত্তবা থবক তৌজররোই,
মখোয়বু লমজিংবিয়ু,
অনৌবা পুন্সি পিবিয়ু।
মখোয়গী ৱাকৎচবা ঈশৈনি। মখোয়গী ওইরিবা পুন্সিগীদমক কপই)

থম্বৌ ঃ ঐহাক্কী ইমুং করম্বা ফিভমদা লৈরমগনি? ঐহাক্কী নুপীদু ওম্থোক্লা ৱানা পুন্সি লেল্লম্লগনিদা। পিক্লিবা অঙাং অনিদু চরা হেল্লম্লগদরা?

থংগোং ঃ থম্বৌ ! করিগী কপ্লিবনো? তেংথারগা করি কান্নগনি? নহাক্নদি নহাক্কী নুপী অমদি নচা চরা হেল্লম্লগনি, ৱারম্লগনি হায়বগী ৱাখলদা নশাদু য়েংউ - কয়াম ময়েং তারে। ঐহাক্কীদি খন্দুনা য়েংউ - ইমা ইপান হান্নগা লাইরিক লাইশুদা পুক্লিং লুপ্তে, থবক শুনিংদে হায়দুনা নুংশিদবগী মথক্তা ঐহাক্না মীগী শেল হুরানবগী জেলদা লৈবসিদা মখোয়গী ইজ্জৎ সন্মান পুমঙাঙ মাঙহল্লে হায়দুনা ঐহাকপু মচানি হায়নিংলম্লরোই ইমান্নবশিংনসু ঐহাক্না তিম্ননিংলরোই। অদুগীসু মথক্তা নহাক্কীদি নুপী অমদি নচা লৈরবনি। ঐহাক্তি নুপী থিবা ফংলরোইদবনি মরূপ।

থাগোই : তেংথা নাওইনবসি তোক্লসিদা। য়াইরোংনা য়াইরোং কল্লি শবিরাইনা শবিরাই হেনবগী ৱাফমসি পন্নররোইসি কদৌগে? পুলিস হায়বসি মমা মপা হাৎপা ঙমগদরা হায়না হংলবগী মতুংদা ঙমগনি হায়বা মীদুনা পুলিস ওইবনি হায়নরিবনি। থম্মোয় কন্নবদা পুলিসনি, ঐহাক পুলিস ওইরন্নিবনি। অদুবু ইশা ইতোমত্তা ৱাখল খত্থরুরগা কপ্লিংলকইবসি করিগীনো? নখোয়গী অৱাবা মৈচাক অদুদগী ঐহাক্কীনা দিগুন হেল্লিবনি। (কপ্পা-কপ্পা হায়রকই) থানা অমা ওইনা থাগী তলব চারমই, হৌজিক্তি ফংদ্রে। থানা ওইরম্লগা পৈশা লাকপগী ফাদোক তারে হায়দুনা মীয়াম্না ৱা ৱা ঙাংনরম্মনি, ঐহাক হৌজিক মীমাং থোকপা য়াখিগদ্রা? থানাগী নুপীনি হায়দুনা নখোয়গী নতৈমানা সনা শিরম্বদু, ফুতানি তৌদুনা ৱাজাও ঙাংলম্বদু হৌজিক করি ওইরম্লগনি। হে জেল লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মা। মাগী নুপীগী হরাওনবা, অচাওরম কাহন্নবা শেন চাবা সরকারগী থবক তৌবা বাবুশিং। তলব চাবা মী, ওফিসারগী নুপীনি হায়দুনা মখৌ পোংনা ৱা ঙাংবী, সনা শিনিংবী নুপীশিংবু জেল ইমা ইবেম্মা নহাক্না কৌশিল্লগা ঐহাকপু ৱারকপিবগুম অমুক্তদি ৱারকপিয়ু। শেঙ্বাবা ওফিসার, ওফিসারগী নুপী নাৱাংবীশিংবু জেলগী লাইরেম্বী ইমানা কৌশিল্লগা ৱারকপিরবদি ঐহাক কপচররোই। হরাওনা নোক্কে - হা . . . (ফাক ফাক নোকই)

থম্বৌ : তাদা থাগোই! কদৌরগে? ঙাওরব্রা?

থাগোই : ঙাওরে, ঐহাক ঙাওরে। নখোয়দি খঙদে - ঐহাক্তি শেনবু মীহৌরুবদগী পুম্মাং মাঙলে, হৌজিক্তি ঐহাক ঙাওরে -

থম্বৌ : ঐহাকশু ঙাওরে তাদা থাগোই। ঐহাকপু ঙাওহনবদি থংগোংননি। মহাক্না নহারোল শারগা পৈশা তাল্লি হায়বদু য়ারুবদগী হৌজিক্তি করি ওইরে? ইমুং চারা হেল্লে। ইমায়দা কালি তৈশিঙ্গরে। ঐহাকসু ঙাওরবনিনে তাদা থাগোই -

থংগোং : ঐহাকতি ৱাদে, ঙাওদে হায়না খনবরা? ঐহাক্তি শিনিংলবনি; পাঙদবদগী শিবা ঙমদবদগী হিংলিবনি। ঙসি ঐখোয়না দষা তারিবা মীৎতগী পিরাং শিষ্থরিবা, কপ্তুনা তেংথারিবগী মপু মহাক্তো কনানো? মানা ঐখোয়বু ৱাহনবনি।

থাগোই ঃ ঐখোয়বু বাহল্লিবা মহাক্তু কনানো হায়য়ু। দুরবাশা মুনিদা হায়জরগা, মীগী মাংহন্নবা শিল্লিবা মহাক্তু, বসমাকার ওইনবা শাপ তৌহনগে।

থংগোং ঃ কনা ওইনি? শেন-লুপা! লুপা!!

থম্বৌ ঃ মান্নী। লুপাগীদমক্তনি ঙসি ঐহাক্না জেলদা লৈরিবসে

থাগোই ঃ ঐহাক্না ফাদোক তারিবা, থবক তৎলিবসিসু পৈশা পাম্বদগীনি। চুমই, ঐখোয় অহুমগী খ্বাইদগী চাওবা য়েক্লবসি লুপানি। করিগীনো মহাক্না ঐখোয়গী মাঙনা তারুবা থবক তৌরিবসে?

থংগোং ঃ শেন, পৈশা, লুপা - মহাক্তি ইনাকখুনবা মীগী খ্বাইদগী চান্নবা মরুপ্নি। ইনাকখুন্নবা ইনশিনবদগী লুপানা ঐখোয়গী য়েক্লবা ওনখিবনি। ঐখোয়বু মাঙনবা শিল্লকইবনি।

থম্বৌ ঃ নখুৎতো নোংমৈ পায়রল্লিবনি। লাইরবা ঐখোয়গী খ্বাইদগী চাওবা য়েক্লবা শেন- লুপাবু করিগী কাপ্তুনা হাৎতে। মহাক হাত্তোক্লন্নবদি ঙসি ঐখোয়না কপ্লিবসি কপ্লমখিগদরা?

থংগোং ঃ মহাকপু হাৎহৌদবদি ঐহাক্কী মরুপ ওইগে খল্লুরে -

থাগোই ঃ অদুবু লায়রবা ঐখোয়গী ইফমদদি শেন লুপা হায়বা মহাক্তু মরুভুমিদা মশেন মরাং উবা ময়া মরিচিকা, লানমৈ থানবী ওইরল্লে। শেল লুপানা মন্ত্র ওইদুনা কৌরগা ঐখোয়বু জেলদা কপ্না কপ্না পুম্সি লেলহল্লম্মেনে থংগোং -

থম্বৌ ঃ হৌজিক্তি লাইরবা ঐগী য়েক্লবা লুপাদা লমন-খুন্নবা উপাই লৈত্রব্রা? মহাক হাৎননবা নোংমৈ অমেরিকাদা ফংদ্রবসু চিনাদদি ফংগদরা?

থংগোং ঃ ঐখোয় লায়রবা কাংবু কপ্তুনা পুম্সি লেনগদবগী শরুক, ঐখোয় মিকপ থোকপা, জ্ঞান তাবগী মতম ওইরে। পৃথিবী অসিদা শেন-লুপাগী ইনাকখুনবা লায়রবদা মীচং মীখায় নাইবা মিৎয়েং য়েংলিবসি লায়েংনবা হিদাক অমদি শোয়দনা লৈরমগনি (খম্থখি)

থম্বৌ ঃ ফরেনে, হাৎপা হায়বসি পাপ পুগনি। লায়েংলসি। শেল-লুপাগী লাইরবা ইনাকখুনবদা য়েংলিবা মিৎয়েংসি, চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংনবা হিদাক্তি রসিয়াদদি ফংলোইদরা?

থাগোই ঃ (খল্লবগী মতুংদা ) মীরমদা চৎলগা থিরুদ্রবসু মদুগী হিদাক ইন্দিয়াদা লৈ।

থম্বৌ ঃ করি হিদাক ?

থাগোই ঃ সোসিয়েলিষ্টিক পেট্টর্ন ওফ সোসাইটি

থংগোং ঃ সোসিলিয়েস্তিক পের্টন ওপ সোসাইটি?

থম্বৌ ঃ মদুগী আর্থদি?

থংগোং ঃ গাড়ীববী হতাউ -

থাগোই ঃ জয় কিসান জয় জবান -

থংগোং ঃ রাম রাজ্য-

থম্বৌ ঃ মৈতৈ লোন্দদি ?

থাগোই ঃ অচৌবা পিশক, ইনাকখুনবা, লায়রবা জাতি-বিজাতি খায়দবা সমাজ অমা লিংখৎপা -

থম্বৌ ঃ হায়বদি কম্যুনিষ্ট?

থংগোং ঃ হায়ৎ! কম্যুনিষ্ট কংগ্রেস ওনখ্রবনি।

থম্বৌ ঃ ও মহৌশাদি কম্যুনিষ্টকা কংগ্রেসকসি য়েক্কবা ওইবনিদো - ঙারোইগী মহুত্তা পেনাখোংবী, পেংবাগী মহুত্তা সিলভ র কাপনা শিনখ্রবা মতমনিনে ওফিসার, মন্ত্রিনা পৈশা পিবগী মহুত্তা মীচম প্রজাদা হায়বদি পঞ্চায়তি রাজ, প্রধানশিংদা শেলগী পরার শিন্নরক্লবনিনে। শেঞ্জাও পায়বা মন্ত্রি, ওফিসার, ইনাকখুনবগী মখুত্তগী শেল-লুপাসি ফারগা লায়রবা প্রজাদা শিন্নবগী হিদাক থাবা হৌরবনি। মসিবু ইংলিসদা সোসিলিয়েস্তিক পের্টন ওপ সোসাইটি কৌই।

থংগোং ঃ অদুনদি মহৌশা "দিল্লি চলো" "সহরদা চেনখৎলু" হায়না লাউরম্বদু "গাউসে জাও" "খুঙ্গং শেমকৎলো" হায়না লাউবা তারেনে?

থম্বৌ ঃ ফরেনে লাউরসিনে। অদুবু লাইরবগা-ইনাকখুনবগা, নাগাগা-কুকিগা করম্না অমত্তা ওইগদৌরিবনোনে তাদা থাগোই? সমুদ্রগা লাংখোংগা লম্বা তৌবা য়াগদরনে?

থাগোই ঃ থম্বৌ! নহাক্কী ৱাদুদি ফাবৌঙাবু ঙারা? হোম গার্ডপু থানারা হায়বদুনি। চকহৱাইশাবী মরক্তগী কুরাক অমা ফাবা ঙমদবা মীগী চোইরোলনি। ফাখ্রবা ঈশৈ নোংমতসু ঙংলকই হায়বা ৱাফম লৈবনি। থাইনা মমাংঙৈদা লৈবাক অসিদা লাইরবা ইনাকখুনবা, চীংমী তম্মী নুংশি চান্নরা অরৈ

লৈতা চামিন্নদুনা হিংমিন্নরমই। অচৌবা মচাগী মরক্তা লাংখোং তৌরমদে। শোয়দনা হল্লকখিনি মতম অদো। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ, প্রভু রামচন্দ্র, বম বম মহাদেব ভুঠনাথ কৈলাসনাথ মহেশ্বর মহাদেব, ইমা কালি দুর্গা, মৈত্রবাক্তা লেংলক্লগা খুন্দাররে। অদুবু ঐখোয়গী ঈধৌ পাখঙবা স্নামহি খুন হোংখিদ্রিকো - ঈধৌ লৈরি। নখোয় মনিপুর মচানা ঈধৌ পাংখববু মীরাইগনু।

থম্বৌ : অদুবু মীহাৎ মীপুন, মীবু হাৎলগা লবুক লম্মাংদা হন্দোক্লম্বা অসিগীদি কমদৌবা তাদা থাগোই - ?

থাগোই : তাইবঙ মপুগী খুশেম ঙাক্লি। ইবুধৌ পাখংবা শাফোংলক্লনি -

ঈশৈ . . . . .

ঈশৈ অসিগা ইরোইননা মখোয় অহুম কপ্পা কপ্পা চংখি।

———

(১১)

## থম্বালজাওগী য়ুম (অয়ুক)

নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। থম্বালজাওনা থম্বাল অমদি থারিকথাবু চাক্কৌই।

থম্বালজাও ঃ থরো, থরো! থম্বাল থারিকথা য়ৌরক্লগনি, চাক ঈশিং কদায় য়ৌরগে? লোইশল্লো . . .।

থরো ঃ (মনুংদগী) চাক ইঞ্চাং থৌরাং লোইজরে। ঈশিং খরা থৌরাং তৌবিরো? ঙরাংদগী টোতি তাদ্রবনি।

থম্বালজাও ঃ মনিপুরগী শান্নরোয়না পৃথিবীগী টুর্নামেন্টতা শান্নবগী প্রোগ্রামগী মতমদা মৈ মুথৎপা মনিপুরগী ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেন্ট। প্রজাদা টোটি ঈশিং পিননবা ইন্দিয়াগীদা নত্তনা ফোরেন কন্ত্রিনা শেম্বুং পিথ্রবা লৈবাক অসিদা প্রজা ঐখোয়না থক্লবা ঈশিং পিদ্রিবা লৈবাক অসিদা প্রজা ঐখোয়না থক্লবা ঈশিং পিদ্রিবা মারুতি কার তোংবা পি ঐইচ দি গী এস ও, ইঞ্জিনিয়ার নুঙায়রো। ঐখোয় মীচম প্রজা শিন্নবা হোৎনরো নখোয় ওফিসারশিংদা চাওখৎনবা হোৎনরোকো - নখোয়গীদি ঈশিং লৈরগা থক্লমগনি। লৈবা ঙমদবা প্রজাদি কমদৌবা? লবুক্কী খোংবান্দগী ঈশিং থকপা টোটি ঈশিং থকপা ফংদবা পাখং লৈশাবীদু হে-ঈশিংগী ইঞ্জিনিয়ার মখোয়গী নমাক অমদি নমৌ ওইরবা য়াই। ঈশিং ফত্তবা থকপদগী লায়না পক্লবা নমাক অমদি নমৌ নুপীদু লায়েংবদা নখোয়না লুপা লাক্ষ লাক্ষ চৎহনবগী মহুত্তা টোটি ঈশিং প্রজাদা ফংহন্নবা হোৎনবিরো. . .।

থরো ঃ হৌরব্রা? ইচা নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ অসিদা ইচাশিংগী থবাই নুঙাইতনবা বাঙাং শাঙাং তৌবিরনু। চাক লোয়রে। ইচাশিং অমত্তসু য়ৌরক্ত্রি। লাক্লরোইদরনে? (নুংশা থিনা লাকপরা য়েংই)

থম্বালজাও ঃ থরো ! নহাক্কা ঐহাক্কা নুংশি চান্নরা য়ুম পাল্লকপনি। বিধিনা তম্বিরমদবনা ঐখোয় অনিগী মীৎতা ইচা উদ্রি। ভারতকী মফম খুদিং চৎলগা ডাক্তর তান্নরুরে। নচা-ইচা ফংদরে। ঙসি কবুই নুপী থম্বালতোম্বী, শাগৈ নত্তবী

থারিকথা, ঐখোয়না চাক্কৌরি। নহাকসু নপামদা নৌপ্পাশিংনা চাক্কৌবদা নচা অনি চাক্কৌরি হায়দুনা হায়দোকখরে। নিঙোল চাক্কৌবগী নহাক্কী মথেন লুকোই অহাওবা, দক্ষিনা নহাক ফংলোইদৌরি। ইচানুপী শক্রবী কবুই নিঙোল থম্বাল, ইম্ফালগী অফাওবী ছাত্রী থারিকথা চাক্কৌবসিদা নহাক পেনবা ঙম্লগদ্রা? থরো! নহাকসিবু কনানো?

থরো : ঈশৈ -

য়েনদা ঙানু মরুম কোনহল্লু
মচা ওল্লগা মচা য়োকপনি
য়েন্দা ঙানুমরুম কোনহল্লু -
মচা ওল্লগা ঙানু মচাদো।।
য়েনবীনা মচা ওইনা কোনবনি
অঙাং খুদিংমক মমাগী মচানি
অঙাং খুদিংমক ঐখোয়গী ইচানি,
মমানা মচাবু নুংশিবীদবদগী মচাশিংনা কঙাওনবনি।
মমা-মচাগী মরি, ঙসিগী খুনাইগী অঙম অথৌশিংনা থদৎপিগনু।
আই এ এস, এম পি এস, ওফিসার নহাক্কী মচাদুনা ড্রগ এদিক্ট
ওইদুনা শিবদা অৱাবা তারবা মতমদা লায়রবা উপায়-
লৈত্রবা প্রজানা তেংবাংলকপসু য়াই হায়বসি খন্থবীয়ু।

থম্বালজাও : থরো! নহাক্না নহানমখৈ রেডিওদা ঈশৈ শক্রমদ্রিবা করিগীনো? নহাক্কী খোঞ্জেলদগী হেন্না তানিংদবা নুপী কয়াগী প্রোগ্রাম লৈখ্রে।

থরো : ঙাইবীখো! তানিংদ্রবা প্রোগ্রামগী ঈশৈ শক্রকপদু রেডিও মুখৎপা কয়া অমসু লৈরমগনি, অদুবু তানিংদবা ঈশৈ শক্রগা পৈশা ফংগনি অমদি ময়ুমদা ঙা থোংবা চাগনি খনবা অফাওবনি খঞ্জবা ঈশৈ শকপী লৈরম্বা য়াই। ঐদি রেডিওগী ৱানোম্বা কলাকার নত্তে।

থম্বালজাও : অদুনবু নহাক রেডিওগী কলাকার ওইদেদনা। অদুবু নহাক্না শক্রিবা ঈশৈদু মীগীদি খঙদে নপুরোইবা ঐহাক্কিদি থম্মোয়সি পেল্লে।

থরো : অদুনবু থরোম্না ঐহাকসে -

থম্বালজাও : ঐহাক্কী নুপী ওইবীরিদনা -

থরো : অস!

থম্বালজাও : কৈদৌরবগে পুক য়েক্লব্রাও?

থরো ঃ পুক য়েকপা নৎচদে, নিঙোল চাকৌবা নুমিৎতা ইপামদসু চৎচদে, ইচাশিং লাকপা ঙায়বদো।

থম্বালজাও ঃ নহাক্তা নত্তে পেম্মা, নচাদু ইচানি অহাওবদো পিজনিংবা থোংগদবদি নহাক্কি ঐহাক্না অবাৎ-অপা থিবা খন্নরিঙৈ লাক্লনি -
(থম্বাল - মৈতৈগী ফীজেৎ, কোনপাক্তা অথেনপোৎ, চন্দোন থিম্লে। থানিলদা লুহোংলবা মতুংনি। চঙলকই।

থরো ঃ ইচা থম্বাল লাক্লে (পোৎ ওকই) করিগী অসুক য়াম্না পুরক্লিবনোনে থম্বাল (থম্বালদা মুন্না য়েংলগা থম্বালজাও কপই) - করম্বা মপানোনে মসিবো? নচানুপী থম্বাল লাক্লে। মসিনা পাবুংগীনি (পোৎ পিবা)

থম্বালজাও ঃ (কপই) নহাক কবুই নুপী মৈতৈগী মৌ। ইচা মশক উবা ফংদ্রবা ঐহাক্কী ইচানুপী। ঐনা নহাকপু চাকৌবদা মৈতৈগী নিঙোল অমা ওইনা ইমাংদা লেপ্লরবনিকো। ঙসিদি ঐহাক নিঙোল পোকপী মপা অমা ওইরে। নিঙোল চাকৌবা নুমিৎতা ইচানুপী চাকৌবা ফংজরে।

থরো ঃ ইচানা হরাও হরাও চাক চাবা লাক্লগা কপ্লিবা করিগীনো? থরোম্না ঐগী ইচানুপীসিবু লৈকায়সিগী নিঙোলশিংগী মমাংদা কয়াম্না মশক থিরবগেনে মহোয় পাবুং?

থম্বালজাও ঃ মহোই পাবুং! মহোই পাবুং! থরো নহালমখৈ নচা পোক্তে হায়না কপ্লম্বদু কপখোদনা -

থরো ঃ বা য়াম্না ঙাংবিখ্রেদা, নশু ফংগদৌরবনে ইবুংঙো -

থম্বালজাও ঃ ও! নিঙোল চাকৌবা নুমিৎনিনা ঐহাকসি নহাক্কী ইবুংঙো ওইরেদনা। ফজে। অদুদি নঙগী ইবুংঙো অচাপোৎ চানিংলে, কদায় ঙমোক।

থরো ঃ নচানুপীনা পুরক্লিবসে নহাক্কীনে, ইবুংঙো।

থম্বালজাও ঃ (ঙসাই থম্বালনা মঙোন্দা পীরম্বদু য়েংলগা) নিঙোল চাকৌবা নুমিৎনিকো নিপা ঐখোয় বা ঙাংবা য়াদে। চুপ। (ইমুংদা চঙখরে) (হবাগাড়ীগী মখোল! থারিকথা চংলকই। মহাক এস পি থাইথোইগী নুপী ওইরে)

থারিকথা ঃ ইমা, (খুরুমই) ঐহাক ব্রেকফাস্টক্কা অমত্তা চাদনা ইমাগা পাবুংগনা ভাইরম্লগনি হায়দুনা লাক্লবনি। ইনাও ইবেম্মা থম্বাল! নহাক কয়ামুক কুইরে য়ৌরক্লম্বা?

থম্বাল ঃ ভাইহাক ওইরে। ইচে! নহাক ঐঙোন্দা ইচে কৌগদবনিনে।

থারিকথা ঃ করিগী?

থম্বাল ঃ ঐহাক্তি চীংমীনি। ইচেনা তম্মী। চীংদা নুমিৎ হান্না থোকই। তম্পাক্তনা কোন্না থোকপনি। অদুনা ইচে কৌফম থোকই। (মখোয় নোকমিন্নৈ। থম্বালগী শম, ফিজেৎ থারিকথানা শেম্বীবা)

থোইথোই ঃ (চংলকই) থারিক!

থারিকথা ঃ তামো -

থোইথোই ঃ ঐ ওফিস চৎলগে। নুংথিলদা নংবু লৌরনবা গাড়ি থারক্লগে। নিংঙোল চাক্কৌবনিনা ঐদি চাবা ফংলোইদবনিনা থৌখ্রগে। ময়াম পুন্নমক ঐ চচ্চরে — (চৎখি)

থারিকথা ঃ থম্বাল! নহাক্কী কাংবু নাগালেন্দদা চৎপা তারবা নত্তরা? নখোয়গী শাগৈ নাতৈ জেমৈ, লিয়াংমৈ রোংমৈসি নাগা ওল্লগা নাগালেন্দদা চৎলগে হায়বা নত্তরা? জেলিয়াংরোং চৎখ্রসনু। পোক্লফম লমদম মরৈবাকপু থাদোক্লম্লগা মীরমদা খুন্দানিংবা মী মখৈ চৎখ্রসনু। অদুবু থম্বাল। ঐখোয়দি পুন্না লৈমিন্নসিকো (কোন্নৈ, কপমিন্নৈ)

থরো ঃ করি ৱারীনো নচিল-ননাওনা শারিবদুবো? ঙসিসে নিঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনি। ঐহাক্কা নপাবুংগনা নখোয় অনিবু ইচা শক্লা চাক্কৌরিবা। ঙসিগীদি নখোয় অনিগী নপাম-য়ুম অসিনা ওইরবনি। মফম অসিদা ঙসিগী নুমিৎতা নিঙোল ওইবী নখোয়গী পিরাং শিন্থবা তৌহৈদে।

থম্বাল ঃ ঐখোয়বু কপ্পরনে? কপতেকো ইচে? ইচিন ইনাও ইমা পাবুং পুন্না উন্নবগী হরাওবা নুঙাইবগী পিরাংনিকো। কপ্পা নত্তে ইমা। (থানিল চংলকই. খাউ অমা পুরকই)

থানীল ঃ থম্বাল! মসি লৌথহৌদ্রবদি কদৌরবা? লম্বীদা উরকপদগী অমুক হল্লকইবনি। ইমাগা পাবুংগগী থওইনা শিংদুনা পুরক্লগা নহাকসি অঙকপনি।

থম্বাল ঃ (খাউদু লৌরগা) ঙসিদি করিগীনো খঙদে। পুক্লিংসে ইরাঙ লাঙবা। কাউরিবনিনে, নিঙোলনা মপামদা চৎলমদাইদা চরাংনদুনা কাউবদু নহাকপু নিংশিংলকপা য়াই। ঐহাকপু অমুক চৈরিবা করিগীনোনে?

থানীল ঃ হৌজিকপু ঐহাক্লা নংবু চৈখ্রবরনে?

থরো ঃ চৈদেদা চৈদেদা। ইচাতোম্বীসিনা ৱারৌগনবসিনা। খাউদা য়াওরিবদুবু করি করিনোনে?

থম্বাল ঃ ইমানা মহাও তংনিংই হায়বা চীংগী লাইৱাগী শোইবুমগা নুংঙা অয়াইবগনি।

থরো ঃ ইচানুপী লৈজবগী চাবা ফংদবা ইঞ্জাং চাবা ফংগদৌরেদো, ইচানুপী লৈবগী মমা ওইবীশিংনা চাওথোকচবদো ঙসিদি থরো ঐহাক ফংজরেদো-

থারিক ঃ ইমা! করিগী কপলিবনো?

থরো ঃ নখোয় খঙখিরোই। মতমগী খোংলৈ তুংইন্না ইচাশিংনা মমাগী রোল লৌরক্রবা মতমদা, খঙলকখিনি। থানীল! ঙহাক্তং ফমখো, চা গ্লাশ অমত্তং থকখিসি।

থম্বাল ঃ চাদগী হেনবা য়ারোই। চাক্তি চাবা য়াদে। চাক্তি নিঙোল ঐখোয়গীদনি। নিঙোল মৱাগীদি শরুক য়াওদে।

থরো ঃ ওহোকপা ইচানিদকো। হায়নিংবা হায়বদা অপনবা অমত্তা হেক য়াওদেদা (থারিকথানা মপাগ্নোমদা য়ান্না চিংননা য়েংবা, ৱাখল অমুক খনবা, অমুক য়েংবদু উবদা) থারিকথা! নহাক্না অমুক মুন্না য়েংলিবদুবু কনানোনে?

থারিক ঃ ইংখোলদা লৈরিবা অহন অসিবু ...

থরো ঃ কদায়, কনানোনে? ঈঙ্খোলদা ফদিগোম হেক্রিবা অসিরো? হৌজিক্তা সিদগী থোকখিবা নপাবুংনি কৈদৌরগে?

থারিক ঃ অসিবু ঐখোয় পাবুংনি হায়বা?

থরো ঃ মান্নি কৈদৌরবগে?

থারিক ঃ ঐদি লোয়রেদনা (মখোঙ মখুৎ ফ্রঙ ফ্রঙ চোংবা)

থরো ঃ হো 'ইচা থম্বাল থারিকথাগী মপাবুং! ইচাশিংনা কৌরিয়ে - (থম্বালজাও চঙলকই, থানিল উবদা অমুক চৎখিগে তৌবা) করি অমুক কাউরম্মগে? ইচা থারিকথানা মপাবুংবু হংলিয়ে -

থারিক ঃ পাবুং ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু (খুরুম্বা)

থম্বালজাও ঃ করিগী খুরুমম্মীবনোনে? ইচানা করি লানখ্রদনা...

থারিক ঃ নোংমা সিনেমা হোল মমাংদা পাবুং পৈশা শৎখি। লুপা অদু ঐহাক্না শৎপনি। নচাগী ঈরাল ঙাকপিয়ু। লুপা অদু লৌশিনবিরো। নচাগী ঈরাল কোকপিরো পাবুং (লুপা পিবা)

থম্বালজাও ঃ (লৌরগা) ও মদু ইচানা লৌবা ওইরেকো, ঐহাক্কী শেনদুদি মাঙখিদ্রে, লুপা অসিদি (থানিলদা য়েংই) ইমাক ইবুংঙো 'ইমাক্কী সাইকল অমা নোংমা সিনেমা হোল মমাংদগী মীৎনা কুপ্পদা মাঙখিকো?

থানিল ঃ মাঙখি! পাবুংনা করম্না খঙবিবগে?

থম্বালজাও ঃ নহাক্কী সাইকল অদু ঐহাক্না লৌবনি। ঐহাক্কী ফুরিৎখাও চপখিবদুদা শাওনিংদুনা ঐহাক্না অফংবা পোৎ পুবনি। শোরাৎকী পোৎ তিরুবা লুপা লিশিংদু নহাক্কী সাইকলদু পুরগা লুপা লিশিং অমদা বনধোব থমদোকখ্রে। ঐহাক্কীদি পৈশা মাংদে। সে লুপা লিশিং অসি নহাক্কীনি। ইপাগী ইরাল ঙাকপিরোকো . . .

থরো ঃ করিনোনে হায়নরিবসিবো? মপাদগী মচানুপীনা পৈশা শৎপা! মকুবোক্না মমাকনিপাদগী সাইকল হুরানবা। তাবদা ঐদি ইঙক ঙক্রেদা।

থানিল ঃ সাইকল অদু থম্বালনা শিংখরে। সাইকলগী শেনফম অদুদি নুংশিবদা তমখিবা খুদোলবু ঐহাক্না অমুক লৌশিনবা তৌহৈদে। সে - ইচেগী পৈশাসে - (থারিকতা লুপা পিবা)

থারিক ঃ ঐহাক্কীদি ঐহাক্না লৌবা শেনফমদু শিংবনি (থম্বালজাওদা পিগে তৌবা)

থম্বালজাও ঃ ঐগীদি পৈশা মাংদে।

থানিল ঃ (মঙোন্দা পিগে তৌরকপা) ঐগীদি সাইকল মাঙদে, শিংখ্রে।

থারিক ঃ ঐদি লৌরুবনিনা শিংদবা য়াদে। কনামতা লৌ হায়বা য়াদ্রবনিনা, ইমা - সে (লুপাদু পিবা)

থরো ঃ মথোঙ মরম খঙদবা শেন ঐহাক পায়বা ঙমজরোই। সে - মপা -

থম্বালজাও ঃ ফরে ফরে। মপু লৈত্রবা লুপাসে নখোয় নুপী অহম থরো থম্বাল থারিকথাগী মরুপ অমা হৌরসি। শেনফম অসিনা নখোয় নুপী খুন্নাইগী হৌদোকপা ওইরোকো। নখোয় অহন্না লৈবাক অসিদা শান্তি লৈত্রিবসি শান্তি লৈহল্লো। নখোয় অহন্না নুপী খুন্নাইগী লুচিংবী ওইরসনু। য়ারেকো! থরো থম্বাল থারিকথা!

মখোয় অহমঃ য়াজরে।

---

১

## হোস্পিতাল (অয়ুক)

খুঙ্গংগী নিংথৌ সিংহনা মহাক্কী নুপী অনাবীবু হোস্পিতালদা পুখৎলকপনি। ওতোরিক্সো ড্রাইভরগা পুশিলমিন্নরকই। অনাবদু থম্লবগী মতুংদা

নিংথৌ ঃ ইবুংঙো (ওতো ড্রাভরদা) ৱারৌবা য়াদেকো, নতৈমাসি মহৌশাদগী মশাসু ঙম্লক্তবনি অদুবু ঙসি নোংঙাল্লমদাইদগী শ্বর হোনবা ৱারে হায়বদগী হোস্পিতালদা পুখৎলকইবনি। হোস্পিতাল হায়বদুবু মসি নত্তবরা?

ড্রাইভর ঃ মান্নি তাদা। তাদগী ডাক্তর খঙনবা লৈবরা?

নিংথৌ ঃ লৈতে।

ড্রাইভর ঃ ঐহাক্কী ডাক্তর অমা লৈরম্বনি অদুবু হৌজিক্তি ট্রান্সফর চৎখ্রে। হোস্পিতালদা লায়েংব পুখৎলকপসি খঙন-চান্নবা লৈত্রবদি ৱাখ্রবনিদা! হোস্পিতালদা লায়েংবা লাকপদি টিকেৎ অমা ককপগুম, হুম — ঐহাক্কী ভারা পিবিরো। মসিদা কুইনা ওতো খম্বা য়াদে। পুলিসনা ৱা থোক্কনি। ভারা পিবিরো, লুপা তরা!

নিংথৌ ঃ শ্বাইদা খাম্ব য়াদবগী পুলিসতা হায়জবদু ঐহাকসু য়াউগে। নতৈমসি লায়েংনবা অমুক্তদি হোৎনমিন্নখিসি! ইয়াম্বনা ডাক্তরগী নিয়মসি খঙদবগী হায়জবনি-

ড্রাইভর ঃ তাদা। হায়জবা হায়বসি থাইনদি খুৎ জুর তৌরগা ব্যবহার উৎলগা ইয়া য়া-নরমই। হৌজিক্তি হায়জবা হায়বসি লুপানা হান্ন নিমন্ত্রণ তৌরগা অথেনপোৎ কা কোন্ননা ভক্তি উৎলগা হায়জবগী মওংনি। ঐহাক্কী ভারা-?

নিংথৌ ঃ লুপা ১০ মক লৌরগদরনে (পৈশা পিবা)

ড্রাইভর ঃ তাদহোয়না থাবা কোবী ফুলদু অমদা মখায় পিরম্নরোইদা? মহৌশা ফৌ শংবাইদা শিকিমগুা পিরম্বদুবু হৌজিক কয়া পিরবগেনে? ফৌ শংবাইদা ১০০ হেন্নবনি।

নিংথৌ ঃ অদুবুদি চুমই।

ড্রাইভর ঃ অদুনা ঐহাক্কী ১০ সি য়ামদ্রবনি। গাড়িগী থাউসি তাদহোইগী মনিংগী খোংবান্দগী শোকপদি ওইরমলোইনে - (লুপা ১০ দু পুরগা চৎখি)

নিংথৌ ঃ কদোমদা চংগদবনো, কনাদা হায়জগদবনো? ঐহাক্কী নুপীসি ৱাষ্থিবদগী জ্ঞান লাক্তবদগী ডাক্তর খানাদা লায়েংব পুখৎচরকপনি - (ডাক্তর অমা থোরকই) হোস্পিতাল অসিগী ডাক্তর ওইবিরব্রা?

ডাক্তর ঃ মান্নি, করিগীনো?

নিংথৌ ঃ ঐহাক্কী নুপী অসি ৱাষ্থিবদগী পুখৎচরকপনী, ডাক্তর থেংনবা তান চারে, অমুক্ত লায়েংবিয়ু।

ডাক্তর ঃ টিকেৎ অমা ককউচো, লায়েংগদবা ডাক্তর লৈরমগনি। ঐহাক্কীদি দিউটি মতম লোয়রে (চৎখি)

নিংথৌ ঃ দিউটি মতম লোয়রবদি ডাক্তর ওইদ্রবরনে?

ডাক্তর ঃ (খরা চংলুরগা) ঐহাক্না ঙসি ডাক্তর ওইরিবসি লায়রবা চুদৎনবা নখোয়না করি মতেং পাংখিবগে? নংগা ঐহাক্ক করি মরী থোক্নরদনা ঐহাক্ক অঙম্ব ইতেং পাঙগদৌরিবা? অদুগীসু মথক্ত ঐহাক্ক ফংলিবা তলব অসি পুংশিং কক্না ফংবা তলবনি। দিউটি চোষ্ণুনা থবক তৌবগী শেন হেন্ন ফংগদবা নত্তে। হৌজিক্কী পুংফমসে মসিগী দিউটি তাবা ডাক্তর লৈরমগনি।

তোল্লমু! সিনেমা হৌগদবদি মিনিট ১০ দমক ঙায়রে, টিকেৎ কমদৌরে। করি হায়বা? কলাবজারদগী লৌরকই হায়বা, কয়াদা? ২০? বেলকোনিদা লুপা ২০, করিসু বেরা লৈতে; অনাবা লায়েংব লাকপা মীনা পিজগদবা শেনফমদুবো ... (চৎখি)

নিংথৌ ঃ শিগদৌরবী অনাবা অমা পুখৎচরকই। হোস্পিতালদা পুখৎচরকপনী, ডাক্তর অমতদি লায়েংবিয়ো— (কোইলাউ লাউই, ডাক্তর অমা থোরকই)

ডাক্তর ঃ হায় হোস্পিতালদা লাঙইবা করিগীনো, কদায়দগী অঙাওবনোনে?

নিংথৌ ঃ মৈতৈলোন থোকপা ঐহাক্কী ইরমদমদা হায়জফম চংজফম খঙদবদগী

কঙাওনরকপদগী থোকখিবা খোঞ্জেল খরদং তাবদা অঙাওবগী চোইরোল ওইনা খনবরা? মিকুপ অসিগীদমক্তদি অঙাওবা নত্তে, অনাবা পুখৎলকপা মীনি।

ডাক্তর : অনাবদি কদায়?

নিংথৌ : অশাইদগী তাদুনা লৈরি। ঙহাকসু লৈখিগদরা খল্লি। টিকেৎ কক্কদবনি হায়বদি খঙজরে, ককফম খঙদে। ডাক্তরনা অনাবা লায়েংগদবনি হায়বসু খঙজে, দিউটি মতমগী ডাক্তরদু খঙজদে। লুপাগী নিমন্ত্রণ য়াউজদ্রে, হায়জ-নোঞ্জবগী অথেনপোৎসু পুজরক্রে। অনাবদি হোস্পিতালগী মঙ্গোলসিদা কুপ্লরে। মতেং পাংবিয়ু, হুকুম ঙাইজরি।

ডাক্তর : (অনাবদু য়েংই, য়েংলবগী মতুংদা) টিকেৎ কোন্ন কক্লসি, অনাবসি সিরিঅসনি। হিদাকসি হান্ন অমুক্ত লৈবিরুচো - (অইবা চে পিবা)

নিংথৌ : হোস্পিতালদা হিদাকসি অমা ফাওবা লৈত্রবরা ডাক্তর?

ডাক্তর : লৈতে।

নিংথৌ : করিগী?

ডাক্তর : সরকারদা হংউচো। হোস্পিতালদা ডাক্তরবু লায়েংহন্নিংলবদি হিদাক পুরকউ।

নিংথৌ : সরকারগী হোস্পিতালদা অনাবা লায়েংবা পুখৎলকপা তারবদি, হোস্পিতালগী ডাক্তরগা উন্নদ্রিঙৈদা লনাই ডাক্তরগা তান্নরগা দরকার ওইবা হিদাক্তু লৈরগা পুরক্কদবা?

ডাক্তর : অনাবা অসি লুরবনি। ঐহাক্ন ইজরিবা হিদাক অদু খুদক অসিদা লৈবিরুরগা পুবিরকউ।

নিংথৌ : করিগুম্বা ফংদবা হিদাক ওইরম্লবদি - ?

ডাক্তর : ফংনবা থিবিরক্কদবনি।

নিংথৌ : করিগুম্বা ঐঙোন্দ হিদাক অসি লৈনবা পৈশা য়াউরমদবা থোক্লগনা —

ডাক্তর : মদুদি নরান্নাইনী। শিরগা নরন্নাই।

নিংথৌ : রেডিওদা অনৌবা ডিষ্ট্রিক হোস্পিতাল মশিং হেনগৎলে, অনাবা খুদিংমক য়ুমদা থমজিনবিগনু, ডাক্তরদা পুখৎপিরকউ হায়না লাউখিবদুবু ঐহাক্কী নাকোংগী অশোয়বা ওইরম্লগদরা?

ডাক্তর ঃ মন্ত্রিগী ব্বাবু ব্বা ওইনা লৌবা য়াব্রা-ও? নহাক্কী অনাবসি —

নিংথৌ ঃ ঐগী অনাবা নত্তে, ঐহাক্কী নুপী অনাবী!

ডাক্তর ঃ নহাক্কী নুপী অনাবীসি লায়েংবা পাল্লবদি হিদাক পুরকও। হিদাক্তু লৈরুরগা ঐঙোন্দ পাউ পিরকউ — (চংখিগে তৌবা)

নিংথৌ ঃ শেন মরাংকাইনা পুরক্তবা লায়রবা মরুপ-মপাং লৈজদবা মীদি সরকারগী হোস্পিতালদা অনাবা লায়েংবে পুখৎলক্কনু হায়বরা ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ মদুগী ব্বাহং অদুগী পাউখুমদি নখোয়গী লৈকাইনা ভোৎ পিরগা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহনখিবা এম এল এ না খুমগদবনি। (চংখ্রে)

নিংথৌ ঃ তোম্বীমচা! ঐখোয় লৈকাইগী এম এল এ বু কনানো? হা - ঐখোয় লৈকাইগী এম এল এ কনানো? (মশা পায়দুনা নোমউবদা তোম্বীমচাগী মশাদু ঈংলম্বদু খঙলকপদা, তোম্বীমচাদা মমিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংই। মখুত্ত পায়রিবা ডাক্তরগী চেদু য়েংলকই। পৈসা কয়া য়াউরী চেক তৌবদা শুপ্পগী লুপা অনীদমক ঙায়রে। মহাক্কী নুপীগী ঙকশমদা লুপাগী মরী মচা অমা শিরিবদু লৌথোকই)

তোম্বীমচা, নহাক্কী লিকসি অমুক শারসি। নহাক্কী অনাবা লায়েংনবগীদমক হিদাক লৈরুনবা পৈশা য়াউদ্রে। মসি কায়থোক্লগা নহাক্কী হিদাক লৈরুরগেকো - (চৎখি)

ডাক্তর ঃ ভাব তাদবা চাউখত্তবা মীসি লৈবাক অসিদা ফন্না য়াম্না লৈবজাৎ ওইরে। মখোয়সিগুম্ব মীসিনা মশিং য়াম্বদগী লৈবাক অসি চাউখত্তবনি। হায় চৌকিদার! লাউ ব্বা হায়গে লাউ, তারব্রা? মসিদগী নুপীসে থাংতোক্লগা আ গেত ব্বাংমদা থমউচো। ঐহাক্কী দিউটি লোয়গদবা মিনিত তরাদা ঙায়রে। ঐগী মতম লোয়রগা পুশিল্লকউ। ফম কারমদাইসিদা বদনাম চাবা য়াপোৎ নত্তে। ইহে, অসিদা ব্বারেম ঙাংদুনা লৈরেনে। হায় নুপী অসি গেত ব্বাংমদা হুম্তোকউরাউনে।

চৌকিদার ঃ লাকচরে ডাক্তর বাবু। অনাবসি শেন্নবা মী অমা ফাওবা য়াউরক্তবা জাৎলনে?

ডাক্তর ঃ অপঙ ভূট অমা লাকপনি, হিদাক লৈবা চৎলমগনি। হল্লক্লরোইদবনি।

চৌকিদার ঃ করি ব্বানোদা তাকপিরিবদুবু ডাক্তর বাবু নুপী অসি কনাগুম্বগী ...

ডাক্তর ঃ তাতোম্বা! হৌজিক্কী মতমদা মীনুংশি চাউরবদি মী ওইররোইদবনি। নুপী অসি ঐখোয় অনী চংদুনা, হিদাক লনাই লৈরগা, অঙম্বা শক্তি পুথোক্তুনা লাইয়েংলসিনে, অনাবা ফহল্লসিনে - নহাকপু, ঈশ্বরনা প্রমোসন পিবিরক্কদরা, মসিদগী লুপা খাউজাউ থাদরক্কদ্রা? হৌজিকসি কলি যুগনিনে তাতোম্বা। ধর্ম্ম লৈব শারুবদগী রাজা হরিশচন্দ্র করি ওইখি? রাজ সিংহাসন্দ লৈগদবা মহাক্ক অশিবা মী পোলোইরগা তুরেল মপান্দ ফৈজোম মতেক অমগা চরা হেন্দুনা মপুঙ্গি লেনখিবদু নহাকপু পাম্রনে? শকখংদবী লম্লানবী অসিগী ব্বা থমখো নখোয়গী লৈকাইগী নুপী কনানা নঙোন্দ নোংমত্তবু এঙ্গাং চরা অমা চাউ পৈশা য়াউদনা পিরকপা য়াউব্রনে?

চৌকিদার ঃ মদুগী ব্বাদি ঙরাং অরাংগী ইতৈমাদগী কুবি মশোয় খরা লৈরুববু কৈথেলদা লুপা অনীগী মফমদু ঐহাক্কীদমক হোঙনা পিবিরবনি লুপা ৪ খক্তুং থনমউ হায়দুনা লুপা ৪ হেক লৌহৌই।

ডাক্তর ঃ অদুনী ভাব তাউ। নুপী অসি থাংদোকখ্রো!
(চৌকিদারনা তোম্বীমচা থাংদোক্কদবগী মখুৎ পায়রুই। শিরমলে।)

চৌকিদার ঃ ডাক্তর, ডাক্তর!!

ডাক্তর ঃ কদৌরে?

চৌকিদার ঃ অমুক্তং য়েংবিগদরা?
(ডাক্তরনা য়েংই। শিরমলে। মখোয় অনী য়েংনৈ। তোম্বীমচাগী মমায় ফিনা কুপশিনখি)

চৌকিদার ঃ করি উপাই?

ডাক্তর ঃ (মঙক হাইবা) লোইরে।

চৌকিদার ঃ পুমশী শিরবা?

ডাক্তর ঃ শিরে হায়রম্বমক্তদা পুমশি শিরবরা হংইসিবু, নং হোস্পিতালদা থবক তৌব কয়াম কুইরে?

চৌকিদার ঃ অদুদি কমদৌবা?

ডাক্তর ঃ শিরগা শিজরেদনা —
(চংখিগে তৌবদা নিংথৌগা থেংনৈ)

নিংথৌ ঃ ডাক্তর হিদাক পুজরক্লে (পিবা)

ডাক্তর ঃ নহাক্কী হিদাক্তু হন্তোকউরো। হোস্পিতালদা অশিবা মী কুইনা থম্বা য়াদে। নয়ুমদা পুখিনবা থৌরাং তৌরুরো।

নিংথৌ ঃ করি হায়বা ডাক্তর? ঐহাক্কী নুপী শিবা কয়াম কুইরে ডাক্তর?

ডাক্তর ঃ মদু খণ্ডলগা করি কান্নগনী?

নিংথৌ ঃ ঐনা মহাক্কী লুপাগী মরী লৌথোকপা মতমদুদা মহাক শিরবজাংলনে? তোম্বীমচা, নহাক শিবা মতমদা নয়াদা মখায় অমা ফাওবা উমহনবা ঙমদ্রে। নহাক্কী নরলনা লৈরুবা হিদাক্লি, গুলি অসি অমত্তদি উমখোসে- (ফি হাইদোক্লগা মুন্না য়েংই, গুলী অমা ময়াদা ইনবি। ফি অমুক কুপশিনখি)
ডাক্তর বাবু, মহাকপু য়ুম ফাওবদং পুথনবা উপায় অমদি য়েংবিয়ু; মদুগী পিফম থোকপা লুপাদু য়ুমদা পিজগে।

ডাক্তর ঃ এম্বুলেন্স কী বারা, মদুদি সুপরিটেন্দেন্দা হায়রুচো, হায়রুনু কান্নরোই। নখোয়গুম্বা মী মচা মশুগীদমক এম্বুলেন্স লৈতে। (চংখি)
(নিংথৌনা মৈখু বিরি অমা থক্লগা তোম্বীমচাবু চিংথোকখি। চৌকিদার মতেং পাংবী)

—

## ২

# শঙাইপরৌ গুদাওন (অয়ুক)

রামসিং ঃ সার, সার, মন্ত্রি লাকএ।

ওফিসার ঃ হা, ওফিসতা চংলক্লব্রাও? হায়, চেংগী গুদাওনশিংদু শো অমুক্ত লোনশিল্লু। মন্ত্রিনা চেং মশক য়েংগে হায়রবদি অফবদো, ভাব তারদ্রা? চেং অফবা খরা লৈবদো মশক খঙজিল্লো। হায়, গোপাল! মন্ত্রিগী শনদেশ—

রামসিং ঃ সার, নহান পুরকপা সুপরফাইন অফবা বোড়াশিংদুদি ধর্ম্ম শালাগী দুকান্দারসিংনা লোইনা পুখ্রবদুদি, লৈরিসিদি মখোয়গী গুদাওনগী অপৎপা মনম নম্বশিংদু ....

ওফিসার ঃ তুমিন লৈয়ু। নং থবক তৎনিংব্রা? (মন্ত্রি উবদা) নমস্তে সার। লেঙশিনবিরকসি।

মন্ত্রি ঃ নমস্তে। মেনেজর বাবু কমদৌরি? চেংগী ষ্টোক কমদৌরি? থা কয়াগী ষ্টোক লৈরি?

ওফিসার ঃ ঐখোয় সারগী লৈকাইগীদি অদুম কোন্নখিগনি।

মন্ত্রি ঃ চেংদি ফরিকো?

ওফিসার ঃ নহান সারনা চিঠি ইবিরকপদা থাজখিবা চেং বেক অদুবু কমদৌবগে, হা-বদা মনম মহা ...

মন্ত্রি ঃ প্রজাদসু অদুগুম্ব চেংদুবু য়েনব্রনে?

ওফিসার ঃ ঐখোয় সারগা মীচম প্রজাগবু মান্নফম থোকপ্রনে সার?

মন্ত্রি ঃ মদুগী চেংদু ফৈ। মদুগী চেং মশাদু হৌজিকসু গুদাউন্দ খরদি লৈরিব্রা?

ওফিসার ঃ ঐখোয় সারগীদি লৈজরি।

মন্ত্রি ঃ বেক অমা ১/২ দং পিরকখিবা তারি।

ওফিসার ঃ ফনি, ঙসিমক দরকার ওইবিরব্রা সার?

রামসিং ঃ ঙসিদি ঐখোয় মীলদু মৈ লাকহৌদে। তক্লবা ফৌসু লৈহৌদে। নহানগী বেক অদুগী পৈশা পিদ্রিঙৈদা অমুক লৌগে হায়বদা পিরকওই।

ওফিসার ঃ তুমিন লৈয়ু। নহাক্না কদৌবগী মীলদগী চেং শোৎলগা চারিবনো? ঐখোয়গী গুদাউন্দা ষ্টোক লৈরিবসিদি। সার! হৌজিক কালগী গ্রেট ফোর শিংসি ওষ্থোক্ল পঙখ্রে। ৱারৌবিবা য়াদে।

মন্ত্রি ঃ গ্রেট ফোর না শিংদুনবু ঐখোয়দৌনদি কদায়দগী শিংগদগে হা ... গুদাউনদু চেক তৌরমই হায়না ৱাশকপা ঙম্নবা অমুক্তদি চংলমগেদনা —

ওফিসার ঃ ফনি, মিয়েং তাবিরমউ —

মন্ত্রি ঃ চেং বেক অনী হায়বদু —

ওফিসার ঃ ঐহাক শোয়দনা থিঞ্জরক্লগে সার (চংখি ওফিসার ইন্নখি)

রামসিং ঃ কৈশামগী মীলদগী থওইনা শীংলগা লৈরুবা মোইরাংফৌ মচংদুবু গুদাউনগী চেং ওইরবোই নিংমাল্লেনে? চেং ফাওবা মশক খঙদবা মী অসিনা চিঞ্জাক্কী মন্ত্রি ওইরবনিনে মণিপুরসে। ফজৈ।(নিংথৌ চংলকই)

নিংথৌ ঃ করিগুম্বা অমত্ত হংজগে —

রামসিং ঃ করি ওইরবনো?

নিংথৌ ঃ সরকারগী চেংগী গুদাওন —

রামসিং ঃ মান্নি মশিনী, করিগীনো?

নিংথৌ ঃ চেং খজিক্তং লৌজনিংবা।

রামসিং ঃ হৌজিক্তি, মন্ত্রি লৈ নুঙায়ররোই হয়েং লাকউ।

নিংথৌ ঃ ঙসিদি মন্ত্রিগী মিংদ চরা হেনবা তারবা?

রামসিং ঃ দুকান্দগী ৱাল্লুরো।

নিংথৌ ঃ অহোঙবা থিরকপগী ৱানিদা।

রামসিং ঃ পার্মিটপু পুরক্লব্রাও, চে য়েংগে।

নিংথৌ ঃ পার্মিট তি কনাদগী?

রামসিং ঃ সিবিল সপ্লাই দগী, দি সি দগী।

নিংথৌ : চেং কিলো মঙাগীদমক লম্ফেল তান্না চৎপা, অদুগা সিদা অমুক লাকপা।

রামসিং : চেং কয়া হায়বা কিলো মঙা। কিলো মঙাগীদি নখোয় লৈকাইগী ফিয়ার প্রাইস শোপ তগী লৌরুচো।

নিংথৌ : রেসনগী দুকানশিংদি থোঙ লোনখিবা কুইরেনা। হৌজিকপু সরকারনা লেপ্লা মমলদা চেং য়োনবা রেসনগী দুকানবু কদায়ৱাইদা লৈরিবগেনে?

রামসিং : সরকারগী চেং সুপরফাইন হায়বদো পান্নবদি অৱাং দুকানগী ধর্ম্মশালা খঙইদনা। মদুদা য়ান্না য়োল্লিবনি (চংখি)

নিংথৌ : ঐহাক্তি সুপরফাইন চেংসি শনডাক্তরদা য়োনবরা হায়বদি খ্বাইরম্বন্দা য়োনবোইরে।
(মরৱারী মহন্তি থোরকই)

মহন্তি : নহাকসু সিদা লৈব্রা?

নিংথৌ : ঐহাকসু সরকার অসিগী মী অমনি।

মহন্তি : অদুদি নখোয়গী মেনেজর শাহেপ্তু মহন্তি বাবু লাকই, অমুক্ত থোরকউ হায়রুচো —

নিংথৌ : চংলগা উন্নবিয়ু।

মহন্তি : চংঙবা য়াদবা মরম লৈ। মেনেজরদা ঐহাক লাকইদা হায়রুচো। মহাক অদুম ভাব তাগনী।
(মন্ত্রিগা মেনেজরগা থোরকই)

মন্ত্রি : হল্লো, মহন্তি বাবু! নমস্কার, করি থবক্কী?

মহন্তি : নমস্তে মন্ত্রিজী। লায়রবনীনা ভিক্ষা নিবা লাকচরিবনি।

মন্ত্রি : (নোকমিন্নে) মহন্তি বাবু, কেসোরামগী মচানুপী লুহোংবগী নিমন্ত্রণ ফংবরা?

মহন্তি : ফংই ঐদি চৎলুরে।

মন্ত্রি : ইস, মহন্তি বাবু ঐদি চোপ্লা তারে —

মহন্তি : করিগী?

মন্ত্রি : হৌজিক্তি পুং অমা হেনখ্রে, বেঙ্কতা পৈশা কায়বসু য়াররোই। ঐবু গোদরেজ উপু অমা পাংউ হায়রকপনিনে —

মহন্তি ঃ কয়া পিবা, কয়াম চাউবা ভিল অলমিরা পাম্বিবা? লিশিং ১০ না য়াগদরা?

মন্ত্রি ঃ ৭/৮ পিবসু য়াগনিদা, য়ারোইদরনে?

মহন্তি ঃ ৱারৌবিবদি য়াদে মদুগী উপুদু ঐহাক শাহেবকীদমক পাংজরগে, লিশিং ১০ নী পাইশিনবিয়ু (মন্ত্রিদা লুপা পিবা, নিংথৌনা মুন্না য়েংই)

মন্ত্রি ঃ মহন্তি বাবু। হয়েং ঐহাক্কী চেক কায়রগা -।

মহন্তি ঃ পৈশা শিংলকপগী মথৌ তাদে। মন্ত্রিজীনা ঐখোয়গী ইতেং পাংবিদ্রবদি ঐখোয়দি করম্না হিংগনী?

মন্ত্রি ঃ অদুদি ঐহাক প্রোগ্রাম অতৈ লৈহৌরি —

মহন্তি ঃ য়ৌবিরসি, নমস্তে।

মন্ত্রি ঃ নমস্তে নমস্তে। মেনেজর বাবু!

মেনেজর ঃ ফন্নী সার। অনীদনীকো সার, শোয়জররোই।

মন্ত্রি ঃ লৈহৌরো লৈহৌরে। মেনেজর বাবু, মহন্তি বাবুগী পাংবা য়াবা মতেং পাংগদবনিকো।

মেনেজর ঃ ফন্নী সার।
(মন্ত্রি চৎখ্রে, মহন্তিনা লুপা নোট মপুন অমা মেনেজরদা পিবা)

মেনেজর ঃ রামু! লাউ ৱা হায়গে — মহাজন! মহাক্কী মমিং রামসিং কৌবনি। নুংথিল পুং মঙাগী মতুংদা গুদাউনগী শো খুদিংমক মহাক্লা পায়গনি। রামু! নহাক ঙসি পুং ৫দা গেটতা লৈগদবনি। মহাজনগী টাটাগাড়ি ৫/৬ লাক্কনি। মদুদা হাপ্লকপা বোড়াশিংদু ঐখোয়গী হৱায়গী গুদাওনদা থাধরগা ঐখোয়গী লৈরিবা হৱায় বোড়াসিংদু অমুক লোদ তৌখিগদবনি। বোড়া মশিংদং চা-নরগা লোয়রে। ভাব তারনিকো -

রামসিং ঃ খঙজরনী সার।

মেনেজর ঃ মহাজন। চিংননিংঙায় লৈরিব্রা?

মহন্তি ঃ য়াম্না নুঙায়জরে। ঙসি নুমিদাংৱাইরমদা গাড়ি ৫ থারক্লগে।

মেনেজর ঃ থাবিরকও।

মহন্তি ঃ অৱাৎপসু হোরেল ড্রাইভরদা ...

মেনেজর ঃ য়াই করিসু কায়দে।

মহন্তি ঃ নমস্তে (চৎখরে)

রামসিং ঃ ঐখোয়গী হৱায় অফবসিগা ময়াংগী গুদাওনদা পৎলুরবা তিন চাবদুগা ওন্নগদৌরিব্রা সার?

মেনেজর ঃ রামু নহাকসি ওত্থোক্লা বা ঙাংখ্রেদা! মদুগী শরুক নহাক্কী দিউতিগী পুং ঙাইবা ওইনা ঐহাক্কী তুং ইল্লকউ, বাজার চৎলুসি। নখোয়গী ইমুং ঙা থোংব চাদবা কুইররিনী? নখোয়গী অঙাং মমানা খ্বাইদগী পামজবা ঙাসি করিনো?

রামসিং ঃ রৌ মতুমদু চাউরপ কক্লগা হৱাইথরাক্কা চানিংই হায়রকইসি কুইরে সার।

মেনেজর ঃ রৌগা হৱাইথরাক্কা হায়বা নৎত্রাও? খ্বাইরম্বন্দ থোক্লম্বা রৌশিংগী মরক্ত খ্বাইদগী চাউবা নথবায়না তাবা খঞ্জরো। নহাক্কী নুপীনা হৱাউনবগীদমক ঐ লৈবিগে —

রামসিং ঃ অওইবরা সার, তশেংনমক লৈবিগদরা?

মেনেজর ঃ ফাগী নত্তে, লৈবিরগদবনি, লাউনে।

রামসিং ঃ ঐহাক ঐখোয় সারনা হায়রিবা মখৈ ইনজগে। (মেনেজরগী মতুং ইন্নখি) (নিংথৌ, মন্টু বিড়িগী মৈখুদু শাংন কামথোকই)

নিংথৌ ঃ লৈবাকমচাশা, শেলসি পায়নিংখ্রেদা — (চংখি)।

—

৩

## মন্ত্রিগী ক্বার্টর (নুমিদাং অমা)

মন্ত্রি ঃ সনা নংবু তাবরা, মন্ত্রি ঐগী য়াৱাসে? তম্বা পুম্বা হন্নখ্রে? ঙসি পোৎশিং তম্লরো, ঐগী থৌদা পিররো, সনা নংবু তাবরা?

সনা ঃ থৱায়গীদি মপুরেন, ইচাশিংগীদি খোনী-ও, ঙসি নোংলেন নোংজাদি, পোৎশিং চাশিং ফখ্রেদা, অহোঙ অচাউ থেংনৈদো - মাঞ্জ নংবু তাবরা? মন্ত্রি ফমথোল চেৎনবা মন্ত্র যাদু থিরসি, পাম্মু থৱায়বু মাঙদনবা দোনেসন চাউনা পিরসিকো লোইয়ুম্বা —।

মন্ত্রি ঃ চিংন পরৈ থাদোকও। পুকচেল চাউথোকউ লৈমরেনবী! মন্ত্রিগী তালোয়নবু কিবরা? পৈশানা লৈবা মন্ত্রিনী। পৈশানা লৈগনী পুম্নমক। গনতন্ত্র চৎপা লৈপাক অসিদা, মন্ত্রি ঐহাকসি নিংথৌনি। মহারানী য়াইফবী! তেনৱানা লৈবাক্ত চৎপগুম চৎপা তম্লসি। মীপুম খুদিংমক ননাইনী। হুকুম পীবা কাউফদে। পিকফরোইদো - চাউগদবনি। পিথোকপদি হৈফরোই, লৌশিনবদি কাউফরোই। লিনগুম কুরোল হুরসি, অনৌবা শকলোন লৌরসি। চংজরকপা মিনাইদো ওইহনগদবনি মপুরেন। হায়জরদবা ফম্নাইবা - ফমথোল লৌথোকসি। নুঙায়বা হায়ববু অসিমঙায় লৈমরেনবী হা .... (মথৱায় তানা নোকই)।

সনা ঃ ইনিংথৌ, নুঙায় মরাং কায়বিয়ু। নুংশাংনা হরাউ মিনোক তম্বিয়ু। অপাম্ব খুদিংমক লৈরসিনে লুপানা। পামজবদো লৈবিবদা অমত্তদি খাকপিয়ু ননাইগী য়াইবীবুসু লৈবিয়ু, মহাক্তদি লৈবিরক্কনু।

মন্ত্রি ঃ কনানিনা ইশানৌ?

সনা ঃ লৈবাক্কী ইনিংথৌ য়াইফবদি, তালোয় য়ামদ্রবদি লেম্নদে। ননাইনুবীসু খঙজেদো।

মন্ত্রি ঃ নবা নপাউ তাবদা নুঙায়হায় ইশানৌ। নুংশি নশুংলাংগীদমক ইমঙ অনি শুরোইকো। অতোপ্পা নুজা কনাই মসাইদা খোইমুগুম ঙংলুরোই.

চেক্লাগুম কাইদোংলুরোই। রানী ওইরবী নহাকসু, সতী ওইনা ৱারিনবা - দ্রৌপতিদদি ওইবিনু।

সনা ঃ চিংন পারৈ থাদোকপিয়ু, ওইবিয়ুনে ননাইগী সত্যবান।

মন্ত্রি ঃ মপোক লাংওল খুদিংদ, থাদোক্লরোইকো নহাকপু, থৱায় ঐগী সাবিত্রি (কোন্নবা)

(নিংথৌ চংলকই)

নিংথৌ ঃ মী য়োনবা লাকচরি, লৈবিনিংব মমলদা লৈবিয়ু। ননাই নিংথৌ ঐহাক য়োঞ্জরি, হুনবিনিংবা তরেৎ শেঞ্জা হুনবিয়ু। লৈবাক্কী নিংথৌ-রানী, ননাই নিংথৌনা খুবাম তরা লোন্ননা পুনেমজরী।

মন্ত্রি ঃ তম্বা কনানোহে? সাবিত্রি সত্যবান চিনগোয়নরিঙৈ, মরক থৎন-রাজ ব্যবহার উৎলরিবা? নুঙায়রিঙৈ পুংফমদা খুদোংচাবা লৌগে তেমশিংবদি লালু চোম্মাই কায়নিংবরা?

সনা ঃ সাবিত্রি ঐহাক্কী ইফমনুংদগী সত্যবানবু শৎকে তেমশিংলরিবা নহাক কয়ুমগী জমরাজনো? শেংনা মিং লৈফম তাকউ। নথক্ত ৱারেন্টকী নোং চুহনগে। ঙম্মোয়দবোই নিংবরা? মন্ত্রিগী তালোয়গী শক্তি খঙনিংবরাহে?

নিংথৌ ঃ যমরাজ নচ্চদে মীচম নিংথৌনি। খুদোংচাবা লৌব লাকচবা নত্তে। অশেংবদা হঙ্গৎচবনি। ভিক্ষারীনিসু খনবিনু। নিংথৌগীদি মহারানী য়াইফবীগীদমক মিনাই অমা দরকার ওইদবরা ইনিংথৌ। রাজা রানী অনিগীদমক ননাই নিংথৌবু ৱারক ৱাতেম্বিয়ু। নিংথৌ ঐহাকপু মিনাই ওইনা মমিংদ ওইবা মমলদা লৈবিরবদি, নিংথৌ ঐহাক্কী অনৌবা মপোক পোকপিরে খঞ্জনা হিংজরগনি।

মন্ত্রি ঃ অওইননা করেম কথাইনবরা হায়ববু সি আরপী কৌরগা শোয়হল্লগা নোংমৈ গুলীনা নথবাক মতা ফবদুদা পালহল্লুরা, ইয়া! নিংথৌ ওইরিবা ঐহাক্কী ইফমদা নিংথৌনা মিনাই ওইবা, করম্বা মখলগী মিনাই?

নিংথৌ ঃ নিংথৌ ঐহাক্তি পিক্লিঙৈদগী ইমা ইপাগী নিংথৌনি। মিনাই ওইরবা ফাওবা নিংথৌ অদুম ওইজরগদবনি ইনিংথৌ । নিংথৌনা ঐহাক্কী ইমিংনি।

মন্ত্রি ঃ নহাক নিংথৌনি। য়াৱা চুম্মেকো শোয়দ্রে?

নিংথৌ ঃ শোয়নায়দ্রবা নিংথৌ ঐহাক্কী য়াব্রানি।

মন্ত্রি ঃ রানী! নিংথৌ ঐহাক্কী নিংথৌ অমা মিনাই ওইনা থম্বদা রানীগী থম্মোয়দা করি চিংন-পরৈ লৈবা?

সনা ঃ ইনিংথৌনবু খোইদাবিরবদি ননাইনুবীদি পামজরবনি।

মন্ত্রি ঃ মিনাই নিংথৌ!

নিংথৌ ঃ স্না য়াথং তাকপিসি।

মন্ত্রি ঃ প্রজা মীয়ামগী ভোটনা কারকপা এম এল এনা শায়োনবা মন্ত্রিনা নিংথৌ ওইবা রাজদরবারদা, নিংথেমনুবীনা অবাংব আকাশতা শোকঙমদবমখে ৰাংনা থোকপা পূর্ণিমাগী থাজগুম ঙাম্থোইরিবা সনা শঙ্গাইনুংদ - নহাক্কী থৌদাং অমুক নৌহৌনা ঔরাইনখিগদরা?

নিংথৌ ঃ খরদং কাঙথোকপিবনা মম্লম্বা ননাইগী বুধিদা নুমিৎকী মঙালগুম ওইজগে।

মন্ত্রি ঃ অদুদি তারো — মিনাই নিংথৌ! মন্ত্রি সভাগীদমক করি দরকার ....?

নিংথৌ ঃ ফোরেন লিকর, বিয়ারগী কেস, সেকমাইগী জরকিন -

সনা ঃ ফম্লাইবগী চাইগোইনুংগী নিংথৌনি।

মন্ত্রি ঃ এঙ্গাং শেম্বদি হৈরমলোই?

নিংথৌ ঃ মিৎনা কুপ্পদা শেমজনী য়েনবা অমা।

মন্ত্রি ঃ কালাবাজারদি -?

নিংথৌ ঃ অরোয়বা পাড়া চিনফা পুজরে।

মন্ত্রি ঃ ওইদবা ঙাংলগা মীবু শুম্বদি -

নিংথৌ ঃ ইমা পোকুংদগী উল্লক্রবা বিদ্যনী -।

মন্ত্রি ঃ লেনা - দেনা ...

নিংথৌ ঃ পাঠশালা কারকপদগী খাইদোকপগী অঙ্ক তমজরক্রে।

সনা ঃ নুপী থেম্বদি -

নিংথৌ ঃ ননাইগী খোঞ্জেলদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী পাঙ্কম শুরনি। শ্রীমতি রাধিকাবু অহিংদ কৌথোকপদা মতারোই শখি কয়া ঙাওদুনা চেন্নরি।

সনা ঃ ঐহাক্না অহিং তূম্বা য়ারক্রুবা মতমদা ঐবু খেমলেন তূমখুল তালহনবা ঙমগদরা ?

নিংথৌ ঃ রানীগী অদুগুম্বা অৱাবদদি ননাইগী ৱাহৈ অমগা শ্লিপিং পীল মঙাগা অম্কানী।

মন্ত্রি ঃ শুম্বদা তূমখিবদগী মিকপ থোক্লক্রুবদি - ?

নিংথৌ ঃ অনৌবা মপোক অমা পোক্লবনি।

মন্ত্রি ঃ মিনাই নিংথৌ ! নৱা নপাউ তাবদা নুংঙোল্লে। ঙসিদগী অভিমান্যুনী খন্ন মন্ত্রিরাজগী চক্রবিহ্ন মনুংদা ননিং তমজরোকো অচানবা।

সনা ঃ চংশ্লবদি থোরকপগী লম্বি পৌরেল লোনশ্লবনি।

নিংথৌ ঃ চংববু চনশ্লবদি ননাই নিংথৌদি থোকচররোইদবনি। ফাওদোকচশ্লগদবনি। ননাইগী খ্বাইদগী হৈনজবা শিনফমদি হংবিররোইদ্রা ?

মন্ত্রি ঃ মদুদি করিনিনা অচানবা ?

নিংথৌ ঃ রানীগী স্নানাকোং মেনশিনবিগদরা ?

সনা ঃ নাকোংন তাবদগী মিৎনা উবনা হেন্না খঙফম থোক্তবরনে ইনিংথৌ ?

মন্ত্রি ঃ অশেঙবদু ফোঙদোকপদা অকায়বা লৈতে।

নিংথৌ ঃ ননাইগী হৈনজবা শিনফমদি 'মীহাৎপা'

মন্ত্রি ঃ সোয়দনমক্কী ঙম্মগদরা ?

নিংথৌ ঃ ঙমজরগনি।

সনা ঃ কয়াদি হাৎখরে ?

নিংথৌ ঃ অমদি শোয়খিদরে।

মন্ত্রি ঃ অমদুদি কনা ?

নিংথৌ ঃ ঐহাক্কী নুপী। ইচানুপীগী মমা।

মন্ত্রি ঃ নুপী হাৎপা ঙম্লবদি মহাক্কী মমিংদি রানী। মিনাই নিংথৌ ওইখিগদরা ?

সনা ঃ ওইফম থেক্লেনা 'মীহাৎপা' নিংথৌ (চংমিন্নখি)

মন্ত্রি ঃ মীহাৎপুঙগী নিংথৌ। তুং ইল্লকউ, লাও — ! (নিংথৌ ইন্নখি)

—

## ৪

# নিংথৌগী য়ুম (অহিং অমা)

নিংথৌগী মচানুপী লৈশাবী মপুঙ ফারে, মমিংনা রাজকুমারী, অশম্বীদা কুমারী। মরীংজেলদি মপাগী মচানুপীনি, মশক্তি অশেংব রাজকন্যানী; মেকঅপকী দরকার লৈতে। অশংব উনারক্ত নাইতোম শাৎচবী অদরগুলাবনি। মমাংগী সীনদা থোকক্রিবা সনাগী মপুরোইবা মন্ত্রি ইবোহল নত্তবা অতোপ্পা মন্ত্রি রঘুমনিগী মচানুপা জয়কুমারগা কুমারীগা কলেজদগী শকখঙনরকপদা নত্তনা মখোয় অনি পূন্সিগী খোঙলোয় ওইনা খুশম্ননা চৎপা হৌখরে। (জয়কুমার চংলকই।)

জয়কুমার ঃ কুমারী, কুমারী -! (লোল্লপ্পা) (কুমারি থেরকই)

কুমারী ঃ কনানো? এঃ তামো জয়! (শ্বর শাংনা হোন্দোকই)

জয়কুমার ঃ হুরানবা নৎত্রগসু নোংবাননা নমদুনা চংলমাল্লে খল্লুরগা ওইরমদবগী নুংশা শ্বররো হোন্দোকইবদুবো?

কুমারী ঃ কনাগী কনাগীসু নত্তনা ইমুংগী থবক নোমউবদগী মরুপ অমা উজবা ফংবদা অৱাবা কোকথোকচবগী শ্বর ওইরম্লবদি -?

জয়কুমার ঃ মদুদা ওইবা ওইরসনু। পাবুং লৈবরা?

কুমারী ঃ পাবুং হংলরিবা করিগীনো? পাবুং লৈরগনা ঐঙোন্দা করি হায়গদৌরিবা? লৈত্রগনা করি খুদোংচাবা লৌগে খল্লিবা?

জয়কুমার ঃ ইথক থোংবা অহন-লমন্দা ব্যবহার উৎচবসিবু কয়াম কায়রগে?

কুমারী ঃ মন্ত্রিগী মজাইবুংঙোনিনা খুদোংচাবা নাম্থোকহনবা হৈনরম্মোইদবা মানবদো-

জয়কুমার ঃ ও! অচৌ অশাংগী, ইনাকখুনবা ইমুংগী, মচামগুসি খুদোংচাবা য়াম্ন লৌগনবা ওইনা উবরা? ঐখোয় অনি শকখঙনরকইবসি ঙরাংদরা?

কুমারী ঃ শকখঙনবা হায়দুনা কোইথোক্কনু, নুংশিনবা হায়বা হঙ্গোইরবসু মরী লৈনরকপা হায়বদা কিরিবা করিগীনো? কিরবদি চংউরনুও। তাজয়!

ৱারী হায়বসি মরী মরীনি, লোইবা নাইদবসু য়ায়। ঐঙোন্দা করি হায়নিংবনো?

জয়কুমার : রাজু!

কুমারী : তারিয়ে।

জয়কুমার : রাজু, ইমানা নহাকপু থাদোক্কুনা চৎখিবা নুমিত্তগী নহাক্না ইমুংগীদমক কয়াদা ৱানা হোৎনরিবা —?

কুমারী : পাঙথোকফম থোকপা ইশিঙ্গাং পাঙথোক্কবা হোৎনববু অৱাবাশীংদা চনগদরনে?

জয়কুমার : চুমই। নিঙোল ওইবীগী থৌদাংনি। নহাক্কী পূক্সিসি ঐহাক মতম শাংনা য়েংঙমদরে। নহাক্কী নিঙোল ওইবীগী থৌদাংসি ঐহাকপু শরুক খরদংদা ওইরবসু পাংহনবিরো? ইনাকখুনবনা লায়রবদা মতেং পিবগী ৱাখলদা লৌরবদি ঐবু লম্নানবনি খনগনীকো - নুংশি পোপাংনি খল্লুকো —

কুমারী : করম্বা পোপাং? নিঙোলগী পূক্সি থাদোক্লম্লগা মৌগী পূক্সিদা খোঙদামিন্নরসি — ঐহাকপু খুৎতা হামদুনা থাক্লগে অসিরা? তাকপিরিবা অদুমক ঐহাক্কী লাইবক ফবনি। চুমই, ঐহাক নিঙোলনি - নোংমদি শোয়দনা য়ুম্নাক শাগে তোঙানবা ইমুংগী মৌ ওইরুফম থোকপনি। নিঙোল ওইবী ঐখোয় খুদিংমক মদুগী পূক্সি অদুবু ঙাইদুনা লৈরাংগুম ফুগায়না শাৎনরিবনি। অদুবু তাজয়! ঐহাক্কীদমক খন্দুনা পাবুংবু ঐনা করম্ন মরোন্দোম থাদোক্লমগদগে? মতম খরদি ঐহাক পাবুংগী মচানুপী ওইজখিগেদা —।

জয়কুমার : ঐহাক্ল মফম অসিদা য়াওং ইল্লবদি-?

কুমারী : ঐহাক ঙমজরোই, ইকাইজৈ। পাবুংদগী তাজয়বুনা হেন্না নুংশিজবা উৎপা ঙমজরোই।

জয়কুমার : অদুওইরগনা ঐখোয় ইমাগা পাবুংগা থারকপা তারেদনা —

কুমারী : মদুসু চত্থবিরুগনু।

জয়কুমার : মরমদি?

কুমারী : ঐহাক পাত্থানা নায়োকপী লাইরবী নিঙোলনি, তাজয়গী কন্য অমা ওইবদা মতিক চারোই। তাজয়না ইশুলাংগীদমক ইকায়বা নংগদবদো ঐহাক পামজদে।

জয়কুমার ঃ রাজু ! নহাক্কী অপাম্বসিবু ঐহাক্ক কায়নরসি অসিরা ? ফরেনে, ঐহাক ঙসি ফাওবদি নহাক্কী অপাম্ব-নিংজবগী মায়োক্ত করিগুম্বা খোঙথাং অমা ফাওবা থাঙজিনখিদ্রিমাল্লে খল্লি। নহাক্ক তশেংনা কায়নবা পান্নবদি ঙসিমক ঐবু বিদায় পিবিরো। নহাক্কী নচিন্দগী শুপ্নগী বিদায় হায়বা ৱাহৈদুদং তারগা ঐহাক্কী নুংশি পম্বুং য়ৌরে খল্লগে। বিদায় হায়য়ো রাজু—

কুমারী ঃ মদুসু ঐহাক হায়বা ঙমলোয়।

জয়কুমার ঃ কায়নবা পান্নবদি হায়দবা য়াদবনি, বিদায় ...

কুমারী ঃ তাজয় ! নহাক্কী নফমদা ঐহাক্কী পুন্সিদা ৱাহৈ অদুমদি শুংহায় হায়বা ঙমলোয়। নহাক ঐগী মিৎকী পিরাংসি য়েংব য়াম্না পাম্বরা ? ঐনা কপ্পগা নহাক নুঙায়গদরা ? মমা কায়নখ্রবী নিঙোলদি পুক্লিং য়াম্না নুংশিগনবনি। নহাক খঙলবা নৎত্রা ? তাজয়, নং য়াম্না ফত্তে।

জয়কুমার ঃ রাজু —, ইশানা ইশাবু ৱারকচবা ঙমদ্রবা ঐহাক্কী ৱাহৈ খরগীদমক নহাক্ক অদুক পুকলৌ-পারৌরিবা করিগীনো ? নহাক্ক হংলকপা ৱাহংগী পাউখুম নত্তনা ঐহাক্কী ওইবা করিগুম্ব ৱাহৈ অমা ফাওবা হায়খ্ররোই অদুবু ঙসিগী ওইনা ৱাহং অমখক্তংদি —

কুমারী ঃ কৈনো ?

জয়কুমার ঃ পাবুংন নহাকপু থাজ-য়োঞ্জরবদি — ?

কুমারী ঃ পলেম পম্বৌগী য়াথংদি মচা ওইবীনা ইনফম থোক্তবরা ?

জয়কুমার ঃ অতোপ্পদা থাজখিবা থোক্লবদি — ?

কুমারী ঃ ঐহাক শিবা ঙমলোয় অসিরা ?

জয়কুমার ঃ শিনবগীদমক নুংশিরুবদি ফগদরনে ?

কুমারী ঃ হিংনবগীদমক নুংশিনসি অসিরা ? তাজয় ! ঐবু করি হায়য়ু হায়রিনো — (কপই)

জয়কুমার ঃ রাজু, নংসি নুঙায়খিদরে। ঐঙোন্দগী নহাক্ক হেন্না ফৎখিদরে। পাবুংসু হন্নকপা মতম ওইরে, ঐহাকসু য়ৌগ্রগে —
(জয়না মখুৎ পায়রম্বগী মওংদ মখুৎ য়েৎ থিন্দোকলুই। কুমারীনা জয়গী মখুত্তু পায়রগা খুবাক্ত মহাক্কী খজাইদা ঙাশিল্লি, জয়দা য়েংই। জয়না

মখুত্তু তপ্ন তপ্ন শৎলগা চৎনিংদ চৎনিংদ থোকখরে। কুমারী ঙহাক য়েংলুরবগী মতুংদ মখুৎ ওইনা পায়রীবা লাইরিক অদু চৌক্রিদা ফম্নগা পুক্নিং চংন পারি। অরাপ্পদগী মাইক খোঙবা তারি — 'মৈঁ তুলসি তেরী আঙ্গন্নকি .... মৈঁ তুলসি ....'। মচানুপীগীদমক লৈবিরকপা ফি ময়োম অমগা নিংথৌ চংলকই। মচানুপীনা মশমদুনা মমায় তঙখায় অমা খুন্নদুনা লাইরিক পাবদু য়েংজরি। মন্টু বিড়ি অমা চন্নগা থক্কুবদগী মহাক্বী নুপীবু নিংশিংলি, মচানুপীগীদমক ৱাখল মঙলান্দ ঙহাক তাউরুই)

নিংথৌ : নুপীমচা, নহাক্ল লাইরিক পারিবদুবু উরিব্রনে? কুইররোইদা ইপানা এলেক্ট্রিক থানবিরনিদা, মৈগী দরখাস্ত থাখ্রে।

কুমারী : পাবুং, চাক লোইরে; থিরোরা?

নিংথৌ : শারিঙৈদ চাহৌবদি ফৈ। সে-নহাক্কী ফিন্নী; মচুদু পাম্বরা য়েংউ। পামদ্রগা হয়েং শিল্লুনবা। (ফি লৌরগা য়েংই)

কুমারী : পাবুংদি ফি মচু খনবা য়াম্ন হৈনা। অদো পাবুং, ঐগী ফি পংলৈদা লৈরকইসি করিগীনো, পাবুংগীদি -?

নিংথৌ : নহাক্ল ঐগীদমক ৱাবিরিবরনে? অঙাং ওইরিঙৈদগী চানিংবা কয়া চারক্রে, ছাত্র ওইরিঙৈ শেৎনিংবদা শেৎলক্লবনিনে। ফিজেৎ লৈতংনা নপা ঐহাক্কী শক্রোন হোংব য়াখিগদরনে, অপঙবীসিদি।

কুমারী : অদুবুদি য়াররোই অদুবু ফিজোল খরা লূ-নান্ন শেৎপা হায়বসি মীনা ব্যবহার তৌনদ্রনে?

নিংথৌ : ব্যবহার! মীনা বাকখাল তৌবা, ব্যবহার — (মকোক চিকই, বিড়ি চমই)

কুমারী : পাবুংদি বিড়ি য়াম্ন পামইকো? মৈখু'সি থাদোকপা ৱারবদি ফিলটর চুরুপ শিজিন্নরসিরা?

নিংথৌ : ইচানা ঐহাকপু লেমহন্নিংবগুম ইপাসু মদু পামদবা নত্তে। কয়াবু কুইরগবনোদা — ইপাসু য়াম্ন লেম্বা, মীনা ব্যবহার তৌব মী অমা ওইরনিদা। খঙদ্রে, নুপীমচা! মৈখু শাংন শিজিন্নরকপনা ওইবা তায়, ঐগী ৱাখলসিনা য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদ মৈখুতনা কুপশিনবগুম উরি। অমম্ব মৈখুসিগী ৱাংমদা করি লৈরমগবা? নুংশিৎ শিত্তনা উনা লেঙবা য়াদবগুম, ৱাখলগী মৈখু অসিগীসু হৌরকফম অমদি লৈফম থোকপনী।

কুমারী ঃ অহাঙবা অতিয়াদা কোইনা পাইদুনা শান্নজরিবা পুংজা খুদিং ওন্নিংবা মচু ওঞ্জরিবা লৈচিল অসি ঈশিংগী মনিলনি।

নিংথৌ ঃ মান্নি। মৈখুসু মনিলনী। মৈ চাক্রবা বিড়ি অসি মৈখু থোরকপরা? মসি মৈ চাক্রবদি — (চম্বা) মৈ অসি ঙাঙদ্রা, বিড়িগী মচাক অসি চাকথোক্রবা মতমদা, উরেদনা মৈখুসে —।

কুমারী ঃ অদুনদি পাবুংগী ৱাখলদা মংলিবা মৈখু অদুগীদমক পাবুংগী থম্মোয়নুংদ অচাকপা মুৎনাইদ্রবা মৈগী চীং অমা লৈরমফম থোকই। পাবুং! ইমাগা কায়নবদা পাবুংগী থম্মোয় মৈরি থোক্লা চাকহৌইকো — ?

নিংথৌ ঃ নত্তে, নমানা চৎখিফম থোকপগী সংসার'সিদগী চৎখিবদা ঐগী থম্মোয়দা খংঙমদবা মৈচাক পোক্তে। হোয় — নিংঙমহৌদবা ৱাখলবুদি পোকখি অদুবু মদো মতমগী ঈরোন্নুংদ তিনখরে, ঙসিদি কাউরে।

কুমারী ঃ অদুদি করম্ব মৈরি? লমন খুন্নিংবগী - ?

নিংথৌ ঃ কনাদা? করিগী ঐনা লমন খুমগদৌরিবা? ইচানা খল্লিবদু অমত্ত নত্তে। ঐসু খঙদে। ঐগী ৱাখলগী মৈখু অসি ঙসি খুনাইরকসিদা মী অমা ওইনা হিংবা পাম্বগী মৈরি ওইরম্ব য়াই।

কুমারী ঃ কনানা পাবুংবু হিংব য়াদে হায়রবগেনে?

নিংথৌ ঃ কনাসু হায়দে। শীংনরক্লবসু থোইদোক্তে। শিবা হায়বসে মীওয়বা ঐখোয় খুদিংমক্কী মিকুপ পুংজা খুদিংদা তান্নরিবা পোৎশক্নি। পৃক্সিগী পম্বুংফম্নি। নুপীমচা! নহান মখৈনা ইচাগী নিংব থুংনবা ইপানা হোৎনরকই, ঙসিদি ইপাগী অপাম্ব অমা হৌদোক্কেনা?

কুমারী ঃ পাবুংনা নচাগী ইফমদগী করি পাম্বিবা?

নিংথৌ ঃ ঐনা নহাক্কী নফমদা তম্নিংবদি নুঙায়বা পাউনিদা। ইপাগী থাশিগী অহিং হৌখরে। অনৌবা মপোক্কী চিংখৈ ফিদুপ হল্লক্লে। লৈবাক অসিদা ঙসি মহারাজগুম পাল্লিবা মন্ত্রিজী ইবোহলগী খোঙলোয় অমা ওইরে। মন্ত্রিগী মপান্দগী ইপা ঠিকাদার ওইরগনি। পৈশাগী করিসু চিংননিংঙায় লৈত্রে অদুবু থবক্কীদমক য়ুম তোয়না থাদোকপগী মতাং লাক্লনি। নহাক করি লমদা লাইরিক মখা তম্লুগেগে? ইচানা চৎনিংব লম হায়য়ু - কলকাতা, দিল্লি, বোম্বে, মাদ্রাজ ...

কুমারী ঃ পাবুং -?

নিংথৌ ঃ ইচানা লৈরুব্বা নুঙায়গদবা হোসটেল অফব্বা লৈব ইউনিভর্সিটী খল্লু। ইপাগী চিন্তা তৌগনু। ইপানা থবক মফমদা নৎত্রগনা মন্ত্রিগী কাটরদা লৈগনী। মিং চল্লুবদা খুদোংচানবগীদমক মন্ত্রিগী দিও লেটর ইপানা পায়রক্লনি। ঐগী ইচাসু মপান্দ মহৈ তম্বা থাখি হায়বসিদদি - হাই করিগী পিরাংনো, অঙাওবীসিদে। লাকও; ইপা ইচা চাক চামিন্নরুরসি — (পুশিনখি)

—

৫

# মন্ত্রি রঘুমনিগী ক্বাটর (অয়ুক)

রঘুমনি ওফিস চৎকদবগী ফি শেৎলে। খবর অমা পায়রগা থোরকই। মন্ত্রিগী চেক্লা ইবোতোম্বী চংলকই।

ইবোতোম্বী ঃ ঙসিবু ঐখোয়গী মন্ত্রিগী করি করি প্রোগ্রাম লৈবিবগে?

রঘুমনি ঃ করিগীনো ইবোতোম্বী? ঙসিদি থোইদোকপা ফংসন লৈতে। ওফিসতা ফাইল খরদং শূরুসিরা খল্লি, করি লৈ?

ইবোতোম্বী ঃ নহানগী অঙাংশিংদুগী অহন-লমন লাক্লম্লে, পৈশা য়ৌরক্লে। অঙাং অহমদুগী ১৫/১৫ - ৪৫ দি পায়জরে, মখোয়গী থবক্তু ঙসি পাঙথোক্লবা চিফ মিনিষ্টর ঙহাক্তং উন্নবিরুবা শঙগদরা? এলেক্সনসু নকশিল্লক্লে। ভোট য়াম্না লৈবা ইমুংগী মী ঙাক্তনি। খরসু হাপহঞ্জরকখিগে।

রঘুমনি ঃ লিশিং ৪৫ দু ঐহাকসু পামই অদুবু ইবোতোম্বী আইনগী মতুংইন্না ফংফম থোক্লবা মীবু আর আর শেমদোক্লগা এদডোক প্রমোসন পিবা হায়বসি মীনা য়ানিংবা হৌনদে, থম্মোয়নসু পামদে। হোয়, ইঞ্জিন্নিয়ারগী ট্রান্সফরদুমদি হোৎনসি অদুগা অমদুমদি শেনচারুবগী দিসমিস তৌবা নৎত্রনে?

ইবোতোম্বী ঃ প্রমান ইচা চাদনা দিসমিস তৌবিরিবনিনে। হৌজিক্কী সরকারসি মপী-মপা লৈতবগা চপ মান্নরবনিনে।

রঘুমনি ঃ নহাক্ল হৌজিক হায়খিবা সরকারদো অদুদা ঐহাকসু য়াউরিবনিনে। আইন নিয়ম হায়বসিনা সরকারগী মপী-মপানি। মীচম প্রজানা হৌজিক্কী সরকারসি মপী-মপা লৈতবগা চপ মান্নরে, তৌনিংবদা তৌরে, আইন লৈত্রে হায়রিবসে চুন্নবনি। অদুনা ঐহাক মথোঙ মরম খঙদবা থবকসে, এলেক্সন নকশিল্লকপসিদা লুপা পামদুনসু, ঐহাক কয়া তৌনিংদ্রে।

ইবোতোম্বী, ঐখোয় মন্ত্রিসে খণ্ডন খণ্ডনা খণ্ডশিন্নদবগী ৱানি। প্রজাগী (লাফিং ইভোক্) প্রজাগী নোকশিনফম, শাম্নপোৎ লাইফদিবী ওইরবনিনে। অদুবু করি উপাইদি লৈ? নং ঐনা শেংদোকপা ভম্বগী শক্তি লৈতে। অদুনা মতম খরদি পুংলোনগী মতুংইন্না জগোয় শাবা হায়বদুনি। মরুপ ইবোহলদি শেল লৌবগী হালেংবা লৈতবনি। শেনচারুবগী দিসমিস তৌখিবা ওফিসার অদুগী কেসতু মঙোন্দ শিন্নখ্রসি—

ইবোতোম্বী ঃ ইহে, ঐখোয় মন্ত্রি পাউ ফংবিরব্রা?

রঘুমনি ঃ করি পাউ?

ইবোতোম্বী ঃ মন্ত্রি ইবোহলগী মচানিপাদু কলকাতাদা এলেক্ট্রিসিটিগী সপ্লাইগী পোৎ লৌবা চৎখিবনি। মশক খণ্ডবা মীওয়না নোংমৈনা কাপ্লম্বদগী শিরে হায়নে। অশিবা মশাদু ঙসি পুরক্কনি হায়দুনা ময়াম লাংনহৌই।

রঘুমনি ঃ মশাগা শেনগা কোন্ননা চৎলুররিনী, ইস মচানিপাদু শিরবদি মরুপ ইবোহলদি লোইরেদনা পাউদু নুঙায়খিদ্রেদা।

ইবোতোম্বী ঃ মশাদা য়াউবা লাক্ষ ১ মখায় দুসু মুনখ্রমাল্লে।

রঘুমনি ঃ লুপা ১০০ গীদমক মী হাৎপদা হালেংদ্রবা মফমদুদা অদুক য়াম্ব শেন্ফমদু কদৌবগী পুদুনা চলুরিবকো, পাম্মুইদা। মপাংগকা অমত্ত লোইনদ্রবজাৎলা? কেস হায়বদুদি কেসনী। অশিবা মশাদুদি কনানা পুথোরক্কদৌরিবা?

ইবোতোম্বী ঃ নহান পোর্টফোলিও নৌনা য়েম্থোকপা নুমিত্ত মন্ত্রি ইবোহলগী কাটরদা তৌখিবা পার্টিগী অশিন-অরাক ওইবা নিংথৌ হায়বদুগা চৎমিন্নখিবা ওইরমাল্লে। পোৎ খরদি লৈরগা মণিপুর হাউসতা নিংথৌবু শঙহল্লন্নগা চখোকউবদা গুন্দাশিংনা মতুংইন্নরগা অচিকপা মফমদা কাপ্পা ওইরমাল্লে। অশিবা মশাদু এরোপ্লেন্দ নিংথৌনা পুথোরক্কদবা ওইরমাল্লে।

রঘুমনি ঃ অদুদি কনায়দগী শাক্ষি লৈরনি! মচানিপাগী মথৱায়সু মাঙবা, লুপাসু মাঙবা! অদুদি ওফিস চত্ত্রিঙৈদ মরুপ ইবোহলগীদা পাউ হংউবনা চুমইনা। ইবোতোম্বী নহাক হাল্লম্মো, ঐগী জিপ পুখো। ঐহাক থবক খরদং নিপামচাদা শিন্নরমখিগে, ঐনা কারদা লাক্লগে, জয় —!

ইবোতোম্বী ঃ ফনি। অদুদি ঐহাক হাঙ্গরম্নগে।

রঘুমনি ঃ য়ৌরমমো — (থোকখি) জয়!

জয়কুমার ঃ করি হায়গে পাবুং?

রঘুমনি ঃ ঐ নপাবুং ইবোহলগীদা চৎলুগে। নহাক্কী মরুপ জিতেনদু কোলকাতদা মশক খঙদবা গুন্দানা নোংমৈনা কাপ্পদগী শিরে হায়নে। লুপাসু লাক্ষ অমা মখায় লৌবিখ্রে হায়। মরুপ ইবোহলগীদা লৈবা নিংথৌ হায়বদুবু নহাক্ক বোম্বেদা থিনবিরুবী রাজকুমারী হায়বীদুগী মপা নত্তরনে?

জয়কুমার ঃ মান্নি। মা কদৌরগে পাবুং?

রঘুমানি ঃ কলকাতাদগী ঠিকাগী পোৎ লৌবা নিংথৌগা চৎমিন্নবা ওইরমান্নে। নিংথৌনা মণিপুর হাউসতা পোৎ শঙহৌরগা নহাক্কী নতাউনা কোইথোক্লুবদা কাপ্পনী হায়। নতাউগী অশিবা হকচাংদু ঙসি এরোপ্লেননা পুরক্কনী হায়বনি। নহাকসু হকচাংদু থুংলরবা মতমদা সংস্কার ঙহাক য়াউরুচো।

জয়কুমার ঃ ফনি পাবুং, নচা চচ্চগে - ইস ওহ্নোকপনিদা!

রঘুমনি ঃ ইপানা নহাকপু কৌবগী মরমদি জনেরেল এলেকসন থা অনী ফাজিল্লক্রে। মীগীদি লোয়নখ্রে, কেমপেনদি ঐখোয়গী ইহিং হিংলি। মহৌশাগুম লৈকাই লৈকাইগী য়াইতোং-খমদোংবা মখৈ ফারগা ভোট ফংলম্বদু কুমশিদি য়াররোই। পব্লিক মিটিংনসু প্রজাবু হোইদুনা পুবা ঙম্নরোই। অদুনা, ঐখোয় অনৌবা কেমপেন অমা তৌবা তাবনি। মৌগী ফুরুপ ফাবদি নমাগী থৌদাং ওইরসনু। নহাক্না ঐখোয়গী কন্সটিট্যুন্স অসিগী নহারোল পুন্নমক, মরু ওইনা গুন্দাশিং অমদি লৈশাবীগী কাংবুগী মনিং থুংনবা ঙসিদগী থবক ওইনা পায়খৎলু। নমাদগী লিশিং ২০ লা ৩০ রা পিয়ু হায়য়ু। লৈকাই খুদিংদা পারতী তৌনবা পৈশা য়েন্থোকউরো অদুগা পারতিগী ফিরাল ঐগী পোষ্টর, মফম খুদিংদা শৌগ্রি হৌবগুম থেৎহল্লু। মমিং চৎপ শুমাংলীলা মখৈ এলেক্সন ফাওবগী এডভান্স পিরগা রিজাব তৌশিল্লু। চাকচা-হৈজানবা, কুম্মৈ-ফিহোংগীদি নহাক্ক হেন্না খঙইবদুনি। অদুগা ঙসিমক লৈরুগদবা অমনা টিইপ ১০০ দগী তাদনা থানবা য়াবা জাপানগী হোন্দা জনেরেটর অনি, লৈরুগদবা।

জয়কুমার ঃ ভাব তাজরে পাবুং।

রঘুমনি ঃ হাই, খুলাই অমদি বোদি গার্ড থারনুকো - মতমসি য়াম্না ফৎত্রে। ইপা য়ৌরুখিগে - (চংখি)

জয়কুমার ঃ রাজু ! নংদি খঙলিরোইদো। নশুংলাংগীদমক ঐসু মীহাৎপা য়াউরেদো। খুলাইদু ঙসিমক ঐগী খুৎ য়ৌরক্লবদি ফখ্রনিদা — (চংখি)

—

## ৬

# নিংথৌগী য়ুম (নুমিদাং অমা)

মন্ত্রি ইবোহলগী মচানিপা হাৎখ্রবা মতুং থা খরা হৌখরে। নিংথৌ জোনিব্রাকর লিক্লি অমগা লিক্লিগী গ্লাশ ফজবা অমগা পায়রগা থোরকই। হোসপিটালদা থেংনখিবা চৌকিদার তোম্বী য়াম্না হঙ্গোয়না কিনা চংলকই।

নিংথৌ ঃ ইনাওগী মিং তোম্বী কৌবিবরা?

তোম্বী ঃ অহোয়।

নিংথৌ ঃ হোসপিটালদা থবক তৌবিরি?

তোম্বী ঃ অহোয় ঐহাক্ গ্রেট ফোরগী কর্ম্মচারী ওইজরি। নুমিদাং অসিদা ঐহাকপু মফম অসি তান্না হাইজাক তৌরগা পুরকহল্লিবসিগী মরম ....

নিংথৌ ঃ হাইজাক নত্তে, ফারগা পুরকপসু নত্তে, গাড়ি থারগা লৌহঞ্জরবগী ব্রানি। য়ুম তান্নসু থিঞ্জগদৌরিবনি। কৌহঞ্জরবগী অশেংবা মরম মাংজৌননা খঙহঞ্জনবদা থাজবা ব্রাৎপসু য়াই খনবদগী মরম তাক্তনা মফম অসি তান্না পুহঞ্জরকপনি। ঐহাকপু নিংশিংবা ঙম্বিরিবরা?
(তোম্বীনা মুন্না য়েংই, নিংশিংবা ব্রারে। নিংথৌনা লুপা নোট মপুন অমা পিবা) — শেনফম অসি করিগুম্ব সত্ত্ব অমত্তা য়াউদনা তোম্বী ভায়দা পিজরবনি। অয়াম্ব শেনফম নত্তে, শুম্নগী লিশিং ৫ খক্তনি।

তোম্বী ঃ মরমদি, মদুনা ঐহাকপু করি থবক ...

নিংথৌ ঃ পাংথোক্তদবা নত্তে, পাঙথোকখ্রবগীদমক্লি ...

তোম্বী ঃ ঐহাক ভাব তাবা ঙমজদ্রে?

নিংথৌ ঃ ঐহাক য়াম্না লাইর-চুদৎনবা, সঙ্গ লৈজদবা, মীওয়না হিংবগী মহাও য়াউদবদা নত্তনা, হিংবদা মতিক চাদ্রবা মীশক অমা ওইরমই। অরৈবা খরনা য়েন্নদুনা চামিন্নরগা, লৈতবা মতমদা চরা হেনমিন্নদুনা, পুন্সিগী

লম্বিদা খুশম্নদুনা — নোংমতবু অসি চাগে - অসি শোৎকে পাউহোমখিদ্রবী ঐহাক্কী নুপীবু লাইয়েংবিবা ঙমদবদগী অশিবগী খায়াৎতা শিন্নখিবা মীশক অমা ওইরমই।

তোম্বী ঃ অদুদি — হিদাক লৈবা চৎলিঙৈদা খুদোংথিখিবী, য়ুমদা পুধখিনবা উপাই লৈতবদগী ঐহাক্লা ওক্তো রিক্সা ...

নিংথৌ ঃ মান্নি। নিংশিংলক্লবরা? ঙসি ঐহাক্লা শেৎলিবা ফিজেৎ, শাৎকী য়ুম, এলেক্ট্রিক, জিব .... হা .... নুমিৎ অদুগী নিপা অদুগা খেৎনদ্রা, থাজবা ঙম্রা? মসি ওইরমাল্লে তোম্বী, মীওয়বা ঐখোয়গী পুক্সিগী খুবাক-খুনম হায়বদো! সে — ঐহাক্লা থম্মোয় শেংনা পিবনি, নহাক্কীনি - পাইশিল্লো—

তোম্বী ঃ ঐহাক্লা ঙমজবা তেংবাংগী মমল - ঐ লৌজরোইদা।

নিংথৌ ঃ ঐহাক্কী ৱাখলসি তোম্বীভায়! নহাক্ল লানহনগদৌরে। ঐহাক্ল নহাকপু ঙসি ফাওবা কাউঙমদনা নিংশিংলিবা ঐগী ৱারবা মিকুপ্ত নহাক্ল মরুপ অমা ওইনা ইনাক্ত লেপপিখিবদুননি। অদুগা শেনফম অসিদি তেংবাং অদুগী মমল নত্তে। গ্রেটফোরগী পিক্লবা তলব অদুদগী নহাক্লা ঐগী নুপীগী অশিবা মশা পুধনবগীদমক ওক্তো রিক্সাদা পিখিবা লুপাদো, মদুগী শেন্দোই শেলেপ্পনা মসিগী শেনফমসি ওইরকপনি।

তোম্বী ঃ অদু ওইরবসু ঐহাক শেনফম অসিদি লৌজররোইদা, ৱারৌবিরনু।

নিংথৌ ঃ তোম্বী! মরূপ! হাপচিল্লুনে ভায়, মথৌ লাক্কনিনে। করিগী চিঙনরিনো, ঙসিদগী নহাক ঐহাক্কী খ্বাইদগী চান্নবা মরুপশিংগী মরক্ত অমা ওইরগদবনি। (ফুরিৎখাউদা লুপাদু হাপচিনবিবা) রামেশ্বর! মরুপ তোম্বীগা য়ুম ফাওবা চৎমিন্নরুচো, তারৱা গাড়ি থৌদোরকউ —

তোম্বী ঃ থিনহনবিদ্রবসু য়াগনি, ঐহাক খোঙনা অসুম চচ্চখ্রগে —

নিংথৌ ঃ লৌররবদি থিনবা তাবনিনে মরুপ -। গাড়ি ঙাইরে — রামেশ্বর!

তোম্বী ঃ সার, ঐহাকপু দরকার হেক ওইরকপদা —

নিংথৌ ঃ মান্নী! ঐহাকসু শা মখল অমনি অদুবু ঐহাক্তি সার নত্তে, মীচম নিংথৌ!

তোম্বী ঃ নিংথৌ?

নিংথৌ ঃ উম, নিংথৌ। ঐহাক্কী ইমিং নিংথৌ কৌই অদুনা নিংথৌ ওইগদৌরিবা হা .... নহাকপু থিন্নবগী গাড়ি ঙাইদুনা লৈরে —।

তোম্বী ঃ অদুদি ঐহাক য়ৌজরগে —

নিংথৌ ঃ তোম্বী! নহাক্কী ফুরিৎখাউদা করি য়াউরি। (তোম্বীনা লুপা মপুন্দু পুথোরকই) উম, নহাক্কা ফংলিবা খুদোংচাবদো মীঙোন্দা লেম্না পিথোকখিনুকো —। অদুগা রাফম অমনা — নহাক সরকারগী তলব চারী। অদুনা সরকারগী থবক ফজনা তৌগদবা। তলবকী মথক্ত শেন হেন্না পান্নবদি নিংথৌ ঐঙোন্দগী লৌরগদবা! য়ারে, ঙসিগীদমক্তি য়ৌরো-।

তোম্বী ঃ ঐহাক হয়েংসু লাকচগে —

নিংথৌ ঃ য়ৌরো (তোম্বী থোকখরে)
(মন্ত্রি ইবোহল ফিংন ঘাড়ি শিরগা মফি মরোল শেমজল্লগা থোরকই। নিংথৌ বিড়ি থক্লগা রাখল খন্দুনা লৈ।)

মন্ত্রি ঃ মিনাই নিংথৌ -!

নিংথৌ ঃ ননাই মিকুপ-নাছম শিংনা লৈজরি, স্না য়াথং ...

মন্ত্রি ঃ লৈরাং মহাক্কী লৈশক লৈচু হৌরকফম শাৎফম কাইদোংফম নহাক্কা হেন্না খঙলিবদুনী, মিনাই নিংথৌ! ঐহাক্কী ষ্টেনো অসে (ষ্টেনো লতা) বদনাম চাবা য়াবা নত্তে, লৈশাবীনি।

নিংথৌ ঃ ইনিংথৌনা ননাইদা তাকপিববু লৈশাবীরা লৈ শাৎলবীরা। লৈরাংদি ফুগাইনা শাৎলবদি লৈমল চনগদবা কুইররোইদো —

মন্ত্রি ঃ ওইনিংবা অমা ওইরসনু, ঐহাক্কা হায়খিবদি লৈশাবী, ময়ুম পান্দ্রিবী। মহাক্কা ঐহাক্কা অরুবা রারী চিকথমিন্নবা তম্বা কনা খঙহনফরোই। ময়ুম মরানয়ায় য়ৌনবা থিল্লুচো। মাগী পলেম পম্বৌগী চিংনা পরৈ কিশি থোক, সরকারগী দিউটি পাঙথোকপদা নত্তনা ফংলকপা খুদোংচাব অসিসু (লুপা পিবা) পলেমগী খুবাংদা হাপ্লমউ। সরকারগী গাড়িনা ময়ুম খরাই থোঙ্গান্দা খাম্বদতা পলেম পম্বৌ ওইবশিংনা হরাও মিনোক তমজবনি।। মন্ত্রি ঐহাক্কী থবায়না খ্বাইপূম্বদগী খোইদারবী লতা। নহাক্কী থবায়না খোইদাবা, পুক্লিং মানা পামজরিবদো — মন্ত্রি ঐহাক্কা, খুদক্তা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা, হোৎনরগনি চান্নবী। চিংন পারৈ থাদোক্ল — নোংয়ায় চবুক লোন্দ্রিঙৈ, রানয়ায় য়ৌরোকো লতা — (লতাগী খজাই পায়রল্লগা চৎখিগে তৌবা)

নিংথৌ ঃ ইনিংথৌ (মখুৎ তিংথোকই)

মন্ত্রি ঃ করিনিনা অচানবা। ও ভিক্ষা - ? ওইজ-ওইথক হাক্ল পাম্মল্লবসু লেক্কুনা তোকপনিকো, খঙজিনবা ফবনি মিনাই নিংথৌ —

নিংথৌ ঃ ইনিংথৌও, হয়িংখোইনা চুহি চফুদা লুপ্তুনা, মৈরানবীনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা, য়াইবী থবায় কৎপদি মপু মাগী নোংদমখোলনিদো। নহারোল লালহৌবনা নোংমৈ গুলীমাংদ থবাক লোংনা লেপ্পদি ইমা লৈবাক্কীনি। ফম্নাইবা অচৌবনা মশাগী থৌদাং তুংওইননা থম, মাইকৈ খুদিং খুদোংচাবা লৌবদি - আইন মাবু তেমশিংনবনি, থবায় মাসু হিংফরোইদো খঙজিনবিবা কান্ননী। ননাইদি রানীগীদি মনাইনি, অখঙবা অউবা ঙসিগীদি দৃশসে লৌথুপ লৌকোই, মীনম শোরী য়াউদনা অশেংবদো ননাইগীদি মপুরেন, মহারানীদা পাউদমজরুবা - স্না য়াথং তাওথবিনীদো।

মন্ত্রি ঃ মিনাই নিংথৌ! পোরম্নবু চুন্নবদি, খোঙমীনা থৌব দৃষ্টিদা, সেনাপতি চেনবা তাবনিকো - (লুপা পিবা) খঙহন্দ-উহন্দ শেল্লিবা প্রোগ্রাম তাইবং কনাই নাকোং য়ৌফরোইকো। মন্ত্রিগী উপালদা তাঙবী উরি ওইরিবী লতা, নহাকসু তারেকো - অদুদি ইরানয়ায় য়ৌনরসিদো — (থোকখিবা)

নিংথৌ ঃ লানফমদা মায় পাক্লবা সেনাপতিগী হরাউ খোঙ্গরুম্নবা মাইথোং ঐগী মহারানীগী শরুক ওইরসনু ইনিংথৌ —
(বেড়ি থক্লগা লতাদা য়েংলগা ব্বাখল খল্লি।)

লতা ঃ মিত্তারিবা হায়বদুরা? ঐঙোন্দা মিয়েং কারল চল্লক্কনু, নত্ত'ব্বাখল খল্লবদি - চোপ্পদা নত্তে, চৈ চানিংঙায়নি। মতম অসি থেঙখ্রে, ঐহাকপু য়ুমদা থিল্লোরাউ —

নিংথৌ ঃ মেম শাহেব! ঐহাক নিংথৌ ওইনবগীদমক মন্ত্রিগী হুকুম ইনবনি। ঐহাক নহাক্কী মিনাই নত্তে।

লতা ঃ ব্বা ঙাংবদা ঙনব্রা হায়বু মিনাই মচাসিদি, নং ঙসিমক ব্বারকহনগে খঙগনি (চৎকে তৌবা)

নিংথৌ ঃ ঙাইখো! লেপইবা খোঙফমদুদা লেপ্লগা মুন্না তাউ। নহাক্তি নশাগী ফাওবা মপু ওইবা ঙমজদ্রবীনি। মন্ত্রিনা চান্নবগীদমক অয়োনপোৎনি। মন্ত্রিগা নহাক্না থাজিল্লম্বা কা অদু কেমেরা ফিট তৌবনি। শুপ্নগী ফোটোগী কোপি অমখক্তুনা নহাক্কী নুপী ওইবীগী পুন্সি, ছুটি —

লতা ঃ নহাক্কীসি ঐহাকপু ব্রেক মেল তৌগদৌরিব্রা ?

নিংথৌ ঃ ব্রেক মেল ? নত্তে।

লতা ঃ নৎত্রবদি করি ? সে - (লুপা পিবা) নহাক্কী ব্রেক মেলগী নেগেটিবশিংদো মাঙহনখ্রো অদুগা ৰাফম অসি নহাক্কী নচিন্দগী ৰাহৈ অমা ফাওবা কাঙথোরকপা য়ারোই।

নিংথৌ ঃ ফোটোগী নেগেটিব মৈ থাদোকখিবা য়াবা পোৎশক্নি। ঐহাক্কী চিনবান অসিসু য়েতুন্ন ফোৎচিনবা য়াই। অদুবু মিৎনা উখ্রবা, নাকোংনা তাখিবা - থম্মোয়দা তাখিবা মমিদি মুখৎপা য়ারোই।

লতা ঃ নহাক্কী থম্মোয়দা তারিবা মমি অদুসু মুখৎপা তাবনি।

নিংথৌ ঃ মসিসু মুখৎপা পাম্লবদি - নহাক ঐগী ওইবা তায় -।

লতা ঃ করি, মচোংপাক নাইদবা ৰা - ?

নিংথৌ ঃ ঐগী হায়বদি ঐহাক্কী মী! নহাক ঐগী ইচানুপীগী লেঙ্গা ওইরমগনি। ঐহাক পাখ্রা ওইরবসু, মীগী মিনাই ওইরবসু - নিঙোল পোকপী মপা অমনি। চহি ৩০ ফাওবা পূন্সিদ্রবী নখোয়না মীহাৎপুঙগী পূন্সিগী মরমদা করি খঙগনি ? নখোয়গী চহি মতাং অসিদি লুবাকুংগী লাইথিগী পূন্সি ওইরি। শান্নপোৎনবু করি ৰাখল খনগনি, কনাদা পাউহোম্লকপা য়াউখ্রে ? মল্লগা মপুনা হুন্তোকলোইদ্রা ? ঐ খঙই, মন্ত্রিনা নহাক্কী নপুরোইবা কদৌনুংদ ওইরোই, নহাক্ক মহাক্কী নুপী, লিগেল ৰাইফ ওইগনি খনবদি নমঙদা ফাওবা ওইথোক্রোই। নখোয়গুম্বী পুকচেল ৰারকপা ঙমদবী ছাত্রী খরনা, সরকারগী লোইশঙদ থবক শুজরিবী কর্ম্মচারী মৈতৈচ… কয়াগী মিংচৎ থিহনগনু। পোকপদা ঙাযরিবা অঙাং কয়া মিহাৎপুংগী মচি-ময়াদা হুন্তোকলিবা মমা ওইবীশিংসি নখোয়গুম্বী নত্তরা ? ওইফ… থোকই, নত্তে হায়দুনা চেনবা য়ারোই। ঙসি হুন্তোক্লরিবা পোকপদ ঙাইরিবা অঙাংশিং অসি লুহোংদ্রিবী লৈশাবীগী মচা ওইফম থোকপনি লতা — নিপাদি বদনাম চার-চারগা মীনা ব্যবহার তৌবসু লৈ। নুপ… নখোয়গী খাইদগী চাউবা য়েরূবদি বদনামনিকো। নিঙোল ওইবী খুদিংম… মপূন্সিদা বদনাম মচেৎ অমা ফাওবা চাদনা হিংহন্নিংই। নহাক ঐহাক… কনাসু নত্তে, অদুনা নহাকপু ৰারকপগী অধিকার লৈতে। নিঙোল পোকপ… মপা অমনা পামজবদুদা ফোংদোকচবনি। মান্নি ঐহাক মিনাইনী, মে… শাহেবপু ইস্কোর্ট তৌফম থোকই, লেঙঙসি —

লতা ঃ পাবুং .... (কপই, খুরমই — চেপ্তোকখি)

নিংথৌ ঃ লতা —! ঐগী নুংগুম্নবা ৱাহৈনা লতাগী মিংশেলগুম্বা থম্মোয়দা পানখ্রবা? মিংশেলনা শিংনা শানা কায়রবদি করিনা ফোৎপা য়াগনি-? ড্রাইবর! লতাবু ময়ুমদা দ্রোপ তৌবিরু — (বেড়ি -) ডাঃ সিনহা থাজিল্লকউ —

ড্রাইবর ঃ ঐহাক লতাবু থিঞ্জরুরগে, অদুগা - ডাক্তর লৈরে।

নিংথৌ ঃ মফম অসি য়ৌরক্লব্রা? মতৌ করম্না পুরকই কনা কনা খঙহৌই?

ড্রাইবর ঃ লম্বিদগী হাইজেক তৌজরকপনি, শাক্কি লৈরোই।

নিংথৌ ঃ লাতাদা মহাক্কী দরকার ওইবা পূন্নমক ঐঙোন্দগী মপামক্লি খন্না লৌরবা য়াগনি হায়রমউ। মহাক্কী শেন অসিসু পিবিরমউ। ব্রেক্কীদু রেদিদা লৈয়ু হায়য়ু। ডাক্তর থাজিল্লকউ চৎলো — (ডাক্তর চংলকই)

ডাক্তর ঃ হকচাংবু করি ওইনা ঙমবিদবা ওইরবনো?

নিংথৌ ঃ হকচাংগী মিহুন য়েংবিদ্রবসু, ৱাহং পাউখুম খরদংদ ঐহাক্কী অনাবগী লাইওং ডাক্তরনা খঙবদা পংলু লুনা থোকলোই।

ডাক্তর ঃ ৱারী অমুক্ত লিবিয়ু।

নিংথৌ ঃ ডাক্তর অয়াম্ব ইনাক কৈরাক খুনবা, চাবা থকপদা য়াখোঙ ফুনবা ইমুংগী মচা-মগু মক্তনি-কো — হায়বদি, লাইরবা ইমুংগী মচা মগুদি ডাক্তর তম্বা থাবা ঙম্নদ্রি?

ডাক্তর ঃ অচুম্বনি।

নিংথৌ ঃ অদুনা, ডাক্তবনসু ইনাক কৈরাক খুনবা হায়বদি মীনা ব্যবহার তৌবা ইমুংগী অনাবা লাংয়েংবদা হেন্না থবায় যাউই। শেন্ন ডাক্তর তম্লুবনিনা শেন দরকাব ওই হায়জবিবা? সবকবেনা নহাকপু ডাক্তর অমগী পিফম থোকপা তলব পিরগা থম্লি, হোষ্টপিতালদা অনাবা পুখৎলকপা মতমদা নহাক্কী দিউটিগী পুংশিংনা হেন্না লুনা থনবা চুমই হায়না খনব্রা? লাইরবা সঙ্গ লৈজদবা মীবু হোষ্টপিতালদা অনাবা লায়েংবা পুখৎলকপদা ইকাই-শঙ্গোই হাঙহল্লিবা, নহাক খঙদে ভঁদে হায়দুনা খূম্বা ঙমগদরা? (ডাক্তর চৎখিগে তৌই) ঙাইখো! নোংমা হোষ্টপিতালগী ভেরেন্দদা নুপী অনাবা অমা লায়েংনবা হিদাক লৈনবা লুপা লৈতবদগী মঙকশমদা শিবা লুপাগী লিক মরীদু থৎলগা ফার্মাসিদগী হিদাক লৈবা চেল্লুই, হল্লকপদা ডাক্তরনা শাউরংননা হায়খি —

ডাক্তর ঃ ঐহাক্লা?

নিংথৌ ঃ উম, নহাক্লা। লৈরুবা হিদাক অদু হন্দোকউরো, অশিবা মী হোষ্টপিতালদা কুইনা থম্বা য়াদে, পুথোকখ্রো। হোষ্টপিতালগী ভেরেন্দাদা মরাইবক থিরবীদো, নিপা অমগী নুপীনি, মচাগী মমানি। নহাক্কী নচিন্দগী নহাক্কী পেলহৌদবা, অৱাবা ফোঙদোকপগী ৱাহে অমত্তং ঐগী নাকোংদ তাহনবিরম্লবদি ঙসি ফাওবা লায়রনা পোক্রক্লবা ঐহাক্কী থৱায়না নহাকপু ঙাইদুনা লৈরমখিগদরা? ঐহাক্কী অনাবসি করম্বা লাইনানো, করম্বা থেরাপিনা লায়েংবিগদৌরি? ডাক্তরনা অনাবা হাৎপদা কেস লৈতবগুম মীহাৎপুঙগী নিংথৌগী চৈরাকসু ৱায়েন্নবা আইন লৈতে। ব্রেক্কী!!

(ফিমু শেৎপা মাইখুম উপ্লা মখুত্তা সাইলেন্সর রিবোলবর পায়বা নিপা অমা চংলকই)

নিংথৌ ঃ ডাক্তরগী দক্ষিনা চাউনা কৎখো। লাইবক্ত অঙাংবা থম্বাল শাৎহল্লু। — মুন্ন তাউ। ডাক্তর হায়বসি মীওয়বা ঐখোয়গীদমক্তদি মী পোকপা-শিহনবা ঙম্বা অনিশুবা ঈশ্বরনি। লায়য়েংবদা ইনাকখুনবা লাইরবা খায়ফম থোক্তে। ইনাক খুনবদগী লৌবা য়াবা লৌবিয়ু, লাইরবা উপাই লৈজদবদা খরসু থোংদোকপিয়ু। থোইদোক্লা নংলোই। য়াৱা ৱাহে খেনফম ফজবদা, মী অমদা উৎফম থোকপা ব্যবহার উৎপদা ডাক্তরগী টাইটল মাঙখিগদবা নত্তে কো। নহাক্কুম্বা ডাক্তর সমাজগী য়েক্লবনি।

য়ারে, ব্রেক্কী নথৌ পাঙথোক্লোদনা। (ডাক্তরবু মরাইক্ত কাপ্লগা হাৎলি) অশিবা মশাসি অচিকপা মফম অমদা — ক্লিক! (পুথোকখ্রে)
(নিংথৌ বেড়ি অমা থকই)

—

৭

## মন্ত্রি রঘুমনিগী ক্বাটর (থংনবা নুমিৎকী অয়ুক)

রঘুমনি মৈতৈলোনগী খবর অমা পায়রগা ফিংনা চৎলি।

রাঘুমনি ঃ মশক খঙদবা, মশক খঙদবা? অন-আইদেন্টিফাইড গনমেন? মশক খঙদবা নোংমৈ পায়বা নহারোলনা ওফিসতগী তলব পুখরে, বেঙ্কতগী লুপা লাকখরে। মশক খঙদবা মীনা নোংমৈনা কাপ্লম্বদগী ডাক্তর সিনহা শিরে। মশক খঙদবা মীনা নোংমৈনা কাপ্লদগী শিখিবা মীগীদমক সরকারনা কয়া কুইনা এক্স গ্রেসিয়া পিখিবা তারি? মশক খঙদবা? করিগী মশক খঙদবা? জয়কুমার —! (পুলিস এস পিগী ইউনিফোর্ম, ষ্টমার্ট ওইনা থোরকই)

জয়কুমার ঃ — করি তাকপিগদবা পাবুং?

রঘুমনি ঃ ডাক্তর সিনহা কাপখ্রে?

জয়কুমার ঃ ঐহাক স্পোট য়ৌরুরে পাবুং।

রঘুমনি ঃ অকাপ্পা মী মশক খঙদে, মমিং খঙদে —?

জয়কুমার ঃ অশিবা হুন্তোক্লম্বা লমহাং অদুদদি মীহাৎপা মীদুগী ফোটোদি তারমদে।

রঘুমনি ঃ অশিবগী মিৎনহাদা অহাৎপা মীগী ফোটো করিগী তারোই? শাক্কিনা খুমদ্রগা কোর্ট তা কেস ফেল ওইখিবদি য়ায়। মীহাৎপা মী পুলিসনা করিগী খঙলোই? ডাক্তর সিনহাগী লাইফ হিষ্টিত্রি সিট কুপ্না একজামিন তৌ। মহাকপু হাৎপগী মরম করিনা ওইবা য়ায়? ডাক্তর সিনহা হাৎখিবগী কেস অসি নহাক নশানা ডাইরেক্ট সুপরভিসন তৌগদবনি। ঐহাক নখোয়না শিজিন্নরিবা অন-আইদেন্টিফাইড গন মেন মশক খঙদবা নোংমৈ পায়বা মী, হায়বা ৱাহৈ অসি নহাক্কী নফমদগী তাবা পামদে।

জয়কুমার ঃ পুলিসসি পাবুংনা ওইবরম্বনা হেন্না ফরনি।

রঘুমনি ঃ নহাক্কী ডিয়ুতি মশক খঙদ্রে, পাঙথোক্তে হায়বা নত্তেনে।

জয়কুমার ঃ ঐখোয়সু মীহাৎপা, শেন লাকপা মী ফা-নবা হোৎনরি।

রঘুমনি ঃ চহি কয়া হোৎনদুনা লৈখিগদৌব্রা?

জয়কুমার ঃ ফাদ্রিবা ফাওবা।

রঘুমনি ঃ ক্রিমিনেলনা পুলিসতগী হেন্না শিংহনবা হৌনদে। মরাল লৈবা মীদা মতম শাংনা পিরবদি — নহাক ঐহাক্কি পূল্সি ফাওবা তেমশিংনরকপা য়াই।

জয়কুমার ঃ য়াবা নত্তে পাবুং, খোঙফম অমা শোয়খিবদা ঐখোয় লাইবক থীগদৌরবনি।

রঘুমনি ঃ মদুদি খঙব্রা?

জয়কুমার ঃ নচা খংজে।

রঘুমনি ঃ বি কিয়ারফুল!, মাই সন! পুল্সিগী খোঙথাং খুদিংদা খোঙফম চেৎনা লেপ্পা কাউগনু। ডাক্তর সিনহাগী হকচাং পুধখ্রবরা?

জয়কুমার ঃ পুধখ্রে।

রঘুমনি ঃ অদুদি ঐহাক অশিবা অমুক্তা হংউখিগে —, মেমনাউবী! নবুংগী কোফি — (চংখি)

মেমনাওবী ঃ তামো, কোফিরো চারো -? পুলিসকী হৌনশা চা পুরক্লে কোফিদি কদায়? কোফি শেমলে চা, মনিং মমাং থৎলগা ঙাংবিগদবগী শরুক — চারো, কোফিরো —?

জয়কুমার ঃ নহাক্কা শেন্নিংবা অমা শেন্নগা পুথোরকপদা ঐহাক্কী পেন্দবা ওইরম্লবসু লংখায়খরগা লোয়রে। নহাক্কীসি মখা য়াম্না তাধরক্কদবা মাম্লে, ঐহাক চাসু কোফিসু অমত্তা থকচররোই। য়ারেকো—?

মেমনাওবী ঃ ওফিসার ওইরবদি মীচেন ওইগদবনি অসিরা?

জয়কুমার ঃ মেমনাওবী?

মেমনাওবী ঃ তামো, নচনসু খঙজেদা —

জয়কুমার ঃ করি খঙইবা?

মেমনাওবী ঃ অচৌবশিংনা সেনিমা য়েংনিংঙকপদা, দুকান্দগী পোৎ অপাম্বা লৈনিংবদা হুকুম তৌরগা সিফাই মচাশিংনো শিনবা ঙাক্তনীদা। বাকিসু মখোয়গী মমিংদা, পৈশা শিংবসু মখোয়গী তলবতগী। অদুগা অচৌ-অশাংশিংনা

এ সি আর অওটষ্টেন্দদিং লৌবিবা? মমৈদা সিফাই নৎত্রগা ওফিসার মচা মশুদুনা চীঙদা ট্রান্সফার চৎখিবা।

জয়কুমার ঃ পাবুংনা মন্ত্রি ওইরে হায়বগী মতিক নহাকসু ভাষন পিবসি হৈরেনে? ঐহাক, নহাক্কী চা নৎত্রগা কোফিদো থকচররোইয়ে। মেমনাওবী, নহাক্না নবুং ঐঙোন্দগী অপাম্বদু করিনো?

মেমনাওবী ঃ ঐহাক হৌজিকমক এয়ারপোর্ট তা চৎপা পামই।

জয়কুমার ঃ মরমদি —?

মেমনাওবী ঃ ঙসি ইনম্ম বোম্বেদগী ডাইরেক্ট এরোপ্লেননা থুংলগদৌরি — অদুনা ওকপা চৎফম থোকপা —।

জয়কুমার ঃ ইনম্মা হায়বদি কনা?

মেমনাওবী ঃ শাগৈগী। অরাপ্প ইনম্ম নত্তে। ঐহাক্কী অমত্তা ঙাইজরবা তামো অদুগী থবায়গী চান্নবী ইনম্মা রাজকুমারী —।

জয়কুমার ঃ ঐহাক্না পেন্দবা খরদগী পুন্সিচুপ্পা পাখঙ ওইখিবা তারবদি — কনাদা ইনম্মা কৌগদৌরিবা?

মেমনাওবী ঃ ও! কৌহল্লরোয় অসিনিনে? তমোনা টেলিগ্রাম থাখিবগী মতুংইন্না থুংলগদৌরবী ঐহাক্কী ইনম্মা ওইগদৌরিবীদু এরোপ্লেন এক্সিদেন্ট থোক্কুনা শিখ্রবদি ...

জয়কুমার ঃ মেমনাও! হোলড ইয়োর তং!

মেমনাওবী ঃ করিগীনো লাউরকইবদি, শাউরিরো? শান্তি, শান্তি — শান্তি। নচম্নুপীনা হঙ্গৎচবদি ঐহাক্কী ইবুংগী থবায়না খোয়দাজবী বোম্বেদা এম এ তম্লিবী রাজুমারী হায়বিদো, তামোনা রাজু কৌজবীদো — ঙসি বাই ইয়ারনা থুংলরগনী হায়জবনিদা-। রাজুবু শক খঙবিদ্রে, নিংশিংবিদ্রে। ও! ঐহাক্তগী মী ওইরম্বা তারে। মদুদা ঙসি শিরে হায়রদি ফত্ত্রনিদা — মীগী মশক খঙগে —।

জয়কুমার ঃ হায়হৈদেনে মেমনাওবী। নং ঙসি মতোইনরা?

মেমনাওবী ঃ ওকপসি চৎলরোই, চৎত চৎলরোইকো-? চৎনিংদ্রেনে?

জয়কুমার ঃ কনাগীবানো?

মেমনাওবী ঃ তামোনা খুদক্ত থোরকউ হায়দুনা টেলিগ্রাম থাখিবীদো।

জয়কুমার ঃ নখোয় নুপী হায়বা জাৎ অসি লাইরিক্কী বা হায়রগনা ইমান্নবীগীদা লাইরিক নৎত্রগা নোট লৌবনি হায়দুনা মকে শেন্নগা হেক্ত চৎখিবা, অদুগা মীগী অরোনবা পাউনা কোমা-সেমিকোলোন চিখদবমখৈ ফাবা!

মেমনাওবী ঃ নুপী য়াউদ্রবদি সংসারসি ওসার ওইরেদনা।

জয়কুমার ঃ পুং কয়াদা ফার্ষ্ট ফলাইট ইম্ফালদা থুংলবগে হায়বা ফাওবা খঙদবী নহাক্না ঐঙোন্দা বা ঙাংইবনিনে?

মেমনাওবী ঃ পুঙ কয়াদা থুংলগদবনো?

জয়কুমার ঃ নিপালগা মিনিট ৩০। নহাক্কী ঘাড়িদু চৎত্রবরা? কয়া তারে?

মেমনাওবী ঃ মাপল মখাই তারে।

জয়কুমার ঃ ঙশাইনা য়ৌরকখ্রবনি। ময়ুম য়ৌরম্লনী। এয়াপোর্টতা চৎসি হায়বা নৎত্রা? লোয়শিল্লুরোদনা চৎলসি —

মেমনাওবী ঃ থুংলবগী মতমদি ঐহাক্তি খঙদি খঙদনা। তামো - নঙ য়াম্না ফত্তে, খোইদৌশি শাউগৎলকইকো — ঙশাইনা থুংলরে হায়বা? নং নং ... (মবুংগী মথবাক্ত খুতুম্না শুবা)

জয়কুমার ঃ (মপাল্লোমদা য়েংথোক্লুবদা রাজকুমারী লাকপা উবদা) — ও ... মী হাৎলে, মী হাৎলে —, বোম্বেদগী মী থুংলবদা মহাক্না ওকপা চৎহৌদ্রগা ঐঙোন্দ তায়নবিরে। হো মী হাৎলে —!

মেমনাওবী ঃ ঐঙোন্দ মতম খঙহন্দবা! নং নং .... (ফুবা লেপতে)

জয়কুমার ঃ হো মী হাৎলে, হাৎলে —। (রাজকুমারী চংলকই)

রাজকুমারী ঃ কনানো শিরিববো, ঐগী মীরো মীগী মীরো?

মেমনাওবী ঃ লুখ্রাবী ইনস্মরো বা ঙাংবিররিবসিবো -?

রাজকুমারী ঃ নবুংনা শিরগা ঐহাক লুখ্রবী ওইজরেদনা। নংনা শিরবদি অমদু পাখ্রা ওইজহৌরেদনা —

মেমনাওবী ঃ অমা হায়বদি কনা —?

জয়কুমার ঃ নুপী মশেন্নীনা খঙনরমগনি, ভাবপু হায়জরিবা?

মেমনাওবী ঃ ভাবপু হায়বা য়াব্রনে? মৈতৈরোল ফাওবদি লান্নরোইসিদা —।

জয়কুমার ঃ প্রমানদি —?

মেমনাওবী ঃ প্রামানসু য়াদে। বা ঙাংবসে অশেংবা খঙলগা ঙাংবিগদবা?

জয়কুমার ঃ অশেংবা খঙজদবগী খঙদবা, ঐহাক্কী ইচন্নুপীগী নুংশিনবা নিপা ঙসি ফাওবদি, হে গোবিন্দজী ইবুংঙো, লৈরমদবা ওইরসনুকো।

মেমনাওবী ঃ অদুদি তামোগীসু নুংশিনবা নুপী লৈতবা ওইরসনু? ইনম্মা চাক চারব্রা

জয়কুমার ঃ কয়ুমগী ইনম্মনো? ঐহাক্না লুহোংদ্রবদি নহাক্কী ননম্মা লৈখিগদরা?

মেমনাওবী ঃ নুপী মশেন ৱারী চখরিঙেদ নিপা নহাক্না মরক থৎপসি লেম্ব ৱাৎপনি।

জয়কুমার ঃ ওকে! ৱাফম অদুমা ঐহাক নৌনা খঙজিঞ্জরে।

রাজকুমারী ঃ ঐহাকপু চহি অমগী মতুংদা ইম্ফালদা থোকচরকপদা অঙাওবী তাহনবিগনুকো — ঐহাক কৌথোকপিরকপগী মরমবু করিনো?

জয়কুমার ঃ থোইদোকপা খুদোংচাদবা থেঙনরক্কনা য়ৌবিরকএদনা?

রাজকুমারী ঃ য়ৌজরক্লবীনে। টেলিগ্রামগী মরম?

জয়কুমার ঃ য়ুম য়ৌবিরুরবা নৎত্রনে?

রাজকুমারী ঃ চংজরুরে। ফি ফাওবা হোংদোকচরক্কবা মখে —

মেমনাওবী ঃ রিপোর্ট তৌবা চেল্লকইবা, নুংশিদ্রা? ঐবু ইখঙ খঙদবদৌনা। খঙবা জাৎনিদা ঐহাকসু?

রাজকুমারী ঃ ঐ মরম খঙজনিংই।

জয়কুমার ঃ থুংলরে - নুঙায়রে। পোখাবিরো, মরমদি হোরেল চিক্না খন্নরসিনে?

মেমনাওবী ঃ অচ্ছা, ঐহাকপু তাহন্নিংদবা, লোন্না ৱারী শান্ননিংবগী ৱানিনে? ভেরি গুট। হি ইজ কমিং। হাল্লো মাই ডিয়ার! প্লিজ কম ইন, কম ইন —।
(মেমনাওবী কোয়বা নিপা রুমি চংলকই)
নংগী ঘাড়িদু চৎত্রবরা, হায়নখিবদগী মিনিট ১০ থেঙদ্রা?

রুমি ঃ সোরী মেম, আই এম রিএল্লি সোরী — এক্সকিউজ মি।

মেমনাওবী ঃ হায় ঐহাক্তি নহাক্কী মীনিনে। ভুট! নমাংদা লেপইবসি অমনা ঐহাক্কী হোনেবালী ইনম্মা, অমনা ঐহাকপু হাৎকে তুপকে ঙম্বা পুলিশসু ওইরিবা ইবুং — ইবাই কৌনে।

জয়কুমার ঃ বা! জিনদাবাদ! কুমশিগী ছাত্রী নিঙোলসিংগী ডাইলোক ফজে। জিন্দাবাদ!

মেমনাওবী ঃ (রুমীদা) করিগীনো তুমিন্ন লৈরিববো? এনি নিপা অমদা ইবাই কৌবদা ইকায়নিংঙাই মরম করি লৈবগেনে? ঐহাক্না নঙোন্দ লৈবা ওর নহাক্না

*ঐহাকপু নহাক্কী নুপী ওইনা লৌবা, ডেট ইজ ওপ টু মি, মদুগী বাফমদু* ঐঙোন্দা লৈ। ঐহাক য়ুম পানবদা পৃথিবীদা লৈরিবা কনাগুম্বা মী অমত্তগী অধিকার লৈতে।

জয়কুমার ঃ বা!

মেমনাওবী ঃ (রুমীদা) নংনা ঐহাকপু ফনা য়াম্না পামজরবসু ঐহাক্ক লৈবিদ্রগদি লোয়রে। হাই ভুট! ইবাই হায়বা মিঙ্গৌ অসি মচন্নুপী লৈতবা মীদসু কৌবা য়াবনিনে। নহাকপু নরোল থোক্কব্রাও নচিন পান্দব্রাও ? হায়রো—

রুমী ঃ করি হায়গদৌরিনো, অরেম্বগী লাকচরম্লেদা —

মেমনাওবী ঃ কৌরিববু লাক্তবা য়াব্রাও, নংগী গার্ল ফ্রেন্দবু ফাগী ওইনা খনব্রা ? হায়য়ো - ইবাই।

রুমী ঃ ইবাই

মেমনাওবী ঃ ঐখোয়না ইবাইগীদমক পাঙজবা ঙম্বা হায়ববু —

রুমী ঃ ঐখোয়না ইবাইগীদমক পাঙবা ঙমজবা হায়ববু

মেমনাওবী ঃ ৱারী ঙহাক শাবিহৌখো —

রুমী ঃ ৱারী ঙহাক শাবিহৌখো -

মেমনাওবী ঃ ঐখোয় অশ্বাই ফাওবদা কোইজরুগে -

রুমী ঃ ঐখোয় অশ্বাই ফাওবদা কোইজরুগে -

মেমনাওবী ঃ য়ারে লাকও চৎসি লাকও (মখুৎ পাইরগা চিংবা)

জয়কুমার ঃ কদায় ফাওবা চৎকদৌরিনোনে ?

মেমনাওবী ঃ নক্ক লৈরগা মীগী তাহন্নিংদব ৱারী তাগদবগী শরূক, থাপ্না চৎলগা ঐখোয়গী ৱারী শাজরুরগে। হৌজিক্তি ঐহাক্কী মী লাক্লবনিনা মীগী ৱারী তাবা শংজদ্রে (রুমীবু চিংথোকখ্রে)

জয়কুমার ঃ মেমনাওবী, ঙাওশিন্ননু থাপ্না চৎখ্রনু, ঐ ওফিসতা চৎকদৌরবনি।

রাজকুমারী ঃ ঐখোয় মেমনাওবীসি মঙাও থীনা ঙাওখ্রেদা!

জয়কুমার ঃ চহি কয়া ঙাওগনি ?

রাজকুমারী ঃ ঐখোয়নবুদি হাল্লনিদা, নৎত্রনে ? নত্তে ঐবু কৌথোকপগী মরমবো ?

জয়কুমার ঃ ৱারী হোরেন তপ্না শারসি।

রাজকুমারী ঃ ঐ হৌজিকমক খঙনিংই।

জয়কুমার ঃ নহোয় পাবুংগী অনাবা হেঙ্গিল্লে, লায়েংবগী মতম হেনখিদৌরে।

রাজকুমারী ঃ পাবুংগী হকচাং করি ওইনা ঙমদ্রিবা?

জয়কুমার ঃ ঙমদবা নত্তে ঙম্মনবগী ৱাফম্নি। পাবুং ঙসি ফাওবা বিড়ি চিংলি।

রাজকুমারী ঃ হৌজিক ফাওবা বিড়ি থক্লিবা? হয়েংদগী ঐনা পাবুংবু বিড়ি থকহন্দ্রবদি-

জয়কুমার ঃ লাইনা ফগনি। ঐহাকসু ইঙগনি। ঐখোয় অহুমগী নহাক্লা, ময়ায়নি। অহুমগী তঙখায়দি অনিনিদনা?

রাজকুমারী ঃ অহুমগী তঙ্খায়দি অমা মখায় নত্তরনে?

জয়কুমার ঃ নত্তে। (খুৎ থেক্লগা) নখোয় পাবুং, নং, ঐ - পাবুংগী লাইনা থিংব তারবসু অনী শুবা নং, অহুমশুবা ঐহাক্কী মথা শাব থিংগদবসু অনীশুবা নং - অনী শুবা নহাকসি ঐখোয় অহুমগীদি সেন্টর ময়ায় নৎত্রা? মান্নিকো-। অদুনা ৱারী হোরেল ইঙনা সারশি, য়ারেকো — ? ঐ ওফিস' চৎখ্রগে। মেমনাওবী - ! নচেসি মতোমতা ঙাইরে —

মেমনাওবী ঃ (পাইশিল্লকই) কনাগী ইচেনো ইনম্মদা শিন্নরম্বা য়াদ্রাও?

জয়কুমার ঃ খঙজদ্রে — নহোয়না থোকপা কৌনজহৌরো।

রাজকুমারী ঃ হোরেল নুমিদাং ইচেগা চাক চামিন্নগদবনিকো, নুমিৎ তাদ্রিঙৈ য়ৌরকউ, য়ৌরে য়ৌরে (চৎখ্রে)

মেমনাওবী ঃ মসিনা ঐখোয়দা কোক লাক্লবদি ঐহাক চৎখিবা য়ারবনিসে। রুমী! (রুমী চংলকই, মেমনাওবীনা মবুক মপাদা ফুরিৎ মনুংদা মখুৎ হুমজিল্লি)

রুমী ঃ কৈনো? মসিদি পাইগনু। নখুৎসে শত্তোকও।

মেমনাওবী ঃ খুৎ ফাগনু কনাসু উরোইয়ে (রিবোলবর শত্তোরকই) করিগীনো নহাক্লা অশিবু পুরগা কোইচৎ চৎলিববো?

রুমী ঃ মীহাৎপুঙ ওইরবা ইরমদম অসিদদি মদুগী দরকার লৈ। ঙা অচৌবনা ঙা মচাবু পুময়োৎ য়োৎলবনিনা মচাগীসু হিংনবগী উপাই থিফম থোক্তবরনে?

মেমনাওবী ঃ (রুমীগী কুদাম লৌথোক্লগা ফুরিৎতু য়েংলগা — রুমী খোংগ্রাউ অমুবা ফুরিৎ চাউরাং লিৎলি) ঙাইখো, ঙাইখো - সে ফুরিৎসি অমুক্ত লৌথোকউ।

রুমী ঃ করিগীনো, ফিগা য়াউদে হায়বা।

মেমনাওবী ঃ য়াউদসনু। লৌথোকউসে — (নমদুনা লৌথোকই, মথক মখা ওম্থোকপদা অমুবা ওইরম্লে, মাইখুমসু য়াউরমই)

রুমী ঃ মেমনাওবী!

মেমনাওবী ঃ চিংনরিদো কনাসু উরোই। সে লিৎশিল্লু, (লিৎশিনবি, মাইখুম উপশিনবি - রিভোলভরদা অমুক রুমীদা অমুক চিংননা য়েংই, পাখৎলি) - ও নহাকসু অমা তশেংনা ওইরবা? মাইখুম লৌথোকই, ফুরিৎ অরাংবা লিৎশিনবী) রুমী, করিগুম্বা নহাক্না ঐহাকসি চেল্লসি হায়বদা য়াদ্রবা, নং মদু - ঐঙোন্দা শিজিন্নবা ঙম্লনি খন্ন পাইরবনিনে?

রুমী ঃ নহাক্কী নমিংগী গুলীদি য়াউদে।

মেমনাওবী ঃ রুমী, অশাই ফাওবদি ননাক্ত লেপ্পদা, নহাক্ক ব্বারী শাবদা, ঐঙোন্দা হায়নিংঙায় লৈতনা নুঙাইজরমই, হৌজিক্ক কপ্লাক নিক্লিবা ইশা ইপা পাখৎলিবসি করিগীনো? রুমী - (মপি)

রুমী ঃ (ঘাড়ি য়েংলগা) পুঙফম্ন ঐহাকপু কৌরে। ঐ সিদা লৈবা য়াদ্রে। মেমনাওবী, ঐনা নং পায়রগা ব্বাশক্লিবসিনি শুপ্নগী চান্ছ অমখক্তং পিয়ু, মদুগী মতুংদগীদি ঐগী খোঙ খুৎ লৈ ককথৎলগা ননাক্তা থমগে থমজরো নৎত্রগা শাহিং চাবা কৈগুমশং জেল মনুংদা ঐবু থমগে নহাক্কী ননিংনি, ইশানা ইশাবু খুলাইগা কোন্ননা সরেন্দর তৌররগদবনি। গুট বাই।

মেমনাওবী ঃ বাই, গুট লক রুমী! নহাক ফাগ্নবদি -

রুমী ঃ ঐবু ফাবা হায়বদি শিবনি, ঐ শিখিরোই। কম এন্দ লেট মি গো। (থোকমিন্নখ্রে)

—

## ৮

# মন্ত্রি ইবোহলগী য়ুম (নুমিদাং)

রানী ঃ নুমিৎ তাখিবদি কুইরে। ইনিংথৌ খোংদোইরক্তরে। তারিবরা মীনাই নিংথৌ। নবুংঙোবু থিরুচো —

নিংথৌ ঃ মালং ইচিক্তুম থেমবিয়ু। থরায় মাবু নুঙায়থোকপিয়ু। য়ৌরক্লনি কুইররোই। পাংলাপ লাপ্পা চৎলমলোই। (চংলকই মন্ত্রি) ইনিংথৌ! স্না শঙ্গায় য়ৌবিরক্লেদনা। মহারানীগী মিপাইরবা থম্মোয়বু চেৎনা থাগোন্নবীগনিদো ইনিংথৌ।

মন্ত্রি ঃ করিগী পুক্লিং তয়াং তশোয়রিবনোনে রানি। হরাউ মিনোক তমলো। এলেকশনগীসু মিপাইনিংঙায় লৈতে। নমথেক্তুনা কাগনি।

নিংথৌ ঃ অচুম্বনি মহারানী শোয়দনা কারনি। শোয়ররোই।

মন্ত্রি ঃ মীনাই নিংথৌগী ব্রাকৎ, ঙসি থবক ওইনা পাঙথোকলে। ঐগী ইমিংদ লৈবা মাল-চাং, লৌরি-য়ুম্ফম অমত্ত খাক্তনা, মহারানী! নহাক্কী নমিংদা নামা ওল্লবনি। ঙসিদগী নহাক ঐগী শমপত্তিগী মপুরেম্বী ওইরবনি। রানী নখুৎমক্লা লানবা হুইস্কি ঙসিদি খৌবুম থন্ন পিথকউ। (ব্রেক্কী থুনা চংশিল্লকই)

ব্রেক্কী ঃ রানী, পিথক্কদবা পিথকও পিজনিংবা পিজরো। ঙসিদি মন্ত্রিগী লাইবক্তা থম্বাল অঙাংবা শাৎলগদবনি। নখোয় অহম্মক খোঞ্জেল অমত্ত থোক্লক্কনু।

মন্ত্রি ঃ তম্ব কনানো? শন্ত্রি!

ব্রেক্কী ঃ কৌবদা তাররোই। ক্লোরোফোমগী চুরুপ থকহৌরবনি, মন্ত্রিজী! সধারন মীচমদগী এম এল এ অদুদগী মন্ত্রি। মীচম প্রজানা শোকপা ফংদ্রবা অৱাংবা গাদিদা কাখৎপিরবা নৎত্রা? চানিংবা চা, থক্লিংবা থক লুপা শমপতি মিনাই। মহারাজদগী হেন্না নুঙাইবিরবা নৎত্রা? মন্ত্রিজী পুন্সিদগী হেন্না নুঙায়বা পুন্সি অমমক লৈরম্ররোই। নুঙায়বনা পন্দোম লোম্লবদি

শিরবসু পেল্লগদবা নৎত্রা? লৈবাক্কী মপী মপা ওইবিরিবা মন্ত্রিজীগী লাইবক্ত অঙাংবা থম্বাল অমত্তং ঙসিদি শাৎহঞ্জরমগে এক্সকিউজ মি (নোংমৈ এম তৌরগা চংশিল্লকই)

মন্ত্রি : মীনাই নিংথৌ!

নিংথৌ : ইনিংথৌবু কনবিয়ু, ঐগী থৱায় লৌবিয়ু —

ব্রেক্কী : য়ারোই। মহাক্কীদমক্ত শাবা গুলীনি মসিদি।

মন্ত্রি : মীনাই নিংথৌ!

নিংথৌ : ইনিংথৌ! (কোন্নবা, নিংথৌনা মখুৎ অনিমক কোলশিল্লি ব্রেক্কীনা মন্ত্রিগী মশমদু মখুৎ ওইনা পায়রগা মরাইবক্ত কাপই)

ব্রেক্কী : গুট বাই মন্ত্রিজী!

রানী : ইনিংথৌ! (লেকথখ্রবা মন্ত্রিবু কোনগে তৌই ব্রেক্কীগী নোংমৈ চিনদোন্দু রানীগী লাইবক নকশিল্লকই)

ব্রেক্কী : সতিদি মপুরোইবগী তুং ইনগদবনি ঈগী চন্দোলনা লায়বক্ত লৈতেংবিরগে।

নিংথৌ : (শিরবা মন্ত্রিবু থাদোক্লম্লগা রানীগী মমাংদা লেপ্লগা) মদুদদি ঙাকপিয়ু। রানীবু কনবিয়ু। ঐবু হাৎপিয়ু।

ব্রেক্কী : হাস্তোকউ। গুলীগী মমাংদা লেপকনু। মশাগীদা য়েংবা মন্ত্রি লোইশিনবগা লোয়ননা মাগী তলবনা লৈবা নত্তবা শমপতি মরল-মথুমসু মাঙহনগনি। মন্ত্রিগী শম্পত্তিগী মপুদি মহাক্নি। মহাকসু হাৎপা তাবনি। হন্দোকউ —

নিংথৌ : ঐবু হান্না হাৎলু ঐ শিরবগী মতুংদা মহারানীবু হাৎপিয়ু।

ব্রেক্কী : মীনাইনা পাম্বোম তিংলক্কনু। রানী, নপুরোইবগী তেংথানবগীদমক পুং খরা মতম পিবিগে অদুগা মীনাই নিংথৌনা নহাকপু কনগনিদি খনগনু। নহাক্কী নমিগুম ঐনা নংবু শেন্নদুনা লৈরগদবনি। ঐহাক নোংঙাল্লমদাইদা লাক্কনি, ননাক্তা মী শঙহল্লন্নবদি হেন্না শাথিবা মিহাৎতা হাৎকনি। রানী, নপুরোইবগী মতুং ইন্নবগীদমক শেম শারম্মোকো সতী সাবিত্রি! (মতুং হনখি, মাঙখরে)

নিংথৌ : মহারানী (কপই, মপি তৈথোক্লগা) পুলিসতা তেলিফোন তৌবিগদরা (রানী চংখি, নিংথৌ বিড়ি থকই)

রানী ঃ (মনুংদগী) মীনাই নিংথৌ - (চেহোরকই) ফিমু শেৎপ নিপা, ফিমু শেৎপা নিপা - (পাখৎনা)

নিংথৌ ঃ ফিমু শেৎপা নত্তে, যোমরাজনি।

রানী ঃ অদুদি ঐ ...

নিংথৌ ঃ ননাইগী করি উপাই লৈরি?

রানী ঃ নত্তে নত্তে, নংনা ঐবু শঙগদবনি, কনগদবনি।

জয়কুমার ঃ (ইউনিফোর্মদা চংলকই) ও! মাই গোড! মন্ত্রিজীগী গনমেনদি?

রানী ঃ ছুটি লৌরগা ময়ুমদা চৎখি।

জয়কুমার ঃ পাবুং?

রানী ঃ মীনাই নিংথৌদি ঐহাক্কী নাক্তা নুংথিলদগী লৈ।

জয়কুমার ঃ মশক খঙবীহৌদ্রেনে?

রানী ঃ মাইখুম উপই, ফিমু শেৎলি।

জয়কুমার ঃ গেটতা শন্ত্রি লৈন-লৈন করম্না চংলকইবা? শন্ত্রি! (সিফাই অমা চংলক্লগা সলাম তৌরে) নহাক তুমউবরা?

শন্ত্রি ঃ তুমজদে সার। মন্ত্রিজীগা পাখং অমগা চংমিন্নখি। মন্ত্রিবু ইমুং ফাওবা থিনজিল্লম্লগা পাখঙদু চৎখ্রে।

জয়কুমার ঃ ফিমু শেৎপরা?

শন্ত্রি ঃ শেত্তে, ফুরিৎ চাউরাং লিৎলি সার। মন্ত্রিগী মী ওইনা তৌবদুদা মশক মুন্না য়েংজহৌদবনি।

জয়কুমার ঃ উরগদি খঙবা ঙমগদরা?

শন্ত্রি ঃ মশক্কু অশেংঙবা খঙদ্রবসু শাবানদি উবদা খঙবা য়াই।

জয়কুমার ঃ মশক খঙদবা ফিমু শেৎপা নোংমৈ পাইবা মী (ঝাখল) ডাক্তর সিনহাগী পানফমদুমক্তদা ... মীশকসি অমত্তনিসে - ও সি! নোট তৌগদবা হৌররোদনা - (ও সি চংলকই, চে অমদা শন্ত্রিগা নিংথৌগগী সহি লৌরবগী মতুংদা, শন্ত্রিগা ওসিগনা মন্ত্রিবু থাংদোকখরে) মীসি পংলাপ লাপ্পা চৎলমখিরোই।

রানী ঃ চৎলমখিরোই, নক্কা লৈরমখিনি।

জয়কুমার ঃ কমান্দোজ, কম্বাইন্দ ওপরেসন চত্থরো, মী অমা ফাওবা স্পেঅর তৌগনু। পাবুং! কোম্বীং লোইদ্রিবা ফাওবদি মফম অসিদা লৈবিখোকো।

নিংথৌ ঃ কদায়দগী, ঐদি থেঙখ্রবনি। য়ুমদা ইচানুপী মতোমতা ঙায়রম্মনি। ঐ য়ৌজখ্রগে রানী (চৎকে তৌবা)

রানী ঃ মীনাই নিংথৌ। নয়ুম শঙনবা শিফাই থাগে ঙসিদগী নহাক স্না কোনুংসি থাদোকপা য়াদ্রে। ইনাক্তা লেঙদনা লৈগদবনি।

নিংথৌ ঃ কুবেরগীদি মবেম্মা, মদুতদি তাকপিগনু ননাইদি ইরানয়াইদা, মীনাইগী ফম লৌথোকপিরবসু, হন্দবা য়াদবনি।

রানী ঃ অদুদি ঐহাকসু চৎপা তারে।

নিংথৌ ঃ করি য়াৱা কৌবগে মহারানী, মীনাইগী লাইর-খাংপোকশঙদা মহারানীনা করম্না? নত্তে নত্তে। ঐগী য়ুমদা ওইরবসু ফিমু শেৎপদুদি রানীগী তুং শোয়দনা ইল্লক্কনি।

রানী ঃ মীনাই নিংথৌ, নহাক্তি ৱাখল চাউবনি। ঐগী হিংনবগী লম্বি পিয়ু। শম্পত্তিগা ঐগী পুন্সিগা করিসু মরি লৈনদে (নিংথৌ তপ্না তপ্না চৎলি) অমুক্ত ঙাইবিখো, তাবিরিব্রা অমুক্ত ঙাইবিখোও - (নিংথৌগী ৱাখল লুশন্ন খন্থখি বিড়ি চমই) বিড়িদু ফান্ন-ফান্না, ঐনা হায়জবসি অমুক্ত তাবিয়ু। শম্পত্তিগীদমক ঐহাক থৱায় মাঙগদৌরবনি। ইচাসু লৈত্রে, ইপুরোইবসু চৎখ্রে। সংসার অসিদা ইরোমদোম পুন্সি লেনগদবসি খন্দুনা অমুক্ত য়েংবিয়ু, কয়াদা অৱাবগী মশক ওইগদৌরিবা? ঐখোয় মন্ত্রিনা মউ-মপান চাউরিঙেদ উতাংবীগী হৌনশা অৱাংবা উশাথক্তা তোংজখিবনি। ঐগী ইমিংদ পানবীরম্বা শম্পত্তি পুন্নমক - ইপুরোইবগী শ্রদ্ধ ফাওবদদি ঙাইবিয়ু, অমত্ত চিখদনা অদোমগী মিংদা পাঞ্জগে ঐনা হায়জবসি নাকোংদা হাপ্পদা ৱানা থোকপিবরা? ঐগী লৈতোনসি খারৌ অমোমগী মরৈ ওইনা খনবিরবসু, ঐনা হায়জরিবসে হৌজিক পনবা য়াবা মতাং নত্তে অদুবু ঐগী ইমিং অশেংবসু খঙবিরমগনী - বীনারানী কৌজে -, বীনা ঐগী থম্মোয়দগী অশেংবা য়াৱানি। ঙসিদগী য়াম্বুং কৌজরগে। মন্ত্রিনা, পেন্নবগীদমক ইচিনসিনা পলহৈদবা মিনাই নিংথৌ হায়বা ৱাহৈ কয়া পঞ্জখিবা, ঐগী ঈরালসি অমুক্তদি ঙাকপিয়ু (খুরমই নিংথৌ বিড়িদু চিংলগা খোঙফম হন্দোকই) ঐসু খঙজে ঐহাকী ইরালসি ঙাকপিফম থোক্তে, অদুবু য়াম্বুং! চংজরক্লবী উপাই লৈজদ্রবী অপঙবী

বীনাবু নুংশিবিদ্রবসু, অশিবগী খয়াত্তদগীদি কনবিয়ু। বীনারানী ঐহাক্কী অনৌবা মপোক অমা পোকহনবিয়ু। (অমুক্কসু খুরুমই)। য়াম্বুং - (মশা পাইবা)

নিংথৌ ঃ হুম! (মণ্ডলান্দা উংলুবদগী মিকপ খংথোক থোকই)

রানী ঃ য়াম্বুং করিগী পিরাংনো? ইচা রাজকুমারীগী মমা ইচেম্মগী ৰাখল -

নিংথৌ ঃ নত্তে। হুম ঐ য়ৌখ্রগে -

রানী ঃ ঐ ইতোমত্তা মফম অসিদা করম্না লৈহৌগদৌরিনো য়াম্বুং? য়ুমদা পুশিনবিবদু চুমই য়াবিফম থোক্তে, ইপাম ফাওবদংদদি থিনবিরমও। ঐ মাগুদা চচ্চগে (মাগুদা চৎলি কিবা) হুম! ঐ তুং ইঞ্জরক্কে (মতুংদা চৎলি, তুং হন্না য়েংই - কিরকই) য়াম্বুং! — (চেনখৎলগা নিংথৌদা কোনবা নিংথৌ লেপই, রানীদা মমায় ওক্সিল্লকই, মচিন্দগী মখুৎ অনিনা রানীগী ঙকশমদা পায়রগা খুবি অনিনা থৌরিগী অতোংবদা নাল্লগা মমায় থাঙ্গত্তুনা লৈরিবী বীনাদা য়েংই। অদুদগী থাদোক্লম্লগা প্রপ প্রপ চৎখি। বীনারানিনা তান্নখি)

—

৯

## রঘুমনিগী য়ুম (অয়ুক)

রঘুমনি অনোক উপ্লগা চিং লেম্না থোরকই খবর থিরকই। মপাল্লোমদা য়েংথোক্লুই।

রঘুমনি ঃ হাই পোপী, নহাক্লা খোঙলুরিদুবু হরাউরিব্রা চৈরিব্রাও, ইয়া - অঙাংমচাগা চপ মান্নরেনে। অচাপোৎ পিয়ু হায়রিব্রনে? ইসে মখোঙ অমোৎপা অসিনা চোংখৎলিবসে ফি-রোলসি লোইবা তারেনে। জয় - নুপীমচা! ইবেম্মহোয় য়ৌরক্লে। তারব্রা? (মেমনাওবীগা মপুরোইবা রুমীগা চংলকই, খুরমই) চংঙকউ চংঙকউ ফমউ।

মেমনাওবী ঃ পাবুং! সরকার কদৌঙৈ শেমগদৌরিগে? চিফ মিনিষ্টরদি কনানা ওইবা তারে? পাবুংসু মন্ত্রি অমদি শোয়ররোইদবা নৎত্রা?

রঘুমনি ঃ চিফ মিনিষ্টর কনানা ওইগদগে হায়বদুদি ঙসি নুমিদাং লেপ্পগনি। হৈ, ইথা থাজদনা নখোয় ননম্মগী পাবুংবু সপোর্ট তৌবা এম এল এ ফনা য়াম্না লৈরমইনে (মৌ ওইরবী কুমারী ফিরুক খুম্লগা তাবা)

রাজকুমারী ঃ এলেক্সন ফাওবা লক্লিদা কারিবা পাবুংবু এম এল এ কনা কনানা সপোর্ট তৌরিবা?

রাঘুমনি ঃ নহাক্কী পাবুং শেল্লৌরেনসি অঙকপা মীশিংগী মনুংদা অমনি। ঐখোয়না থবক্কা ব্রাহৈগসি, ব্রা ঙাংবনা খরা হেল্লি, অদুগা ইশেনদি ব্বানা অমা থবক ওইনা অদুম মতম অমত্তদা পাঙথোকপা ঙম্বজাৎনি। মন্ত্রি অমবুদি শোয়দ্রে, ঐহাক্লা চিংনরিবদি হোরেল নুমিদাংগী মিটিংশিদা ইশেন্না মুক্লকপা তারবদি ঐহাকসু ঐগী মরুপ এম এল এ শিংগা লোয়ননা সপোর্ট তৌসিরা খল্লি অদু ওইরবদি - চিফ মিনিষ্টর সি ইশেন্ন ওইবসু য়ারি।

রাজকুমারী ঃ পাবুংনা চিফ মিনিষ্টর ওইবা? মসিগী প্লানদি ব্রেক্কীনা অশেঙবা খঙগনি। রুমী নহাক্কী করি মোৎ?

রুমী : ঙস্নবদি ওইহৌবনা ফরোইদরনে ইচে?

রাজকুমারী : মন্ত্রি ফাওবা ওয়হল্লোই, ঐনা থিংগনি।

জয়কুমার : করিগীনো নংনা খঙশাউ শাউরকই'দি?

মেমনাওবী : তমো! মরম লৈ —

জয়কুমার : ঐহাকসু খঙইদা। রুমিগা নখোয় অনীগী ৱাশক্তুদি -?

মেমনাওবী : ফিমু শেৎপা মাইখুম উপ্প ব্রেক্কীগী ৱারা, শোয়দনা পিরনী।

রাজকুমারী : তাজয়, ব্রেক্কীবু পীবগী ৱাফমদু ঐখোয় ইবেম্মনা লুখ্রাবী ওইহৌবগা মরী লৈনরমগদবা মাল্লি। অতৈদি লায়রি, ইবেম্মা নংবু নশা - (মেমনাওবীগী মনাকোংদা ৱা খরা ঙাংই) অদুদি নুঙায়বা পাউনিনা। তাজয়, পাবুং ....

মেমনাওবী : ইনম্মা ইনম্মা (মচিন মেনবা)

রাজকুমারী : কদৌবগী লোৎকদৌরিবনো অঙাওবীসিদি।

জয়কুমার : পাবুং, ঐখোয়গী মেমনাওবীসে —

মেমনাওবী : ইনম্মা!

রাজকুমারী : থা মঙাগী মতুংদা মমা ওইরনিয়ে।

রঘুমনি : হা? ঐহাক মন্ত্রি ওইবদা নত্তনা মবুবোকসু ওইরগনি হা .... (মেমনাওবীবু কোল্লি)।

জয়কুমার : অদুগা নহান মখে ঐঙোন্দা খঙহন্দ্রিবনা করিগীনো (মেমনাওবী - মনা লৈবা)

মেমনাওবী : অয়ো ইমা।

রঘুমনি : অদুদি, ঙা অতেকপা লৈরুবা তারেদনা (চংখি)

জয়কুমার : (মপাদগী খবর লৌহৌই, পাই-পাবা চংদে মেমনাওবীগী মবুক য়েংই। মদু উবদা মেমনাওবী মমায় খুমজিল্লি) চংওদনা ফি হোংদোকউরো অদুগা পোত্থারো।

মেমনাওবী : ইনম্মা চাক মৈ থাগৎলম্লব্রা?

রাজকুমারী : ঐ থোংগে, চংও ঐগী কাদা পোত্থারমউ।

মেমনাওবী : (রুমীদা) নংদি?

রুমী ঃ নয়ুমদা চংবা ফাওবা কিরব্রা, ইকায়বসু খঙদে।

মেমনাওবী ঃ চুম্না হংবনি, শাউজিল্লকনু (চংখি)

রাজকুমারী ঃ ব্রেক্কী! ঐখোয় পাবুংগী বিড়িসি শিদ্রিবা ফাওবা থরুনী হায়রা? (জয়কুমার খবরদু ফাক্তোরুগা রুমীদা য়েংই) পাবুংগী বিড়িগী মৈচাক অমদি বিড়িগী মৈখু নহাক্না মুথৎপা ঙমদ্রবনিকো! ফৈ, ঐগী খুদোনবীসি নহাক্তৌনা পাঙ্গন কন্দ্রবসু, পাবুংগী বিড়িগা ঐগী পূন্সিগা শিন্নগনি, মন্ত্রিসু ওইহল্লোই।

রুমী ঃ ইচে - ইচে (রাজকুমারী শাউনা চংখরে)

জয়কুমার ঃ রুমী! মেমনাওবীগা নখোয় অনিনা ঙসিমক! ঐঙোন্দা ফিমু শেৎপা মীদু পিগদবনি। (চংখিবা)

—

## ১০ (অরোইবা সিন)

## নিংথৌগী য়ুম (অয়ুক)

নিংথৌ - ফৈজোম পুময়াৎ, নেহরু কোর্ট, অনোক-মাবু চিফমিনিষ্টর খল্লবগী মতুংদনী। রঘুমনি লাকই। মশেন মবাই ভক্তি উৎনৈ।

রঘুমনি ঃ চিফ মিনিষ্টর ৱাশক লৌবগী তারিখ অসিবু —

নিংথৌ ঃ পাঞ্জিগী পুংফম ঙাইবা নত্তে। তোম্বী - বিড়ি — (তোম্বী চেন্সিল্লকই, বিড়ি মৈ চুরগা পিবা, নিংথৌনা চিংই)

রঘুমনি ঃ হন্দক্কী এম এল এ, সি এমবু নহারোলনা করি আশা তৌবা, চপ চাবদি খঙজদ্রে। মীহাৎ মীপুন, শেন লাকপগী কেস তাখিদরে। ৱাশক্কী তারিখ পিখ্রসিরা (জয়কুমার, রাজকুমারী, মেমনাওবী, রুমী চংলকই)

রাজকুমারী ঃ ঙসিসু বিড়ি থক্লল্লি? কনা হাৎকদবা ৱাৎলিবগে? ঐহাকসু মী-হাৎপা ঙমগনি, পাবুং! পাবুং চিফ মিনিষ্টরগীদমক কনা হাৎচৌগে, হুকুম পিবিয়ু মন্ত্রি ওইগদৌরিবা ইকুবোক, মীবু ফাবা পুনবা, হাৎপা তৃপ্না ঙম্বা ইপুরোইবা ডিষ্ট্রিক অসিগী এস পি জয়কুমার নৎত্রগা ...

নিংথৌ ঃ হায়গদবা লোয়রব্রা?

রাজকুমারী ঃ ৱেক্কী! মতম লাক্লে - কদায়, নোংমৈ —

নিংথৌ ঃ তৌনিংবা থবক্তু থবক্না উৎলু, ঐগী ইচানবু ৱা ঙাংবদা মশা লোঙব্রা? ইবাই! চৌক্রিদা লেঙশিনবিয়ু। তারিবরা মমা, ইবাই অমদি নচাশিংগী চা শেমউ। হাই! হান্না অমুক্তা থোরকখো। (বীনারানী থোরকই)

বীনারানী ঃ তাদা লেঙবিরকই, ইচাশা নখোয় ময়ামসু য়ৌরক্লেদনা, করিগী লেপইবনো, শোফাদুদা লৈপরেংগুম পরেং শানা ফমউ। চাকসু লোইরে অদুবু চা অমমমদং হান্না থকখিসিকো —

নিংথৌ ঃ ইবাই! ইচাশা - ইপাবু ৱারৌনুকো, তোম্বী! ময়ামসি বোডি সার্ছ — (তোম্বীনা চেক তৌই)

তোম্বী ঃ সার খুলাইদি য়াউনরি। তেপ রেকোর্দ দি য়াউদে।

নিংথৌ ঃ য়ারে। নং মপান্দা, মী অমফাওবা মোংহনগনু (তোম্বী থোকখ্রে) রুমী! নহাকসু (থোকখি) জয়কুমার! ফিমু শেৎপা শকখঙদবা নিপা অদুগী কেস খুদিংমক্কী শাক্ষি প্রমান মতিকচানা লৈরেকো? মহাকপু মরালগী মতিক ফংফম থোকপা দণ্ডি পিবা ঙম্লনিদনা (বিড়ি) নিপা অদু নাশেননিপা রুমীনী। মানীনে ব্রেক্কী! নহাক্লা মাবু ফাদোক পিবা ঙম্লোয় মরমদি ব্রেক্কীনা শিজিন্নখিবা রিভোলভরদু নহাক্কীদুনী, অদুনা মেমনাওবীনা নখুত্ত শিন্নদনা লোক্তুনা থম্বনি। ইবাই! ঐহাক য়াম্না লায়রবা মী ওইরমই, তোল্লবা জিবা। নমৌনুপীগী মমাদো লায়েংবা হোস্পিতালদা পুখৎপদা লায়েংহনবা ঙমদনা হোস্পিতালগী ভেরেন্দদা মঙক্তগী লিকমচা অমত্তং শিজবদুসু মুনবিহৌরগা (বিড়ি) শিখি। মীওয়বগী থম্মোয় চেন্দবা ডাক্তর সিনহাদা নশেন্না মীনুংশি উৎপা পামদে, চেং পূরগা চেং শিং ফৌ পূরগা ফৌ। লাইরববু ইনাকখুনবশিংনা তূহৎপিরিবা খুন্নাই অসিনা য়েংনবগীদমক্তনি ঐনা শাজরিবা য়ুম। খুনাই অসিগী লাইরবশিং অসিদি মী নৎত্রবরা? নিংথৌ মন্ত্রি পোকপদগী নিংথৌ ওইনা পোক্লকপ্রা? পোক্লক্তবনি ইবাই। অদুনা ঐহাক ইলেক্সন লেপ্লগা এম এল এ, ঙসিনা চিফ মিনিষ্টর খনবিরিবা (বিড়ি) মাগী মমানা শিবা মতমদা য়ুমদা পুধনবা পৈশা লৈত্রবা মতমদুদা ঐ মী ওইখিবরা? মতম অদুদা ঐহাক বিড়ি থকই অদুনা ঙসিসু থকলি। লাইরবা মপান থাবরা। ইনাকখুনবা মউ লিংবরা? বিড়িগী মৈ অসিনা মুৎখ্রবদি মৈখু অমুক থোরক্লরোইনে ইপাগী ইবেম্মা। মন্ত্রি ইবোহলগী তালোয় রানী ঙসি ইনাক্তা ইচাগী মমা ওইনা লেপ্লরি। পুন্নমক ঐনি, ঐননি, পুন্নমক নত্তে। ঐদি ইবাই, খুনাই অসিগীদমক চিফ মিনিষ্টরদগী মীহাৎপুঙগী নিংথৌনা হেন্না পামজৈ। (বিড়ি) অদুবু মীয়ামগী মোৎ ফোংদোকপিয়ু? ঐহাক চিফ মিনিষ্টর ওইজৌরা? মীহাৎপুঙগী নিংথৌ ওইনা অদুম লৈজখোরা?

**লোয়রবা**

# ১

## পুর্নিমাগী য়ুম (অয়ুক পুং ১০)

মশা নানবী পুর্নিমা (৪০) পুঙৌ ফনেক, খুঁদে মতেক অমা ইল্লগা থোরকই। চৌক্রি টেবল লোইশিল্লিঙৈদা সুট শেৎপা শাজৌ (৫০) এঙ্খাং নাপী য়াওবা খাউ অমা য়াল্লগা হরাউনা চঙলকই। পুলিসকী ডি আই জি নি। য়াম্না স্মার্ট ওই।

পুর্নিমা ঃ হায়মা! ওহ্যোক্লা থাজদনা লাকএদা মহোইবা! টেলিফোন তৌরকপা য়াদব্রাও?

শাজৌ ঃ চিফ মিনিষ্টরনা খুদক্তা লাক্কবা য়াদে হায়দুনা কৌরকপদগী চেল্লকইবনি। লম্বীদা পনগদবা লৈতবনিনা টেলিফোন তৌদ্রবসু য়ারে খন্দুনা তৌরক্কবনি। সে-সে সি লৌশিল্লো। (খাউদু পীবা)

পুর্নিমা ঃ ওহ্যোক্লসু য়াম্না লৈরক্লেদা, করি করিনো? মহোইবাসি পোষ্টিং তোয়না চৎপদগী কৈথেল কাবা হৈরমাল্লেকো। এঙ্খাংগী মমলবু খঙব্রাও? পোৎয়োনবীগা মমল করম্না মন্তিক্লে?

শাজৌ ঃ অপাম্বা পোৎতু মমল হংলগা খরা তাবা য়াব্রা? নুপীনা লৈরবদি মমল য়াম্না শোন্দেকো। নিপানবু লৈরবদি মমল হেঞ্জিন্না হায়জিনবসি ফত্তেদাকা হায়রিপোৎনিদা।

পুর্নিমা ঃ অদুদা পোৎয়োনবীনা করি হায়রকই?

শাজৌ ঃ য়ুমগী নুপীবু অদুক কিরিবা করিগীনো? নিপামচা মান্দেদা, হায়রিপোৎনি। লুপা মঙা হায়বদুনা মরি পীরম্মো হায়রকপদুদদি লুপা অমা তারে, হোংলে খন্দুনা অদুম লৈরেদনা।

পুর্নিমা ঃ হোয়দা চানিংবা অপাম্বা পোৎসিবু মমল মন্তিক্লবা য়াব্রা? করিগীনো এঙ্খাং অসুক য়াম্না লৈশিল্লক্লিবসিবো?

শাজৌ ঃ ইংখোল অসিদদি থাবীনবা লৈতবনিনা এঙ্খাং অমত্তসু হৌদে। অদুগীসু মথক্তা চীংগী তগৎ-তগৎ তেকপা ঙাক্তনি। ফি অদুনা নহাক্কী ওইরো। মচুদু পামদবরা? ত্রেক সুট অদুনা ইচাগী। মচুদু পামদ্রব্রাও?

পুর্নিমা ঃ ঐহাক্কী অপাম্বা মচু খনবসু য়াম্না হৈরিনে। মসিগী মচুসি ঐহাক্কী অপাম্বীনি হায়বা হান্না খঙবা মাল্লিকো। ইচাগীসু মঙোন্দা পকচগনি। করিগীনো লেপ্তুনা লৈরিবদুবো? ঙহাক্তসু ফম্লগা শ্বরদো হোন্দোকখো। ইবেম্মা মেমী! নঙগী পাবুং লাকএ। চা অমতা প্রপ-প্রপ শেম্লকউ।

শাজৌ ঃ ঐ চা য়ারে। হৌজিক্তা থক্রুকই। ইবেম্মা! পাবুংগী ঈশিং গ্লাস অমত্তা পুরকউ। (মেমি মনুংদগী খুম্লকই)

মেমি ঃ ফনি পাবুং।

শাজৌ ঃ চিফ মিনিষ্টরনা ঐহাকপু খুদক্তা লাক্তবা য়াদে হায়দুনা কৌরকইবসি চহি অসিদা নাগানা ঐখোয়গী থাউ হোনবা গাড়ী টেক্কর মৈ থাখিবা, লোকখাদা ইম্থদুনা মাঙহন তাকহনখিবা অদুগী শোয়দনা ওইরমগনি। গুবাহাটি হায়-কোর্টনা মাঙহন তাকহনখিবদুগী সরকারনা থা মঙাগী মনুংদা কম্পেনসেসন পীগদবনি হায়না হুকুম থোকখ্রে। লুপা ক্রোর মঙা হেন্না পীগদবনি। মদুগী হিসাবকী ওইরমগনি।

পুর্নিমা ঃ অদুগীবু ওইরবসু, অতৈ লো এন্দ ওর্দরগীবু ওইরবসু ফরেনে? চিফ মিনিষ্টরদি উনরনি। মহোইবাগী ট্রান্সফারগী বাফমদি কাওবিবা য়াদেকো।

শাজৌ ঃ ঐহাকসু সি এম না কৌরকপসিদা চান্স লৌহৌরগে খন্দুনা লাকইবনি। তান চাদ্রবদি ঐহাক্কী ট্রান্সফার অমসুং পোষ্টিংগী ওইরম্বসু য়ারিপোৎনি পুর্নিমা।

পুর্নিমা ঃ অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহোইবাগী ট্রান্সফারগী দিমান্দদি কাওবীবা য়াদেকো। ইচানুপী লৈশাবী ফারক্রবীনি। চীং-মানদা মপানা লৈথোকপা মতম নৎত্রে। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদা ট্রান্সফার পোষ্টিং অসি মন্ত্রিগী পার্সেন্টেজদা লুপা লাক্ষকী মথক্তা চৎনরকপসিদা...।

শাজৌ ঃ মতম মতমগী লীলানি। লৈরক অমা শৈশক অমা, পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাবীবা তারেদনা। ঐনা সেনাপটিদা লৈরক্রিবসি চহি অনি শুরবনি। লাক্ষ মঙা পীখ্রবনি। ঐ ট্রান্সফার শোয়দনা তৌরনি।

পুর্নিমা ঃ নহান অমুকসু চুড়াচান্দপুরদগী ট্রান্সফার তৌবদা টেংনৌপলদা ওইহনবীয়ুকো হায়নরগা পৈশা য়ামদে হায়দুনা সেনাপটিদা তৌখিবদু নিংশিংবীয়ু।

শাজৌ ঃ ঐহাক্না চীংদা লৈরক্লিবসি চহি মঙা শুরবনি। হন্দক্তি শোয়দনা তম্পাক্ত তারনিদা। ভেল্লিদবু ওইরবদি ঐ য়ারে।

পুর্নিমা ঃ ইরাই লায়নসু য়াথোকপীরুখিনু।পাঙ্গৈদা নত্রগা সি আই দি দা লৈগদবগী শরুক ইম্ফাল ৱেষ্ট নত্রগা হাউশিং কোরপোরেসনদা লৈবনা মহী খরদি হোম্মোইদরনে মহোইবা?

শাজৌ ঃ করেক্ট, ঐহাক্কী ৱাখলসু অদুমক্নি।
(মচানুপী মেমিনা ঈশিং গ্লাস অমা পুথোরকই)

মেমি ঃ পাবুং! নহাক কুইনা চীংদা লৈথোকই। ঐখোয়বু নুংশিবা ৱাৎপা মাল্লি। সে! ঈশিং হায়বদাই।

শাজৌ ঃ হান্নগী চিফ সেক্রেটরিদি ওফিসতা ফাইল ৱার্কতমক শুবনিনা ঐখোয়না ইনিং তম্না চৎপা য়ারম্মী। হন্দক্কী অনৌবা চিফ সেক্রেটরি অসিদি ঙহাক কাংদনা ফোন তৌরকই। অদুনা হেদ ক্বাটরস থাদোকপা য়াদদুনা তোয়না লাক্তবনি। পোষ্টিং মফম চীংদা লৈরবসু ইচাবুসু নমাবুসু নিংশিংইদা। ইচাগী ট্রেক সুট অমা ইপানা শিলোংদা চৎলুবদা লৈবীরকপনি, পাম্বরা য়েংউদনা। (মেমিনা ট্রেক সুট তু মশাদা নাপ তৌদুনা য়েংলগা)

মেমি ঃ মসিদি ঐঙোন্দা চপ চারনি। মচুসিসু পামই।

পুর্নিমা ঃ সে-সে পাবুংনা ঐখোয় পীজনিংদুনা লৈরকপা চীংগী এঞ্জাং মনা-মশিং অসি থমজিল্লুরো। (পীবা) পাবুংদা চানিংবা মথেল হংউদনা।

শাজৌ ঃ নখোয় ঙা অতেকপা তোয়না চারম্লরোই। ইপা ঙা অতেকপা লৈরুগে। করি ঙা চানিংই?

মেমি ঃ ইমানা চানিংবা।

শাজৌ ঃ ৱৌ নত্রগা শারেং?

পুর্নিমা ঃ ঐদি ইয়া হেক য়াই।

মেমি ঃ ঐদি মৈতৈগী ঙা।

শাজৌ ঃ অদুদি পোরোম, উকাবী, ঙাক্রা...?

মেমি ঃ অদু নত্তে।

শাজৌ ঃ অদুদি করি? মমিংদু হায়রকউনে..।

মেমি ঃ খাবক হায়বা।

শাজৌ ঃ মুকা-ঙা, ফাবৌঙা নত্তবা খাবক ? অস ! অদুদি খ্বাইরম্বন্দা থিবা বাগনিবু। লম্ফেলগী ফিশরি ওফিসতা চৎপদা তারেদনা।

মেমি ঃ পাবুংসি পুলিসকী ডি আই জি নি অদুবু পঙদ্রা ? সগোলবন্দগী বাবুগী ঙাগী দুকান্দা নত্রগা নাগামপালগী কাংজাবী লৈরক মচীনগী ফিস সেন্টরদা ফংবদুবু।

পুর্নিমা ঃ অদুবুদি নখোয় পাবুংসি চীংগী ডি আই জি নিদনা।

শাজৌ ঃ (ঘড়ী য়েংলগা) অস! পুংসিদি ঙহাক্তা পোথারমদ্রেদনা। পুং ১১ তাদৌরে। ঐহাক পুং ১১ দা চিফ মিনিষ্টর উন্নগদবনি। পুর্নিমা সে! লুপা লিশিং তরানি। ইচা মেমীগী কলেজগী এদমিসন শোয়বা য়াদেকো। মফি মরোলসু অনৌবা লৈবীরো। অদুগা মোতোর বাইকতি। নো! কাইনেটিক হেন্দা লৈগনু, সাইকল ওইনা লৈবীয়ু। মোতোরসাইকল তোংবা নুপীমচাশিংসি ফিজিকেল ফিটনেস বাৎলি। মশা ফন্নবা সাইকল তোংহল্লু। অদুগা ইচানা চানিংই হায়রিবা খাবক্তু নমা নচা চৎলগা লৈমিন্নরুরো। ঐহাক থেংখ্রে।

পুর্নিমা ঃ চাক্তি ?

শাজৌ ঃ ঐগী হাপ্পুরনু। সিএম গীদা লঞ্চ প্রোগ্রাম য়াওই।

পুর্নিমা ঃ নুমিদাংগীদি ?

শাজৌ ঃ ঐ অদুম হল্লক্রগে। স্কোর্ট পার্টিসি ইম্ফালদা থম্বা য়াদে। সেনাপটি, মাওগী সিফাই ঙাক্তনি। অদুগীসু মথক্তা মাওগী অসাম রাইফলসকী মেজর থাপাসু য়াওরি। হনখ্রগে। অতে পাউ টেলিফোন্দা খঙহল্লক্রগে। পুর্নিমা, ঐগী মিসন মাই পাক্রক্কে। মেমি, পাবুং য়ৌরুখিগে। য়াম্না থুনা লাক্লবা হোৎনরক্কে।

পুর্নিমা ঃ মঙ্গল ওইবীয়ু। ঐহাক অসুম....

শাজৌ ঃ নমা নচা লৈহৌরো। ড্রাইভর! গাড়ী ষ্টার্ট তৌ (থোকখ্রে)।

পুর্নিমা ঃ থৌরাং লোইশিল্লুরো ? নহাক খাবক চানিংই হায়বদাই, লৈরুরসি।

মেমি ঃ পাবুংদা পীজনিংদুনা হায়বনিদা। ঐদি ঙা চানিংদে। ইমা!

পুর্নিমা ঃ করিনো ?

মেমি ঃ পাবুংনা লৈরকইবসি য়োংচাককা আলু অনৌব, হৱাইমুবী, করি হায়বা তথেল্লে মনাও মানবদো অদুসু য়াওরি। হঙ্গাম পেরেসিসু পত্থরক্রে। য়োংচাক ইরোল্লগা হঙ্গাম চম্ফুৎকা চারসিরা ?

পুর্নিমা ঃ য়োংচাক ইরোনবগা হঙ্গাম পেরে চম্ফুৎকবু এঙ্খাংনি হায়রকইবী মেমি নহাকসিবু মীনা অঙাওবীনি শোয়দনা হায়নরনিদো। মদুগী এঙ্খাংদুমক্তি ইমানা নহান্দগী ঙাইরক্লিবসে। নহাক্লা হায়রকপা এঙ্খাং অদু তাবদা অস! তিনবু চুংইদা।

মেমি ঃ অদুদি খুদক্তা থোংউরগে। বেবি বেবি! য়োংচাক খোৎপগী রেদি! হঙ্গাম পেরে চম্ফুৎ নহাক্কী দিউতি, ইরোনব ঐগী দাই। (চেনশিনখি)

পুর্নিমা ঃ থীদা অঙাওবীসিদি। মসিবু হয়েং করি থোক্লগবা? (হৱাওজৈ, মপান্দা কার খামথিবগী মখোল তাই) ইচা বেবিগী পাবুং নত্তবরনে?

(সুট তাই শেৎপা, এয়ার বেগ অমা পায়বা কুইলেংপাও (চহি ৪৫) য়াম্না হৱাও তয়াম্না চঙলকই।পুর্নিমানা চেনশিল্লগা পুরকইবদু লৌশিল্লি।)

পুর্নিমা ঃ বাই ইয়ারদা লাকপরা?

কুইলেংপাও ঃ নো! ঐহাক মনিপুরদা থুংলবা নুমিৎ নিনি শুরে। ইখুল টমেংলোং য়ৌরুরে। হেক থুংলবগা সিদা চংলক্কদবদু টমেংলোংগী কবির দান্স ট্রুপ অমা দিল্লিদা রিপব্লিক ডে সেলেব্রেসন য়াওরুব্বদগী হল্লকপা কাংবুগা গুৱাহাটিদা থেংনরে। ট্রুপ অদুগী লিডর অদু ঐহাক্কী ইমাগী মবুং গাইচারাং পাম্মে ওইরম্লে। মখোয়বু ওকপা বস অমা এয়ারপোর্টতা ঙাইরম্বদগী ঐহাক লৈথহৌবা য়াদ্রবা মতাং থোকপদগী অদুম দাইরেক্ট টমেংলোংদা চৎলুরে। শাওনিংবরা পুর্নিমা?

পুর্নিমা ঃ করিগী শাওনিংগনি। টমেংলোংনা নয়ুমনি, ঐগীসিনা পোষ্টিং মফমনি। নিংশিংবীদুনা লাকপীবসি লাইবক ফব্বনিকো। গোড ব্লেস য়ু, মাই ডিয়ার।

কুইলেংপাও ঃ নো! পুর্নিমা... নহাক্লা ঐগী অশোইবদা হঞ্জিন-হঞ্জিন ইকাইবা পিবসি ঐ খাঙবদা য়াম্না ৱাই। নঙ ঐগী ইচাগী মমানি। ঐবু নুংশিবীয়ু। ইরাল ঙাকপীয়ু। ইচানুপী বেবি না ঐগী পুক্সিগী থাউমৈনি। মঙাল পীবা দোশিনি। নহাক্লা মৈঙালবু মুৎহন্দবা থাওমৈনি। ঐহাক্তি শুপ্নতগী থাউমৈগী দোসিগী মঙাল মুৎতনবা থাউনি। করপসনগী মকোন ওইরবা ইরৈবাক থাদোক্তুনা মীরমদা ঐহাক্লা সার্ভিস তৌরিবসি নমা

নচাগীদমক্তনি। করিগী খঙবিদবগে? নমা নচা লৈত্রবদি ঐনা হিংবগী অর্থ লৈতে। পুর্নিমা! নহাক্কা ঐবু হিংহনবীয়ু।

পুর্নিমা ঃ ঐঙোন্দা অদুক লুম্বা পোৎলুম পীগনুনে অপু। ইমা ইচানা নহাক লাকপদা নুংঙাইগনি খন্দুনা, নহাক লাকপা কয়াদা ৱানা ঙাইবা। নহাক্কী নশক উবদা হরাওবগী মহুত্তা নহাক্কী ৱাহৈশিংনা ঐহাক্কী থম্মোইবু ৱাহল্লে। ঐবু কপহল্লে। অপু! ঐহাকপু ৱাহনগনু, ইমা ইচাবু নুংঙাইহল্লো।

কুইলেংপাও ঃ আই! পুর্নিমা নহাক কপ্পরা? করিগী কপ্পরা? নঙগী মিৎকি পি উবদি ঐগী খ্বাইদগী পামদবনি। ঐনা লাকইবসি নমা নচাগা ঐখোয় অহুম নুঙাইনা, হরাউনা চামিন থকমিন্নগনি খল্লগা লাকইবনিনে। য়েংউ। ঐহাক্কা কলকটাদগী লৈরকইবসি নহাক্কীদমক্কি। ইচা নুপীগীদমক্কি! সে লুপা লিশিং কুন খক্তংনি। ইচানুপীগী কলেজগী মিং চনবীয়ুকো। মহাক্কী ড্রেসসু করি পাম্বনো খঙদবনা লৈরক্তে। নহাক্কা মাগী অপাম্বদু লৈবীয়ু।

পুর্নিমা ঃ ইচানুপী বেবি রানি কৌথোরক্কে। মশাদা লুপাদো পীবীরমঙউ।

কুইলেংপাও ঃ করিগী অঙাংদা পৈশা শিন্নগদরনে। মমাদা পীগদবনি। মচা নুপীগীদি মমানা পুন্নমক শেম্বীগদবনি। টমেংলোংগী লক্ষী অসিনা ফত্তবনা। বস তোংবদা খ্বাং তেক্লে। সরকারনদি লক্ষী শেম্বগী লুপা ক্রোর য়াম্না কাইখ্রে। এমএলএ মন্ত্রিনা লোয়না মাঙহনখ্রমাল্লে। এ! বসকী লক্ষী নত্তে. অতৈ ষ্টেতকী লক্ষী য়েংলবদি ঐখোয়গী টমেংলোংগী লক্ষীদি ইকাইদা।

পুর্নিমা ঃ লক্ষী ফত্তবদা বস শাংনা তোংলকপগী ৱারম্লগনি। কোক, ফি রোলদু উফুল ঙাক্তা ঙাইরে। ইরুজথোক্লগা নুংঙাইনা পোত্থারো। ঐহাক ইরুজনবা ঈশিং শাহল্লগে। হাই বেবি, নহাক্কী দেদি লাক্লে। তারব্রা-ও? চা শেম্মকউ।

কুইলেংপাও ঃ ঈশিং অশাবগী দরকার ওইদে। ঐদি ঈশিং অশাবনা ঈরুজবা হৈনদে। অইংবনা অদুম লুজগে।

পুর্নিমা ঃ এঙ্খাংদি করি থোংসিগে? তোম্বা... হো... তোম্বা-ও। অমুক্তা লাও তারব্রা। ঐখোয় বেবিগী দেদি লাকএ। য়েন অশেম্বদু কে জি অমত্তা লৈরোলাও। থুরক-ও।

কুইলেংপাও ঃ য়েন হায়বদু ঐহাক্কীরো? ঐগী ওইরবদি য়ারে। ঐহাক কলকটাদা শাংনা লৈবদগী ওইরমাল্লে। দাল ভাত রোতি- করি হায়রে? ও মেরামেস। ঐদি মেরামেসনা হৈনরে।

পুর্নিমা ঃ ঐখোয়গীবুদি য়োংচাক ইরোনবগা হঙ্গাম পেরে চম্ফুৎকদি থোংবা হৌগৎখ্রে। বেবিগী দেদিগী স্পিসিয়েল এঙ্গাং অমা থোংদবা য়াব্রনে।

কুইলেংপাও ঃ করি হায়বা? য়োংচাক! হঙ্গাম পেরে চম্ফুৎ। মদুদি ঐগী খুল টমেংলোংগী এঙ্গাংনি। মদুগী এঙ্গাং অদুদি কলকটাদা লুপা লিশিং অমা পীগে হায়রবসু ফংদবা এঙ্গাংনি। মদুগী মথেন্দুদগী হেনবা ঐহাক্কী অপাম্বা এঙ্গাং লৈতে। য়েনশা কচ্চা।

পুর্নিমা ঃ মসিগী মথেন মসিদি ওফিসারশিংগী নত্তে। ড্রিঙ্ককীদি লম্বা নত্তে। পোৎতি য়াওরক্লম্লোইনে। হুইসকি য়া রম? তোম্বা থারগা লৌহল্লুরগে?

কুইলেংপাও ঃ ৱাহৈদুগী অর্থ ঐ খংই। ঙসিগী ওফিসারশিং যুগী নেশাদা লুপ্লগা ময়ুম দলান শানবা করপসনগী মপি ওইরে। অদুবু ঐহাক খৃষ্টিয়াননি। ঐহাক য়ু থক্তে হায়দুনা ৱাশকপদি ঙমদে। ঐখোয় খুলগী কজেং করাই ইরাৎ পুজা তৌবদা ঐহাক য়ুঙৌদি থকখ্রে। মতুংদসু থকখিগনি। মরমদি ঐহাক কবুইনি। লৈবাক অসিগী প্রজানি। ঐগী ইরমগী লাইবু কলকটাগী লাইনা শিনবা য়াগদ্রা?

পুর্নিমা ঃ কনাগুম্বনা অপুবু নাগানি হায়রবদি কমদৌবা?

কুইলেংপাও ঃ কনানা মনিপুরগী কবুইবু নাগানি হায়গনি? মনিপুরগী কবুইনা নাগালেন্দগী নাগা ওইবা তারবদি মনিপুরগী কুকি, অনাল, মরিং, চিরু... পুম্নমক নাগালেন্দগী প্রজানি। নাগালেন্দদা লৈগদবনি। করিগী মনিপুরদা লৈরম্নি? নাগালেন্দগী নাগা, কবুই, অনাল, কুকি, মরিং, চিরু, মার, পাইতে চীংমী খুদিংমক মনিপুরগী ফোরেনর্ননি। চীংমী খুদিংমক মনিপুর থাদোক্লগা নাগালেন্দদা চৎখ্রো।

পুর্নিমা ঃ কদৌরগে? অদুক হৌনা লাউরিবা করিগীনো? মীনা তারগা করিনো অমা খন্নখ্রনিয়ে অপু। ইচানুপীনা তারগা পাখৎলনি। ঐহাক্কী ইনাক্তা, ঐগী য়ুমদা অপুনা অপামবা চথবদা ঐহাক্লা করিসু অকাইবা পীখিদবনিকো।

কুইলেংপাও ঃ পীখিদে। ঐহাক্লসু নহাক্কী বা তাদনা ঐহাক্তগী ওইবা থবক্তি তৌখিদেকো। পুর্নিমা! নহাক্লা ঐঙোন্দা ফ্রিদম পীবগুম্না ইচানুপী বেবিরানিবু ফ্রিদা থাদোক্লবদি..।

পুর্নিমা ঃ ঐহাক্লা বেবিরানিবু ফ্রিদা থাদোক্লগা মাঙহনবদু অপু! নহাক পামদে। অপুগী ৱাখলদি ঐ খঙদেকো। মমা ঐহাক হিংলিঙৈদা ইচানুপী

বেবিরানিদা মিথয়েং কারন চল্লকপা মীদি মরু ইহল তমদ্রি। ঐহাক মমা অমনি অপু।

(মচানুপী বেবিরানিনা চা পুরগা থোরকপদু উবদা মখোয় অনিমক তুমিন লৈখি।)

বেবিরানি ঃ দেদি!

কুইলেংপাও ঃ বেবি!

বেবিরানি ঃ সে চা থকসি। নহাক কুইনা কুইনা লাক্তবা করিগীনো। ইচে মেমিগী মপা পাবুংদি তোয়না লাকই। নঙ ঐবু নুংশিদবরা?

কুইলেংপাও ঃ বেবি, মাই ডিয়ার দোট্টর (চা লৌরগা কিস তৌই) নচে মেমিগী পাবুংনা মনিপুরদা থবক তৌবা। দেদিনা মীরম কলকটাদা থবক তৌবা। ঐহাক্না তোয়না লাক্লবসু নুমিৎ খুদিংগী নমা নচাবু নিংশিংবনি। নখোয়গী বাখল খনবনিনে বেবি। নহাক কলেজগী মিং চনগদবনি। নহাক্না শেৎনিংবা ফিজোল নমাদা হায়য়ু। নমানা হায়বদমক নহাক ইনগদবনিকো বেবি।

বেবিরানি ঃ ইমানা চিঠি ইরকপদা ঐহাকসি ইমানা হায়বা ইন্দবীনি হায়রকপ্রনে?

পুর্নিমা ঃ নপা নচা বারি শানহৌখো। ঐ ইমুংগী থবক ইনখাং খরা লোইশিল্লুখিগে। (পুরকপা পোৎতু পায়রগা) কোটতু লৌথোকওদনা, হুমাং শৌদ্রা, পুশিল্লম্লগে। পৈশা, চে-চাং য়াওবদু লৌবীরোইদা। (পুরগা চঙখি)

বেবিরানি ঃ দেদি! নহাক তোয়না লাকউনে। মমাসু নহাক উদবদা নুংঙাইতে।

কুইলেংপাও ঃ ঙাইখো। শাগদবা বারি য়াম্না লৈরি। ঐহাক নুমিৎ খরনি ইম্ফালদা ননাক্তা লৈখিনি। ওল ইন্দিয়া রেডিওগী নহারোলগী প্রোগ্রামদা ইচাগী ঈশৈ অমা দেদিনা তাখি। মদু কনানা তাম্ববনো। ইচাগী খোঞ্জেলদি তারে। শক্তা খোঞ্জেলগা অমুক্তা তানিংইদা দেদিদি।

বেবিরানি ঃ ইমানা তম্বীবনি। তানিংবরা? শকউরা দেদি?

কুইলেংপাও ঃ অমুক্তা শকউ। দেদি য়াম্না তানিংই।

(বেবিনা ঈশৈ শকই। মরক্তা পুর্নিমা চেঙ্খোরকই। তান কাইগে তৌবা, মতেক অমা শক্রমই। অদুদগী পুর্নিমাসু ঈশৈদু ঙংলগা চঙখি)

বেবিরানি ঃ মসিগী ঈশৈসে ঐখোয় কলেজগী ফ্রেসর্স মিটতা প্রিন্সিপালনা পৈশা থারকইবা।

কুইলেংপাও ঃ অদুদি ঐহাকসু পৈশা থাবা তারেদনা। মতেক অমতং শকউদনা।(বেবিনা শকই, কুইলেংপাও না মৈতেগী মন্দিরদা পৈশা থাবগী মওংদা পৈশা থাবা) ইচাদি ঈশৈ শকপা য়াম্না হৈরম্লে। জগোয়দি হৈতবরা?

বেবিরানি ঃ জগোয়সু লোইনা তম্লবনি। কবুই দান্স, লাই হরাউবা, খম্বা থোইবী, রাস লিলা ইমানা লোইনা তম্বীরে।

কুইলেংপাও ঃ ইচানা জগোয় শাবা হৈরে হায়বসি ইপাদি থাজদে।

বেবিরানি ঃ থাজনবা চিত্রাহার মতেক অমা য়েংজৌনে।

(জগোয় ঈশৈ.....................)

পুর্নিমা ঃ নপা নচাগী ৱারীদু চাক ঈশিং চারগা মখা চত্থরসে। অপু ইরুজরুরো। চাক লোইরে। চাক হাম্না চাখিসি। মেমি! বেবিগী পাবুংগী ওমলেটতু মৈরৌ হেনখিনিকো। তোমেতো হাপ্লা কাওগনি। বেবি নঙগী দেদি চাক লাম্লম্লনি। থৌরাং লোইশিল্লুরো।

বেবিরানি ঃ দেদি! ইরুজরুরো লাকও (চৎখি)

কুইলেংপাও ঃ নমা নচানা ঐহাক্কী পুন্সি ওইরবনিকো পুর্নিমা (চঙখি)

পুর্নিমা ঃ ইচাশিংগীদমক ঐহাক হিংখিনি। হে তাইবং শেম্বা মপু! ননাইবু চানবীয়ুকো।

—

## ২

## লম্বী (অয়ুক)

(রামেশ্বর (২৫) মমা অনাবগী হিদাক লৈবা বজারদা লাকপনি। ডাক্টরনা ইরকপা চে অদু পারগা ফুরিৎখাওদা য়াওবা পৈশাদু মশিং থিরি। মন্ত্রিগী মচানিপা আর কে শক্তিসনা থোরকই।)

আর কে ঃ রামে! কদায়দনো? ঐহাক নঙবু উন্ননিংবা কুইরবনি।

রামেশ্বর ঃ ইমাগী হিদাক লৈবা চৎলিবনি। ঐহাকপু য়াম্বুংনা উন্ননিংববু করিগীনো? য়াম্বুংগীদমক ঐহাক্না করি ইতেং পাংজৌগে?

আর কে ঃ ইমাগী অনাববু কমদৌরিগে? ডাক্তরনা করি লাইনানি হায়বগে?

রামেশ্বর ঃ পুক লেংবা থিনবনি। হান্নদি এপেন্দিসাইট ওইরবোই নিংলমই। ষ্টোমাক্স অলসরসু মাল্লি। এক্স-রে লৌরবগী মতুংদা ইমাগী পুক্কুংদা মতুম অমা লৈরম্মে। হিদাক থারগা কায়বরা য়েংসি হায়রি। ওপরেসন তৌরসি শোয়দনা হায়রক্কদবা মাল্লি য়াম্বুং।

আর কে ঃ ইমাগী অনাববু ফগানি হায়রবদি ওপরেসন তৌথোক্লগা লোইরে। ঐহাক্সু অঙম্বা শেলগী তেংবাংগনি। ডাক্তর অদুদসু ঐখোয় পাবুংবু হায়নহনগে। ঐহাক লৈরিবসিদি রামে। শেলগীদি করিসু নুংশা থিরক্নু। নঙ ঐহাক্কী ইতেং অমত্তং পাংবীদবা য়াদ্রে।

রামেশ্বর ঃ করম্বা ইতেং? ঐহাক্না ঙম্বা ওইরবদি য়াম্বুংগীদমক্তদি শোয়দনা পাংজগনি।

আর কে ঃ য়াম্না লায়বা জাৎনি। য়াম্না লুনাসু খল্লুনু রামে। ওহোক্না তান চানসু লাক্লেদা। য়েংউ আদা লাকইবা ছাত্রি অনি অসি মশক খঙব্রা রামে?

রামেশ্বর ঃ অসিদা লাকইবা অনি অসিবুরো য়াম্বুং? অসিবুদি খঙইনা। ময়ামগী ইমা পুর্নিমাগী মচানুপীনি।

আর কে ঃ মমিংদি খঙব্রা?

রামেশ্বর ঃ মচেনা মেমি, মনাওনুপীনা বেবিরানি কৌবনি। মখোয়বু হংলিববু করিগীনো য়াম্বুং?

আর কে ঃ রামে নহাক বেবিরানি অসি নুংশিনদবা য়াদ্রে।

রামেশ্বর ঃ করিগীনো য়াম্বুং?

আর কে ঃ মরম লৈদুনা হায়রিবনি। নহাক্কা বেবিরানি কোয়বদা চঙগদবা শেল ঐহাক্না পীগনি। নহাক বেবিগা য়াম্না থুনা নুংশিনগদবনি।

রামেশ্বর ঃ য়াম্বুং! নুংশিনবা হায়বসিবু কৈথেলদা য়োনবা পোৎকুম্না পৈশা পীরগা হেক্তা লৈবা য়াগদ্রনে?

আর কে ঃ অদু অদা ঐ খঙদে। নহাক্না জেসা শক্তি পুথোক্তুনা বেবি কোয়গদবনি। নুংশিনগদবনি।

রামেশ্বর ঃ য়াম্বুংগী ব্রাফমসি লায়দেবো। ঐহাকসু বেবি অসিবুদি পামই। অদুদা করম্না নুংশিনগনি। নুংশিনবা হায়বসিদি মিৎতগী পোকই হায়। মিৎকা মিৎকা মিৎচানবা তাবা। বেবিনা ঙাংবা ব্রাদু ঐগী নাকোংদা চংগদবা। ঐনা ঙাংবা ব্রা বেবিগী নাকোংদা চংখ্রগা মহাক্কী থম্মোয়দা নুংশিহনবা তাবা। অদুগী মতুংদা বেবিগা ঐহাক্কা নুংশিনগদবা। থম্মোই অনি নুংশিনদ্রিবা ফাওবদি বেবিগা ঐহাক্কা নুংশিনবা য়ারোইবো। মসিদি মতমসু য়াম্না চঙগনি য়াম্বুং।

আর কে ঃ রামে! ইম্ফালদগী দিল্লি ফাওবসি লাপ্পীকো?

রামেশ্বর ঃ লাপই।

আর কে ঃ খোঙনা চৎলবদি নুমিৎ তরানি হেন্না চংগনি। এরোপ্লেন তোংলবদি পুং অহুমগী মনুংদা য়ৌগনি।

রামেশ্বর ঃ য়ৌগনি।

আর কে ঃ ভাব তারেকো রামে?

রামেশ্বর ঃ তাজরে য়াম্বুং। য়াম্বুংগী য়াথং অসি বেবিগা ঐহাক্কা অহানবা উনবমক্তা নুংশিনবা love at the first sight ওইরবদি ইরাই লায়রবনিসে। Any how, many how ঐহাক বেবি অসি কোয়রগে। অদুবু য়াম্বুং! ঐহাক্না বেবিগা নুংশিনগদৌরিববু করিগীনো?

আর কে ঃ মরম লৈদুনা হায়রিবনি। নংনা বেবিগা নুংশিনরগা ঐহাক্কা মেমিগা মরি লৈনবদা মতেং পাংগদবা।

রামেশ্বর ঃ ও!... য়াম্বুংনা বেবিগী মচে অসি কোয়নবগীদমক্তা, নুংশিনবগীদমক্তা ঐহাকপু মনাওনুপী বেবিবু কোয়য়ু নুংশিনৌ অসিনিনে য়াম্বুং?

আর কে ঃ Correct, অদুমক্কি।

রামেশ্বর ঃ য়াম্বুং! মেমি অসিবু তশেংনা পাম্লব্রা?

আর কে ঃ পাম্বদা নত্তে। মেমি অসি হেক উবা নুমিত্তগী মহাক্কী মশক অসি কাউগেমক্তা ঙমদ্রবনি। মহাকপু চুম্লদা পাম্বা নত্তে। মেমি অসি মীগী ওইখিগদবা ঐহাক্কা পামুজে। মহাক কনাগীসু ওইবা য়ারোই। রামে! মেমিসি শুপ্নগী ঐহাক্তগী ওইরগদবনি।

রামেশ্বর ঃ ঐহাক্কা য়াম্বুংগী অনিংবা থুংনবা কোইনা চৎলগা মনাওনুপী বেবি কোয়নবা হোৎনববুদি য়াম্বুংগী ইমা পাবুং থারগা হায়না শিংনহল্লগা চাউনা লুহোংলবদি মেমিবু য়াম্বুংগী ওইবদু থুরোইদ্রা?

আর কে ঃ করেক্ট! গুড আইদিয়া। ঐহাকসু ৱাফমদু খল্লিবনি। হান্না মেমিগা ঐহাক্কী মরী খরা লৈনরগা গারজিয়ানশিং থারবদি ফৈদনা। করিগুম্বা মেমিগী গারজিয়ানগা অমদি মশানা straight reject তৌরকপা তারবদি। ঐঙোন্দা মেমি পিরক্তবা তারবদি। ঐহাক অমদি গারজিয়ানশিং চোপ্পদা নত্তনা মেমিগা ঐহাকগী চেপ্তুর ক্লোজ ওইরোইদরা রামে?

রামেশ্বর ঃ মদুদি শোয়দে।

আর কে ঃ অদুনা অশোইবা থবক তৌনিংদবা। মেমি ঐহাক্কী ওইদবা য়াদে। মীগী ওইখিবা শুংয়া য়ারোই, understand? ঐহাক্কী ইমিংসে RK. Saktisana, Man power, Money power, Gun power যুগ অসিগী ঈশ্বর ভগবান ওইরবা শক্তি অহুম মীচঙ য়াম্বা, শেন পাইবা, নোংমৈ শিজিন্নবা ঙম্বগী শক্তি লৈরবা আর কে শক্তিসনা।

রামেশ্বর ঃ অচুম্বনি। য়াম্বুংদি শ্রীবিষ্ণুগী শক্তি লৈবনিদা।

আর কে ঃ করেক্ট, ঐ বিষ্ণুনিনে রামে।

রামেশ্বর ঃ ননাই ঐহাক্কা লক্ষমিগী মবুংঙো কুবেরও ইজরগে।

আর কে ঃ করেক্ট, ওইরগদবনি। মেমিবু ঐহাক্কী ওইহল্লু রামে। ঐনা নঙবু কুবের ওইহনগনি।

রামেশ্বর ঃ য়ামবুংনা শ্রীবিষ্ণু ভগবান ওইবিরগা মেমিগী মবুংঙো ওইবিরো। ঐহাক্না শ্রীবিষ্ণুগী কৃপাদগী কুবের ওইজরগে। অদুবু য়াম্বুং! মমা কোয়গে খল্লবদি মচাগা হান্না নুংশিনগদবা, মচাগা নুংশিনগে খল্লগনা মমা হান্না কোয়বগী অঙ্ক অমবু লৈবগুম....

আর কে ঃ করেক্ট, মমাসু থেমগনি।

রামেশ্বর ঃ ঙসিগীদি ৱারীসি মনুং মপান ফাওনরবনিনা ঐহাক ইমাগী হিদাক অমুক্তা লৈজরুখিগে।

আর কে ঃ রামে! নহাক ভাব তারেকো। চৎলো চৎলো। ঙাইখো! ইমাগী হিদাক লৈবদা মতেং ওইনবা (Money bag তগী লুপা ২০০/৩০০ শৎলগা পীবা)

রামেশ্বর ঃ (পৈশাদু মরাইবক কৎলগা) হয়েংদগী ঐহাক বেবি কোয়বা হৌরগে য়ামবুং (চৎখ্রে)

আর কে ঃ মেমি অসি সোমদা লাক্রে। ঐহাক্কী চান্স লৌহৌদবা য়াদে (শমজেৎ পুথোরক্লগা মশম হাৎলি। মফি মরোল শেমজিল্লি। মেমি থোরকই) মেমি! কদায়দা চৎলিনো?

মেমি ঃ ঐহাকপুরো? Ok Store দগী লাইরিক লৈরুগে। করি তাকপীগদবা? ঐদি তামোবু কনানো হায়বা নিংশিংবা থোকচদ্রে।

আর কে ঃ তোয়না উনরগদবনিনা খঙনরক্লনিদা। ঐহাক মন্ত্রি স্নখ্যা মনিস্নাগী নাইতোম পোকপা শক্তিস্নানি। ঐহাকপু খঙদবা মী ইম্ফালদা লৈরম্বসি লাইবক থিবনি। অদুবু ৱারৌনিংঙাই করিসু লৈতে। উনদ্রবদি খঙনদ্রেদনা, নৎত্রনে মেমি...?

মেমি ঃ হৌজিক্কীদুবু আর কে নি হায়বিখিবা নত্তরা?

আর কে ঃ উম! মিনিষ্টর আর কে মনিস্না ঐহাক্কী পাবুংনি।

মেমি ঃ য়াম্বুংনা ইমা ইচাবু শক খঙবীরম্বা অমদি ঐহাক্কী মিং খঙবীরম্বা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। করি তাকপীগদবা?

আর কে ঃ হায়নিংবা ৱাবুদি য়ামই। অসিমতং পায়শিনবীখিবা য়াগদরা ? (চিঠি পীবা)

মেমি ঃ কনাদা পীগদবা চিঠি ওইরবনো?

আর কে ঃ ঐহাক্না মেমিদা পীজবা খুদোলনি। কুইরবনি ঐনা তাঞ্জা অসিতবু ঙাইরকপা। পাবতদি পাবীয়ু। খোইদাবীদ্রবসু কল্লকপেন্না চৈবীরকউ। ঋারৌবীরোই। সে...।

মেমি ঃ ঐহাক মদু লৌজবা ঙম্মোই। মদুগী মতম ঋাৎলি। মতম চারকান্দা নিংশিংজরক্কে।

আর কে ঃ ঐহাক্কী খুৎসি ইকাইরক্কদৌরি। ঐহাক্কী চিঠিসি লৌবদা খুৎতু পৎমক্তি পৎলোইদা। please...

মেমি ঃ য়াম্বুংসি শক্তি ফজে হায়ববু মায়দি হায়ফেৎ কনবজাৎনি। য়াম্বুংগী চিঠিদু ঐহাক্না লৌরগা পারবগী মতুংদা ঐহাক্না হায়নিংবা হায়রকউ হায়বা নত্রা-ও?

আর কে ঃ করেক্ট, অদুমক্কি।

মেমি ঃ য়াম্বুংগী চিঠিগী পাউখুম ঙাইবদা য়াম্বুংগী পুক্লিং লৈতাফম খঙদবা য়াই। মসি লম্বীনি। মীয়ামসু চৎলি। য়াম্বুংগী মায় ঙাকচবা ওইনা চিঠিদুদি লৌজরগে। পীরকউ (চিঠি লৌবা) ঐহাক্কী পাউখুমদি মসিনি (মচেৎ-মচেৎ শেগায়রগা) ঐহাক্কী পাউখুম চিঠি অসি অমুক্তা পায়শিনবীয়ু (পীবা, মখুৎতা হাপ্লগা) মাই ডিয়ার য়াম্বুং! মিনিষ্টরগী মচা ওইরগা মেমিগী রাজকুমার হেক্তা ওইগনি খনবীরিবা ঋাখলদু থাদোকপীয়ু। ভাব তারেকো। (চৎখ্রে)

আর কে ঃ নুপী হায়বা জাৎসিনা পঙবসি হায়ফেৎ পঙবজাৎনি। অদুবুদি অঙাং ওইরি। চাউরক্লগা জ্ঞান তাজরক্কনিদা। ঐগী ইমিং আর কে শক্তিসনা কৌই হায়বসি ঐগী মেমিদা কনাবু অর্থ হলহনগনি। করেক্ট, মমা পুর্নিমা লৈ। (থোকখরে)

—

৩

## পুর্নিমাগী য়ুম (নুমিদাংৱাইরম)

নুংশি (চহি ২৩) চংলকই।

নুংশি ঃ ইমাবেম্মা! ইমাবেম্মা! কনা অমত্তা লৈতবজাৎলা?

বেবিরানি ঃ (থোরকই) তামো নুংশি।

নুংশি ঃ ইমাবেম্মা লৈতব্রা বেবি?

বেবিরানি ঃ লৈ। দিল্লিগী টেলিফোন নম্বর অমা থিফম খঙদ্রে হায়দুনা থিরি, কাখৎলকও। চৌক্রিসিদা ফম্মো।

পুর্নিমা ঃ (মনুংদগী) বেবি! কনা লাকই?

বেবিরানি ঃ তামো নুংশি লাকএ ইমা।

পুর্নিমা ঃ নুংশি! নঙ লাকপা ফরে। ঐখোয় হৌজিক প্রোগ্রাম য়াৎথোক্লগদবনি। ফম্মু। ইমা থোরক্লগে। মী অতৈসু লাক্লনি।

বেবিরানি ঃ তামো! পাউ তারগা লাকপরা? চুম্না সুম লাকপরা?

নুংশি ঃ ইমাবেম্মনা টেলিফোন তৌরকপদগী লাকইবনি।

ইতোমচা ঃ তৌদ্রিনা খুঙ্গংগী যনজেন্নহানা খোংবনি। পেনানা মাইবীগী মাইবনা খোংনৈ। সংকির্ত্তন অমগীদদি মোইবুং দরকার ওই। কলাকার অমা ওইবা তারবদি মোইবুং...
মোইবুং? মোইবুং হায়বসি অসি নত্তরা ... (মোইবুং খোংই, মেমিগা বেবিগা চেঙ্থোরকই)।

নুংশি ঃ মোইবুং খোংলবদি মৈতৈ পুংনা মখা শমথগদবনি।
ইতোমচা চালিগী পুং য়ৈরকই। মেমিগা বেবিগা চালী শাবা।

পুর্নিমা ঃ কনানো নহাক্লা?

ইতোমচা ঃ ইমাবেম্মা! ঐহাক্কী মিং ইতোমচাকৌজৈ।

পুর্নিমা ঃ নহাক করি লমদগীনো? মফম অসিদা কনানা থারকই?

ইতোমচা ঃ ঐহাক হৈরোককী দান্স একাদেমিগী ছাত্রনি। তেম্থাগী এম এল এ না থারকপনি। ঐহাক ইমাগী পার্টিগী চাক থোংউ... থোংজগে, ফি শু... শুজগে, যন্ত্র খোঙউ খোঙজগে, জগোয় শাউ শাজগে। ইমাগী দিল্লিদা চৎপসিদা নচাবু য়াওহনবীয়ু (খুরুম্মী)

পুর্নিমা ঃ মেমি, বেবি! করি খল্লি?

মেমি-বেবি ঃ খন্নবা য়াই।

পুর্নিমা ঃ নুংশি, নহাক্কী মোততি?

নুংশি ঃ ইমাবেম্মনা নুংশিবীরোদা। ইনাও ইতোমচা অসি ঐখোয়গী খোঙলোয় ওইবদা মথেল অমা ওইবসু য়াই।

পুর্নিমা ঃ নখোয়নবু য়ারবদি ইতোমচা! নহাকসু ইমাগা দিল্লিদা চৎপা তারে।

ইতোমচা ঃ হরাউরে! নুংঙাইরে!

ঐগী নিংবা থুংলে।
জগোয় ঈশৈ খোংবা
হৈরুবনা ঐদি দিল্লিদা চৎলনি
লম য়েংবা ফংলনি। হরাউরে...
গাড়ি মচা তোংনিংবা
গুলী চাবা নখোয়দি
এদস লায়নানা নারনি
নহা ওইনা শিরনি।

পুর্নিমা ঃ ইতোমচা! হরাউরবা নত্তরা? নুংঙাইরেদনা?

ইতোমচা ঃ হো... হরাউরে। নুংঙাইরে, ঐগী নিংবা থুংলে। ফি শু শুজগে, চাক থোংউ থোংজগে, ইমানা হায়বদা ইঞ্জগে।

পুর্নিমা ঃ অদুদি লাইরোল পেনা খোংউ। লৈশেম জগোয়গী পেনা.. (ইতোমচানা পেনা খোংই) মালেমসি তাইবং মপুনা লৈশেম্লকপদগী জগোয় ঈশৈগা ঈরোইনরকই। মেমি! জগোয়। ঈশৈশু শকউ (মেমিগী জগোয়-ঈশৈ) কট! য়ারে (ঘড়ি য়েংলগা) লৈশেম মপুনা তাইবং মী শেম্লকপদা চীংমীবু (ট্রাইব) হান্না শেম্লকই। ইতোমচা! কবুই দান্স। ম্যুজিক পীয়ু।

(ঘরি য়েংলগা) য়ারে। মিনিট ৭ তগী হেনবা য়াদে। তাইবং মীওইবা চীংদগী তম্পাক্তা পাৎ তুরেল মপান্দা খুন্দারকখি। নিপা নুপীগী রোমান্স, নুংশিনবা হৈরকই। ইতোমচা! মোইরাংগী ম্যুজিক। নুংশি, মেমি! খম্বা থোইবী দান্স।

বেবিরানি ঃ অদুদি ঐখোয় দিল্লিদা চৎমিন্নবা তারেনে?

নুংশি ঃ চৎপা তারেদনা। অদুবু খ্বাইদগী লুরিবদি পৈশা ৱাৎকদৌরিবসিনি।

বেবিরানি ঃ করিগী? আর্ট এন্দ কলচরনা পৈশা পুথোক্কদবা নত্তরনে?

নুংশি ঃ সরকারনা চৎখিবা হল্লকপগী ভরা, লৈফম চাফম, নোংমগী মরু ওইবা খরচ ওইনবা দি এ গীবুদি থৌরাং তৌরনিনে। লন্নাই অপাম্বা পোৎ-চৈ লৈনবা লুপা লিশিং মঙা তরা দরকার ওইরোইদ্রনে? নহাক্কীদি নহাক্কী দেদিদগী লৌবা য়াই। ঐহাক্কীদি লৌফম লৈতে।

বেবিরানি ঃ তামোগী দরকার ওইবা পৈশাদু ইমাদগী লৌরগা লোইরে।

পুর্নিমা ঃ (থোরকই) নুংশি! নহাক সরকারগী ওর্দর উরবরা? সে পাউ (ওর্দর, ৱোচরনচিংবা পীবা) নহানমখে ঐখোয়না চৎলুবদুনা নেসনেলগীনিদো। হন্দক্কীদি ইন্টরনেস্নেল য়ুঠ ফেষ্টিভেলনিদো। পৃথিবীগী জাতি শুনা লাক্কদৌরিবনি। মরু ওইনা ইন্টরনেসনেল বুমেন ইয়ারগা মরী লৈনন্না পাঙথোকলিবা থৌরম্নি। অদুনা নুপীগী থৌরম্না য়ামবনি। প্রোগ্রামগী মতুংইন্না ইন্দিয়াদা পীরিবা চান্স অসি নুপীগী ফুটবোল। মসিদা খ্বাইদগী নুংঙাইবদি ইন্দিয়াগী নুপী টিম মনিপুরগী চনুরা ঙাক্তনা শান্নগনি।

বেবিরানি ঃ অচুম্বরনে ইমা?

পুর্নিমা ঃ য়েস! ৱোচর অদুদা ময়েক শেংনা ইরিবনি। মনিপুরগীদমক্তা স্পিসিয়েল ওইনা পীরিবসি দান্সনি। অতৈ আইতেমশিংদা পীরিবা মওংসি মিনিট কুন-কুনমঙাখক্তনি। দান্স প্রোগ্রামগীদমক্তদি পুংখায় অমা পীবনি। মসি স্পিসিয়েল চান্সনি। দ্রমানা মহাভারততা, ঈশৈনা ইউ পি অলহাবাদতা, মেন্তেল আর্তনা কেরেলাদা পীরিবসি মিনিট কুনখক্তা ওইরমগনি। নমা ঐহাকপু ইন্দিয়াগী দান্স ট্রুপকী কেদর ওইনা খল্লকইবসি ইচাশিংনা ঐগী, মনিপুরগী অমদি ইন্দিয়াগী মায় ঙাক্কদবনিকো নুংশি।

নুংশি ঃ ইমাইবেম্মা! ইবুধৌ পাখংববু থৌনিসি।

(পাখং মচা মশক ফজবা অমা চঙলকই। বেবিগা মখোয় অনি উনবমক্তদা

মিৎফম হোংনদে। love at the first sight নি। পাখঙ মচাদু লকক লেপ্লবগী মতুংদা চংশিল্লক্লগা পুর্নিমাদা খুরুম্মী)

পাখংবা ঃ ইমা বেম্মা!

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো! নহাকপু কনানো? ইচাগী শক ইমানা লাকশিনবা ঙমদ্রে।

পাখংবা ঃ ইমা! ঐহাক নম্বোল কলচরেল আর্ট সেন্টরদগীনি। নচাগী মিং পাখংবা কৌজে। ঐখোয়গী আর্ট সেন্টরগী সেক্রেটরিদা আর্ট এন্দ কলচরগী সেক্রেটরিনা দাঙ্গকী কলাকার অমা ইমাদা খুদক্তা রিপোর্ট তৌহল্লু হায়না চে থারকপদগী ঐহাক লাকচবনি।

পুর্নিমা ঃ ইচাদি করি করি জগোয়দি তম্লে? ঈশৈ শকপদি ঙম্বরা?

পাখংবা ঃ জগোয় প্রোগ্রাম অয়াম্বা শরুক য়াজরক্লে, ঈশৈদি এ আই আর গী এপ্রুভ কলাকার ওইজরে।

পুর্নিমা ঃ ইচা লাকপা য়াম্না নুংঙাইরে। ফম্মু ফম্মু। ফম্মুনে, করিগী কোইরিবনো? মহাক্না (নুংশিদা) নঙোন্দগী চহি হল্লমগদবা মাল্লি। তামো কৌ। মহাকসু জগোয়গী কলাকারনি। ঐখোয়গী ট্রুপকী মেম্বরনি। শক খঙনরো। (পাখংবনা নুংশিদা ভক্তি তৌই) বেবি! ঐখোয় ব্বারি চথদ্রিঙৈদা চা অমত্তংদি থকসিদনা।

বেবিরানি ঃ ফনি ইমা (চঙখি)

পুর্নিমা ঃ ইচাশা! চৎকদৌরিবা ঐখোয়গী ট্রুপ অসি মী য়ামদে। য়াম্লবদা মী তরাদগী হেনবা য়াদে। কনানো ইবুংঙো অমা লাকইবসিনা।

(মমিৎ মনা ইথক থকপা, ইঙাও ঙাওজবা পাখং মচা অমা চংলকই। মখোয় অঙম্মক ঙক্না য়েংই। চংলকইবা পাখং অসিগী মমিং মৃদঙ্গ কৌই।

মৃদঙ্গ ঃ করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা?

নুংশি ঃ হংবীয়ু। কনা থিরকপা ওইরবনো?

মৃদঙ্গ ঃ মথং মথং হংজরগা থিজরকপনি। ইমা পুর্নিমাগী য়ুম অসিনি তাক্লকপা মীনা খুদোম্বীনা থিল্লকপদগী চঙজরকপনি। ইমা পুর্নিমাবু লৈবীবরা?

নুংশি ঃ ইমা পুর্নিমা থিরকইবা করিগীনো? পৈশা তোনখিবা লৈব্রা? নত্রগা কনাগুম্বগী খুনেক ওইনা ইমা পুর্নিমাবু হাৎলুচো হায়দুনা থারকপ্রা? অদোম্বু কনানো, করি মিং কৌবিবগে? নোংমৈগদি য়াওদেকো?

মৃদঙ্গ ঃ সর্বনাস! পুন্নমক মাংলে। তানিং-তামাং ওন্নরে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ শারগা মমা শচিরানীগী মফমদা ওইনজগে, ননি মাখোন ছুরাল্লগা চারুগে খন্দুনা ইমা পুর্নিমা দর্শন তৌবা লাকপা ঐহাকপু দেবকীগী মচা হাৎপা কংস মহারাজ ওইহনবীরে। হে দয়ামোই নচাবু করি ওইরসিগে? মিৎলুদগী শিঙ্গুরক্লিবা পিরাংসে অমুক্তুংদি তৈথোকপীয়ুগবা হে দয়ামোই।

(পুর্নিমাদি চৌক্রিদা ফল্লগা নুংঙাইনা কুম্মো য়েংলি। নুংশিগা পাখংবগা য়েংনৈ। পাখংবনা মকোক বেরা লৈবা মীনি হায়বগী মওং উৎলি। মদু উবদা)

মৃদঙ্গ ঃ ঐ অঙাওবা নত্তে, ঙাওদে
অনিংবা অপাম্বা ফংনবা
থিবা লাকপনি সিদা
মাঙদা লৈরে অপাম্বা
চানিংবদু মিৎতা উরে
ঐদি চৎলরোই, চৎলরোই

নুংশি ঃ সোমগী মিং হায়বীদ্রিমাল্লে।

মৃদঙ্গ ঃ তা তা থৈ থা (পুংলোন) ঐগী মিংদি মৃদঙ্গ!

নুংশি ঃ মৃদঙ্গ?

মৃদঙ্গ ঃ গৌরাঙ্গ প্রভুনা জগোয় শাই। বিশরুপনা পুং য়ৈ। ভক্ত ঐগী মিং মৃদঙ্গ।

পুর্নিমা ঃ ইচানা থিরকইবা পুর্নিমা হায়বীদু ঐহাক্কি। ইচা মৃদঙ্গনা করি হায়নিংবা।

মৃদঙ্গ ঃ জননী মা। হে দেবী মা! নচা মৃদঙ্গনা কোতি প্রনাম কচ্চরি। ভক্তি কচ্চরি ইমা ইবেম্মা। দিল্লিদা ইমানা লুচিংলগা দান্স ট্রুপ অমা ৱার্ল্ড য়ুঠ ফেস্তিভেলদা শরুক য়াবা চৎকনি হায়বা পাউ তাজবদগী লাকচবনি। নচাবুসু পুবীয়ু, ইমাগী থৌগল ফংহনবিয়ু (উপ্রাক্লা হিপ্লগা খুরুমই)

পুর্নিমা ঃ নুংশিখ্রেদকো ইচা মৃদঙ্গসে। অদুবু নমাবু ৱারৌগনু। ইচাগী বোরদু ইমানা পীবা ঙস্মোইদৌরেনে ইমাগী কহ্নাইলাল। ইমাবু ৱারৌগনুকো মৃদঙ্গ।

মৃদঙ্গ ঃ ইমা দৈবকীনা পীবা ঙমদবা বরদু ইমা শচিরানিনদি পীবীবা য়াই। নচাগী করি ইরাল লৈবদগী বর লৎনবনো ইমা?

পুর্নিমা ঃ মৈতৈ জগোয় ইশৈদদি পেনা দরকার ওই। ইচাদি পেনা খোংবা হৈরম্লোই। অদুনা ইমানা বর পীবদা লৎনবনিকো মৃদঙ্গ।

মৃদঙ্গ ঃ পেনা খোংবদি পেনামুক লাই। হা আ... লাংলেন মচা থোইবীদো.... থেক্ক থেক... নৌগা নৌ.... য়ুমলৈমনা লিক্লো কানগুমই.... হা.. তেনবানা লৈমায়দা চৎকুমই.... (পেনা খোংলগা শকই, পুর্নিমা মতৌদু উরুবদা নোক্লিংবা খাংবা ঙমদে)

নুংশি ঃ খুনুং ঈশৈ, খম্বা থোইবী জগোয়দা তৌদ্রি দরকাই ওই। বাসি য়াউদ্রবদি মৈতৈগী ঈশৈ মপুং ফাদে। নহাক বাসি খোংবা হৈরম্লোই অদুনা ইমানা বর পীয়ু য়াদবা ওইরমগনি মৃদঙ্গ।

মৃদঙ্গ ঃ (বাসি খোংই, ঈশৈ মতেক অমসু শকই)

পুর্নিমা ঃ (জগোয় শারগা) শাগৎলু খম্বা, ইচেনা য়েংবদা পেল্লে। শাগৎলুদা থোইবী, ইমানা য়েংবদা পেল্লে। কত! অদুদগী মীওইবা ঐখোয়সি ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন্দা পুক্লিং লুপশিল্লকই। বেবি! নহাক রাধা শাউ। পাখংবা! নহাক্না কৃষ্ণ। মৃদঙ্গ! রাস লিলা। পৃথিবীগী কলাকার অয়াম্বা ঈশৈ শক্লগা জগোয় শারক্লোই। ঐখোয়গী কাংবুদি অনিমক তুনা হৈগদবনি। মসিনা মনিপুরগী আর্টিষ্টশিংগী স্পিসিয়েল ওইগদৌরিবনি। নখোয় অনি ঈশৈ ফজনা শক্কদবনি। মতম মিনিট তরেৎ। জুগোল বন্দিদা লোইগদবনি। ম্যুজিক...। আর্টিষ্ট! ৱান... টু ... থ্রি... ফোর...! (জগোয় ঈশৈ) ওকে। য়ারে। মসিনা ঐখোয়দা পীবা পুংখায় অমগী প্রোগ্রাম ওইগদবনি। জগোয় য়ারে। ঈশৈ খরগা প্রাক্টিস তৌরকউ। হাংচিৎ ঐখোয় ইম্ফাল থাদোক্কদবনি। নশা নশাগী কোসটুম এরেঞ্জ তৌরুরো। pack and pack up. Go. Go. (মখোয় মরি খুরুম্লগা হরাউনা থোকমিন্নখ্রে)

(পুর্নিমানা পোত্থারগা ৱাখল খল্লিঙৈদা আর কে চংলকই)

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো, কনা উন্নগদবা ওইরবনো?

আর কে ঃ ইমাইবেম্মা উন্নবা লাকচবনি।

পুর্নিমা ঃ করি তান্নসিগে? ইবুংঙোগী শক ঐহাক লাকশিনবা ঙমদ্রে। ইবুংঙোনা কনা...?

আর কে ঃ ঐহাক মিনিষ্টর আর কে মনিস্নাগী মচানি। ইমিংনা আর কে শক্তিস্না। ইমানা মেমিহোই পুরগা দিল্লিদা চৎকনি হায়বা পাউ তাজবদগী লাকচবনি। ঐহাকসু দিল্লিদা চৎপদু য়াওজগে। ইমাগী পার্টিগী ওইনা খরচ লুপা লিশিং মঙা-তরা, লাক্ষ ওইরবসু পুথোকচগে।

পুর্নিমা ঃ ইবুংঙো নহাকপু কলাকার অমরা? করিগীদমক আর কে না পৈশা পুথোক্লিংলিবা? ঐবু ভাব অমুক্তা তাহল্লু।

আর কে ঃ ঐহাক জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা মীদি নৎচদে। ঐহাক্না লনাই পৈশা পুথোকপা পাম্বীদ্রবসু আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্টপু পুথোকহনবসু ঙমগনি।

পুর্নিমা ঃ শেল য়াম্না পায়বা নত্রবসু য়াম্না ঙম্বগী ঝানিনে? ঐহাক্না দিল্লিদা অদুক য়াম্না চৎমিন্ননিংবগী মরম অমদি লৈফম থোকই।

আর কে ঃ লৈফম থোকপনি। শম্না হায়জরবদা ঐহাক মেমিবু ঐহাক্কী ওইবা পাম্মী। সহর কয়াদা মেমিগা লোয়ননা কোয়মিন্নবা পাম্মী।

পুর্নিমা ঃ মখাদি?

আর কে ঃ মেমিগা ঐহাক্না শকখঙ মায়খঙনরবগী মতুংদা, হায়বদি ঐখোয় অনি মরি লৈনরবগী মতুংদা মেমিবু ঐহাক্কীদমক ঐখোয় পাবুংগী মমৌনুপী ওইনা লুহোংবা...।

পুর্নিমা ঃ য়ারে। ইমা ভাব তারে। মেমি পাম্বা নত্রা-ও? মেমি!

মেমি ঃ (ইমুংদগী) করি হায়গে ইমা?

পুর্নিমা ঃ নহাক্কী ভিজিতর ভিআইপি অমা লাকই। অমুক্তা থোরকউ

আর কে ঃ মেমিবু কৌথোকপীরুদ্রবসু ইমানা য়াবীরগা লোইরে।

পুর্নিমা ঃ ঐহাকসি, ইবুংঙো আর কে মন্ত্রিগী মচাগী দুউটি ওইয়ু হায়বা নত্রা-ও? নশা নশা হান্না অমুক্তা উন্নখো। মখাগী থবক ইমা চত্থরক্লগে।

মেমি ঃ করি হায়গে ইমা?

পুর্নিমা ঃ নহাক্কী ভিজিতর ভিআইপি অসিগা ঝারী শান্নৌ।

মেমি ঃ ঐহাক্কীদি মহাক্না ঝারী শান্ননিংঙাই লৈতে। মহাক্না ঐঙোন্দা পীরকপা চিঠিগী পাউখুম মমাংমক্তদা শেগায়রগা পাউখুম পীখ্রবনি ইমা (চংখি)

আর কে ঃ ঐহাক্কী চিঠিগী পাউখুম মেমিদগী ফংবদগীনি ইমাবু উন্নবা লাকইবসিসু জ্ঞান তাদ্রিবা লৈশাবীনি। ইমানা ঝারকপীরগা লোইরে। চুম্মেকো ইমা?

পুর্নিমা ঃ চুম্মী। অদুনা মশানা য়াদবা নুপী লৌগনি খনবা ঝাখলদু থাদোকপা চুমগনি। য়ারেকো মন্ত্রিগী মচা আর কে।

আর কে ঃ ইমানা খণ্ডজিনবীগদবদি আর কে শক্তিসনা ঐহাক্লা খনখ্রবা ৰাখল কনানসু হোংহনবা ঙম্লোই। ঐহাক্লা পাম্বদু, লৌদনসু খক তোক্তে। হৌজিক্কী মতমদা শেল অমদি শক্তিনা তৌগে খনবা থবক তৌবা ঙম্মী ইমা।

পুর্নিমা ঃ ও...! নহাক প্রজাগী শেল মাংহনবা শেঞ্জাবা মন্ত্রিগী মচানি অদুনা শেন পাইরে, চাউরে। তৌগেদা ঙম্বা শক্তিমেন নি অসিনিনে।

আর কে ঃ করেক্ট! অদুমক্লি।

পুর্নিমা ঃ লৈকাইগী মৈরাপাইবী কৌরগা নহাক্কী শক্তিদু লৌথোক্লগা মীয়াম মাঙদা খোঙ্গোইনরবদি চোপ্পনি। better to leave this place.

আর কে ঃ করেক্ট! মৈরা পাইবীনা ঐহাকপু খোঙ্গোইনবগী মতিক লৈতে।

পুর্নিমা ঃ মৈরা পাইবীগী শক্তি লৈত্রবসু শক্তিসনা নহাক পুর্নিমাগী শক্তিদি য়েংনিংঙেনেকো?

আর কে ঃ করেক্ট! ইমাগী শক্তিনা ঐহাক্লা মেমিগী মপু ওইরগদবনি।

পুর্নিমা ঃ মেমি! ঐহাক মেমিগী মমানি। মেমিগী মমা পুর্নিমা কৌবীদো ঐহাক্লি। নহাক্কুম্বা অঙাং চোইহানা ঐঙোন্দগী ফংফম থোকপদি ইচা মেমি নত্তে। মসিনি! (মখজাইদা খুৎপাক্লা নপখি) stupid! get out!

আর কে ঃ করেক্ট! শক্তি লৈবী মমানি। ঐহাক্কী নিংবা থুংলনি। Thank you. (ফেৎ চৎখি)

পুর্নিমা ঃ লৈবাক অসি অঙকপনা থল্লে। ঙক্তবা ঐখোয় হিংবদা ৱাগদৌরিদা।

———

## ৪

## এয়ারপোর্ট (অয়ুক)

এরেপ্লেনগী মখোল। সুট তাই শেৎপা ডি আই জি শাজৌ এয়ারপোর্টতা নংহৌররোই মতাগুম মচানুপী উন্নবা লাকপনি। কুইলেংপাওসু মচানুপী বেবিরানিগী দিল্লি চৎপগী খরচ পীবা লাকপনি। এয়ারপোর্টতগী এনাউনচমেন্ট তৌরি।

Your attention please. passengers bound for Delhi are requsted to report to the security enclosure. The plane is ready for departure.

Your attention please, Delhi দা চৎপীগদবা পেসেঞ্জর পুম্নমক সেক্যুরিটিদা রিপোর্ট তৌবীরো। প্লেন থাগদৌরে।
(নুংশিনা পাখংবা, মেমি, বেবিবু হোইরদুনা পুর্নিমাগা থুনা চংলকই।

মেমি ঃ (শাজৌ দা) পাবুং... (কৌনৈ ৱারী ৱাতাই শানৈ)

বেবিরানি ঃ দেদি! (মপাগা কৌনৈ ৱারী শান্নৈ)

পুর্নিমা ঃ ইচাশা! সেক্যুরিটি ইনক্লোজদা চংলো, রিপোর্ট তৌরুরো। প্লেন থাগদৌরবনি। চৎলো...চৎলো...। মপা অনিমক্না ওম্থোক্না থাজদনা...

কুইলেংপাওঃ বেবি দিল্লিদা চৎকনি হায়বা পাউ ফংবদগী ইচাগী খরচ ওইনবা পৈশা খরদং পীহৌগে খন্দনা লাকপনি। য়ুম য়ৌরুরে। এয়ারপোর্টতা চৎখ্রে হায়রকপদগী সিদা লাক্রবনি। সে সে লুপা লিশিং মঙাখক্তনি। দিল্লিদগী ইচানা লৈনিংবা পোৎ লৈরক্নবা (বেবিদা পীবা)

বেবিরানি ঃ মেমি দা পীয়ো। দেদি ওফিসতগী ছুটি লৌবা য়ারবদি দিল্লিদা লাকউ।

কুইলেংপাও ঃ Ok, I will try. চঙখ্রো প্লেননা ঙাইরে।

বেবিরানি ঃ Dady bye... (কুইনা কিস তৌই) বেবি মমিগা থাদোক্নগনুকো। Ok dady all the best.

কুইলেংপাও ঃ Wish you all success (মখুৎ হাইরগা লৈহৌই, কপই)

শাজৌ ঃ (মেমি দা) ভাব তারেকো? লংফৈ চৎপা হায়বসিদি মিৎ-না শিংগদবনি। নমাগা থাদোক্লগনুকো।

মেমি ঃ ফনি পাবুং। ইমা! পাবুংনা পীবা পৈশা অসি হাপচিনবীয়ু (পীবা)

পুর্নিমা ঃ মেমি! চংঙো। রিপোর্ট তৌরুরো।

মেমি ঃ পাবুং! নচা য়ৌজরুখিগে। (খুরুম্বা)

শাজৌ ঃ নকোক ফাওবা চিক্লক্কনু। চৎলো চৎলো মঙ্গল ওইরকউ (মেমি চংখরে)

পুর্নিমা ঃ অদুদি মপা অনিমক! ঐহাক য়ৌরুখিগে। হল্লকপদা উন্নরগা ৱারি ৱাতাই শান্নরসি।

শাজৌ ঃ য়ৌরো য়ৌরো। পুর্নিমা! ইচা মেমিবু চেৎনা শেন্নবীয়ুকো।

কুইলেংপাও ঃ পুর্নিমা! বেবিগা থাদোক্লগনুকো। চৎলো, গুদ লক।

পুর্নিমা ঃ (মখুৎ হাইর-হাইরদুনা) take care of yourself, bye.

(চৎখ্রে। এরোপ্লেন ষ্টার্ট তৌখ্রে। পাইখৎখ্রে। শাজৌ-কুইলেংপাও মপি ইরা চেল্লগা মখুৎ হাইহৌই। অনিমক কপই)

কুইলেংপাও ঃ ডি আই জি সাহেব! করিগী কপ্পরা?

শাজৌ ঃ নহাক্কী মিৎকী পি অদুদি করিগীনো? (কুইলেংপাও মপি তৈথোকই, নোকই) কুইলেংপাও! পুর্নিমাগী মরমদা করি খল্লি?

কুইলেংপাওঃ পুর্নিমা, ইচানুপী বেবিগী মমানি। ইচা নুংশিবগুম মমাবুসু নুংশি। ডি আই জি সাহেবতি পুর্নিমাগী মরমদা করি খল্লি?

শাজৌ ঃ নহাক্কী পাউখুমগা মান্নে। ইচা কায়নগনি খনবদা পিদি খাম্বা য়াদে।

কুইলেংপাও ঃ কপ্পা ফত্তেদা! খরসু নুংঙাইথোকসি। দিল্লিদা মমানা মচানুপী পুখিবনি। ঐখোয় ৱারোইসিদা। উমংদা ষনবীনা ষণনাও পুরগা চৎপদা কৈনা ষণনাওবু চাবা ঙমদবনি।

শাজৌ ঃ অদুবু মচাবু মমানা কয়াম কুইনা নাওকোন্দুনা থম্বা ঙমগনি। ইচানুপী লৈশাবী ফারক্লে। নোংমদি নিংঙোল ওইবীগী হৌনশা মপুরোইবগী মশাইগোন্দা চৎখিগনি।

কুইলেংপাও ঃ মদুদি মশানা তাবা অচুম্বনিনা।

শাজৌ ঃ মীওইবগী চৎনবী অচুম্বা অদুনা ঐহাক্ক পুর্নিমাগী পুন্সিদা অকায়বা লাকপা য়াই। পুর্নিমাগা ঐগা কায়নবগী পুংফম অদুগী খনবদী ঐ ৱাদবা ঙমদে।

কুইলেংপাওঃ ইচা বেবি শোয়দনা ময়ুম পানখিনি। ইচাগী অপাম্বা নিপাগী ময়ুমদা চৎখিসনু। অদু ওইরবসু পুর্নিমানা মমা, ঐহাক্না মপা অদুম ওইগদবা নত্রা? পুর্নিমাগা ঐগা করিগী কায়নগনি?

শাজৌ ঃ ঐহাক্কী ৱাখলসু মদুমক্নি। অদুবু মদুগী য়ারক্তবা মতাং লাকপা য়াই।

কুইলেংপাও ঃ কনানা থিংগদবরা? পুর্নিমাসি নহাক নতোমতগী ওইবা য়ারোইকো ডি আই জি সাহেব।

শাজৌ ঃ করিগুম্বা মতমদা পুর্নিমাসি নহাক্তগী ওইগে খনগনুকো কুইলেংপাও ভায়।

কুইলেংপাও ঃ অদুদি পুর্নিমাসি ঐখোয় অনি তত্থায় তত্থায় য়েন্নবদা তারে।

শাজৌ ঃ তত্থায় য়েন্নবসু য়ারোই।

কুইলেংপাওঃ মপুম অমবু তত্থায় য়েন্নদ্রবদি করম্না অনি থোক্না য়েন্নগনি?

শাজৌ ঃ মদুগী পাউখুমগীদমক নহান মখৈ কোক ঙাওরক্লিবনি। গোলমৈ।

কুইলেংপাও ঃ ঐহাক কুইলেংপাওনি। অদুবু গোলমৈ কৌবিরসু কায়দে। ঐহাক কবুইনি। গোলমৈসু কবুইনি। করিসু কাইদে। ঙসি করি খল্লে?

শাজৌ ঃ চুড়াচান্দপুরগী ওঝা পুদাইটকী লাইরিক অমা নিংশিংলক্লে।

কুইলেংপাওঃ করি লাইরিক?

শাজৌ ঃ All for love.

কুইলেংপাওঃ চেখুমদা টাজমহল য়েকপদু নত্তরা?

শাজৌ ঃ য়েস।

কুইলেংপাওঃ মদুদি, খৃষ্টিয়ানিতিগী লাইরিক্নি।

শাজৌ ঃ ধর্ম্ম খুদিংমক্না প্রজাবু নুংশি। Allah Mahamad নসু মীপুম খুদিংমকপু নুংশিখি। ঙসি ঈশ্বরগী শক্তম লৌরিবা গোবিন্দ, কৃষ্ণ, বুদ্ধ, প্রভু রামচন্দ্র, মহাবীর, গুরু নানক মীওইবা ঐখোয় পুন্নমকপু নুংশিবী। চৎকদবা অচুম্বা লম্বী তাকপী। তৌরোইদবা পাপ পুগদবা থবক তৌদনবা পাউতাক পীরম্বা মহাপুরুষ, ঈশ্বর ঙাক্তনি।

কুইলেংপাওঃ জিষু খৃষ্ট, ঈশ্বরগী মচানসু মীপুম খুদিংবু নুংশি। মহাক্কী য়েক্নবা লৈতে। জিষুদি পুন্নমক্কী মরুপনি। come unto me, I will take you to heaven. হায়রমই।

শাজৌ ঃ অদুনা গোলমৈ! মপুম অমদগী মচেৎ তাদনা য়েন্নরগা চামিন্নবা য়াবদি love নি। নুংশিবদা জাতি বীজাদি লৈতে। শম্না হায়রবদা All for love. ঐখোয় অনি নুংশিনরবদি, পুর্নিমানা ঐখোয় অনিবু নুংশিরবদি ঐখোয় অহুম য়েন্নদুনা চামিন্নবা য়াগনি।

কুইলেংপাওঃ অদুদি ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌবা তারেদনা।

সাজৌ ঃ ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌগদবা নত্তে। পুর্নিমাদা ঐখোয় অনিবু চপ মান্ননা নুংশিবীয়ু হায়জগদবনিনে গোলমৈ।

কুইলেংপাওঃ অদুদি পুর্নিমানা দিল্লিদগী হেক হল্লকপদা ঐখোয় অনি চংদুনা হায়জরসিনে ডি আই জি সাহেব।

শাজৌ ঃ হায়দুনসু লাক্লিবনি। অমুক্সু হায়জবা তাবনি। নুংশিবদি মীনম্বা য়াদবনি। থম্মোই শেংদবা য়াদে। নুংশিনরবদি খৎনররোই। অমত্তা ওইরনি।

কুইলেংপাওঃ অদু ওইরবদি ঐহাক ঈশৈ অমা শক্লিংলক্লে।

শাজৌ ঃ শকউ য়াই। প্লেন পাইখ্রে। মী লোইনা চৎনখ্রে। লমহাং অসিদা ঐখোয় অনিদা ঙাইরে। শকউ তাসি।

কুইলেংপাওঃ (ঈশৈ শকপা) নুংশিনরো খৎনরনু। হাৎন-শুনবা তোক্লসে। ঐখোয় অমত্তা ওইরসে। চাউখৎ লম্বীদা খুৎশম্ননা চৎলসে। নুংশিনরসে। ঐখোয় অমত্তা ওইরসে। তাইবং মপুনা শেম্লকপদা। কুকি নাগা মৈতৈ পাঙল খাইদোক্নুনা শেম্লক্তে। ঐখোয় ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি। নুংশিনরো। ডি আই জি সাহেব-ঐ- পুর্নিমা। নুংশি চান্ননা হিংজগে। তোঙান খাইদোকপীনুকো হে ঈশ্বর। মেমী, বেবী, ঐখোয় অহুম, মঙা। নুংশিনসি। অমত্তা ওইরসি। নুংশিনরো... (পিরাং তৈথোকই)

শাজৌ ঃ (খুবাক খুবা) well done. Thank you See you again. ঐখোয় অনি তোয়না উনসিকো গোলমৈ।

কুইলেংপাওঃ উন্নফমদি ডি আই জি সাহেব?

শাজৌ ঃ পুর্নিমাগী য়ুমদা (চৎখ্রে)।

কুইলেংপাওঃ ওকে। নুংশিনরো, খৎনরনু.... (ঈশৈ শক্লগা থোকখ্রে)

—

## ৫

# সেন্দ্রা টুরিষ্ট হোম লোক্তাক (অয়ুক)

বেবিরানিগা পাখংবগা হরাউনা থোরকই।

বেবিরানি ঃ তাদা পাখংবা! নখোয়গী সেন্দ্রা টুরিষ্ট হোম হায়বদু অসিরা?

পাখংবা ঃ মানি। মাঙদা উরিবসিনা লোক্তাক পাৎ হায়বদুনি। ফজদ্রা? য়েংবদা পুক্লিং নুংওন্দরা? বেবি!

বেবিরানি ঃ করি হায়গে?

পাখংবা ঃ হন্দক ঐখোয়না দিল্লিদা চৎলুবদা করি করি উরকই? করম্বা অনৌবা ৱাখল লাকই?

বেবিরানি ঃ পোমশাৎনবী লৈরাং ঐহাক্কী পুন্সিদা খোইমু অমা থেংনরকই। তাদদি করি উরকই? করি খল্লি?

পাখংবা ঃ খোইমুগী পাংথক ওইবা ঐহাক্কী পুন্সিগী লৈরাং বেবি কৌবী অমা থেংনরকখি। লৈরাং লৈনম তাবদা থম্মোয়দা মথুম মরাং হৌরক্লে। মহাক্কী নুংশি ঈপাক্তা ঈরাক্লগদৌরে। মহাক্না ঐহাক্তবু পুন্সিগী খোঙলোই ওইরবদি ঐহাক হিংগনি, নত্রবদি ঐহাক্কী পুন্সি কপ্পগতা লেল্লগনি।

বেবিরানি ঃ ঐদিকো- ঐহাক্না থেংনখিবা তাদা পাখং খোইমু অদো পুন্সিদা খোঙলোই ওইনা থাদোক্লদনা চৎমিন্নবা পামই।

পাখংবা ঃ ঐহাকসু ঐগী পোমশাৎনরিবী লৈরাং বেবি কৌবীদো ইমা পুর্নিমাগীদমক্তা খল্লুরগা ইচল শক্না লৈমিন্নফম থোকপনি অদুবু-

বেবিরানি ঃ অদুবু কৈদৌরবা?

পাখংবা ঃ মবুং অমা ওইনা ঐহাক্না ঐহাক্কী থম্মোয়গী লৈরাং বেবিবু লম্নানবা নিপা অমদা লাম্থোক্লগা লুহোংখিবদুদা ঐহাক্কী থৱায়না খাঙদুনা হরাউ মীনোক নোক্লুনা লৈহৌবদি ঙম্লোই।

বেবিরানি ঃ ঐহাকসুকো, নহাক থাদোক্লম্লগা শকখঙদবা কনাগী মনাক্তা লৈরুবা ঙম্মোই। নহাক্লা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখিবদসু ঐহাক কপ্তবা ঙম্মোই। শোয়দনা কপকনি।

পাখংবা ঃ ঐখোয় অনি নুংশি ঈপাক্তা খোঙদামিন্নবদা ঙাইরি। ঈরাক্লদুনা কায়নবগী পিরাং শিঙ্করিবা করিগীনো বেবি? লোক্তাক পাৎ য়েংবা লাকপদা কপকদবা নত্তে। য়েংউ! লোক্তাক পাৎ অসিদা করি উই বেবি?

বেবিরানি ঃ লোক্তাক পাৎকী ফুমদি মথক্তা লেপ্তুনা, ঙা ফাগনি ফারোই খঙদনা মোইরাং নিংঙোল অমা ইন চিংলি। তাদদি করি উই?

পাখংবা ঃ ক্বাক্তাগী লিরি হুম্বা নুংশিৎনা নিংঙোলগী শাইনোলবু মৌগী শিংদা চলহন্দুনা শন্নাং খোমগৎলি। ঈপাক্তা তাউরিবা হিদা পাখং অমনা তোংলগা, ঈরোন্নুংদা লুপ্পগী ব্লাখল তুংইননা, শোয়দনা ঙা ফারগনি হায়বগী আশাদা মহাক্লা হুনখিবা নুপা ইন চিংখৎলি। মহাক্লা থাকখিবা লাং কাইরি। মোইরাংগী পাখং অসিগী অশা অসিদনি ঐহাক্লা ঙসি বেবি বু ঐহাক্কী ওইজবগী মঙলান মঙলিবসে।

বেবিরানি ঃ ঐখোয় অনিগী নুংশিনবসি মঙলান ওইরগদরা দাদা?

পাখংবা ঃ সাইন্টিসকী মঙলান্দা টেলিফোন, টেলিভিজন, এরোপ্লেন মঙফাওনরবা তাইবং অসিদা পোক্লগা হিংলিবা ঐখোয়গী মঙলান মঙফাওনরোই হায়না খনবরা বেবি?

বেবিরানি ঃ ঐগী ইপা কবুইনি।

পাখংবা ঃ অদু ওইরবসু ইমা মৈতৈ নুপীনি।

বেবিরানি ঃ সমাজনা ঐখোয়গী য়েক্লবনি। মদু খল্লুনে দাদা। অদুগীদমক্তনিনে ঐহাক্লা কপ্লিংলিবসে।

পাখংবা ঃ নুংশি ঈপাক্তা খোংদামিন্নবদা ঙাইরি। ঈরাক্লদুনা কায়নবগী ব্লাখলদা পিরাং শিঙ্করিবা করিগীনো বেবি? লুনা খঙ্করুরবদি বুদ্ধি মমশিল্লক্কনি। খরসু লায়না খল্লু কৈদৌগে।

বেবিরানি ঃ থবক খুদিংমক পাঙথোকপদা লায়না খল্লবদিকো লাই ওক্লবনি। ঐখোয় অনিগী তুংগী পুন্সি করি ওইগদগে হায়বা খন্দবা য়াব্রনে?

পাখংবা ঃ ঐখোয় অনি পুন্সি খোঙলোই ওইবদা আইন্না থিংদে। অথিংবা অয়েৎপা লাকপা খুদিংমক ঐহাক্লা নিপা থোক্লা মাইরোং য়াগনি। করিগী চিংনরিবনো বেবি? I promise.

বেবিরানি ঃ দাদাগী ৱাশক অদুনা ঐহাকসি নহাক্কী পুন্সিগী লোয়নবী ওইবদি য়াই। অদুবু ঐদি ঐখোয় জাতিগা কায়নরনি। দাদাসু শাগেগা লাপথোক্লগনি। মৈতৈ অহল লমন্না ঐহাকপু শা-য়েন চারকপীনি হায়দুনা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থৌরম কয়াদা খন্দোন তৌগনিনে। করি নুংগী ঐনা নহাকপু নুংশিরুবকো? ঐ ৱাদবা ঙমদে (চৎখি)।

পাখংবা ঃ বেবি! নহাক্না চৎলিবদু কদায়দনো?
(মেমি চংলকই)

মেমি ঃ বেবিনা শাওরগা চৎখ্রিবসি করিগীনো? ইনাও নুপীবু শাওহনগনু।

পাখংবা ঃ মহাক শাওবা নত্তে, মীপাই চাওবীনি।

মেমি ঃ থেমলুচো চৎলুনে নহাকপো (পাখংবা থোকখি) (নুংশি চংলকই)

নুংশি ঃ মেমি!

মেমি ঃ তামো! করিনো অমা য়েংজরু লাউনে।

নুংশি ঃ করিনো?

মেমি ঃ লোক্তাক পাৎতা তাউরিবা মথক্তা ঈ-না কুপ্পা য়ুম শাবা, হি অসি ফজদরা য়েংউনে? নুংশিদরা কাশ্মীরগী হিগী হোটেলশিংদু নিংশিংলকইকো।

নুংশি ঃ অসিগুম্বা মফম অসিনা মনিপুরসি আর্ট এন্দ কলচরগী পুক্কৈ লনগৈনা থল্লি হায়নরিবনি। মেমি!

মেমি ঃ করি হায়গে?

নুংশি ঃ সহরগী চরাংনরবা ঈরাঙলক্তগী চিক্লবা লোক্তাক মপানসিদা লাকপদা পুক্লিংদা করি ৱাখল ফাউই?

মেমি ঃ পুক্লিংসি নুংশিরকই। মওল মওল খল্লকই। তামোদি করি খল্লি?

নুংশি ঃ (ঈশৈ) নুংশি খঙবা থম্মোয়না, য়েংলু' খুদিং ফজনি, উরুবা পুম্বা নুংশিনি, মসে তাইবঙগী হৌনশানি, মীওইবগী হৌনশা...।

মেমি ঃ ঐনা নুংশিবা মহাক্তো, উদরে ঐদি লৈঙমদে, মপাউ তারে নুংওল্লি, মপাউ তাদ্রে খোইরাংই, মসিবু ঐহাক্তগীরা?

নুংশি ঃ নুংশি মশুংলাংগীদমক চারম থক্লম খঙদরে, তুম্মে মঙদা উই, মিৎতা উদুনতা লৈরে, মসিবু ঐতগী ইরাল্লা?

মেমি ঃ নত্তে নত্তে ঐগী ইরাল নত্তে, ঐনা মৈচাক খাঙলিবা, নুংশিবা মাগী চৈনানি, মরাল লৈবদি নুংশিবনি, নত্তে নত্তে ঐগী ইরাল নত্তে।।

নুংশি ঃ নুংশি থগুবা থম্মোয়না, য়েংলু খুদিং ফজনি, মপাউ তারে নুংওল্লি....

মমি ঃ তামো! ঐখোয় কয়াম কুইনা নুংশি ঈপাক্তা তাউদুনা লৈখিনি?

নুংশি ঃ কুইররোই। ঐহাক্কী য়ুনিভর্সিটিগী ডিগ্রী হেক পায়বগা ঐহাক শেন তানবা হৌরনি। অদুদগীদি ঐখোয় লুহোংলগনি।

মেমি ঃ অদুদগীদি?

নুংশি ঃ নুংশি মঙলান মাঙখ্রনি। হিংনবগী লানফমদা খোংদারনি। নহাক্না য়ুম্বুরেনবীগী থৌদাং মায়োক্নবদা চাবা থকপা অকে অমৌ তুংওইনরক্লনি। ঐহাক্না নিপামচা অমগী ইথৌ য়ুম পুবা ঙম্নবা শেন তানবা চৎখ্রনি। নহাক্না হোম মিনিষ্টর, ঐহাক্না ফোরেন মিনিষ্টর।

মেমি ঃ ঐখোয়বু মিনিষ্টর অমগী দ্যুটি অদু পাঙথোকপা ঙম্লগদরনে?

নুংশি ঃ ঙমদবা য়াদবনি। পাখং লৈশা ওইরিঙৈদা ঐখোয় অনি মদুগী ট্রেন্নিং তৌহৌবা দরকাররনি। নিপা ওইবা ঐহাক্কী দ্যুটিদি পংয়াম য়ামদে। নুপী ওইবী নহাক্কী ইচা য়োকপগী লোইনাইদ্রবা থৌদাং অমসু লৈরিবনি।

মেমি ঃ অদুদি লুহোংবা হায়বসি নিংঙোল ওইবী ঐখোয়গীদি অচৌবা পোৎলুম অমনিনে।

নুংশি ঃ অদুনবু মৌগী থৌদাং কিবদগী নিংঙোল কয়া ময়ুম পান্দনা শিবদা চুক শাবা য়াওরিবসিদি..।

বেবিরানি ঃ (মনুংদগী) ঝারীদু শাংমনখ্রে। লুহোংদ্রিঙৈদা শিগদৌরব্রো?

নুংশি ঃ বেবিসি চৎনিংলমাল্লে।

বেবিরানি ঃ ওহ্ণোক্না খৎখ্রপোৎনি। (মেমি, নুংশি থোকমিন্নখ্রে)

—

## ৬

# পুর্নিমাগী য়ুমদা (নুমিদাংবাইরম)

মচানুপী অনি মোইরাং লাই হরাউবা য়েংবা চৎখিবনি। শাজৌগা গোলমৈগা পুর্নিমা উন্নবা লাকই। (পুর্নিমা থোরকই)

পুর্নিমা : ইহে! ঐহাকসিসু ওম্বোকপা নুপী হায়বদুনি। ইচাশিংদা মোইরাংদগী হল্লকপদা লমাংদোংদগী শোইদোনগা লাই থরোইগা লৈরকউ হায়হৌগদবদু কাউহৌরেদো। অদুবুদি ইচাশিং অপংবা নত্তে। মোইরাংদগী হৈকক্কা য়েল্লিগা লৈরকপরা, করি ঙা লৈরকই, ঙাপ্রুম ওইনা লৈরকপরা য়েংবা হায়বদুনি। এ! ওম্বোক্লা থাজদনা - অনি হৌনদুনা লাকইবসি করিগী ওইরিগবা!

(শাজৌগা গোলমৈগা ৱারী শান্নদুনা হরাউ তয়ান্না চংলকই)

ঙসিসিবু করি নুমিৎ ওইরিগবা। জুরা হৌনদুনা লাকইবসিবো। ইচা অনিসু জুরা জুরা হৌনরগা মোইরাং থাংজিং খুরুম্বা চৎখি। সোমদা মপা অনিনা জুরা হৌনরগা লাক্লি। করি থোক্লগবা? থম্মোয় অসি তনিক তনিকইকো।

শাজৌ, কুইলেংপাওঃ Good evening পুর্নিমা! ঐখোয় লাকচরিয়ে।

পুর্নিমা : Welcome লেঙশিনবীরকউ। করি হায়বিগদবা?

কুইলেংপাওঃ ঐখোয় পুন্না হায়সিরা? অমমম হায়গদরা?

শাজৌ : হায়রসি খন্নরগা লাক্লবনিনা হায়বা তাবনি।

কুইলেংপাওঃ অদুদি অহন্না হান্না..

শাজৌ : নো! ইনাওনা হান্না...

পুর্নিমা : করম্বা ৱাফমগীনো ইন্নদুনা লৈবিরিবসিবো?

কুইলেংপাওঃ পুর্নিমা! নহাক্লা ইচাশিংবু পুরগা ইন্টরনেসনেল য়ুথ ফেষ্টিভেলগী দিল্লিদা পাইখিবা নুমিৎ অদুদা ঐখোয় অনি করি ৱারী শান্নখি খঙবরা?

পুর্নিমা ঃ খণ্ডদে।

কুইলেংপাওঃ নহাক্না তাদবা ৰারী অদুগী মতুং ইন্না ডি আই জি সাহেবকা ঐহাক্না হৌনদুনা মমা নহাকপু উন্নবা জুরা শেন্নগা লাকপনি। মখাদি অহন্দগী...

শাজৌ ঃ পুর্নিমা! ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌরগা লৈবাক অসিদা শান্তি, নুংশিনবা পুরক্কনি হায়বসে ঐখোয় থাজদে। ঐখোয় মশেল থম্মোয় শেংনা নুংশিনরবা মতমদতা ঐখোয়গী য়াইফবা ওইগনি খন্দুনা ইনাও গোলমৈগা ঐহাক্না হৌনরগা লাক্লিবসিগী মরমদি।

পুর্নিমা ঃ তাকপীয়ু।

শাজৌ ঃ ঙসি মপা জুরানা মফম অসিদা হৌনদুনা লাকপগী মরমদি নুংশি চান্নরগা ইচাশিংগী অমদি ঐখোয় খ্বাই পুন্নমক্কী য়াইফনবা, মমা ওইবী নহাকপু উন্নবা লাকপনি। নঙোন্দগী থৌনিজনিংবদি ঐখোয় অনিবু পুক্লিং অনি লোংদনা, অচান মীরাই নাইদনা নুংশিবীয়ু। ইচাশিংবু চেৎনা থাগোন্নবীয়ুকো।

পুর্নিমা ঃ ঐহাক্তি ওহ্নোক্না লুনা খল্লুবনা থৱায় ৰারুরেদা। মদুগীদমক্তা ওইরবদি ঐনা ইচানুপী অনিবু নুংশিবগুম মপা অনিমকপু অথোই অহেন লৈতনা চপ মান্ননা নুংশিজে ঐহাকপুসু মপা অনিমক্না থম্মোয় শেংনা নুংশিবীয়ু।

গোলমৈ ঃ ইয়াম্বা! ঐখোয় অনি পুন্না পুর্নিমাবু নুংশিবদা য়ারবা নত্তরা? পুর্নিমাবু ঐখোয় অনি পুন্না নুংশিরসিনে ডি আই জি শাহেব।

শাজৌ ঃ ইনাও গোলমৈগী ৰাফমদু ঐদি হান্না য়ারবনি।

গোলমৈ ঃ অদুদি পুর্নিমা! নহাক্না ঐখোয় অনিবু চপ মান্ননা নুংশিরে। ঐখোয় অনিনসু নহাকপু পুন্না নুংশিরে। নুংঙাইরেকো? মখাদি করি তৌসিরা? চাক্লেন অমা চামিন্নবা তারে। ঐনা মনাওনি, ঐনা পার্টি তৌবা তারে।

শাজৌ ঃ ঐনা ময়াম্বনি। অহন্না হান্না চাক্লেন কোংগদবনি।

পুর্নিমা ঃ ঐহাকপু নুংশিবগীদমক মপা অনিবু ঐহাক্না সেবা ফংগদবনি। পোখাবিয়ু। ইচাশিং হল্লকখিসনু। নুংশি নুংওলগী ঈশ্বর, মোইরাং থাংজিং কোইরেল্লাইগী মশাইগোন্দগী ইচাশিংনা করি মথেল লুকোই পুরকপগে হায়বদু ঙাইখিসি।

(বেবি কপ্লগা চেনশিল্লকই)

বেবিরানি ঃ ইমা... ইমা... ! ইচে মেমি নোংমৈ পাইবা মীওই খরনা ফারগা মারুতি ভান অমদা পুখ্রে।

পুর্নিমা ঃ করি হায়বা? ইচা মেমি ফাখ্রে।

শাজৌ ঃ বেবি! নচে কৈদৌরে হায়বা?

বেবিরানি ঃ ইচে মেমিগা ঐখোয় অনি মোইরাং লাই হরাউবা য়েংবা চৎলুবনি। হল্লকপদা কৈশাপাৎতগী য়ুমদা হল্লকপদা মারুতি ভান অমদা মী খরনা ফারগা পুখরে। ইচেবু ফাখিবা মীওইদু নোংমৈসু পাই।

শাজৌ ঃ মীশিং অদুগী মরক্তা মশক খঙবা য়াওবরা?

বেবিরানি ঃ খঙদে পাবুং।

শাজৌ ঃ নচেবু পুখিবা মারুতি ভান অদু করি মচুনো?

বেবিরানি ঃ অঙৌবনি।

শাজৌ ঃ ভান অদুগী নম্বরদি?

বেবিরানি ঃ অশেংবা খঙহৌদরে। নম্বরদু এম এন না হৌই, অরোইবদুনা ৬৩ নি। (শাজৌ মোবাইল ফোন থাঙ্গৎলগা)

শাজৌ ঃ হল্লো! ও সি, ঐহাক ডি আই জি শাজৌনি। কৈশামথোংদগী নুপী মচা মেমি কৌবী অমা নোংমৈ পায়বা নহারোলনা ফাখরে। ভান অদুগী অরোইবগী নম্বর সিক্সতি থ্রি নি। Every van numbering 63 at the ending detain. নহাক হৌজিক কৈশামপাৎ জঙ্কসন্দা লৈরম্মু। ঐহাক থুনা লাক্কনি। (চৎখি)

বেবিরানি ঃ ইমা! ইচেবু কনবিয়ু। দেদি! ইচেবু কনবীয়ু (কপই)

কুইলেংপাওঃ (মোবাইল ফোনদা) হল্লো! কখুলোংগী কম্যুনিতি সেন্টর? ঐহাক কে পি গোলমৈনি। তমেংলোংগী কুইলেংপাউ। কৈশামপাৎতগী মেমি কৌবী ছাত্রী অমা গনমেন খরনা ফাদুনা পুখ্রে। কবুইগী খুল পুন্নমক পাউ পীখো। রেসক্যু তৌদবা য়াদবনি। ঐহাক্কী ইচানুপীনি। ঐ লাক্লে (চৎখি)

পুর্নিমা ঃ (ফোন্দা) হল্লো! মৈরা পাইবীগী ওফিস! ঐহাক পুর্নিমা হোমগী পুর্নিমানি। ইমাবেম্মরা? ঐগী ইচানুপী মেমিবু কৈশামপাৎ জঙ্গসন্দা নোংমৈ পায়বা কাংবুনা কিদনেপ তৌখ্রে। পাউ মথং মথং চেনবীখো। ঐখোয়গী গাড়ী লৈব্রা। ঐ লাকচগে। লৈবাক অসিদা পুলিস লৈবগী

করিসু কান্নদ্রে। নুপী খুন্নাইনা লো এন্দ ওর্দর অসি পাইশিনবগী মথৌ তারক্নে। আইনবু শিংনবা কাংবুনা নুপী খুন্নাইবু শিংনবদি মালেমদা শিংথানরিবা নুপী লানবু শিংনবনি (ফোন হাপচিল্লগা)

বেবিরানি! ইমা, নচে কনবা চৎলে। গেট শো লোনশিল্লু। য়ুমদগী মপান থোক্কনু। টেলিফোন মনাক্তা লৈয়ু। লাউ গেট লোনশিল্লরো লাউ (চৎখি)।

বেবিরানি ঃ ইমা! ইচে মেমিবু কনবীয়ু (কপ্পা কপ্পা থোকখি)

—

## ৭

# সঙাইপরৌগী গোদাউন মনুংদা (নুংথিল)

(আর কে শক্তিসনা থোরকই)

আর কে ঃ এম. দি! অসিদা পুরকউ

মমায় খুম্বা রামেশ্বরনা মেমিবু মখুৎ পুল্লগা মমায় ফিনা খুমজিল্লগা পুশিল্লকই। আর কেনা সাইন তৌবদগী এম দি থোকখ্রে। আর কেনা মেমিবু থাদোকই।

মেমি ঃ নখোয় কনা কনানো? ঐহাকপু ফাদুনা পুরিবা করিগীনো? ও! আর কে! নহাক! ঐবু ফারিবা করিগীনো?

আর কে ঃ রিলাক্স! মেমি! নহাকপু অতোপ্পনা ফাবা নত্তে, ঐহাক্না ফাবনি। You are my guest, I am your host. করি চানিংই, থক্লিংই।

মেমি ঃ ঐহাক করিসু চানিংদে। থকসু থকনিংদে।

আর কে ঃ করেক্ট! করিমত্তা চানিংলোই। থক্লিংলোই। থম্মোয় মচাদু মীপাইরমগনি। মিৎকুপ অসি কালেনগী শারবা নুংথিলনি। ঙাইহাক লৈরবদি ইংথরক্রনি। নুংঙাইবা অহিংসু লাক্লগনি।

মেমি ঃ ঐহাকপু ফারগা পুরক্লিবা করিগীনো?

আর কে ঃ করেক্ট! হংফম থোকপা ৱাহংনি। অদুবু নহাক্‌কী ৱাহং অদু খংলগা হংলকপা মাল্লি। পাখং অমনা লৈশাবী অমা ফারবদি, চেল্লবদি করিগী ওইফম থোকই? শম্না হায়রবদা নহাকসি ঙসিদগী ঐহাককী ওইরগদবনি।

মেমি ঃ মদুদি তাইবঙদদি লায়রদনা নমঙদা ফাওবা খল্লুনু। ঐহাকপু নহাক্কী ওইবা হায়বদুদি ইম্পোসিবল।

আর কে ঃ নখোঙ নখুৎ অনিদু পাং তিংলগা নচিন্দুন প্লষ্টরনা নপশিল্লগা ঐহাক্না থম্বা ঙমই, অদু ওইরবদি...?

মেমি ঃ ঐহাক্কী হকচাংসি নঙগী ওইনা ফংবসু য়াই, ঐহাকপু হাত্তোক্লগা তুরেলদা থাদগেসু ননিংনি। লৈনুংদা ফুমজিনগে নতিক্কি। অদুবু ঐহাক্কী থবায়দি নহাক্লা ফংবা ওইথোক্তে। নঙনা ঐগী থম্মোয়বু খুদুম চনগনি হায় না খনবদুদি মঙলান্নি।

আর কে ঃ আর কে শক্তিসনা ঐহাক্তি মঙলান্দা ঙাওবা সাহিত্যকার নত্তে। অনিংবা অপাম্বদু থবক ওইনা পাংথোকপা হিতলরনি।

মেমি ঃ হিটলরদি মীওইবগী থম্মোই পান্দবা হিংচাবনি, মীহাৎপনি। ঐবু হাৎলু। হৌজিক ফাওবদা করিগী ঐবু হাৎতে।?

আর কে ঃ নহাকপু হাৎপদি নহাকপু ফাদ্রবসু নোংমৈ অসিগী গুলি অমখক্তনা য়াই, নহাকপু হাৎনবগীদমক ফাবা নত্তে।

মেমি ঃ অদুদি ঐগী হকচাংবু কল্লক মিতাবা নত্তরা। (মফি লৌথোকপা হৌই) নমিৎ পেন্নবা য়েংউ। নহাক্কী অনিংবা অপাম্বদু পাংথোকউ।

আর কে ঃ নো! মদুসু নত্তে!

মেমি ঃ অদুদি নঙগী অনিংবা অপাম্বদি করি?

আর কে ঃ নহাক্লা ঐহাক্কী চিঠিবু ইমাঙমক্তদা মচেৎ-মচেৎ শেগায়রগা মাঙহনখিবগুম ঐহাক্লা নহাক্কী থম্মোই লায়ুম্বু মচেৎ-মচেৎ শেগাৎরগা মাঙহনগদৌরিবনি। নহাক্লা ঐগী চিঠি শেগায়বা নুমিৎ অদুদগী ঐনা মৈচাক খাঙলক্লি। ঙসিনা নহাক্লা কপ্লগা লৈগদবনি। নশানা য়ানা ঐঙোন্দা সরেন্দর তৌদ্রিবা ফাওবা ঐনা নহাকপু থাদোক্লোই। পুলিসনা নহাকপু রেসক্যু তৌবসু ওইথোক্তে।

মেমি ঃ নমজা নমথেক্লরগা, নোংমৈনা নুপীগী থম্মোইবু খুদুম চনগনি খনবা মীদুদি অপঙবনি।

আর কে ঃ করেক্ট! নহাকুম্বা অশিংবী নুপী অসিনি ঐহাক্কী পুন্সিগীলোয়নবী ওইগদৌবা। অদুবু খঙজিনগদবদি মেমি! নুপীনা নিপাদা শিংনবদি লৈরাং লৈনা চোইজাইনবনি। লৈমল চল্লবী লৈরাংগী পুন্সিদি অবাবগী মশক্কি। নত্রনে ঐগী থম্মোইগী মেমি!

মেমি ঃ ঐহাক্কী মেমি গকা হায়রিনে, থুই (মতিল শিৎলি)।

আর কে ঃ (মেমিগী মমায়দা খুৎপাক্লা থাগে তৌবদা মেমিদু মমিৎ উইশিল্লি, মখুৎনা ঙাকই) নোকই। কিসু কিবমাল্লেনে। (মখুত্তু পায়রগা) অসুক নৌখ্রবা মোল্লবা মেমিদা ঐহাক্লা খুৎ থাবা, নো! ঐ ঙম্লোই।

মেমি ঃ খুৎ থাদোকউ! অসুক ইকাইবা খঙদবা মীসিবু করম্বা জাৎনোনে।

আর কে ঃ চরাম চদংনরবা নুপীনা নুমিৎ কয়ানি থৌনা ফবগে হায়বদু য়েংবা তারেদনা। ঙসি অসিমা নঙগী ৱাখল খন্নবা মতম পীগনি। হয়েংদগীদি নঙ ঐহাক্না হায়বদমক তৌগদবনি। লাউ, কা অসিগী মনুংদা ৱাখল মুন্না খল্লু (চিংশিনখি। থোঙ ছো লোনশিল্লগা থোরকই)- রামে! অমুক্তা চঙলকউ (রামে চঙলকই)

রামেশ্বর ঃ মেমিদি আর কে?

আর কে ঃ কা মনুংদা ৱাখল খল্লি। রামে! নহোই ইমাগী ওপরেসন কমদৌবা?

রামেশ্বর ঃ হোস্পিটালদা এদমিটতি তৌরে। ওপরেসনগী ফি লুপা লিশিং তরা দিপোজিৎ হেক তৌবগা ওপরেসনগী নুমিৎ লেপকনি।

আর কে ঃ লুপা কয়াদি লৈরে?

রামেশ্বর ঃ য়াম্বুংনা পীবীনি হায়বদুদা ইমাবু হোস্পিটালাইজ তৌরুবনি। ঐহাক্তি কদায়দগী পৈশা লৈরুগদগে য়াম্বুং।

আর কে ঃ ঐহাক্না নঙোন্দা ইমাগী ওপরেসনগী অচঙবা খরচ পুথোক্কনি হায়খিবা নত্রা? ঐনা পৈশা শোয়দনা পীগনি। ঙসিমক পীগনি। সে ফোন! নহাক মেমিগী মমা পুর্নিমাগী টেলিফোন নম্বর খঙবা নতরা? ফোন তৌ।

রামেশ্বর ঃ করি হায়গদবা?

আর কে ঃ মচানুপী মেমিবু কনবা পান্নবদি লুপা লাক্ষ মঙা পুরকউ হায়য়ু।

রামেশ্বর ঃ করিগীনো?

আর কে ঃ মরম খঙনিংব্রা? খঙনিংলমগনি। ঐহাক্না মচানুপী মেমি অসি ঐহাক্কীদমক হায়নবীয়ু হায়জরুবদা ঐহাক্কী খজাইদা মহাক্কী খুৎপাক্না পাউখুম পীরকখি। পুর্নিমাগী বেব্যহার, মথৌনা, কলেজা অদুগীদমক লুপা লাক্ষ মঙা ফাইন তৌগদৌরিবনি। মহাক নুপী ওইরম্বগীদমক য়েংবীরবনি। নিপা ওইরম্নবদি নোংমৈ অসিগী গুলিনা ৱারক্কদবনি।

রামেশ্বর ঃ য়াম্বুং! ইমাগী অনাবসি লাইয়েংনবগীদমক, লায়রমনবদগী য়াম্বুংগী থবক অসিদা তেংবাংজবনি। ঐহাক্না হৈনবা থবক্তি নত্তবজাৎনি।

আর কে ঃ মীওইবা হায়বসিদি দষাগী মনাইনিনে। ঐনা কান্নরে নহাকসু ফরে, ঐহাক্না দষা তারে নহাকসু জেলদা চংলে। ঐখোয় অনি হৌজিক্তি চেন্দুনা হিংলরোইদবনি। হিংনবা থবক পাংথোকপা তাবনি। ফোনদুম তৌসে। (রামেশ্বরনা নম্বর লৌই, খোঞ্জেল ওল্লগা)

রামেশ্বর ঃ হেল্লো!! মেদাম পুর্নিমারা? ঝা ঙাংলিবা ঐহাক কনানো হায়বা হংলক্ কনু। কোন্না অদুম খঙলক্কনি। নচানুপী মেমি ঐখোয়গী খুৎতা লৈরে। নচাবু কনবা পাল্লবদি লুপা লাখ মঙা পুরগা লাকউ। নত্রবদি নচানুপীবু অমুক হন্না উবা ফংলরোই।

পুর্নিমা ঃ (মনুংদগী) হেল্লো.. হেল্লো! ঐহাক্না লাক্কদবা মফমদু অমুক্তা হায়বীরকউ প্লিজ...।

রামেশ্বর ঃ (ফোনদু মখুৎনা পায়শিল্লগা) য়াম্মুং! উন্নফম।

আর কে ঃ লম্ফেলগী হাউসিং কোলোনিদা হয়েং অয়ুক পুং নিপাল।

রামেশ্বর ঃ হেল্লো! হয়েং অয়ুক পুং নিপালদা লম্ফেলগী হাউসিং কোলোনিদা ঐখোয় ঙাইরমগনি। পুলিসতা পাউ পীরবদি নচানুপী মেমি হিংনা ফংলরোই। নতোমতা লুপা লাক্ষ মঙা পুরগা লাক্কদবনি। লুপাশিং অদুগা নচানুপী মেমিগা শিন্নগদবনি। ও কে।

আর কে ঃ য়ারে। শাংনা টেলিফোন তৌগনু। হোরেন অমুক খোঞ্জেল অমা ওন্থোক্লগা লুপা লাক্ষ মঙাদগী পৈশা অমা ফাওবা তাবা য়ারোই হায়য়ু। রামে! নহাক্কী থবক পুর্নিমাদগী লুপা লাক্ষ মঙা পুরক্কদবনি। থবক অসিগী মনা মনিল অমা ফাওবা থোরকপা য়ারোই। পাউ লিক হেক ওইবদা নহাক হিংদ্রে হায়না খল্লু। নমাগী ওপরেসনগী লুপা লিশিং তরা হায়বা নত্রা? (চে অমদা ইরগা) সে! চিঠি অসি পুখো। ঐহাক্কী দুকান্দগী পৈশা লৌখ্রো। ইমাগী ওপরেসনগী ফি থিরগা নুমিৎ লেপ্নরুরো। পুর্নিমাদগী পৈশা লৌবদু অতোপ্পা শকখঙদবা অমবু লৌহল্লু। ভাব তারনিকো।

রামেশ্বর ঃ খঙজরে য়াম্মুং! লুপাগা মেমিগা খুৎশিন্নসি হায়রক্লবদি।

আর কে ঃ ঐখোয়গী মী অমা পুর্নিমাগী মনাক্তা লৈহৌরগা লুপাদু মী অমনা পুরগা মেমিবু লৌবা লাকউ।

রামেশ্বর ঃ ফনি য়াম্মুং! ঐহাক্কী শেলগী মতাংদা দুকান্দা ফোন অমুক্তা তৌবীখো।

আর কে ঃ করেক্ট! তৌগে তৌগে। (রামেশ্বর চৎখ্রে) রামে! তোম্বীদা হুস্কিগা য়েন অতাওবগা পুরকউ হায়রমউ।

(আর কেনা ইমুংদা চংখরে)

—

## ৮

# পুর্নিমাগী য়ুম (অয়ুক)

(ঝাখলনা উংলবী পুর্নিমা থোরকই)

পুর্নিমা ঃ লৈবাক অসিদা মী ফারগা পৈশা লৌবগী কলচর অমা চথরকইবসিবু কদোমদগী শিংলকপা নুংশিংনো? এমএলএ শিংনা ভোৎ লেপ্পা মতমদা শেন চাইখাইবদগী থবক শুনিংদবা নহারোলশিং পৈশাদা লাইচুরে। মন্ত্রিনা করপসন্দা খুৎচাও থারগা ফুরা দলান শাগৎপা, মচা মশুবু গাড়ী মচা তোংহল্লগা পৈশাবু উৎ ঝাইগুম খরচ তৌহনবদগী মসিগুম্বা সমাজগী মাঙনা তারুবা থবক অসি চথরকইবনি। নিপানা খুলিংবা খুনাই অসিগী আইনসু ঙাকপা ঙমদরে। ঐখোয় নুপী ফু রুপ্না থিংবা তাবনি। এক্সাইজ, পুলিশনা পৈশা চারগা য়ু, নেশা য়োলহল্লি। নেশাবন্দগী নুপীশিংনা থিংনবা হোৎনরি। ঐঙোন্দা হৌজিক তারিবা দষা অসি মতুংদা মমা ওইবীশিংদা থোরক্তনবা ঐখোয় নুপী লুপশিংনা থবক পায়খৎতবা য়াদ্রে। খোইদৌসি শাউগৎখ্রেদকো।

(শাজৌ মথ্বাই নুংঙাইতনা চঙলকই)

শাজৌ ঃ পুর্নিমা! করি অনৌবা পাউ লৈ?

পুর্নিমা ঃ পাউ করিসু লৈতে। মাইকৈ শিনবা থুংনা মৈরা পাইবীশিংদা পাওদি য়ৌখ্রে। লৈকাই লৈকাই লিশাংশিংনা থিবা হুম্বা চথরি। পুলিসকী মাইকৈদগী করি অনৌবা পাউ ফংবীরক্লবগে মেমিগী পাবুং?

শাজৌ ঃ মেমিবু ফাবদা শিজিন্নবা মারুটি ভানদু ফারে। ড্রাইভরদুদা হংবদা শকখঙদবা নোংমৈ পায়বা নহারোল মঙানা গন পোইন্টতা গাড়ী অদু হায়জেক্ট তৌরগা মেমিবু ফাবনি। নম্বোল বজার তান্না থৌহল্লগা মহাকপু থাদোকরকপনি হায়রি। মখা তানা পুলিস কষ্টদিদা মচিন হংলি।

পুর্নিমা ঃ মচিন হংদুনা অদুম লৈবীরো। চিংনবা মী ফাদুনা পুলিসতি মী ফাবা ঙমই হায়বগী খবরদা প্রচার তৌবীয়ু। ইচা মেমিদু চাবদা য়াম্না পেৎপনি।

ইচাদুবু করম্বা ফিভমদা লৈরমগদগে? ফুবী চৈবীরমগদ্রা? মেমি! ইচাগীদমক খনবদা ইমা চারম থক্লম খঙদরে। ইমাবু করি ওইরসিগে? হে মীনুংশি খঙদ্রবা শা ঙাগী লমচৎ চৎপা নখোয়না ইচা মেমিবু করি মরালগীদমক ফারিবনো? ইচাবু তেক্ত কায়দনা থাদোকপীরকউ। চিফ মিনিষ্টরনসু অশিবা মীগী এক্স-গ্রেসিয়া পীনবা খন্নগনি। জুদিসিয়েল ইনকারি তৌহনগনি হায়রক্কনি। পুলিসনসু প্রজা ফৎতবননি আর্মিদা শিন্নখ্রে, মী ফাবা কাংবু ফানবা হোৎনরি। প্রজানা ইনভেষ্টিগেসন তৌরিবা পুলিসপু তেংবাংবীয়ু হায়না খবরদা হায়রক্কানদা আর্মিনা মনিপুরদা আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পবারস এক্ট লৌথোক্কনু নত্রবদি লমদম অসিদা লো এন্দ ওরদর লৈররোই হায়রি। মীচম প্রজা ঐখোয়গী পুন্সি, হক কনবীনবা কনা লৈরিবগে। ইমাগী ইবেম্মা মেমি! ইমাবু করি ওইরসিগে। নহাকপু হিংলিবরা, চংলিব্রা? ইচাগীদমক নমা ঐহাক চারম থক্লম খঙদরে (কপই)।

শাজৌ ঃ মনিপুরদা পুলিস ঐখোয়না অসুক মথৌ মঙম পাঙথোকপা ঙমদ্রিবসি করিগীনো? (খোঞ্জেল অমা ইকোদা)

মরম খঙনিংব্রা। হায়বীগে তাজৌ। প্রজা মরক্তগী লৈবাক্কী শান্তি রক্ষাগীমদমক পুলিস লিংখিবনি। ঙসিগী পুলিসতি প্রজাগী য়েক্লবা ওইরে। প্রজাগী মতেং পব্লিক কো ওপরেসন য়াওদনা পুলিস নখোয়গী থৌদাং অমত্তসু পাঙথোকপা ঙল্লোই। আইনগী এগ্রিমেন্ট তৌদ্রিঙৈদা পুলিস নখোয় প্রজানি। প্রজাগা সেবা তৌগদবনি হায়বসি কাউগনু। করপসন্না ময়ুম ফুরা দলান শাগৎলগা প্রজাদা দোনেসন খরা পীরগা নহাক লো এন্দ ওর্দরগী গার্জিয়াননি হায়বসি ইকাইদরা? পুলিসকী ময়েক P. O. L. I. C. E. গী অর্থ খঙনা নথৌ পাংথোকউ।

(কুইলেংপাও গোলমৈ চঙলকই)

কুইলেংপাওঃ ইয়াম্বা! ঐহাক ওফিসতা চৎলুরে। থিজরকপনি। ইচা মেমিবু রেসক্যু তৌরব্রা? পুলিসকী ডি আই জি অমগী মচানুপী ফাখিববু রেসক্যু তৌবা ঙমদবা, কিদনেপরশিংবু ফাবা ঙমদবা করিগীনো? কনানা থিংই? পুলিস ওফিসার গী মচা, মিনিষ্টরগী মচা ফাখিববু পিকথ্রবা মনিপুর অসিদা থিবা ফংদে হায়বসিদি মীচম লায়রবা প্রজাগী মচা মশু ফাথ্রবদি কমদৌগনি? ঐহাক্না কবুইগী খুল পুন্নমক পাউ পীরে। নহারোলগশু

পাউ ফাওনরে। ইম্ফালগী ব্রাংমদা ইচা মেমিবু পুখিবগী পাউ লৈতে। মন্ত্রি ওফিসারগী ময়ুম search তৌরবরা?

শাজৌ ঃ গোলমৈ! মেমি ঐহাক্কী ইচানুপীনি। মহাকপু ফাগ্রগা মফম মরাং খঙদবা হায়বসি পুলিসকীদি অরাইবনি। মপা অমগী থম্মোয়দা করি মৈশা পীরমগদগে হায়বদু নহাকসু মপা অমনি। খঙ্বা ফৈ। চিংনবা মী চাম্ম-চাম্মা ফারগা নৈহৎপা ঙম্বা ডি আই জি শাজৌনি ঐহাক অসে গোলমৈ।

কুইলেংপাওঃ চিংনবা মী চাম্ম নত্তে লিশিং ফারগা জেলদা থাজিল্লু। কোর্টনা মরাল লৈতে হায়দুনা জমিন্দা থাদোকখিনি। ইচা ইলিজাবেঠকী কেসতা কমদৌখি। মী ফাই কোর্টনা থাদোকখি। পুলিশনা মন্ত্রিগী ব্রা তারিঙেদা অশিবা মশা ফংখি। সরকারগী য়েক্লবা অন্দরগ্রাউন্দগী কাংবুনা লুংনিংলা ফাবা হাৎপা কাংবুদুগী লুচিংবা জেমস কুকিনি হায়না খবরদা ফোঙদোকরকখিবা নত্তরা? পুলিসনা ফাবা ঙম্বরা? মৈরা পাইবী নুপীশিংনা তান্নরকপদগী জেমস কুকি চেনখি। মবুক কংলবী নুপীদুগা লোয়ননা দিমাপুরদা এনএসসিএন (আই-এম) দা চঙজখি। ডিমাপুরদা মহাক্কী নুপী অতোনবীদু মচানিপা অমা পোকখ্রে। নাগানা লুপা লাখ মঙাদা জেমস কুকি থাদোকখ্রে। হৌজিক থিবা ফংদ্রে। মনিপুর পুলিশ কৈদৌহৌই। বামোন কম্পুগী মনোরামা বু আসাম রাইফলসশিংনা ফারগা মীনুংশি য়াওদনা হাত্তোকখ্রে। শাখি প্রমান চপ চানা লৈ। পুলিশনা আসাম রাইফল কয়া ফারে? মনিপুর পুলিশতি Guardian of the Law নত্তে। শেন চারগা ইনাক খুন্নবা সরকারগী থবক তৌবা মীনি। প্রজাগী য়েক্লবনি। নুপী অমদি মচা য়োল্লগা মেদল, প্রমোসন লৌবা চুরাম্থাবনি।

শাজৌ ঃ গোলমৈ! ব্রা ঙাংবদা ব্রেক ফাও।

কুইলেংপাওঃ ব্রেক ফাবা হায়বদি?

শাজৌ ঃ ব্রেক ফাবা হায়বদি ব্রা ঙাংবা লেপ্পা!

কুইলেংপাওঃ Stop talking? অসিনিনে। ইচা মেমি ফাখিবা নুমিৎ হুমনি শুরে। মপা, পুলিশকী ডি আই জি করি তৌদুনা লৈরি?

শাজৌ ঃ ঐখোয়সু হোৎনরিদনা।

কুইলেংপাওঃ ইচা নুপী শিরবা মতুংদা হোৎনবগী করি কান্নবা ফংগনি ইচাগী মেমোরিয়েল ফুরা শাগদবা মঙাই।

শাজৌ ঃ গোলমৈ! You are talking too far। নহাক্না পান্নিবসি করিনো?

কুইলেংপাওঃ ঐহাক হৌজিকমক ইচা মেমি পামই। ইচা মেমি পীয়ু। লুপা লাক্ষ কয়া পাম্মী?

শাজৌ ঃ অদুদি নঙ পীয়ু। লুপা ক্রোর কয়া পাম্মী?

কুইলেংপাওঃ পীগনি। ইচানুপী ফাখিবা মীওই পীবা ঙমদবা ইয়াম্বা নহাক, ডি আই জি ওইবা মতিক চাদ্রে হায়না রিজাইন তৌ। মনিপুরদা মশাগী থবক পাঙথোকপা ঙমদবা মিনিষ্টর, ওফিসার অমত্তা ঙসি ফাওবা রিজাইন তৌদ্রি, নহাক রিজাইন তৌ। প্রজানা মেমিবু ফাবা কাংবুদু শোয়দনা হাৎকনি।

পুর্নিমা ঃ Ok! Ok! Enough! য়ারে। ইচা মেমিগীদমক মপা অনিনা পাম্বোম তিংবিররিবসিনা ঐ পেল্লে। খৎনবা তোকপীরো। ঐহাক নুপীনি অদুবু মেমিগী মমানি। ইচা শিবা মফমদা মমা ঐহাক শিবা হায়বসি ঐহাক্কী বাশক্নি। মসিখক্তং মপা ওইবা নিপা অনিনা খঙজিনবীয়ু।

শাজৌ-কুইলেংপাও ঃ পুর্নিমা!

শাজৌ ঃ পুর্নিমা! ঐবু হৌজিক করি তৌ হায়বনো?

পুর্নিমা ঃ খঙজিঞ্জরে, য়াজরে। (শাজৌ শুকথরগা চৎখ্রে)

কুইলেংপাওঃ ঐগী ইতেং করি পামই পুর্নিমা?

পুর্নিমা ঃ ঐহাক হৌজিক্তি ইচাগীদমক কনাগীসু মতেং দরকার ওইদ্রে

কুইলেংপাওঃ য়ারে। ঐ ব্রা মখা তানিংঙাই লৈত্রে। করিগুম্বা, মেমিবু ফাবা কাংবুনা পৈশা দিমান্দ তৌরক্লবদি ঐহাক্কী তরপতগী লুপা লাক্ষ তরা অসি শিজিন্নবীয়ু। (চেক পীবা) মসি ঐহাক্কী খ্বাইদগী পীকপা ঙমজবা তেংবাংনি। চেক অসিনা ইচা মেমিবু ফাবা কাংবুনা ঐহাক্না থিবা লেপকদবা নত্তে। ফংদ্রিবা ফাওবা থিখিনি। ঐহাকপু থাজৌ পুর্নিমা। বেবি!

বেবিরানি ঃ দেদি! (চেষ্টোরকই, মপাবু কোল্লি) দেদি! ইচেবু ফংনবা থিবীয়ু। ইচেদু য়াম্না বারম্লগনি। কপ্লমগনিয়ে দেদি।

কুইলেংপাওঃ ইপানা নচে ফংনবা থিগনি। I prpomise, Purnima ইচা বেবিবু নুংশিবিয়ু, চেৎনা থাগোন্নবিয়ুকো। (কপ্লগা চৎখি)

পুর্নিমা ঃ বেবি! নচে মেমি করিসু তৌরোই। ইমানা শোয়দনা লৌরুগনি।

বেবি ঃ ইমা! ইচে পীয়ু।

পুর্নিমা ঃ পিগনি। শোয়দনা পীগনি। সরকারগী ফোর্স কাংবুদি ফ্রিদা তলব চাবনি। মথৌ তুংওইনরগা পাউখুম শেম্বা হৈবনি। নুপী খুনাইগী শক্তিনা নচেবু ফংনবা থিগনী। নবুং নহারোলশিংনা ঐখোয়গী ইতেং শোয়দনা পাংবিরক্কনি। নচে মেমি হিংনা ফংলে অফাবা কাংবু আইনগী দন্দি পীগনি। করিগুম্বা, করিগুম্বা নচে মেমি শিনা ফংলে মীহাৎপা কাংবুদু সরকারদা অশিবা মী ওইনা শোয়দনা উৎকনি। মতমদুদা চিফ মিনিষ্টরগী জুদিসিয়েল এনকারী, এক্স প্রেসিয়াগী ওরদরদু নমা ঐনা শীংনগনী! থোক-মোক্কী চেজেৎ ওইহনগনি। বেবি! নমা ঐহাক নচে মেমিগী মমানি। ঐগী শক্তি য়ৌউ। মণিপুর পিকখ্রবা লৈবাক্লি। অউপ্পা উনা লোংথোক্তুনা থিগে - (শাওনা চৎখি)।

বেবি ঃ ইমা (চঙখ্রে)।

—

## ৯

# মেমিগী লোৎফমদা (অয়ুক)

আর কে থোরকই, মোবাইল ফোন্দা মপা মন্ত্রিনা টেলিফোন তৌরকই।

টেলিফোন ঃ নিপামচা!

আর কে ঃ পাবুং।

টেলিফোন ঃ ইপানা নহাক্কীদমক অঙম্বা ইতেং পাংলক্লিবনি। মতুংদসু পাংখিগনি। অদুবু...

আর কে ঃ অদুবু কদৌরবা পাবুং?

টেলিফোন ঃ পুলিশনা মেমিবু ফাখিবগী কেসকী অকনবা থৌরাং লৌখৎলক্লে। মপাদু নহাক্কসু খঙলিবনি। পুলিশকী ডি আই জি নি। ঐহাক্না থিংবা ঙম্বা থিংগনি। অদুবু কম্মান্দোনা নহাকপু ফারগা লবুক লমহাংদা পুরগা কাপ্পুনা হাৎলগা নঙোন্দগী নাইন এম এম পিষ্টোল, (আর কে না মাগী নোংমৈদু শৎতোক্লগা য়েংই) হেন্দ গ্রেনেদ, নহারোলগী দিমান্দ লেটর ফংই হায়রক্কনি। নহাকপু অচিকপা মফমদা পুরগা..

(আর কে গী ৱাখলদা শাজৌ ডি আই জি নোংমৈ পায়রগা চংলকই। মহাকপু মশম পায়রগা ফাই। নোংমৈ রাউন্দ অহুম মরি কাপশিল্লি। আর কে শিরে, শাজৌ থোকখ্রে)

টেলিফোন ঃ হেল্লো... হেল্লো... শক্তি...!

আর কে ঃ তাকপীয়ু পাবুং।

টেলিফোন ঃ নহাক ভাব তারিকো?

আর কে ঃ তাকপীয়ু পাবুং।

টেলিফোন ঃ পুলিশনা নহাকপু ফানবা থিরি। ঐহাক্না মন্ত্রি ওইবনিনা যেশা শক্তি তৌদুনা থিংবদি য়াই। অদুবু মৈরা পাইবীশিংনা নহাকপু খুঙ্গং খুদিং, লৈকাই খুদিং থুংনা থিরক্লে ( পুর্নিমানা মৈরা পাইরগা থোরকই, খ্বাংশেৎ শেৎপী, কোকশেৎ শেৎপী, মৈরা পাইবী পুর্নিমানা তপ্না তপ্না মহাক তম্না

চঙলকপদু উবদা আর কে মকলাক নিকই, কিরে।)

টেলিফোন ঃ নপামচা তারিব্রা? মৈরা পাইবী ইমা ইবেলশিংনা য়ুমথোং য়েনা থিরক্লবদা নহাক্কী লোৎফম লৈখিগদরা? নপা ঐহাক্না মিনিষ্টর ওইরবসু নহাকপু কনবদা থৌনা ফবা ঙম্লোই। ইপাগী উপাই লৈররোই।

(পুর্নিমানা মৈরা পায়রগা আর কে তম্না দং দং চঙশিল্লকপদুদা আর কে কোইচেন চেল্লি, পুর্নিমানা আর কেগী মমায়দা মৈরানা থিনবদা...)

(বেকগ্রাউন্দা নুপীগী খোঞ্জেল) নুপীবু শান্নপোৎ ওইনা খনবরা? নিপা নখোয়না বৃটিশকী হুকুম ইনবদগী নুপীলান হৌরকখিবনি। নুপীলানগী মচা মশু নুপী ঐখোয় হিংলি। নুপী অঙাংদা নিপানা উশিৎ থওইদবা য়ারোই। নুপী য়াওদনা সমাজ, লৈবাক অমা শেম্বা য়াগদরা? চাওখৎপা য়াগদ্রা?

(আর কে কিরে। পুর্নিমানা মৈনম্না মমায়দা চুশিনগে তৌই। আর কে মমিৎ উইশিনবা, অদুদগী পুর্নিমাদু আর কে গী মিৎয়েং মাঙদগী মাংখ্রে)

টেলিফোন ঃ শক্তি! ইপানা হায়রিবসি তারিব্রা?

আর কে ঃ পাবুং! তাজরি।

টেলিফোন ঃ নহাক্না ফারিবা মেমিগী মনাওনুপী বেবিগী মপা কুইলেংপাও গোলমৈ, পি কে গোলমৈনা নহারোল লুপতা কেস থাংগৎখ্রে। নহারোলগী দোনেসন পীরগা নহাকপু ফাগদৌরবনি। এক্সন চখবা হৌখ্রবনি।

(আর কে ৱাখল খল্লি, লালহৌবা নহারোলগী য়ুনিফোর্ম শেৎপা পুঙ্গিবা মখুত্তা পিষ্টোল অমা পায়রগা চঙলকই। আর কেবু ফারগা মখুৎ পুল্লগা পুথোরকই, পিষ্টোলদুনা মকোক্তা কাপশিল্লি)

টেলিফোন ঃ পুলিশ অমদি মৈরা পাইবী কাংবুবু ইপানা মিনিষ্টর ওইরিবনিনা ঙাকথোকপা ঙম্বসু য়াই নিপামচা। শক্তিসনা ইপানা হায়রিবসি তারিব্রা?

আর কে ঃ তাজরি পাবুং!

টেলিপোন ঃ শক্তিসনা! ইপাগী ইবুংঙো। কম্যান্দোনা মীচম হাৎকনি। নোংমৈ পায়রমই (আর কেনা মাগী নোংমৈদু পুথোক্লগা কিবদগী লৈবাক্তা থম্মী) হেন্দ গ্রেনেদ অমা, দিমান্দ লেটর, ৱেয়ারলেস সেট য়াউরম্মী হায়রনি। ইপাগী করি শক্তি লৈগনি? মৈরা পাইবী ইমা ইবেলশিংনা ঈরাঙ হৌরক্কনি। মদুসু ফরে। অন্দরগ্রাউন্দগী লাম্মীনা নহাকপু থিরক্লবদি ইপাগী করি উপাই লৈ?

(আর কে মকোক ঙাউরে। ৱাখলদা মপানা ৱাহৈ খরা হায়খিবদু নিংশিংবদা কিরক্লে। রামেশ্বরনা সুইকেস অমা পুরগা মী অতৈ উখিগদরা হায়বগী অকিবগা লোয়ননা চংলকই। আর কেনা তরংদা মুন্না য়েংই।)

রামেশ্বর ঃ য়াম্বুং! লুপা লাক্ষ মঙা ইমা পুর্নিমাদগী পুরক্লে।

অর কে ঃ মখোয় কদায়দা লৈহৌই?

রামেশ্বর ঃ হাউশিং কমপ্লেক্সতা লৈহৌই। ইমা পুর্নিমাগা হোলখোমাংগা মেমিবু ঙাইহৌরি। য়াম্বুং মেমিসি কমদৌবা? (আর কে ৱাখল খল্লি) (মন্ত্রিগী খোঞ্জেলদা) শক্তি! পুলিশকী মখুৎ য়াম্না শাংবনি। ফংদবা লৈরোই। নিশাবন্দগী ইমা ইবেলশিংনা মৈরা পাইদুনা থিরকপদা লোৎকদবা কৈদনো? নহারোলনা থিরকপদা নহাক্কী লোৎফম কৈদনো? ৱাখল খল্লু। মেমিদু তুবুম নাম্মা তেকহন্দনা, লৌনিংবা লুপা লৌরগা থাদোকখ্রো, কুইথরবদি নহাকসু হিংলরোই, নপা মন্ত্রি ঐহাকসু বদনাম ওইরনি।

আর কে ঃ কা মনুংদগী মেমিবু লৌথোকউচো (ৱাখল খল্লি, মেমি পুথোরকই) মেমি! ঐনা নঙবু নুংশি। নহাক মফম অসিদা ইনাক্তা লৈবসি নুংঙাইত্রে, নহাক য়ুমদা চৎনিংলম্লনি। I set you free. You can go. But... মেমি! নহাকপু থাদোকপগী চাঞ্চ লৌরগা ঐহাকপু চেন্নহনগনু। করিগুম্বা ঐহাকপু চেন্নরবদি নহাক্কী ইমা পুর্নিমা, নপাবুং ডি আই জি হিংলরোই। This is my promise. অদুগা রামে! ঐহাক্কী মিং হেক পল্লকপদা নহাক্কী পুন্সি...

রামেশ্বর ঃ ঐ খঙজরে য়াম্বুং।

আর কে ঃ মেমি! নহাকপু ইমানা ঙাইদুনা লৈরম্লনি। রামে! মেমিবু ... (থিন্দোকউরো হায়বগী মওং- থোকমিন্নখ্রে) মেমি! ঐহাক্কী দুউটি পাংথোকপদা নহাক পেল্লমদবদি য়াই অদুবু ৱারৌনরোইসি। ঙসিগীদমক্তদি Bye. See you again.
(মখোয় অনি চৎখরে) ব্রিফ কেস অদু পায়রগা। ৱাখল খল্লি। পুর্নিমানা মঙোন্দা খুৎপাক্লা থাবদু নিংশিংলকই)
লাক্ষ মঙানা আর কে শক্তিসনা ঐহাক্কী খজাইদা খুপাক্লা থাখিবগী ফাইন, মমল ওইবা য়ারোই। ঐহাক কনানো হায়বদু খঙহন্দবা য়াদে। Correct! I am Saktisana (চৎখি)

—

## অরোইবা সিন (১০)

## পুর্নিমাগী ময়ুমদা (অয়ুক)

পুর্নিমা, মচানুপী মেমি ফাবা নিপাদু এক্সন লৌনিংবদু উপায় লৈতবদা শাওনিংই, ৱাখল মওল-মওল খল্লি।

পুর্নিমা ঃ বেবি!

বেবিরানি ঃ (মনুংদগী) ইমা..।

পুর্নিমা ঃ নচে মেমিদু অমুক্তা থোরকউ হায়য়ু। (মেমি থোরকই)

মেমি ঃ করি হায়গে ইমা?

পুর্নিমা ঃ মেমি! ইচাবু গুন্দাশিংনা থাদোরকপা নুমিত্তগী ইমানা নঙোন্দা খঙনিংবা ৱাহং কয়াগী পাউখুম ইচানা লোত্তুনা থল্লক্লি। ঙসিদি অরোইবা ওইনা, মেমি! নহাকপু ফাবা মী কনানো, মী কয়া শুই।

মেমি ঃ ইমা (কপ্পী) ঐহাকপু ফাবা কাংবুদু মশক অমত্তা খঙদে, মৈতৈ চীংমী ঙাক্তনি।

পুর্নিমা ঃ নহাক নমাদা মীনমগে খল্লেদনা মেমি!

মেমি ঃ ইমা! ঐহাক ইমা অমদি পাবুংবু নুংশি। ইমা পাবুংদা মীনম্বা ৱা ঙাংবা নচাগী নতিক লৈজদে। ইমা! নচাবু থাজবীয়ুনে ইমা (কোল্লগা কপ্পী)।

পুর্নিমা ঃ নহাকপু ফাবা মীওইশিংদুনা নঙোন্দা করি করি তৌখি? করি হায়? মীশক্তু লোৎলবসু মখোয়গী এক্সন ৱারী অদুদদি মখাক খাক্তনা লীয়ু। মদু ইমা তাবা পাম্মী মেমি।

মেমি ঃ ঐহাকপু ফাবা নুমিৎ অদুদদি ঐহাকপু হাৎলগদবগী মওংদা মখোয়না ৱাহৈ-ৱাতা শিজিন্নৈ। মথংগী নুমিত্তদি মখোয়গী মী ওইরো হায়দুনা থেম্মী। অদুদগীদি ঐহাকপু লুনা চান্না....

পুর্নিমা ঃ নহাকপু ফাবসি পৈশাগীদমক্রা। নত্রগা নহাক্কীদমক্রা?

মেমি ঃ মখোয়গী থবক থৌওং অদুদদি পৈশাদগী ঐহাকপু হেন্না পাম্বগী মওং উই।

পুর্নিমা ঃ ওকে! য়ারে। ইমা ভাব তারে। পোখারুরো। (মেমি চংখ্রে। খবরগী হোকর ওইনা ম্রিদঙ্গ চংলকই)

মৃদঙ্গ ঃ খবর! খবর! ইমা ইবেম্মা খবর অমত্তং থমজরমগে।

পুর্নিমা ঃ হৈ, নহাকপু মৃদঙ্গ নত্তরনে। নহাকপু খবরগী হোকর ওইরব্রনে। করি খবরগী হোকরনো নহাকপো?

মৃদঙ্গ ঃ ইমা ইবেম্মা! কলাকারদি ওইজনিংই, হিংদবদি য়াদে। চান-থন্নবা খরচকী পৈশা দরকার ওইরম্মে। ঐহাক্কী খবর ঙসিগী পাউজেল। ঙসিগী পাউজেল পাবীয়ু, নৈনবীয়ু। শায়র-শায়রগা ওইনম্বগুম মহাও লৌবীয়ু ঙসিগী পাউজেল। ইমা ইবেল! মেমি, বেবি অনিসি মচিন মনাওরা?

পুর্নিমা ঃ মানি।

মৃদঙ্গ ঃ মপাসু মী অমত্তগীরা?

পুর্নিমা ঃ নত্তে। ইপুরোইবদি শিখ্রে।

মৃদঙ্গ ঃ ইমাগী পাবুংনা থুপখ্রবা মতুংদা মপা অনিগী মচা অনি ইমাগী ইচা ওইরি। চুমইকো ইমা?

পুর্নিমা ঃ হংলবনিনা খুম্বা তারেদনা। মপা অনিগী মচা অনি ঐহাক্না নাওপুবনি। নহাক করি হংনিংই মৃদঙ্গ?

মৃদঙ্গ ঃ অদুদি খবরদা ইরিবসি চুন্নেদনা (খবর পীবা)।

পুর্নিমা ঃ খবরনা করি হায়রিবা?

মৃদঙ্গ ঃ নুপী অমনা নুপা অনি লোল্লে। মনিপুরদা নিপানা নুপী লোনবা অনৌবা ৱাফম নত্তে। নুপী অমনা নিপা অনি ফোঙনা লোনবদি ইমা ইবেম্মদনি। খবর অসিদা ময়েক লানা ইরে। পাবিয়ু। ঐহাক মথং মথং পাওজেঞ্জরুখিগে। ঐ চৎচরে ইমাইবেম্মা। (চৎখ্রে)

পুর্নিমা ঃ (খবরদু পারগা) ঐহাক কনানো হায়বা ফোংদোকপগী মতাং লাক্রে। খবরদা ইবা ঙম্বা হে মহাশয়! ইমাংদা মাইয়োক্লনা ৱাফংননবা খুদোংচাবা অমত্তদি পীনবীয়ুকো। হুঁ শিদবা মপু (লাই শোল্লগা)

(শাজৌগা কুইলেংপাও গোলমৈগা চঙলকই। মখোয় অনিমক খবর পায়রকই। মখোয় অনি য়েংনরগা কনানা হান্না বা ঙাংগদগে হায়বদুগী ইন্নদুনা লৈ।)

পুর্নিমা ঃ হৈমা! মপা অনিমক মতম অমত্তদা? চঙলকও, ফম্মো।

শাজৌ ঃ পুর্নিমা! গুন্দাশিংনা ইচা মেমিবু থাদোক্লবা হোৎনবদা নহাক লুপা কয়া তিংখি হায়বদু ঐহাক খঙনিংই।

পুর্নিমা ঃ মৈরা পাইবী লুপশিংনা তিংলম্বদি ঐহাক খঙদ্রি। ঐহাক্তি লুপা অমা ফাওবা তিংখিদে। নুপীশিংগী খোল্লাও তাবদা থাদোরকপা ওইরমগনি খল্লি।

কুইলেংপাওঃ হৌজিক মতমগী কিদনেপ্পরশিংনা লুপা মস্তিক্লদনা অফাবা মী লেমনা থাদোরক্কনি হায়বদি ঐদি থাজবা ঙমদে। কনানো অমনদি শোয়দনা লুপা লাক্ষকী মথক্তা পীরমগনি।

পুর্নিমা ঃ ৱাফমদু খন্ননিংঙাইনি। অদুবু ঐহাক্তি মদুগী মরমদা করিমত্তা খঙদে।

কুইলেংপাওঃ নহাক খঙলমদবা য়াই। বেবি ইলিজাবেঠ ফারগা লুপা লাক্ষ ১০ লৌখিবদু মপা ঙাজোকপানা লুপা অমা ফাওবা তিংখিদে হায়খি।

পুর্নিমা ঃ ইচা বেবিগী দেদি! চেক অসি শিজিন্নদ্রে। শেনফম অসি ঐঙোন্দা শিন্নবগী মহুত্তা বেঙ্কতা ইমা-ইচাগী জোইন্ট একাউন্টতা ফিক্স দিপোজিৎ ওইনা থমজিনবীরো। মদুনা ফরোইদ্রা? (চেক পীবা)

শাজৌ ঃ চেকতু লুপা কয়াগীনো?

কুইলেংপাওঃ য়াম্বা নত্তেদা। লাক্ষ ১০ খক্তনি। মমা মচাগী একাউন্ট অমা হাংদোক্লবনি।

শাজৌ ঃ ভেরি গুদ সজেসন। ঐহাকসু ইচা মেমিগী একাউন্ট হাংবীরে।

(মাইকতা লাউরকই)

লমদম অসিদা লৈবীরিবা প্রজা ইপা ইপল, ইচিন ইনাও, ইমা ইবেল পুন্নমক্কী মফমদা পাউজেল অসি পীজরি। নেশা চাবা, য়োনবা, জ্বার শান্নবা ওক্তবা ওক্তবীবু ৱাররুবগীদমক চহি কয়া লিশাং শিংনা লৈকাই অসিগী দিভলপমেন্ট কম্মিটিনা থবক পাঙথোকচরক্রি। চৈরক অসিদা পুর্নিমাশি দেবীনা পুর্নিমা হাউস হায়বা শাশিন্নবা ফার্ম অমগী মিংদা শেঞ্জাও পায়বা অমদি মন্ত্রিশিংদগী দোনেসন লৌরগা নুংঙাইনা হিংলিবসি মীয়াম্নসু খঙলবনি। শঙ্গ তৌবগী নামাদা মাগী য়ুমদা নিপা পুশিন্দুনা

চাক চানরে। অহিং লেকহল্লে। মসিবু লৈকাইনা য়ারব্রা?
(মনুংদগী মীয়ামগী খোঞ্জেলদা লাউরকই) কদায়দগী য়াগদগে?
লমহেনবীসি বারক্কদবনি।

(মাইকতা লাউরকই)
নিপা অমত্তসু নত্তে, নিপা অনি ঙাইহাক কাংদনা পুর্নিমাগী ইমুংদা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নাইদনা ফোংনা চংলিবসি লৈকাই অসিবু উশিত্তবা নৎত্রা? নুপীনা নিপা অনি লোনবসি মীয়াম্না য়ানিংব্রা?

(মীয়ামনা লাউরকই)
লমহেনবী ওক্তবী নুপী অসি লৈকাই অসিদা লৈহল্লোইদবনি। মশম পায়দুনা চিংথোক্লগা লম্বীদা খোঙ্গোইনগদবনি।
(মেমি, বেবি চেঙ্খোরকই- পুর্নিমাদা কোল্লি)

শাজৌ ঃ (শাওনা ফোন তৌই) ও সি রা? পুর্নিমা হোম মমাংদা Unlawful Assembly লৈরে। নহাক নশামক লাউ — (পুর্নিমানা ফোন্দু মখুৎনা মেনশিল্লগা)

পুর্নিমা ঃ পুলিশতা পাউ পীরুখিনু। মখোয়গী মখা চত্থরকপা থবক য়েংখিসি।
(মাইকতা লাউরকই)
ঙসি তিল্লিবা মীয়াম অসি লৈকাইগী ক্লব, নুপীগী সংস্থানগী মীওইদা নত্তে, ওল মনিপুর য়ুথ ফোরমগী মীওয়সু য়াওরবনি। ওল মনিপুর য়ুঠ ফোরমগী জেনেরেল সেক্রেটরি আর কে শক্তিসনানা লমহেনবী পুর্নিমা অসি মপান্দা চিংথোকপীরকউ। মীয়াম্না মরু কোকথোক্লগা শুনু য়াইঙং তৈশিল্লগা খোংগোইনরসে। মাগী নিপা অনিদুসু চংখিবনি। ইমুংদা লোৎলমগনি। পুর্নিমাগী নিপা অনিমক লেম্না থোরকউ। ক্লবকী মেম্বরশিংনা ইমুংদগী ফারবদি মথোঙ কয়া চারোই।

(মীয়ামনা লাউরকই)
য়ুঠ ফোরমগী সেক্রেটরি আর কে না পুর্নিমা চিংথোকপীরকও।
(আর কে চঙলকই, মীয়ামদা)

আর কে ঃ ময়াম পুম্নমক! ভাইওলেন্স তৌবীগনু। গেট থুদেকপীগনু। মীগী ময়ুম মকৈ শিদোকপগী থবক খন্নরগা পাঙথোক্কনি। ঐহাক পুর্নিমাবু পুথোরক্লুগে। (মীয়াম লাংই, খুবাক খুই)।

পুর্নিমা ঃ সনা ইবুংঙো ! চঙলকউ। ঐহাক চেনগদবা নুপী নত্তে। লোৎপসু হৈনদে। ওল মনিপুর য়ুঠ ফোরম হায়বসি সনাইবুংঙোগী পার্টিরা ? ঙসি মীয়ামনা ঐখোয়দা লাকইবসি ইবুংঙোগী মীচংলা ?

আর কে ঃ ঐহাক মনিপুরগী নহারোলশিংগী সংস্থানশিংগী সেক্রেটরি জেনেরেল ওইজবনি। মাইকৈ অসোমগী ক্লবশিংনা মীটিংগী ইনভাইটেসন তৌরকপদগী লাকচবনি। সমাজগী অমোৎ অকাই শেংদোক্লবগী থবক পায়খৎচরবনি।

পুর্নিমা ঃ য়াম্না ফবা থবক্নি। মন্ত্রিগী মচা লাইরিক লাইশু হৈবা, দিসিপ্লিন ফজবা নহারোল সনাইবুংঙোগুম্বা জেন্টলমেননা সমাজ অসিগী অমোৎ অকাই শেংদোকপীগদবনি। মীয়ামগী লুচিং পুরেন আর কে শক্তিসনা অমদি লেঙবীরকইবা মীয়াম পুন্নমক ! ঈরাল লৈরবী পুর্নিমানি হায়দুনা চার্জ তৌবীরে। য়াই, মদুগী মরম শোয়দনা লৈরমগনি। অদুবু লৈবাক অসিগী আইনগী মতুংইন্না ঐখোয়গী ইমাংমক্তদা মী অমা থাঙনা য়ান্দুনা, নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলবসু বিচার তৌদনা দন্দি পীনদে। মীহাৎপদুনা হায়নিংবা হায়নবগী চাঞ্চ অমা জজনা পীরি। ঐহাক্ কীসু হায়নিংবা খরা হায়নবগী চাঞ্চ পীনবীয়ু।

ঐহাক ভির চক্র ফংবা আর্মিগী মেজর ওইরম্বা সমজাইদা চেল্লবগী মতুংদা লুহোংবগী তারিখ লেপ্নখ্রবীনি। পাকিস্তানগী লান কনশিল্লকপদগী আর্মিগী হেদ কাটরদগী কৌরক্লুনা চৎখ্রে। কার্গিলগী লানফমদা লাইবক থিবদগী ইপুরোইবা ওইগদবা মেজর সমজাই লৈখিদ্রে। ইশা ব্রাই শংলক্তবদগী হোস্পিটালদা অঙাং উন্নরবা মতুংদা ইচানুপীদু মপাগী মতুং ইনখ্রে, লৈখিদ্রে। অদুদগী ইচানুপী অনিসি য়োকচরকপনি। মেজর সাহেবনা হিংলিঙৈদা মহাক্কী জিপি অমদি মহাক্কী ফংফম থোকপা পুন্নমক্কী ঐহাকপু নোমিনি হাপ্লীরম্মী। হৌজিক ঐহাক্না শিজিন্নরিবা শেনফম অসি ইপুরোইবগী পেন্সনগী শেনফমনি। ঐহাক অমুক হন্না য়ুম পাল্লরোই হায়না ব্রাশকখ্রবীনি। মীয়াম্না ঐহাকপু মীয়াম মাঙদা খোঙ্গোইনবীনিংবা নত্তরা ? মীয়ামগী অপাম্বা চথবীয়ু।

শাজৌ ঃ মখাদি ঐঙোন্দগী অমুক তাবীরো। আর কে ! তিনবীরিবা মীয়াম ! তাবীয়ু। ময়াম্না পুর্নিমাশি ওক্তবীনি, নিপা অনি লোল্লি হায়বিরিবদুগী নিপা অমদি ঐহাক্লি। ঐহাক্না ময়াং ইম্ফাল পুলিশ ষ্টেসন্দা ওসি ওইরিঙৈদা ময়াং

ইম্ফাল বেঙ্গুলদগী ফতিমা কৌবী পাণ্ডননুবী এঙ্খাং য়োনবী অমা ঐহাক্কী এঙ্খাং সপ্লাই তৌবগা লোয়ননা ফিশু ফিজাম, চাক থোংবা, কোল্লিক ফেণ্ডবগী মতেং পাংবিরমই। মরক মরক্তা মচানুপী জহেরোনা মহুৎ শিল্লে। মমা ফতিমানা মশা গুমশিল্লক্তবদগী মচানুপী জহেরানা ঐহাক্কী বুজারি ওইখি। জহেরাগা ঐখোয় অনিগী ইচা নুপী অমা পোক্লে। ইচা লৈরবনিনা জহেরাবু শেংদোক্লগা ঐগী ইমাগী অমদি শাগৈগী মৌ ওইনা পুশিন্নবা ঐহাক্না থৌরাং লোইরবগী মতুংদা জহেরাগী খুলগী লিদরশিংংনা কোর্টতা কেশ তৌরকখি। জহেরাবু লৌবা তারবদি ঐহাক পাণ্ডন ওনগদবনি। মুস্লিম নিংঙোল জহেরাদি ইসলমাদগী খাইদোকপা য়াদে। ময়াম অমুক্তা খন্দুনা য়েংবীয়ু পোকপদগী মৈতৈ ওইনা পোক্লক্লবা ঐহাক ঐগী ইচানুপীগী মমা জহেরাগীদমক পাণ্ডন ওনগদরা? কেশ শোক্লরবগী তুংদা জজনা ওর্দর পাস তৌখি। Hindu-Muslim-Sikh-Isayee অমত্তনি, ইন্দিয়াদা লৈরিবা প্রজা ঐখোয় খুদিংমক We are all Indian হায়না ঐখোয়গী Constitution না হায়রি। Indian Penal Code না ইন্দিয়াগী প্রজাগী আইন ওইরিবনি। ভারতকী প্রজা খুদিংমক ইন্দিয়ান ওইরবা মতম অসিদা ইন্দিয়াদা Mahamadan Law চৎনরিবসি ঐহাক্তি য়ানিংদে। কোর্টকী হুকুম জহেরানা মাগী কাংলুপ্তা অদুগা ঐহাক্না ইচানুপী ফংহৌবা তাখি। লৈবাক পুংজাও থিল্লবা কেস অদুগী রাই হায়দোকপা নুমিত্তা পুর্নিমা কোর্টতা লাকই। ঐহাক্না পীক্লিবী খোম থক্লিবী ইচানুপীবু পুরগা কদায়দা চৎপা, করম্না য়োকপা চমম্নরিঙৈদা পুর্নিমানা কোর্টতা ইচানুপীবু য়োকচরগে হায়না দরখাস্ত থাখি। ঐহাকসু য়াবদা তাখি। পুর্নিমাগী মচানুপী মেমি অসি ঐহাক্কী ইচানুপী অদুমকনি। মচাগী মনাক্তা মপানা উন্নবা লাকপসি আর কে, মীয়ামনা সমাজদা অকায়বনি হায়বা নত্তরা? পুর্নিমাদা দন্দি পীদ্রিঙৈগী মমাংদা ঐহাকপু হান্না ৱারকউ, খোঙ্গোইনৌ। মচা কায়নবগী মৈচাক্তগী জহেরাদি হু চাদুনা শিখ্রে।

কুইলেংপাওঃ পুর্নিমাগা ইয়াম্বা দি আই জিগা ৱারকপদা খোঙ্গোইনবদা ঐহাকপু হান্না দন্দি পীয়ু। পুর্নিমাগী নিপা অনি হায়বদুগী অমদু ঐহাক্লি। ইমিংনা কুইলেংপাও গোলমৈ। ঐহাক টমেংলোংদা লৈবা কবুইনি। ঐহাক্না মেত্রিক থারবগী তুংদা থিকাদার মাঙ্গোলজাও কবুইগী য়ুম কৈখুদা লৈরগা কলেজ কারকপনি। ঐহাক মনিপুর য়ুনিভরসিটিগী ফার্ষ্ট বেজগী এম এ নি। হৌজিক Indian Airlines Aerodrome Officer ওইনা

Kolkota দা পোষ্টিং লৈরি। ঐহাক্কী নুপী কৈখু নিংঙোল সনাৰৈগা ঐখোয় অনিগী অহানবা ফংজবা ইচানুপী অদু রিমস হোস্পিটালদা পোকপনি। দিলিভরিগী ওপরেসনদা ইচাগী মমা ঐগী থৱাই ওইরিবী সনাৰৈবু কনবা ঙমহৌদবনি। দোক্তরনা সনাৰৈগী অশিবা মশা পুথখ্রো হায়বদগী কৈখুগী অহল লমন্না পুথখ্রে। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অদুদি খুদক্তুদা পুবা য়ারোই, ওক্সিজেন কাপ্লি নোংমদি হোস্পিটালদা থমদবা য়ারোই হায়রে। ঐগী নুপীগী লৈরোল চনবসু য়াওদবা য়াদে। ইচাবুসু হোস্পিটালদা হুন্দোক্লমল্লগা করম্না চৎকনি। কনাদা শিন্নরমগনি। মতাং অদুদা ঐহাক্না ৱাখিবা, কপখিবা। হৌজিকসু নিংশিংবতদা মিৎতগী পি তারক্লিবসিনি। তাইবংপাল শেম্বা মপু ঈশ্বরগী লীলা অঙকপনি। ঐহাক্না করি তৌগদগে খঙদদুনা কপ্তুনা লৈবা মতম অদুদা ঈশ্বরগী দুৎ এঞ্জেলগী ৱাহেংগুম হোস্পিটালগী দোক্তরনা ঐঙোন্দা হায়ৰে-

(খোঞ্জেল)

গোলমৈ বাবু! ঈশ্বরগী নোংদমখোল তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়না করম্না থিংবা ঙমগনি। তাইবঙ মপুগী খুজিলনি। সংসার অসিদা ঙসিদা মিৎকপ থোক্লকইবা অঙাং অসিগী পুন্সি গোলমৈ বাবুগী থৌজালদা লৈরে। অঙাংসি করিসু তৌরোই। ঙসিদংদি ঐখোয় দোক্তরশিংগী নাক্তা থম্বীখো। হোস্পিটাল অসিদা পুর্নিমা কৌবী নুপী অমা অঙাং উন্নবদা মচাদু ঐখোয়না কনবা ঙমহৌদরে। পুর্নিমাগী মচাদু নুপীনি। বাবুগী ইচানুপীসি মচানুপীগী মশক উদবদা লৈঙমদ্রবী পুর্নিমানা মচা শক্লা য়োকচগে হায়জরি, শিন্নখ্রসিরা?

কুইলেংপাওঃ পীক্লিবা অঙাং অদু ঐহাক্কী খুল টমেংলোংদা পুরগা কনানা খোম পীথকপীগনি? ঐহাক্কী থবক মফম কোলকটাদা পুরগনা কমদৌবা? পুর্নিমাগী মচানুপী বেবি অসি ঐহাক্কী মরাইবক থিরবী ইচানুপীদুনি। ঙসিদি পুর্নিমাগী মচানুপী অতোনবী ওইখ্রে। ঐনা পুর্নিমাগী য়ুমদা তোয়না লাকপসি ইচাগী মশক য়েংবা লাকপনি। পুর্নিমা ইচানুপীগী মমানি। ঐহাক্কীদি লনাই মরী অমত্তা লৈতে। ময়াম্না পুর্নিমাসি ওক্তবীনি হায়রিবা নত্তরা? ঐখোয়গী পোক্লফম ইমা লৈবাক মনিপুরগী মশাইকোন্দা চীংমী-তম্মী, মুসসিম, নেপালি, পঞ্জাবী, দেসৱালী, বেঙ্গলী, চিনা অমসুং জপানগী মী ফাওবা লৈরি। ইমা মনিপুরনা য়োক্লি। কোনবীরি। মনিপুরসি ওক্তবী ওইরবরা? জাতি শুনা য়োক্লি থাক্লিবী ইমা মনিপুরনা ওক্তবী

ওইরগদি পুর্নিমাসু ওক্তবীনি। পুর্নিমা ওক্তবীনি। ঐনা মহাক্কী মরুম্বীনি। ঐখোয় অনিবু খোঙ্গোইনবীরো।

(মাইকতা লাউরকই)

আর কে সক্তিসনা! নহাক্কা থাকপা লাংনি। নহাক্কী লাংদা থুবা ঙা মখৈ নহাক নতোমতগী ওইজহৌরো। ঐখোয় চৎলে। নহাক্কা তৌজবা থবক্কী মহৈ নঙনা চাজগদবনি।

পুর্নিমা ঃ স্নাইবুংঙো! ঐহাকপু কদাইদা পুগদবনো। চৎলসি।

আর কে ঃ ইমাইবেম্মা! (চেনশিল্লগা খুরুম্মী) নচাগী ইরাল পুম্বা ঙাকপীয়ু। লৈবাক অসিগী মিনিষ্টরগী মচা ঐহাকপু ইমানা খুৎপাক্কা থাখিবদুগী লমন শিংগে খল্লুরে। জাতি বিজাতি খায়দনা নুংশি চান্নন৷ নাওয়োকপীরিবী মনিপুর অমদি ইন্দিয়াগী শাইওন্নি ইমা নহাক্তি। ঐ লাঞ্জরে। ঐহাক মায়থিরে। ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী ঐহাক অফবা মী ওইজরগে। লৈবাক প্রজা পুম্নমক! মীগী মাংনবা হোৎনবা, ঐখোয় মশেল হুন্দুনা বা ঙাংবা, মপাঙ্গল মরৌশিংনা নুংঙাই য়াইফবা মীবু কল্লক মিহৌদুনা য়েখায় থিনগায়নবা হোৎনরুবা, কাংলুপ মশেল নুংশিনদনবা শিনবসে তোক্লসে। ঐখোয় পুন্না অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা নুংশি চান্নন৷ খুৎশম্নরগা চৎলসে। ইরৈবাকসি চাওখৎহন্নবগী মাইকৈদা চৎলসে। ঐহাক মায়থিরে। ইমা পাবুং! (খুরুমই) ঐহাক মায়থিরে... ঐহাক মায়থিরে... (থোকখি)

মেমি ঃ য়াম্বুং আর কে!

আর কে ঃ ঐহাক মায়থিরে। ঐহাক ঙসিদগী অফবা মী ওইরগে। ঐ মায়থিরে। (চৎপা হৌই) মেমি! ঐবু ঙাকপিয়ু —

শাজৌ ঃ মেমি! ইপাগী নাক্তা লাউ। য়েংউ, ঙসি নমাগী মমিত্তগী পিরাং শিম্বরিবা, মোমোন্দা নোক্তুনা লৈজবী মায়থোংনা মকশিনখ্রিবসিগী মরম নহাক খঙব্রা? মসি নপা ঐহাক্কী ঈরালনি। ইচাগী শকফম উনিংবনা ইপাদি তোয়না মফম অসিদা লাক্কনি। লৈকাইনা নমাবু কদনাম তত্তনা তৌবিরগনি। মেমি! ইপাগী নাক্তা লৈরুরসি। ইপাগা লোয়ননা চৎখ্রসি।

কুইলেংপাওঃ বেবি! ইচাগী নাক্তা ঐহাক্কা লাকপসি নমাগী মিংচৎ থিনিংঙাই ওইরে। মরক মরক্তা ঐখোয় অনি নমাগী মনাক্তা লাকসি। ঐহাক্কা লৈরুরসি, কলকতাদা চৎলসি।

পুর্নিমা ঃ মেমি! নহাক ইমাবু থাদোক্লম্লগা নপাগী য়ুমদা চৎলগেরা?

মেমি ঃ ইমা! ঐহাক ইমাবু থাদোক্না চৎপা ঙম্লোই (মপাগী মখুত্তগী নাম্থোরক্লগা পুর্নিমাদা চেজেৎ কোল্লগা কপ্পী)।

পুর্নিমা ঃ বেবি! নহাক ইমাবু থাদোক্লগা নপাগা কলকটাদা লৈরুরগেরা?

বেবিরানি ঃ দেদি! ঐহাক ইমাগী মনাক্তা লৈজগে। কলকটাদা চৎনিংদে। (গোলমৈগী মনাক্তগী বেবিসু পুর্নিমাগী মনাক্তা চেনশিল্লগা কোল্লি)।

পুর্নিমা ঃ নখোয় অনি কনা কনানো? নখোয়দি মপা শাবনি। ইচাশিংগী মফমদদি নখোয়দি মীতোপনি। মমাগা মচানুপীগগী নুংশিনবগী শম্বন ফোরেন্নর ওইরবা নখোয়না নমখায়রগা ইচানুপীবু পুগনি খনবা ৱাখলদু ঙসিদি খল্লে, মতুংদা অমুক হন্না খল্লনু। Memi, Baby are my sole property. ঐহাক্না খোল্লাং পিথক্লগা য়োকচরকপা ইচানুপী ঙাক্তনি। মখোয়বু ঐঙোন্দগী কনানসু মুনবা ঙম্লোই। ঐ মমানি।

শাজৌ ঃ পুর্নিমা! নহাক্না ঐগী ৱাখলবু লান্না অর্থ লৌরে।

কুইলেংপাওঃ পুর্নিমা! নহাক বেবিগী মমা নত্তে হায়বদি ঐহাক হায়খিদে। নহাক নত্তনা ইচা বেবিগী মমা কনা লৈরি? লৈকাইগী ৱারেম ঙাংবদা মপুক থনবা মীশিংনা নঙোন্দা পীরিবা মৈশা অসিদগী নহাক শান্তি ওইনা নুংঙাইনা লৈনবা বেবিসি কলকটাদা থম্লসি হায়বনি। ঐবু শাওগনু। নহাক্কী ফনবা হায়বনি।

পুর্নিমা ঃ নখোয় নিপানা, নুপীনা মচা য়োকপগী অৱাবা, চারম থক্লম খঙদবা অদুদনি উরিবা। মচানুপীনা লৈশাবী মপুং ফারকপা মমা ওইবীনা নুংঙাইজবা, চাওথোকচবদুদি করিমত্তা খঙদে। নখোয়না ঐগী ইচাশিং পুখিবা য়ারোই (মেমি, বেবি বু কোনশিনবা, লাওরকই) ইচা পুখিবা য়ারোই!!! (অনিরক অহুমলক থম্মোয় শোক্লা লাউবা।)

(শাজৌ, কুইলেংপাও ঙক্লা পুর্নিমাদা য়েংই। মখোয় অনি য়েংনৈ। মরু লুকথখি।)



**লোইরবা।**

